**AMERICAGA UNABA,**
**A travelogue by:**
Padmashree Elangbam Nilakanta Singh (1927-2000)

*Published in arrangement with*
**SANATHONG**
A premier Manipuri monthly Magazine
P.O. Box No. 87
Imphal-795 001, Manipur (India).

*First impression published :*
**11th February 2001, on the occasion of**
**1st Death Anniversary of Padmashree Nilakanta.**

Price : **Rs. 70/-**





**Printed at :**
*(Inner Content)*
**Lamyanba Printers,**
**Konung Mamang, Imphal-795 001, Manipur (India).**
*(Cover & Photos)*
**Iboyaima Printers, Loklaobung, Imphal-795 001, Manipur (India).**

হে মঙাল ওইবা!
মঙালগী মরক্তা মঙাল ওইনা তিনখ্রবা!
নঙাল থূপ্না লম্বী উজরম্বা,
করিসু পাঙজদ্রিবা ঐঙোন্দা শীন্নবিরম্বা
নহাক্কী "অমেরিকাগা উনবা"
কচ্চরবনি ঈতিক থোক্তনা অমুক
শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইনা নফমদা ...।

-মণীন্দ্র কোন্সম

# পেঞ্জবা অমসুং থাগৎচবগী ৱাহৈ খরদং

**"অমেরিকাগা উনবা"**, লাইরিক অসি, ওঝাশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ অমসুং লোয়নবী শ্রীমতী সুরোধোনী দেবী অনিনা, অমেরিকাগী দানবীল সহরদা ডাক্তর ওইদুনা লৈবা মচানুপা য়াইমা শ্রীদিলীপকুমারগী মনাক্তা খৃ. ১৯৯৯ গী জুন ২৪ দগী ডিসেম্বর ১৫ ফাওবা লৈবীরুখিঙৈ মনুংমক্তা ইথোকপীরকখিদুনা মপূং ফারবা ম্যানুস্কৃপ্ট ওইনা ইম্ফালদা পুথোকপীরকখিবনি। মসি অহানবদা ওঝাশ্রীমক্না চেন-চোংজরগা মণিপুর সরকারগী আর্ট এণ্ড কলচর লোয়শঙদগী মতেং লৌদুনা ফোঙগনি থৌরাংলম্বনি। অদুবু ঐহাক্না হায়জবদগী, অদুগা মদুদা ইকাইখুম্নজরবা ওঝা ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমসুং শ্রী মুতুৱা বহাদুর অনিনসু তেংবাংশীনবিবদগী য়াবিরদুনা শীন্নবিরম্বদগী, ঐহাক্না ঙসি লাইরিক অসি ফোঙজবগী লাইবক ফবা অসি ঈতিক থোক্তনা ফংজহৌবনি।

লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙমজনবগীদমক্তা, স্বর্গীয় ওঝাশ্রীনা শীন্নবিরম্বা ম্যানুস্কৃপ্টপু নমথোকপিবগী থৌদাং য়াবীদুনা ঐহাক্না য়েৎচরুবা খূদিং হরাওনা য়াবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সগী ইচিন-ইনাও পূন্নমক অমদি প্রুফ রিদিংগীদমক্তা হন্ন-হন্না বাবীখিবা ইকাইখুম্নজরবা ওঝা (কবি) থাংজম ইবোপীশক সিংহ, ৱাঙ্খে; অদুগা মতম চূপ্পদা ঐহাক্কী ইতুংদা লেপ্পীরি লৌজবা ওঝা-গুরুশিং, ইচিন-ইনাও, মরুপ-মপাং খ্বায় পূন্নমক্কী মফমদসু পুন্সীগী শিংঙম্নরোইদবা অচৌবা লমনশিং তোনশিঞ্জরে খঞ্জববুসু ফোঙদোকচফম থোকই হায়না লৌজে।

স্বর্গীয় ওঝাশ্রী নীলকান্ত সিংহগী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনসু ঐঙোন্দা মতম চূপ্পদা পূক্নিং থৌগৎপীদুনা লাইরিক অসি ফোঙদোকচবা ঙমজবগী লাইবক ফবা ফংজরিবা অসিমকসু স্বর্গীয় ওঝাশ্রীগী ইমুং-মনুংদা পুন্সীগী শিংঙম্নরোইদনা অমুক্কসু তোনশিঞ্জরবা লমন অমনি।

মণীন্দ্র কোন্সম
*এডিটর*, সনথোঙ্
ইম্ফাল, তাং ১১-০২-২০০১।

## পন্দুপ/লামায়


১ লাৎবিক অসি ইবগী মতাংদা/১ ৯
২ কমদৌনা অমেবিকা ওইবক্লিবা/১০-১৬
৩ পেনসিলভানিযা, দানবিল অমসুং অমিশ কাঙলুপ/১৭-২৪
৪ মণিপুবীশিংগী মবক্তা/২৫-৩২
৫ চাওখৎপগী য়ুম্ফম ঃ অমেবিকাগী লম্বী থোং/৩৩-৩৯
৬ কৈথেল, শায়োকশঙ অমসুং শুকং/৪০-৪৬
৭ উমং, পার্ক অমসুং মেলা/৪৭-৫৬
৮ অমেরিকাগী ম্যুজিযমশিং/৫৭-৬৫
৯ নিয়ু য়োর্ক/৬৬-৭৩
১০ ৱাশিংটন/৭৪-৭৯
১১ নায়েগ্রাগী খোঙচত্তা/৮০-৮৪
১২ অমেরিকাগী শান্ন-খোৎনবা, ঈশৈ জগোয অমসুং থিযেটব/৮৫-৯৩
১৩ অমেরিকাগী হোলিউদ/৯৪-৯৮
১৪ লাই য়েকপা-শাবগী জগত্তা/৯৯-১১০
১৫ সাহিত্যগী মায়কৈদা/১১১-১২০
১৬ অমেরিকাদা গণতন্ত্র/১২১-১২৮
১৭ অমেবিকাগী পুন্সী মহিং/১২৯-১৩৭
১৮ পম্বুংফম কদায়দনো?/১৩৮-১৪৫
১৯ মিকোন থাগোনবা/১৪৬
২০ Bibliography/১৪৭
২১ ফোটোশিং/১৪৮-১৫২

১

# লাইরিক অসি ইবগী মতাংদা

অমেরিকা! মমিং অসি পনবদা মূর্তি কয়া চোংথোরকই মথং মথং। ইংরাজী সিনেমাগী কাওবোয়দগী হৌরদুনা হোলিউডকী ফিলমগী মীওই কয়া-- অমেরিকান ওইবা ওইদবা-- ইমফ্রিবোগার্ট, ইনগ্রিদ বার্গমেন, মেরিলিন মোনবো, এলিজাবেথ টেইলর। ১৯৭০ দা ইউরোপতা চৎপদা চরাঙ চরাঙ্বা পোখাফম খঙদবা মতৌ অদু কনানো অমদা পাউ তমলুবদা খুল্লকই-- নঙ অমেরিকাদা চৎলবদি খঙগদবনি। মশিদগী শরূক চাম্মা হেনবা স্পিদ অমসুং স্পিদ। মদু তাবদগীদি ঐহাক অমেরিকাদা চৎনীংখিদ্রে। চৎনীংলবসু হেক চৎপবু ঙম্রদো? দি এম কোলেজগী ওঝা ওইরিঙৈদা চহী ৪০ মুক্কী মমাঙদা মুসুরীগী চীংথক্তা শীনখিবা ওঝাশিংতগী ওইবা থা অমমুক্কী অমেরিকান সেমিনার অমদবুদি য়াওরুরে। অমেরিকাদগী কৌথোকপা প্রোফেসার কয়ানা ভাষণ পী-- বাজনীতি, অর্থনীতি, সাহিত্য, দর্শন, পুন্সী মওং, দর্শন শাস্ত্র অসিনচিংবগী মতাংদা। খঙবোই খঙদবোই তৌই। ঐহাকসু মতম অদুদদি ভারতকী দর্শনদা ঙাওজবা মীশক ওইনা তৌরদুনা মতাং চায় চাদে খঙদনা ভারতকী স্পিরিচুয়েলিটি (আধ্যাত্মিকবাদ) হায়দুনা পংঙাঙদা ঙাঙই। বিদায়গী মতমদা ডাইরেক্টর অদুনা বর পীরকই-- নহাক্কী স্পিরিচুয়েলিটি অদু চাওখৎপা ওইসনু। থৌদোক অমদি কাউদ্রি। বাহং অমা হংলকই- অমেরিকাদবু নুপীনা নীপাবু ঙমই হায়বসি চুম্বা? অমেরিকান নুপী ময়ামসু ফমলি। নীপা অমনা খুমলকই-- চুমই। পুন্নমক নোকই। হৌজিক্তি ওল্লকইবা সমাজনিনা ঈশৈ, জগোয়, টি ভি, ফীজেৎ লাকচেৎ (জিন খোঙগ্রাউ,

টিশার্ট, রোক, কোক) অমেরিকাগী অমেরিকা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। খোঙগ্রাউ মকক শেঙ্ঙ্না জিরিবামদা ঐখোয়বু চা পীথকখিবা লৈখিদ্রবা অমেরিকান তোম্বীবুসু নীংশিংলি।

কুনশুবা শতাব্দীগী মমিং চৎলবা দার্শনিক প্রোফেসার এ এন হ্বাইট হেদনা মতাং অমদা পনখি— ১৮ শুবা শতাব্দীদা য়ৌরকপা মীওইবগী পুন্সীগী তোপ তোপ্পা মমল (unique value of an individual) লেপ্পা পুন্সীরোল অদু অমেরিকাগী সংবিধাননা ইহান হান্না রাজনীতিগী মশক পীবা হৌখি। য়াম্নমক অর্থ লৈবা ৱাফমনি। চহী ৩০ মুক্কী মমাঙদা ভারতকী সমাজবাদী নেতা ডাক্তর রাম মনোহর লোহিয়ানা আমেরিকাদা কোয়রুবা মতাং অমদা পনখি— ঐহাক অমেরিকাবু অসুম অসুম থাগৎনীংলকলি। মসিগা লোয়ননা মতমগী সভ্যতাদা নুংশা থীবা চিংনবা অমসু য়াওরি।

অমেরিকাগী পেনসিলভানিয়া ষ্টেটকী দানবিল সহরদা ডাক্তর ওইদুনা লৈরিবা ইচানীপা দিলীপকুমারনা চিঠি ইরকই— বাবাগা ইমাগা লাকপীদবা য়াদে। থা ৬ মুক্তদি লৈবীয়ু। অসোমগী থবক খৃৎচিন অসিদগী অহানবদা খুমখি— লাকনীংদে। চৎনীংদববুদি নত্তে। চিঠি মথং মথং পীশিল্লক্লে। পৈশা থাজিল্লক্লে। নাম্বোকপা ঙমদ্রে। ভিজাগী চে অদুদা ইরকই। কয়া কুইনা লৈগদবনো? পাউখুম— মখোয়না লৈনীংলিবমখে। অসিদবু চত্তবা য়ারিব্রা?

এয়র ইন্দিয়াগী টিকেটতা অমেরিকাগীদমক যাত্রা তৌগদবদি কলিকাতাদগী। ১৯৯৯ গী জুন তাং ২৩ গী নুমিদাংনি। য়ূমদগীদি চয়োল অমগী মমাঙদগী খোঙশাল্লি— জুনগী তাং ১৬ তা। ট্রেবল এজেন্ট অদুনা পঙপাদা পাখৎহনখ্রে ইংখোলগী পাট্টা মমল লেপ্পা, বেঙ্কগী সার্টিফিকেট, কৈদৌরিবগে হায়বগী সার্টিফিকেট— সার্টিফিকেট চবুল অমা খোমদুনা চৎলি। ৱাফমদি কলিকাতাদা য়াম্নমক বেরা তৌগল্লি হায়বসিনি। তাং ১৭ কী অয়ুক অঙনবদা ইচানীপা অহল বিজয়কুমারনা লমজীংদুনা কলিকাতাগী অমেরিকান কনসুলেটকী ওফিস মমাঙদা নোং মরক্তা ক্যুদা লেপ্লুরে। পাখৎতবা নত্তে। পীশিল্লুবা কান্দদি ওফিসার অদুনা অসিমতং হংই— ওরিজিনেল চিঠি অদুদি য়াওরকপ্রা। থুনমক লানশিল্লি। খুমলকই— নুথিল পূং ৪ তাবদা লাকপীয়ু। নুমিৎ ৫নি মুক্তি থবক লৈতনা ফমদুনা চাদুনা লৈবা তাখি। তূমদুনা লৈথোকপবুদি নত্তে। অমেরিকাদা ট্রঙ্ক-কোল তৌই; খুল্লক্তে। অমুক্কসু হোৎনৈ; খুল্লক্তে। মথংদা ফেক্স শীজিন্নে। পাউখুম লাক্তে। পাখত্তুনা শ্রীমতী কলাবতীগী মতেং লৌদুনা ৱাশিংটনদা লৈবা গুরু নবঘনদা ট্রঙ্ক-কোল তৌই। পাউখুম ফংই— শোয়দনবা শীনগনি। দিলীপতগী পাউখুম ফংই — সাউথ কেরোলিনাদা কোয়রুদুনা তৌবনি। করিসু কায়দে।

তাং ২৩ গী নুমিদাংদা কলিকাতাগী ইন্টর্নেসনেল এয়রপোর্টতা চঙশিল্লি। এয়র ইন্দিয়াগী কাউন্টরদা লৈবদুনা অহানবদা বাংলাদা ঙাঙই। জাৎ অমা ওইনা উখিবা শকফমদরা কৈনো খঙদে হংলকই-- ইংরাজী খঙব্রা? লোঙ্গদা লৈবা কান্দা খোঙবু অমতং কোয়থি থি। আটলান্টা যৌগদবা কম্প্যুটর তন্নিবা ওঝা অমা থেংনৈ। ঐহাক্কী শ্রীমতীবু শক তাকই। খুন্নকই-- হাই। মদুনা লোইরে। খল্লি-- করিনোনে ব্যবহার মতা অসিবু। বোম্বে য়ৌবদদি অদুম কায়নখ্রে। কলিকাতাদা লৈরিঙেদা টিকেটকী মতাংদা চিংনবা খরা লৈবদগী হংফমগী এড্রেস ট্রেবল এজেন্টনা পীরকপদুদা অনি অহুমলক বিজয়না চেল্লি-- হোটেল হয়েং হায়দুনা থওইনা তৌবীদে। অসিনি ভারত হায়বদু।

কলিকাতাগী থৌদোক অমতংদি পন্দবা ঙমদ্রে। কোলেজদা ওঝা ওইনা মমিং চৎখিবা প্রোফেসর ভূপেশ বঞ্জন সেনগুপ্তগা উনবা চৎলুই। চিঠিসু মরক মরক্তা চৎনবনি। চহী ৮০ গী ঙকয়ানি। মশাদি ফরি। অদুবু চপ চানা সেনিলিটি চঙলমলে। ঐখোয় অহুমবু শক খঙবোই খঙদবোই তৌরে। মসিনা মহাক্কা উনবা অরোইবনি।

বোম্বে ফাওবগী খোঙচৎতি পূং অনিমখায় মুক্তনি। পূং ১১ গী অদুৱাইদা মুম্বাইগী ইন্টর্নেসনেল লোঙ্গদা অহীং লেল্লু (চাবা চাদবা ঐখোয় খঙদে) অয়ুক্তা লণ্ডনগী যাত্রা তৌগদবনি। নোংঙাল্লকপদা চা কপ অমমমদংদি থকপা চুম্রা হায়দুনা চঙলুই। খুন্নকই-- চা কপ অমদা লুপা ৪০/-। হায়বদি অমেরিকান দোলর অমখক্তনি। নাম্বোকপদা ইকায়রদুনা থকচিল্লে।

মহৌশা ভারতকী বোইংদা পাইবদদি ইম্ফালদা কুমথরমদাইদা-- মথক্তগী য়েংথরকপদা ফনা য়াম্না নীংথিজনা উই-- লম্বী, জিঙঘগী য়ুমথক, পুখ্রীনচিংবা। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদদি মদু ওইথোক্তে। অহীংগা ওইশিল্লে, লৈচীনগী মথক্তগা পাইরে। তাং ২৪ গী অয়ুক্কী পূং ৬ তগী পাইরকপা পূং ৯ মুক্কী খোঙচত্তুনা লণ্ডনগী হিথ্রু এয়রপোর্টতা তারকপদা লণ্ডনগী পূংদা অয়ুক্কী পূং ১১ তাবদা মঙায়রি। প্লেন মনুংদসু টিভি ময়াম্না ফিলম উত্তুনা লৈবনিনা লাইরিক্কা পানীংঙাইগী ৱাফম লৈতে। মাঙদা ফম্বা নীপা নুপী অনিখক্তি মরক মরক্তা ক্রক ক্রক কোনশিন্নে-- ভারত মচাদি মাল্লি। ষ্টাইলদি ইউরোপিয়াননি। পূং মুক পোত্থারগা (ইংলণ্ড শুংউ উরক্রে হায়বদি য়াদ্রেদনা) তাং ২৪ অসিমক্কী নুংথিল পূং ৪ (অমেরিকাগী মতম) তাবদা নিয়ু য়োর্ককী জে এফ কেনেদী এয়রপোর্টতা থুংই। অঙকপা মতৌনি। পঙচঙদা চঙই। মতুংদা ভিজাগী কাউন্টরদা লৈবা অমেরিকানদুনা হংই-- কয়া কুইনা লৈগদবনো? থা ৬ মুক। থোরকপদা দিলীপ থেংনদে। পাখৎলি। ঙাইহাক লৈরগদি উনরে। ঐখোয়না চঙফম ওন্নদুনা তৌরুবনি। চপ চানা নে তাবা হায়বদু ওইরে। থোরকপদদি লম্বীদা কারগী কার ঙাক্তা। পাকখ্রবা লম্বী অদুদা চৎখিবগা চঙলকপগা। কলিকাতাগী সোরোক মচা

নীংশিংই। নীংশিংলকই— দিল্লীগী মসজিদ অমগী মমাঙদা ইখিবদু। পৃথিবীদা লৈববদি স্বর্গ হায়বদো লৈরে-- অসিদা। আগ্রাগী তাজমহলগী মমাঙদা থারম্বনা চুম্বনি। হায়নীংলকই পৃথিবীদা স্বর্গ হায়বদু লৈরবদি লৈরে অমেরিকাসিদা। কোম্বুংদবুদি ইকায়রকই। স্বর্গনি হায়নীংদবা কয়াসু উরকই। খঙলকই। নুমিদাং পৃং ১১ দা দানবিলগী দিলীপকী য়ুম অদুদা থুংই। খঙজে— চপচানা অমেরিকা হায়বদুদি য়োঁরেদনা।

মচা অশুমগা লোয়নবা ইচা নীপাগী য়ুম্বান অসিসু সাহেবকী মতৌনি। কার অনি চঙই। অমনবা অমনা ওফিস কানবা। অতোপ্পা অমনা হোনদাগীনি। রেদিও, এয়রকন্দিসন তৌবা খরা চাউবা অমনা ফেমিলী পুদুনা কোয়চৎ চৎনবা। চেক্কী য়ুমসু নত্তে। ফক্লাংদি কার্দ বোর্দকী মথক্তা উপাক তোপ্পগা শাবা ভিক্টোরিয়ান ষ্টাইলগী অন্দরগ্রাউণ্ড সেলর, গ্রাউণ্ড অমসুং ফার্ষ্ট ফ্লোর নাইবা পীক্তক তৌবা লমদমসিগী য়ুমশাগী ষ্টাইলদা শাবনি। বাথরুমদা শীজিন্নরিবসি চেনি (ঐখোযদি ঈশিং শীজিন্নে)। টব নাইরগা কোঞ্জিল খূদিংমক লৈথোক লৈশিন তৌবদা ঈশিং অঙৈংবা অশাবা ফংই। টিভি, পিসি (ইন্টরনেট), ফেক্স মেছিন, টেলিফোন থমই। টিভিদি পৃং ২৪ গী শোনি অহলগী, নহাগী, অঙাংগী, এনিমেসনগী প্রোগ্রাম য়েংনীংবদা য়েংবা ফংই। অদুবু মতম লৈতে। য়েংদবদি নত্তে। ইস্ফালদদি ঐহাকসি মতম ফংদবনা ইংবাজী ফিলমসি কযা তোয়না য়েংদে। টিভিদা লাকপা ফাওবা হিন্দী ফিলমশিংসু কযা য়েংদে। অসিদদি ফিলমগী লাইব্রেরী। অমগা নক্লা লৈরমদুনা বেনহর, ডাক্তর জিভাগো, সিন্দলর্স লিষ্ট, বার এণ্ড পিস, রোসোমোন, ফোর হুম দি বেল টোলস, লুইমালগী শাথীবা ফ্রেঞ্চ ফিলম ইন্দো-চীননচিংবা, দোকুমেন্টরী খরগসু থারগা হৌজিক ফাওবদা য়েংখ্রবা ফিলমসি ৫০ মুক শুরে। পৃথিবী কোয়রে হায়বা য়ারে। চপ চানা ফিলম এপ্রেসিয়েসন কোর্সতা মিং চল্লে। সেক্সপিয়ারগী ফিলম মক্তসু (ড্রামাগা কোন্ন-কোন্ননা পারগা) ওরেৎমুক্লি। সেক্সপিয়ার এদিক্ট ওল্লে।

ঐহাক্লসু ওল্খোকপা বাখল অমা খল্লুরে। চুম্না য়েংবা তাবা ডাক্তনদি পোৎপু মশক খঙবা ঙম্লোই। পাবসু তাবনি-- অফং অফংবা। মেলা অমদা চৎলুরে-- মদুগী লিটরেচরদু পাবা তাবনি। রাফম অসি ইচা নীপাদা খঙহল্লবদা অনকপা লাইব্রেরীদগী মথং মথং হোম্বুরক্লে-- অমেরিকাগী ইতিহাসকী, ঈশৈগী, লাইয়েকপগী, জগোয়গী, অমেরিকান ইন্দিয়ানশিংগী, পেনসিলভানিয়াগী মরমদা লৈবা লাইরিক কয়া। পাদবসু য়াদে খঙনীংলিবনিনা। রাজগে হায়দুনা নারাণ খুকমই হায়বদু চপ চানা তারে। কান্নদবদি নত্তে-- মীৎসি ফনা ফজনা পাঙথোক্লববা হায়দুনা চাউখোকচৈ। বাবদি লোইদ্রি। অমেরিকাদা থোক্লিবা হৌজিক হৌজিক্কী সমস্যাসু খঙদবা য়াদে। অসিনা চয়োলগী

চেফোঙ— ন্যুজবিক, টাইম, য়ুএস ন্যুজ থাগী ওইবা স্মিথসোনিয়ান, নুংতিগী চেফোঙ বালষ্ট্রিট জর্নল, নিয়ু য়োর্ক টাইমসু (লামায় অপাকপদু ৪০০, মমলনা নোংমাইজিংগী চেফোঙদা দোলর অহুম) চাং নাইনা পানবা হোৎনৈ। ইশামক রিসার্চকী প্রোজেক্ট অমগী লাকপা ছাত্র ওইরে। বাফম অমতংদি পন্দবা ইঙম ঙমদ্রে। অসুম নুংঙাইনা লৈরম্বদগী জুলাইগী তাং ৫ গী অদুবাইদা হকচাংসি শাগৎলি। লাইহৌ মচানি হায়দুনা গুলি খরা য়োৎশিল্লি। ফত্তে। তাং ৮ দদি শ্রীমতীগা ঐহাক্কা অনিমক হকচাংসি থক থক নীক্লক্লে। ইচানীপাদা হংই— মসিবু অমুক্তা থেংনদ্রিবা (ইশাদা) অরুম অপুম্বা পৃথিবী ফাওরবা মেলেরিয়া হায়বদু ওইরবরা? পায়দুনা য়েংই— শোয়দ্রে। দোলর ১০০ তিংদুনা নুমিৎ হুমনিগী কোর্সতা গুলি ১০/১০ পীজে। পুম্ফ ফবে। নীংশিংলকই— কলিকাতাগী মণিপুর ভবনদা কাঙখল য়াওদনা তূম্বা, থাদোক্লমদাইদা কাঙ অমনি চীকখিবা নীংশিংই। মদুননি শোয়দ্রে। চেকশিনমন্দে হায়দুনা শাউদুনা ইম্ফালগী চেফোঙদা ফোঙনবা সম্পাদকতা ইবা চিঠি অমা থায়— কলিকাতাগী মণিপুর ভবনদগী মেলেরিয়া শন্দোক্লে। ফোঙবীরমদবসু য়াই। মেলেরিয়ানা নাবগী লৈবাক মচা তাবা মওং অমা লৈ। হেক চীকপগা নোংঙাল্লগা নাহন্দে। হৌদোংনা উচি মচা ফারগা শরাক তমদুনা শান্নহল্লগা চাথোকপদৌনা মহীক্লা ঈদা চঙখ্রগা থা মখায়মুক্তি পোখাহল্লি। চিংনহন্দে। মতৌদি হকচাং নাদনবনি হায়দুনা কলিকাতাদা মিনরেল বাটরগী বোটল ২০ মুক থনমই।

ইমুং অসিদা লৈমিন্নরিবসি ঐখোয় ৯ নি। ইচা নীপা অমসুং লোয়নবী ডাক্তর সুবদনী (থবক তোকথোক্লগা লাক্লিবনি), ইমৌনুপীগী মচে শ্রীমতী সুলোচনা অমসুং মপুরোইবা শরত ঈঞ্জিনিয়ার (নুপীগী অনাবা লায়েংবা লাকপা), লোংলম্বদগী উপ্লকপা, অদুদগী ফম্লকপা অমসুং লেপখৎকে হোৎনরকপী ইশূ অতোম্বী (থা ৬ শুরবী গীতা দেবী), টিভি সেটকী মমাঙদা ফমদুনতা লৈখ্রবী মচে অমেন্দা (সাহেবকী মমিংনি), মবুং গ্রেদ থ্রীদা তম্লিবা, ঈরোইবা, পিয়ানো অমসুং সোকর (ফুটবল) শান্নবদা ঙাওরবা নিশিকান্ত (বাংলাগী শাধক-কবি অমগী মমিংদগী ঐহাক্লা থোনখিবনি)। ঐহাক অমসুং ঐহাকপু মতম পুম্বদা শেন্নরিবী মেনেজর অমসুং সেক্রেটরী— লোইনবী এলাংবম ওংবী থৌনাওজম সুরোধোনী দেবী (ময়াম্না কৌনবনা ইবেমহল)। কোয়বা চৎপসি অয়াম্বদা ঐখোয় মাপল অসিনি। ঝঞ্জদি চাউই— চানবা থক্লবা প্রাম অনি, ফি হোংদোক হোংজিল, কোক (কোকা কোলা), চানবা অতৈ, করিগুম্বদা চৌকী খরসু হাপই (পুথোকতুনা লমহাঙদা থানবা)। অমেরিকাগী স্লোগানদি ইচম চমই— লাই লৈবা লৈতবা ভাব তাদে— হিংলিঙৈসিদা নুংঙাইনা কোয়বা, তূম্বা অমসুং চাবা। চাবা

অসিমদি কনখ্রে— মফম মফমদা। অতনবা জাতিরা হায়বদুদি নত্তে। থবক শূবদদি হিংচাবনি। অহীং-নুংথিল খায়দনা কার চেল্লি। ইচানীপাগী অফিস অসি পুং ৮ দা থুংদবা য়াদে। হল্লকপদি নুমিদাং পুং ১১ তাবা য়াওই। থাংজ, নোংমাইজিং ছুটিনি। শগোলশেল মশানা পোত্থাবা নুমিৎ ওইনা খনজে। চথলিবনা কারনা মানসী হায়বা মফমদুদা পুংখায়মুক থৌবা তাই। নুমিদাং তুমথজগে তৌবা মতম পুং ১০ তাবদসু করিগুম্বদা কৌরকই — লাক্তবা য়াদ্রে। অনাবা লায়েংবনি। অসিগী মথক্তা মচানীপাবু স্কুলদা থিনবগী লৌরুবগী, শান্নবগী, সোকর শান্নবগী, কৈথেল মতেক অমা কাবগী— কার থৌবগী দরকার ঙাক্তনি। হায়নবা লৈ— অমেরিকাগী মীওই খুদিংদা কার অমগা মখায়গী হিসাব পানে। কারসি অমেরিকাগীদি হকচাং তংখায়নি।

ঐহাক্কী হন্দক্কী খোঙচৎসি টিকেট অমা পায়রগা ইউরোপ কোয়বগুম্বা চাফম থকফম খঙদবা, মখল মখা কয়াগী কূম্মৈ— অৱাবসু, নুংঙাইবসু— থেংনবা খোঙচৎ অদুদি নত্রে। ইমুং অসিনা কেন্দ্র ওইরগা প্রোগ্রাম শেমদুনা চৎনীং-চৎনীংবা জাগাদা কোয়রুবনি। নিয়ু য়োর্ককী চিদাইদা লৈবা নায়েগ্রা ঈশিংচাইবী য়েংবগী খোঙচৎ অদুগা হোটেল হারসেদা লেকপা অদুগা নত্তনা অমুক্তা মপান্দা অহীং লেক্লকত্রি। চৎপগীদি নোংঙাল্লমদাইদা হৌরগা যাত্রা তৌবা কয়াসু য়াওখি। দিলীপসু শীংনবা অমগা য়াওনা ঐখোয়বু পুবীরে— মেলা কয়াদা, পার্ক কয়াদা, কৈথেল মখল কয়াদা (চীংয়া তময়া ফাওদুনা), তুমিন্না খোইদং চোপ্পগা (ঙাদি ইফা ফাদে) ফম্বা য়াবা পাৎয়া কয়াদা, ঈশৈ জগোয়গী মফম কয়াদা, গীর্জা মনুংদা, পঙথাপতি থাপ্তুবা (হায়বদি নোংমগী লম্বীদগীদি হেন্দবা) সহর— নিয়ু য়োর্ক, ৱাশিংটন, ফিলাদেলফিয়া, য়ুনিভর্সিটি কয়াদা। চাউরাক্লা য়েংলে হায়না লৌবা য়ারবা ষ্টেটশিংদি— পেনসিলভানিয়া (কয়ারক হন্না কোয়রে), নিয়ু য়োর্ক, নিয়ু জার্সি, মেরীলেণ্ড। নায়েগ্রা ফোলস য়েংবদা কানাডারোম শরুক্কী নায়েগ্রা অমসুং অৱাংবা দলান্নচিংবা খরদি উরকই। চঙশিনবদি ওইথোক্তে। চৎপগীদি চৎখ্রবা হায়দুনি। ঙরাং নহালদং য়েংনবদা মহাক্কী হোন্দাগী কার অসি মাইল লীশীং ১০ (কিলোমিটর চৎনদে) হেল্লে হায়। অয়াম্বদি ঐখোয়গী খোঙচৎসিদা শীজিন্নবনি। টেক্সিগী হিসাবতা পারবদি ফনা য়াম্লবা পৈশানি। অসিৱাইদদি মতেক খজিক্তং চৎপদা দোলর ১০। ফংবসু ফংদে।

সুবদনী অমসুং দিলীপনা ঐখোয় অনিবু নাদনবা হোৎনবা অসিমসু অঙকপনি। পোত্থাবা ইফং ফংদবা লাইফ ষ্টাইলনিনা অমতং নারকপদা অৱাবা ওইগদৌরিবনি। অরুমগী নীকপদগী ফরকপা চানীং থকনীংবদি পোক্ত্রিবা তাঞ্জাদা হকচাং কন্নবনি হায়দুনা নমদুনা চানবা পীশিল্লি। ডাক্তরবুদি ডাক্তর ঙাক্তনিদনা। ঐখোয়না হেন্না

খঙগদ্রা? ইচানীপা ডাক্তর, ইমৌ নুপী ডাক্তর, ইনাও য়াইমা (কুলধবজ) ডাক্তর, ইনাও অতোনবা (রণজিৎ) ডাক্তর, ঐহাক্কী শ্রীমতীসু ডাক্তর (লৈখিদ্রবা তোনস্না) গী মচা ঙাক্তনি। ইশাদা পেপটিক অলসর খরা লৈ হায়রুবদগী পুথরকই দিলীপনা– নোংমদা গুলি ৮/৮ চাগদবা নুমিৎ ১৪ নিগী কোর্স। মথংদা দরকার লৈরগা নোংমগী অমমম চাগদবা কয়া অমা। নমদুনা ফহনবা হায়বদুনি। য়া কয়া ফৎত্রে হায়রুবদা (ফনা য়াম্নসু য়াওদ্রবনি) সোনিকেয়ার হায়দুনা ইলেক্ট্রিকনা চার্জ তৌবা টুথব্রস। নোংমা নীনীদি হৈনদে জিং জিং লাউরদুনা। কৈথেল অচৎপা খূদিংগী মবানিনা পোৎচৈ খরা খরা লৈবী– য়ুমদা পুনবনি। অদুবু লোইবা নাইদে। দিলীপনা তত্তনা হংই– করি লৈখোগে? করি লৈখোগে? মচা পোকচবগী মহৈ য়ানবা হায়বদু অসিরাই মঙায়রেদনা। লংফৈদা লৈদুনা মতম খর্দি মমা মপাগী সেবা তৌজবা ফংবা (মসিনসু অরোইবা ওইরবা য়াই) হায়বদুসু অসি মঙায়দনা।

নিয়ু য়োর্ক থাদোক্কদবা এয়র ইন্দিয়াগী টিকেট কক্লে। ডিসেম্বরগী তাং ১৫। ইশানা খনজে। অসুক কুইনা থা ৬ লৈদুনা য়েংবা তাবা য়াবমখৈ অমেরিকাগা শন্নরবা অসিদা ফাওরক্লিবা অৱা-নুংঙাই খরসিবু ইথোকপনা চুমদ্রা? হায়নৈ চামিন্নবা হাউই; পুমিন্নবা য়াংই। নুংঙাইমিন্নবসিসু নুংঙাই। অমুক খল্লকই– ফোঙ ফোঙ শানা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী কাঙজেবুংগী থৌরাণী কেলীগী চানাদৌনা ফোঙ ফোঙ শানা ইবদি কমদৌই? মদুসু মহাউ অমনি। মসিমক খল্লুদুনা মণিপুরগী নুংতিগী ফোঙ্বা চেফোঙ অমদা চয়োলগী অমুক ফোঙবগী হিসাবতা থাবক্কে হায়দুনা চিঠি ইরুই। পাউখুম ফংদে। মদুমক লৈ– কোম্বুংদদি খঙলকই মদু মথোঙ কয়া চারমলোই। খঙবোই খঙদবোই হাথু হাথু ইশিনবা তাগনি। নুমিৎ ৩ নিখক ইম্ফালদা কোয়রক্লগা মণিপুরগী মরমদা ইবা ঙস্বা জর্নলিষ্টশিংগুম্না।

মতুংদদি লেপ্লে খরদং তপ্না ইরগে। কবি ৱার্দস ৱার্থকী ঈংনা তপ্না নীংশিংলকপা থম্মোয় ঈথিলগুম্না (emotions recollected in tranquility)। অসিমসু পঙতপ তপথণ্ড্রবদি দোষ লৈ। ১৯৭০ গী য়ুরোপ খোঙচত্তু থা অনিমুক্কি। সরকারনা থওইনা শীনবীবনিনা ইনীঙাই য়াম্না লৈখ্রে। নোটনচিংবসু ফনা য়াম্না তৌদুনা পুরকই। অদুবু আর্টিকল অনি অহুমদগী হেন্না থোকখিদে। ইশিল্লকপশিং ফাওবা মাঙথোকখি। হৌজিক্তি অমুক থেংনরে। ইগে খল্লি চহী ৩০ গী মতুংদা। মীওইবগী আশা অরোইবা নাইদে। অদুনদি অনিমক্কী লংদাইদা লৈবা থা ৪ গী মতুংদগীদি ইবা হৌবা য়ারেনা। ঙসিমক কলম পায়খৎলিবসিনি তৌখিবা নোট কয়াদু ফাক্কৎলদুনা, হৌখ্রবা কয়াবু নীংশিংদুনা মোন ফনা নুংঙাইনা। কনানা খঙগনি– ইম্ফাল য়ৌরগদি শা-লানগী মরক্তা পুক্নীংসি ইফক ফকচিনখিবসু য়াই। মুদ মাঙখিবা য়াই।

মথংগী অরোইবা ৱাহংদি— কমদৌনা ইবা তাই। ষ্টাইলগী ৱাফমনি। হায়নবা লৈ— ইরিবা হীরমদুবুদি কমদৌনা ইবগে হায়বদুনবু হেন্না মরুওই। লুরিবদি ঐহাক্কী ইবগী ষ্টাইল লৈরবরা? ইহান হান্না ফোঙবা "অচাইবা লৈ" (১৯৫৭) হায়বদুদা ইশাগী ষ্টাইলগী মমি খরদং লাকপা উখি। হান্নগী লৈজবা খরগা ইংরাজী অমসুং বাংলা সাহিত্যগী অইবা খরগী মশক্কা য়ানশিন্নদুনা — মপূং ওইনা যাযাবর (দৃষ্টিপাত), অন্নদা শঙ্কর রায় (পথে প্রবাসে), অচিন্ত্যকুমার সেনগুপ্ত (পরমপুরুষ শ্রীরামকৃষ্ণ), সৈয়দ মুজতবা আলী (দেশে বিদেশে) অসিনচিংবগী মমি তান্নজদুনা— ইশাগী ষ্টাইল অমদি শাগৎপা হৌজরম্বনি। কুইখিদ্রে। পণ্ডিত শাদুনা ফুট নোট কয়া হাপ্পা আর্টিকল অমসুং সেমিনারগী পেপর কয়া ইখিবদগীদি হান্নগী অদু মাঙখ্রে। মহাউ য়াওদ্রবা পাম্বী ওইরে পাউতম্বদগী হেন্দবা।

রবীন্দ্রনাথসু হনুথংদা নহাগা লাম্বা তৌগে হায়দুনা ইরকই নহারোলগী য়ঙ লাউবা রোমান্স— "শেষের কবিতা" উপন্যাস। ইরকই পুন্সী ৱারী— "ছেলে বেলা।" ঐহাকসু চহী ৭০ হেনজিল্লকঅবসিদদি ইবা য়াইনা— হান্নগী লংলাদু থিদুনা শমজিন্নরগা। ইচানীপাগা তান্নে কমদৌনা ইসিগে। খুল্লকই— পণ্ডিত শাদুনা ইয়ু। থম্মোয়নদি য়ানীংদে। নুমিৎ ৪/৫ নি চিন্তা তৌই— কমদৌসিগে? ফাক্তুনা য়েংই অফাওবা পুন্সী ৱারী লমকোয় ৱারী কয়া। ইউরোপকী আঁদ্রেমার্লোগী *এনটি-মেমোইর্স* (Anti-Memoirs), নীরদ চৌধুরীগী *পেসেজ টু ইংলণ্ড* (Passage to England), অন্নদা শঙ্কর রায়গী *জাপানে* (জপান্দা)। তাল্লক অসিদা ফাগী তৌখ্রবা আইরিসকী অইবা অনিগী (মচীনমনাউনি— Malachy McComt অমসুং Frank McComt) পুন্সী ৱারী মচেৎ অনিসু পারুই। আইরিসশিংসি য়ু থক্কনখ্রবা ফাগীদদি (ৱিট অমসুং হ্যমর) হাল্লেংবা লৈতবা জাতিনি হায়বসি হন্দক্তা খঙই। মণিপুরগী ফাগীগী সম্রাট লৈখিদ্রবা জি সি তোংব্রাগী গুরু— জর্জ বর্নার্দ শোগী ফাগীদি ঐখোয় খঙনরেদনা। লাইরিকসি পানা পানা পুল্লী পায়দুনা খাঙবা হায়বদু মথক্কী অইবা অনিসিগী লাইরিক পাবদা থোকখি। অদুবু ঐদি ফাগী হৈব্রা? হৈতে। নোকপা ফাওবদি ঙমই।

অসিদগীদি থোকঅবা অমা লাক্লবা হায়দুনি হায়দুনা লাইরিক অসি ইবা হৌগৎলে। ওক্টোবরগী তাং ২৫ গী অয়ুক।

অসিমদি হায়জনীংই। ঐঙোন্দা পুল্লিবসি লমদম অনিনি। অমনা অমেরিকা। অমনা ভারত, শেংনা হায়রবদা মণিপুর। ঐহাক খক ইমা লমদমবু কাউবা ঙমদে। মৈতৈ মচা অমনা অমেরিকাদা য়েংবা মীৎয়েং— ইচম চম্না, ইপঙ পঙনা অমেরিকাবু খঙবা হায়বদুদি ওইথোক্তে। য়ুনিভর্সিটি কয়াদা প্রোফেসর কয়ানা, অইবা কয়ানা, লাইয়েকপা অমসুং অতৈ কলাকারশিংনা খঙননবা পুথোরুবা হোৎনরিবা আমেরিকাবু

ঐহাক্লা থা ৩/৪ লৈরগা খণ্ডলে হায়রুবা য়াবা নত্তে। ইমা লমদম্বুদি শকখঙলবরা? অচুম্বা করিনো?

বশিয়াগী অইবা বোরিস পেষ্টরনাককী নোবেল প্রাইজনা লৈতেংখ্রবা উপন্যাস— *ডাক্তর জিভাগো* হায়বদুদা থেংনৈ। চরিত্র অমনা হংই— রশিয়াগী অচুম্বা (reality) কদাইদা লৈবগে? খুল্লকই— অচুম্বদি কিমনখ্রদুনা লোত্তুনা লৈখ্রে। মণিপুরগী অচুম্বসু কিদুনা লোৎখ্রবনি। ঐহাক্লা কোক হেক অসিনি হায়না পুথোকপা ঙম্বা পোৎ নৎত্রে। ভারতকী অচুম্বদি?

পুন্নমক অসির্গ মবক্তগী ঐঙোন্দা হৌজিক হৌজিক ফাওরিবা খরা (অচুম্বসু, চুমদবসু) ইমারোন্দা পুথোক্লবা হোৎনজবনি। চুম্নগী যাত্রা নত্তে। খোঙচৎ নত্তে। তীর্থ যাত্রানি। অচুম্বা থিবগী মায়কৈদনি। লোইনাইদ্রবা লমশাঙদগী ঙাইহাক পোত্থারগা— অসিবাইদগী হায়বগুম্বনি। লোইনাইদ্রবা খোঙচৎনি। ঐহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক *(তীর্থ যাত্রা)* নীংশিংই-- তীর্থসু করিনো খঙদবা, যাত্রাসু কদোমদনো লেপ্পা ঙমদবা।

২

# কমদৌনা অমেরিকা ওইরক্লিবা

অমেরিকা পনবদা অয়াম্বনা য়ুনাইটেদ ষ্টেটস ওব অমেবিকাতবু খঙনৈ। ঐহাক্কী লাইরিক্কী অমেরিকা অসিমক য়ূএসতবু খঙনবনি। তশেংবদি অমেরিকা হায়বসি অনৌবা জগৎ অমনি। হান্নগী জগৎতগী শমথরকপা নত্তে। অসিমকসু অনি থোক্লা খায়দোকই — অৱাং অমেবিকা অমসুং খা অমেরিকা। ঐখোয় অয়াম্বনা খঙলিবা অমেরিকাসিনা ইউরোপকী জাতিশিংনা খুদুম চল্লম্বা অমসুং মমৈথংদদি তিনশিন্নখিদুনা অমেরিকান হায়বা তোপ তোপ্পা মশক ওইরকপা। এংলো-সেক্সন অমেরিকা অমসুং লাটিন অমেরিকা হায়দুনসু অমুক তোপই। থায়নগী য়েলহৌঙ্গেদগী খুন্দাজরকপা নেটিভ অমেরিকানশিংবুসু কাউথোকই। মখোয়বুসু থিজিন্দনা অনৌবা জগৎ অসি খঙবা ওইথোক্তে। হৌজিক্তি মতীক চাবা রিসার্চ তৌদুনা মখোয়গী হৌফম অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা খঙনবা হৌরক্লে। মখোয়সু অমুক এশিয়াগী মঙ্গোলোইদকী কাঙলুপনি হায়বসু খঙলকলে।

থিবগী লোইবা নাইদবা ইতিহাসনি। চহী কোটি কয়াগী মমাঙদগী ওইরক্লবা মীওইবনা খঙনরিবা সভ্যতাগী মশক অসি চহী ৫০০০ মুক্কী মনুংদনি। খৃষ্টগী মাঙ চহী লীশীং অহুমগী মমাঙগী ইতিহাস পুথোকপা ঙমদ্রি। বিজ্ঞাননা সভ্যতাগী চাউরাকপা মশক অমবুদি লেপ্পি— অরিবা, অনৌবা, নুংগী যুগ, য়োংকী যুগ (ঐখোয়গী সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলিগুম্বা)। মদুসু চাউরাকপা মশক অমতনি। খৃষ্টাইনশিংনা চেৎনা কোঞ্জরিবা বাইবল অসি ফাওবদা ইতিহাসকী মচাক কয়া য়াম্না য়াওবগে হায়বদু হৌজিক্তা নৌহৌনা পুথোক্লরক্লি। ভারতকী রামায়ণগী লঙ্কা হায়বদুদি হৌজিক্কী

শ্রীলঙ্কা অসি নত্তে মধ্যপ্রদেশকী অদুরাইদনি হায়না আর্কিওলোজিষ্টশিংনা পুথোরকলি। অহলশিংনদি ৱারৌগনি।

চাউরাক্লা ঙসিদগী চহী লীশীং ২৫ মুক্কী মমাঙদা অৱাং অমেরিকাগী বারিং প্রনালী (Bahring straits) ফাওদুনা (উন মথক্তা নত্তুগা হিদা) এশিয়াদগী কাঙলূপ খরনা ফাওজিল্লক্তুনা মথং মথং অমেরিকা পূম্বা শন্দোরকপনি হায়না মমিং চৎলবা আর্কিওলোজিষ্ট— ডাক্তর অলফ্রেদ ভিনসেন্ট কিদরনা প্রমাণ তৌরি। মখোয়সি শা তানবা. ঙা ফাবা, লৌউবা কাঙলূপ ওইরমগনি থাজনরি। শা-ঙা কয়াসু অসুম্না লান শিল্লকই হায়রি। হায়রিবসি আটলান্টিক মহাসাগরগী অৱাংথংবা শরুক্লি। হায়রিবসি পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংগী মশাদা মঙ্গোলোইদ স্পোট হায়দুনা মাঙদি মাঙখিবা অশংবগী দাগফম লৈবা থেংনবদগীনি। বিজ্ঞানগী প্রমাণনি।

হায়রিবা কাঙলূপ অসিগী খৃষ্ট মমাঙ চহী ৫০০ অমসুং মতুং চহী ১৫০০ ফাওবগী ইতিহাসতি ঐখোয় খঙলে। অৱাং অমেরিকাদনা ইরি অমসুং ওনটেরিও পাৎকী অকোয়বদা লৈরম্বা শলাই কয়ানা পুনশিনখিবা ইরাকুই কনফেদরেসী (Iroqui Confederacy), প্রেরী লমহাঙগী টেটোনগোবি। খা অমেরিকাদনা— পেরুদা ইনকাস, গুর্য়েটেমালাদনা মায়া অমসুং মেক্সিকোদনা অজটেক। লিরবা কলচর অমসুং সভ্যতানি। থায়নগী রোম, ইজিপ্ট অমসুং গ্রীসকী সভ্যতাগা চাংদম্নবা ফাওবা য়াই। চেৎনা থাজনবা অমনা থায়নগী মাঙবা নাইদবা, জগৎ অসি অফবা ফত্তবা লাইশিংনা ৎন্না লৈবা, ধর্ম্মগী উৎসব কয়া কৎপা, যজ্ঞ তৌবা, পুরিত, মাইবা মাইবী নাইবা। মৈতৈগী অরিবা মশক্তবু ফনা মান্নে। মরমদি ঐখোয়সু মঙ্গোলোইদ জাতিগী মচা মশূনি— ময়ায় থংবা চাইনা, তিব্বতকী মায়কৈরোমদগী চঙলকপা। হায়রিবা মাঙখ্রবা সভ্যতা অসিগী য়েক্লুম্বা হকলম্বা মশকশিং নৌহৌনা পুথোক্লুরক্লি।

১৪৯২ দা স্পেনদগী কলম্বসনা নোংচুপতা অসুম চৎলগা নোংপোক য়ৌগনি থাজদুনা ফনা ৱানা চৎলবা মতুংদা (আটলান্টিক মহাসাগরদা) বাহামা ঈথৎকী সালভেদর হায়বা মফমদু থুংবদা থাজখি— ইন্দিজ য়ৌরেদনা। অদুনা কৌরমই ইন্দিয়ান নত্তুগা অঙাঙবা ইন্দিয়ান। অদুদগীদি থায়নগী খুন্দারম্বা পূন্নমক রেদ ইন্দিয়ান হায়না পূন্না খঙনখ্রে। নেটিভ অমেরিকান হায়বসিনা অনৌবা মিংথোলনি। মসিমদি শোয়দ্রবা ইতিহাসকী প্রমাণনি। হায়ববুদি হায়নরি— খৃষ্টগী ৯শুবা শতাব্দীদা তাঙ্খোকখিবা আইরিস লম্বোইবশিংনা, ১১ শুবা শতাব্দীদা নোর্দিকশিংনা নোবাস্কোটিয়াদা খুন্দাখি। চপচানা প্রমাণ তৌবা ঙমদে। ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী।

অমেরিকা হায়বা মমিং অসিমক লৌববুদি ইটলীগী ফ্লোরেন্স হায়বদুদগী লল্লোনবা, হিহোনবা আমেরিগো বেস পুছী (Amerigo Ves Pucci) হায়বা অমদগীনি।

মতাং অসিদা অমেরিকাগী ইতিহাস লীবদি ওইথোক্তে। শ্লোক ৭ তা রামায়ণ (সপ্ত শ্লোক্কী রামায়ণ) লীথোকপগী মওংদা চখবা নত্তনা উপায় লৈতে। অমেরিকাদা ইহান হান্না খুন্দাবসি স্পেনিস জাতিনি— লমকোয়বা নত্তে। সনা লূপাগী খোনি কয়া লৈরে হায়দুনা শন্দোকপদগী অমসুং খঙনরকপদগীনি। লুট তৌবা লাকপনি। কলম্বসনা হাইটি ঈথৎ পুথোকখি— হিস্পানিওনা হায়দুনা। ১৫১৩ দা ফ্লোরিদাদা থুংখি— শাথীখ্রবা শা-ঙাগী শাজৎনা লম লৌশিনখি হায়দুনা ইতিহাসতা পল্লি। সনাগী সহর ৭ থিবা লাকপনি হায়নৈ। থেংদি থেংনখিদে। মেক্সিকো অমসুং খা অমেরিকাগী শরুক অয়াম্বা জয় তৌখি। মথংদা লাকই— ফ্রান্সতগী। অৱাংথংবা কানাডাগী মচেৎ খরা অমসুং লুশিয়ানা ষ্টেট মখোয়গী ওইখি। মথংদদি— কাইনথংদদি ইংলণ্ডনা অৱাংথংবা শরূক অমসুং স্পেন্না মখাগী শরূকতা য়ানদুনা (লান কয়া তৌনরবা মতুংদা) লম খোপচিন্নদুনা মখোয়গী ওইখি।

ইকোন কোনবদা লাকই— ইংরাজীশিং রাণী এলিজাবেথ (১৫৫৮-১৬০৩) কী মতমদা সার জোন হাউকিন্সকা লোয়ননা মহাক্কী ফ্রেগ কেপ্টেন ফ্রান্সিস দ্রেক য়ৌরকই। মথংদা লাকই— সার ৱালটর রেলে। জেম্‌স টাউনদা খুন্দাদুনা ভর্জিনিয়া ষ্টেট শেমগৎলকই। মথংদা লাকই— মেফ্লাৱার জহাজদা তোংদুনা নিংথৌগী ধর্ম্মগী ওৎ নৈববু য়ানীংদবদগী পিলগ্রীম ফাদর্স হায়দুনা। প্লাইমাউথ চীংদা খুন্দাই (১৬২০)। ১৬৩০ দা প্যুরিটানশিংনা তুংইল্লক্তুনা মেসাসুটিসকী তোর্ব্বানি য়ৌরকই। রোদ ঈথৎ শেমগৎলি (১৬৩০)। অসুন্না মথং মথং চখরকপনা দোমিনিয়ন ওব নিয়ু ইংলণ্ড (Dominion of New England) কৌদুনা অপূনবা শক্তি (১৬৮৬) ফোঙদোকই। ইংলণ্ডগী লোইলম শাসননি (colony)। মমা লমদমনা শাসনদা খুৎ অসুম থিংজিল্লকপদগী ষ্টেট ১৩ গী কনফেদরেসীনা ইংলণ্ডগা লান থেংনৈ। মায় পাকই -- জর্জ ৱাশিংটনগী লুচিং মখাদা। মসিবু 'দি অমেরিকান রিভোলুসন' কৌই। চহী ৪ শোকনৈ। অমেরিকানশিংনা মায় পাকই।

খৃ. ১৭৭৭ কী জুলাইগী তাং ৪ দা নীংতম নুমিৎ লাউথোকই। হৌজিক ফাওবা নীংশিংনরি— ঐখোয়গী অগষ্ট ১৫ গী পালনদৌনা। ৱাফমদি ওহ্মোক্লা নীংথিজে— মী পুম্নমকসি মান্ননা শেম্লকই হায়বসি মশানা চুমজরবনি হায়না লৌই। অদুগা শেম্বীবা মপুনা থাদোকপা য়াদ্রবা অধিকার খরগসু কোন্ননা পীবীরকই। মখোয়দুগী মনুংদা মীওইবগী পুন্সী, নীংতম্বা অমসুং নুংঙাইবা থিবা হায়বসিনি। কাউঙমদ্রবা

গণতন্ত্রগী খোল্লাউনি। হৌজিক ফাওবা অর্থ থোক্লি। লাউথোকখিবা মপূংসি টোমাস জেফরসননা দ্রাফট তৌরগা বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন অমসুং জোন আদামসকা চুংশিন্নরগা পুথোকখিবনি। লাউথোকখিবা মফমনা ফিলাদেলফিয়া সহরদনি। মদুদা খীংখিবা শরীক হৌজিক ফাওবা তেক্ত-কায়দনা থম্লি। থরানমিচাক ১৩ অমসুং মচুগী মরী মরী চৎপা (হৌজিক্তি ষ্টার ৫০ শুরে) ফীবাল চিংখৎখি। জর্জ ৱাশিংটননা ইহান হানবা অমেবিকাগী প্রসিদেন্টনি।

মথংদা সংবিধান (Constitution) শেমই। ১৭৮৯ দা লোইশিন্দুনা চপ চানা চৎলি। বিল ওব বাইটস চীংথবমদুনা হাপচিনগে হোৎনবদা মযামসি ৱানরদুনা কোন্না শেমদোকপা (amendment) ওইনা তোপশিল্লি। ১৯৯৮ ফাওবদা এমেন্দমেন্ট ২৬ হাপচিল্লি। য়াম্নমক ম পূং ওইবা বাফম কয়া এমেন্দমেন্টশিংদা যাওই। অহানবগী নীংতম্বগী বাফোঙদোক অদুগা পূনশিল্লগা ফুঙ্গাগী মখোঙ অহুম ওইদুনা অমেরিকাগী গণতন্ত্র চত্থবিবনি। ফজবিবদি সংবিধানদা নত্তনা এমেন্দমেন্ট খূদিংমক অমেরিকাগী ষ্টেট খূদিংনা পাস তৌগদবনি।

অমেবিকাদা হৌজিক ষ্টেট ৫০ নি– হৱাইন ঈথৎ থাদনা। নীংতম লান তৌনখিবদি ষ্টেট ১৩ দনি। অযাম্বনা নিযু ইংলণ্ডগী শব্দকশিংগনি। মথঙদদি নোংচুপলোমদা (অপলাচিযান চীংশাং লাম্থোক্তুনা) অমসুং খাবোমদা পাকখ্রবা লমহাঙ, চীংশাং কযা লাম্থোক্তুনা বোকি চীংশাং যৌনা থৌনা ফববা জাতিশিংদুনা খুন্দাবা হৌবকই। নেটিভ অমেবিকানশিংগা চান্নবগী পোলিসীদা, লান তৌনদুনা মাঙহন্নবা হোৎনবদা, মথঙ মথঙ তাম্থোকখিদুনা নোংচুপ থংবা শব্দক্তা মখোয়গী মপূং ওইবা বিজার্ভেসন এবিয়া হাযদুনা পীখি। মপূং ওইবা শাসনদা যাওহন্দে। মখোয়বু তাম্থোকখিবগী খোঙচত্তু পিগী খোঙচৎ (Trail of tears) হায়নসু শীংথাই। শাথীবা মওংনি। অৱাং-অমেরিকাদা মখোয়গী মশীংসি চাউরাক্লা লাখ ৫ মুক্তা ঙায়রে হায়না লৌনে। তৌববুদি হৌজিক্তি মখোয়সু লাইরিক তম্বা কয়া য়াওনবক্তুনা মখোয়গী অধিকারগীদমক কন্না ঙাঙনবা হৌরক্লে। অদুবু অমেরিকান হায়না খঙনরিবা অসিদদি মখোয়বু নেটিভ অমেরিকান কৌবীববসু মখোয়গী ফিদাদি চপ চানা ফংদ্রি। মখোয়গী লাইফ ষ্টাইল উৎপা ম্যুজিয়মশিংদি লৈবে।

লানগীবুদি লেপ্পা নাইদে। নোংচুপ অফ্রিকাদগী নেগ্রো (হৌজিক্তি মখোয়বু অফ্রিকান অমেরিকান কৌবে) লাখ কয়াবু মীনায় লল্লোনবদা ইংরাজ জাতিদগী হৌরদুনা ইউরোপকী জাতিশিংনা পুশিল্লকপদগী অমেবিকা মচেৎ তারে। লৈববুদি মফম শীনবা থুংনা লৈনরবসু খা থংবা অমেরিকাগী শরুক্তা লশিংনচিংবা থাবগী কারবারদা মীনায়

ওইনা মপুঙ্গী কয়া লেনহনখিবদগী মীনায় লোইবা কাঙলুপকী স্বার্থ অমা, অৱাং থংবা অমেরিকাদনা মখোয়বু নীংতম্বা পীনীংবগী ঈথিল অমনা (মী পূন্নমক্তি মান্নে হায়রবনিনা) পুনশিল্লকপা ষ্টেট খরগী মশক অমা। নোংমদি অনিসি শোয়দনা থেংনরবা তাবনি। নীংতম্বগী অধিকার ফংননবা অফ্রিকান-অমেরিকানশিংসু তুমিন্না লৈথোকপা নত্তে। মসিদা সাহিত্যগী চাউরবা থৌদাং অমসু য়াখি। অমেরিকান নুপীমচা অমনা টোম কাকাগী য়ুম (Uncle Tomb's Cabin) হায়বা লাইরিক অমা ফোঙদোরক্লুনা। অসিনা ১৬ শুবা অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট অব্রাহম লিঙ্কনগী মতমদা সিভিল ৱার (১৮৬১-১৮৬৫) থোকখি। লিঙ্কননা মহাক্কী কেমপেইন চৎপদা থেংনখি নুপী মচাদু। হংখি-- নঙলা সিভিল ৱার থোকহল্লিবসি?

মপূং ওইনা অমেরিকাগী খাগা ৱাংগা শোক্লবা লানফমনি। ষ্টেট মশীংদি অমেরিকা কায়বা য়াদে হায়বগী মায়কৈনা য়ামখি। সহর কয়া মাঙ তাকখি। নাকল অনিমক্তা পূন্না মীওই লাখ ৬ পুন্সীগী বলিদান তৌখি। ৱাফমদি নেগ্রোশিংগী মীনায় নাইথাং য়ানীংব্রা য়ানীংদবরা? খূৎ থাঙ্গৎনবনি। লাইবক ফদুনা অমেরিকা মচেৎ তাহৌদে। অদুবু লান ঙম্লবা মতুংদা জে ডব্লিয়ু বুথ হায়বা লীলাগী এক্টর অমনা লিঙ্কনবু লীলা য়েংলিঙৈদা কাপতুনা হাৎখি।

মায়কৈ মরিমক্তা সমুদ্রনা কোয়শিনবা অমেরিকানি। লান পামদবা কাঙবু অমনি। নাইতোম ঈংনা চীক্লা লৈনবসু হোৎনদবা নত্তে। মসিবু অমেরিকান আইসোলেস্নিজম হায়না খঙনৈ। অদুবু য়াদে। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিদদি অঙকপা ফংনা চাওখৎলকপা চাউরবা মহাদেশ ওইরক্লবনিনা তুমিন্না লৈথোকপা য়ারক্তে। অসিনা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনিমক্তা– অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪-১৮) অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাও (১৯৪০-৪৫) অনিমক্তা য়াওবা তাখি। জাপানগী নাগাসাকি অমসুং হিরোসিমাদা অহানবা ওইনা এতোম বোম থাদখি। জাপানিজ লাখ অমগী পুন্সী মাঙহনখি। সোভিয়েট রাশিয়াসু ন্যুক্লিয়ার বোমনচিংবা শাগক্লুনা লাম্বা তৌনরকপদগী অঙৈবা লান (Cold War) হায়দুনা চখরকপনা ১৯৯০ অদুৱাইদদা রশিয়ানা কম্যুনিষ্ট ষ্টেট ওইবা তোক্লুনা মচেৎ মচেৎ তাখিবদগী মতোমতা ভায়রবা পৃথিবীগী খ্বাইদগী কন্নবা শক্তি ওইদুনা চখরি। মরক অসিদা য়াওরমদবসু য়াবা, য়াম্নমকসু য়েৎনখিবা ভিয়েটনামগী লানফমদা হো চি মিনগী কম্যুনিষ্ট কাঙবুগা লানথেংনরুবদগী ১৯৭৩ দা পেরিসতা ইজ্জৎকা লোয়নবা সন্ধি (Peace with honour) তৌনদুনা অমেরিকান লাম্মী লীশীং য়াঙ্খে তরুকমুক মাঙহল্লম্লগা নাম্ছোরকই। চোপ্পীংঙাইনি। হৌজিকমকসু ময়াম্বা অহল শাদুনা চৈ পায়দুনা ৱারক ৱাতেম্বদা থৱায় য়াওদুনা চখরি। মীচৈ তারি। হুনবদি নাইদে। মখোয় মশেলসু লাউনরি।

লৌবুক, তুরেল, পাৎ, চীংশাং কয়ানা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা চাউরবা দেশ অমনি-- অমেরিকা। পৃথিবীগী চাউরবা সহরশিংগী মরক্তা শীংথানবা য়ারবা সহর কয়াসু লৈরি-- নিয়ু য়োর্ক, ছিকাগো, এলিনোইস অসিনচিংবা। মীশীংদি কোটি ২৯ মুক্তনি। ভারত্তনা কোটি ১০০ য়ৌরক্কদৌরে। পৃথিবীদা কারবারগী মতেংনা খ্বাইদগী ঈনাকখুনবা লমসু ওইরে। সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী মায়কৈদসু চাওখৎপদা খম থেংলে। পৃথিবীগী মফম পূন্নমক্তগী অমেরিকাদা লাক্লুনা লৈরনবা হোৎনরে— ইউরোপিয়ান, এশিয়ান (চাইনিজ, জাপানিজ), অষ্ট্রেলিয়ান, অফ্রিকান শুরে। হোংদোকখিবগা চঙ শিল্লকপগা চত্তুনতা লৈবা জাতি হায়বদুসু ওইরে। ময়ুম মকে হোংবসি পানবদা চাদা কুনগী হিসাবতা হোংই। ঝাদুনা তৌবা নত্তে— হেন্না খুদোং চাবা থিবা। তান্নরিবসি-- হেন্না নুংঙাইবা, হেন্না ঈনাকখুনবা, মীকোক থোংবা— নম্বর ৱান। অয়াঙবা (fast) অমসুং অহানবা (first)। অমেরিকাদা নম্বর টু কান্নদে। তৌরিবসিবু খরদং তপথবনা ফরোইদ্রা হায়রদুনা হংবা লাইরিক ফোঙনরক্রে। চঙলকপসু হিসাব অমা পানবদা চহী ৬৪ গী মনুংদা (১৮৯০-১৯৫৪) পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী চঙলকপসি কোটি ২০ য়ৌরে হায়না হিসাব পীরি। খোল্লাউদি নুংঙাইগে হায়রবদি অমেরিকাদা চৎলো। কুইদ্রিবা বাংলাদেশতগী ফাওবা চঙলক্লুনা লৈররিবসি মীশীং লাখ অমমুক শুবে।

চঙলকলিবা ধর্ম্মসু লোইনা শুরে। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি অমেরিকাদা চঙলকইবা ধর্ম্মসি মশীং থিবদা কাঙলূপ ওইনা ৩০০০ মুক শুরে হায়। জিয়ু (য়িহুদী) শিংনা কোটি ৬, মুসলিমনা কোটি ৬। চাউরাক্লা যেংবদা ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগী চাংসি প্রোটেষ্টান্ট (চাদা ৬৬), কেথোলিক (চাদা ২৬), জিয়ুইস (চাদা ৩), অতৈশিং (চাদা ১০), ধর্ম্মদা থাজদবশিং (চাদা ৫)। অঙকপা অমনা কম্যুনেল বাইওট থোক্লদনা ঈংনা চীক্লা লৈমিন্নবা অসিনি।

ক্লেমেন্ট (Clemente) হায়বা ইটলীগী নিও-এক্সপ্রেসনিষ্ট লাইয়েকপা অদুনা অমেবিকাদা ইহান হান্না চঙলকপদা লাউখি— চাউখ্রবা মফম, আত্মানা থনবা অমসুং আশানা পীক-থনবা। জাতি কয়া, ধর্ম্ম কয়া, পুন্সী মীৎয়েং মান্নদবা কয়া, হৌরকফম তিন্নদবা কয়া অমনা খৎন চৈনদনা পূন্না লৈমিন্নবা ঙমগদ্রা হায়বগী ৱাহংদা অমেরিকানা খুমলি। চপচানা যাই। কলচরগী হায়রুববদি অমেরিকাদি চহী ৫০০ মুক, চপচানা হায়রবদি চহী ৪০০ মুক্কী অঙাংনি। ইউরোপ, এসিয়াগীদি চহী ৫০০০ নি। মাঙদা চঙশিনবদনি অমেরিকানা তান্নরিবসি। হৌখিবদা য়েংথোক্লীংঙাই লৈতে (Pastlessness)। লাউবিবদি— মাঙদা চঙশিল্লু।

অমুক অঙকপা অমনা ইউরোপকী চাওখৎলবা লোন কয়ানা (ফ্রেঞ্চ, জর্মন, ইটালিয়ান, স্পেনিস) অমেরিকাদা চঙলক্লবসু পূন্নমক্না ইংরাজী ঙাঙবা অসিনি। খা থংবা অমেরিকাদা স্পেনিস লোনগীসু মফম পীয়ু হায়রকপগী পাউদি মফংই। অদুবু অকনবা খোল্লাউ নত্তে। পূন্নমক্না ইংরাজী ফজনা লোনবা তম্নরি। লোনবসু লোল্লি। মশীং য়ামখ্রবা অফ্রিকান-অমেরিকান ফাওবা ইংরাজী লোন্নরি।

পূন্নমক অসি তিন্নরকপদগী ওইরকই-- অমেরিকাগী তোপ তোপ্পা ঈশৈ, জগোয়গী মশক-- জাজ, রোক, পোপ, ডিস্কো। শান্ন-খোৎনবা (বেজবোল, বাস্কেট বোল, ফুটবোল, রগবি) কয়াসু মফম অতৈদা শন্দোরকই। হোলিউদকী ফিল্মগী জগত্তি মঙলৈবাকনি পৃথিবী পূম্বগী। অসিগী মথক্তা মচী পূন্নমক শম্নহল্লবা ইন্টর-কন্টিনেন্টেল রেলবেজ, ইন্টর-ষ্টেট হায়বেজ, সুপর রেজ, কৈথেল অচৌবা কয়াগী কলচর (Wall, outlet Wall-Mart, Value city অসিনচিংবা) চান থক্লবা ফুদকী চেনসু (Mcdonald's Pizza) অসিনচিংবা, পৃথিবী শিন থুংনা শন্দোরক্লি। পূন্নমক্কী মথক্তা পূন্নমক চপ মান্নৈ (equality of man) হায়বসিমা থাদোকপা য়াদ্রবা খোল্লাউনি। মীওইবগী নীংতম্বা (freedom) হায়বসিমসু তত্তনা লাউবিবনি।

নীংতম্বগা মান্নবগা মতম পূন্নমক্তা চৎমিন্নদে। নীংতম্বদি ফংলগা মান্নবা লৈতবা য়াওই। জাতি কয়াগী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। মান্নবা খুনাইদি লৈবগা নীংতম্বা মাঙখিবা কয়াসু লৈরি। নীংতম্বসু লৈবা, মান্নবসু লৈবা হায়বা সনাগী মথক্তা তম্ফানা থিনবগী মওং অসি ওইথোকপা য়ারোইদ্রনে হায়বসি তোয়না হংলিবা বাহংনি। অমেরিকাদা।

অমেরিকান জাতিসু চহী কযাসি খুম্নবা লাক্লরি-- চপ চানা য়াফম থোকই। অমেরিকাদা ওইথোকই। অকনবা চাংয়েং অমনি।




৩

# পেনসিলভানিয়া, দানবিল অমসুং অমিশ কাঙলূপ

অমেরিকাগা ইউরোপকা খেন্নবিবসি কদায়দনো? এশিয়া অমসুং ভাবতকী ৱাদি থমখিসি। শন্না হায়রবদা ইউরোপকী সমাজদনা অঙম অথৌ, নিংথৌ পানবা হাযবনচিংবগী মওং অসিনা হৌবনিনা মীচম প্রজাশিংসি যান্নমক হন্থনা লৈবন্থদগী মমীৎ খবা খবা পাঙলক্তুনা কাখৎলকপনি। অসুম অসুম মান্নবা খুনাইদা চঙশিল্লকপনি। থিংবদি ওইথোক্তে। অদুবু খোঙজংদি তপই। ফরাসীগী বিপ্লব কুম্বগী খোল্লাউদা (নীংতম্বা, মান্নবা, মচীন মনাউগুম অমতা ওইবা) খববুদি থুজিলহল্লি। অদুবু অমুকসু হন্থখি— মতীক চানা শেম শাহৌদবনিনা। ভারত্তসু, মণিপুবদসু অদুমঙায়। মীওইবগী অধিকারগী লান কন্না চথবি।

অমেরিকাদদি মদুগী ওন্নতৈনবনি। মখোয়গীদি মান্নবদগী হৌই। ময়ায ওইবপ্পা সমাজগী খূৎশা হৈরবা, হৈশিংলবা কাঙবুশিংনা নিংথৌগা নত্রগা পাল্লিবা সবকাবদগী ধর্ম্মগী ৱাফমদা য়ানবক্তবা অমদগী তোখাই তানদুনা অনৌবা জগৎ অমা শেম্বা হৌরকপনিনা মখোয় পূম্নমক চপ মান্নে হায়না লৌই। অচৌ পিশক, অনেম-অৱাং মপু মীনায় খাযদে। কোন্নথংদা নেগ্রোশিং চঙশল্লকপনা অমনি। অসিনা শেমগৎপসি সহবদগী হৌই। চপচাবা প্রজাগী শাসনগী মওংদা। মথং দা খবা পাকথোক চাউথোরক্লগা কাউন্টি (County) নৎত্রগা বুরো হায়রকই। অসিগুম্বা কাউন্টি ময়ান্না পুনশিল্লগা ষ্টেট অমা ওইরকই। য়ানবা মতুং ইন্না ষ্টেটশিংনা পুল্লগা য়ুনিয়ন ওইরকই। য়ুনাইটেদ ষ্টেটস ওফ আমেরিকা হায়রি।

অমেরিকাদা-- মথক্তসু পনজখ্রে হৱাইন ঈথৎশিংগা থারগা ষ্টেট ৫১ লৈ। মপুংদি ৫০ নি।

ঐহাক্না লৈজরিবসি সহরনা (মচা) দানবিল, কাউন্টিনা মোনটোর অমসুং ষ্টেটনা পেনসিলভানিয়া (শমজিল্লগা পি এ) নি। ষ্টেট অসিদা কাউন্টি ৬৭ লৈ। পাকচাউবনা স্কোয়র মাইল ৪৬,০০০ নি। মপুং ওইবা শকফমদি মহৌশাগী ফজবনি। চীংশাং কয়া, তুরেল কয়া, পাৎ কয়া (খুৎশেমগী পাৎসু য়াওনা), উমং ৱামং কয়ানা থন্না লৈরিবা ষ্টেটনি। মহৌশানা পীথোরকপগা মীওইবগী খুৎশেমগা অনিনা পূনশিল্লগা শাগৎলকপা অমেরিকাগী অৱাং নোংপোক লমদমদা লৈবা থায়নগী কমনৱেলথ ওব নিয়ু ইংলণ্ড হায়বদুগী শরূক অমনি।

ৱারীদি ফন্না নোকনীংই। ১৬৮১ দা ইংলণ্ডগী নিংথৌ অনিশুবা চারলসনা পৈশা তোনশিনবদগী শিংদোকপা ঙমদদুনা কাকর হায়বা ধর্ম্ম অদু চৎপা অঙম্বা ৱিলিয়ম পেন হায়বা নীপা অসিদা লমদম অসি পীথোকপনি। মতুংদা হাপচিল্লি হৌজিক্তি অতোপ্পা ষ্টেট অমা ওইরবা দিলারেয়ার। নীপা অসিসু অরায়বদি নত্তে। ধর্ম্ম পূন্নমক জাৎ পূন্নমক্কী মীওই কৌশিল্লি-- শেমগৎসি হায়দুনা। চঙশিল্লকই মথং মথং ইংরাজী, জর্মন, পোলস, স্বেদস, ফিন্স, হঙ্গেরিয়ান, জেক্স রশিয়ান অমসুং গ্রীক। জর্মনদি মীশীংদা পূন্নমক্কী শরূক অহুম থোকপগী অমা ওইগনি। অসিনা মফম কয়া মিংথোল্লি জর্মনগী মিংদা লৈবা-- লুইসবর্গ, হেরিসবর্গ, ব্লুমসবর্গ অসিনচিংবা। জর্মনশিংবু অসিদা দচ হায়না মিংথোল্লি। থিগৎনবদা ফংই-- খৃষ্টগী চহীচা ১৭ অমসুং ১৮ গী অদুৱাইদদি জর্মনশিংসি দচ (Deitsch) হায়না কৌনরমই। দচ হায়না খঙনরিবা হোলেণ্ডগী কাঙবুবুনা হন্থবা দচ (Low Dutch) হায়রমই। পেনসিলভানিয়াদা চঙলকপদগীদি অদুম থৈথরক্তুনা জর্মনশিংবু দচ হায়না কৌনখ্রে। অরীবা সভ্যতাগী মশক অমদি হৌজিক ফাওবা অমিশ কাঙবুনা ঙাক্লি। পেন হায়বা নীপাসিসু য়াম্নমক হৈশিংই। হান্না লৈরম্বা নেটিভ অমেরিকানশিংগা লান তৌনদনা, লমনচিংবা পৈশা পীদুনা লৈশিন্দুনা য়াম্নমক শান্তি লৈনা লমদম অসি শেমগৎলকই।

নিয়ু ইংলণ্ডগী অপূনবা শরূক্কীদি ময়ায় ওইরপ্না লৈবনা মসিবু ময়ায় থোকপা রাজ্য (key stone state) হায়না খঙনৈ। ইংলণ্ডগা শোক্লখিবা ষ্টেট ১৩ গী অপূনবা অদুগী ময়ায় তাবনি। লৌউ-শিংউবদসু মমিং চৎলি। এপল উহৈ য়াম্না থোকই হায়দুনা এপল কনট্রিসু কৌই। খুৎ-শা হৈবগী মায়কৈদসু লময়ানবশিংগী মনুংদা অমনি। য়োৎ ইস্পাতকী কারখানা কয়া লৈরমই। পৃথিবীগী ইহান হানবা টাইপ রাইটর নহা অমনা মফম অসিদগী পুথোকখি। অমেরিকাগী ইহান হানবা মেদিকেল কোলেজ ১৭৬৫ দা

ফিলাদেলফিয়াদা লিংখৎখি। ১৭৪০ বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিননা ফিলাদেলফিয়া একাদেমী (হৌজিক্কী ফিলাদেলফিয়া য়ুনিভর্সিটি) লিংখৎখি। চিদাইদা লৈবা গেটিসবর্গতা ১৮৬৩ দা অমেরিকান সিভিল ৱারগী খ্বাইদগী চাউবা অরোইবা লানফম শোক্লখি। লান্মীগী মকোক জেনরল লীনা সরেন্দর তৌখি। মসিদা পীখিবা অব্রাহম লিঙ্কনগী ভাষণ হৌজিক ফাওবা নুংদা, পিথ্রাইদা হক্কুনা মফম কযাদা থম্নরি। নীংতম্বগী খোল্লাউ (Declaration of Independence) লাউথোকখিবসু ফিলাদেলফিয়া সহরদনি। মতমদুগী অমেরিকাগী কোনুংনি। হৌজিক্তি পেনসিলভানিয়াগী কোনুং হেরিসবর্গতা ওইরে।

দানবিলদগী মাইল ৭০ মুক লাপ্পা কোনুং হেরিসবর্গ জুলাইগী তাং ১ দা কোয়রুই। ৱাংলবা দলান, ম্যুজিয়মনচিংবা কয়ানা কোয়শিনবা ফজরবা কোনুংনি। অঙকপদি অদুদগী খরা চৎলগা হার্সে হায়বা মফমদুদা লৈহৌবা চোক্লেট শাফমগী চাউরবা ফেক্টরী দুকান্দুনি- লমদম অসিবু চোক্লেট টাউন হায়নবু কৌনে। ৱাং চাউখ্রবা মমায় খুমজিনবা মূর্তি অমনা চঙশিনবদা খুৎশোক্লে। পৃথিবী পুম্বদা শন্দোকখ্রিবা চোক্লেট অসি মসিদগী থোকখিবনি। গাডী মচা অমদা তোংহন্দুনা মনুংদা চোক্লেট শাবগী অহৌবদগী অরোইবা মশক ফাওবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা উৎলি। য়েংখিবদা চোক্লেটকী চোক্লেট ঙাক্তা। চাউখ্রবা মফমনি। পেনসিলভানিয়াদা পোকপা মিলটন হার্সে কৌবা অমনা ১৮৫৯ দা হৌদোকখিবনি হায়। মদুদগী কারকপা আয়না মেদিকেল কোলেজ অমা ফাওবা লিংখৎলে। মমিং চৎলবা হোটেল হার্সে লৈরে। চাউরবা পার্ক অমগা লোয়ননা।

পৃথিবীদা মমিং চৎলবা অমেরিকাগী য়ুনিভর্সিটি খরা লৈ। হার্বার্দ য়ুনিভর্সিটিনা মেসাচুটিস ষ্টেটতা, কোন হোপকিন্সনা নিয়ু জর্সিদা, কলম্বিয়া য়ুনিভর্সিটিনা নিয়ু য়োর্কতা। য়েংজনবগী খুদোংচাবা ফংলক্তে। অদুবু মমিং চৎলবা ষ্টেট য়ুনিভর্সিটি ওব পেনসিলভানিয়া (ষ্টেট কোলেজ এরিযাদা), বকনেল য়ুনিভর্সিটি (লুইসবর্গতা), অমসুং ষ্টেট য়ুনিভর্সিটি ওব নিয়ু য়োর্ক (বফেলোদা) অহুম অসিবুদি মনুংদা চঙদুনা কোয়চৎ চক্তুনা য়েংনজবগী খুদোং চাবা ফংজরকই। ওহ্থোক্লা চাউনা ঙক্লা মখল মখলগী দলান কয়ানা পার্ক, ম্যুজিয়ম, লাইব্রেরী, শান্নবুংনচিংবা কয়া য়াওনা লৈরমই। বেজবোল শান্নবদা ফাওখিবা ছাত্র অমগী মমিংদা কখোকপা লমজেল অমসুং বেজবোলগী ষ্টডিয়ম (বকনেল য়ুনিভর্সিটি) অদুমতং য়েংবদা ওক্লে। পৈশা পায়বা কয়ানা কখোকপগী শরূক চাউখ্রে। দিল্লীগী জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটিদফাওবা শান্নবগী ষ্টডিয়ম থম্বা ঙমদ্রি। ঈনাকখুনবগা লায়রবগা খেন্নবা অসি ওহ্থোক্লা চাউখ্রে। শান্নবদা পুমঙাও ঙাওবা লমদমসিমা— অমেরিকানি। য়াম্নমক কন্না তান্নদুনতা লৈবা লমদমনিনা মশাদবু

মেরিট লৈত্রবদি অফবা য়ুনিভর্সিটিদা চঙবগী আশা শুপলৈ লৈতে। পৈশাসু য়াম্না খরচ তৌবা তাই। অদুবু অমুকসু ছাত্র মশাগী মেরিটনা য়ুনিভর্সিটি ফাওহল্লকপরা নত্তুগা য়ুনিভর্সিটিগী মপানদগী অফবা ছাত্র পুথোকপরা হায়বগী অকনবা দিবেটসু হৌজিক হৌজিক খবরদা ইনরি। ওঝাগী হায়রুরবদি নোবেল প্রাইজ ফংলবা প্রোফেসর কয়া (ভারতকী অমর্ত্য সেননা হার্বার্দতা) অমেরিকাগী য়ুনিভর্সিটিশিংদা লৈরি।

দানবিল (Danville) হায়রিবা সহরসিনা ১৭৭৪ দা লমদম অসিদা পোকপা জেনরল বিলিয়ম মোন্টগোমরীনা একর ১৮০ গী লম লৈদুনা শাগৎলম্বা মফমনি। অপলাচিয়ান চীংশাং পরেংগী শরুক খরনা কোয়শিনবা সসক্কেহানা তুরেলগী (ওছোক্লা তাবদা নুংশিখ্রে— রেদ ইন্দিয়ানগী ৱাহৈনি। অর্থদি কোয়রৈ লৈশিনবা ফজরবা তুরেল) মপান্দনি। জেনরল অসিগী মচানীপা দেনিয়েল হায়বা অদুদগী লৌদুনা দানবিল (দানগী খুঙ্গং) হায়না থোনখি। কয়লা, য়োৎকী কারখানা লৈরমই। অমেরিকাদা শন্দোকখিবা টি-রেইল (১৮৪৫) হায়বা রেলরেগী লম্বীদু অসিদগী হৌখি। হৌজিক ফাওবা শরুক খরদা মিটব গেজ ওইনা পোৎচৈ পুনবা ট্রেন চেল্লি। মী তোংবগীদি কারনা শিনখ্রে। নুংশি চাংয়েংদা আত্মাঘাট তৌদুনা শিখিবী মেদাম মোন্টোরদগী লৌদুনা একর ৮৩২ গী লমদমসি মোন্টোর কাউন্টি কৌদুনা লৈরে। থায়নদি ওপেরা হাউস ফাওবা লৈবমই। ১৯৬১ দা লিংখৎখিবা মমিং চৎলবা গাইসিংগার মেডিকেল সেন্টব মফম অসিদা লৈ। মফম অসিদা লায়েংবা (অতোপ্পা মফম অমদগী হেলিকোপ্টরনা অনাবা পুবক্কুনা বিলদিং মতোন্দা তাবৈ), তম্বীবা অমসুং রিসার্চগী চাউরবা মফম লৈ। মফম অসিদা খৃষ্টোফর সোলর্স কৌবা ছাত্র অমনা ১৮৬৮ দা টাইপরাইটব পুথোকখি। ইংলণ্ডগী মমিং চৎলবা উপন্যাস ইবা চার্লস দিকন্সনা মফম অসিদা হি তোংদুনা শান্নরমই হায়বগী চাউথোকচবা লৈ। হৌখিবা জুলাইগী তাং ২৪ দা মফম অসিদা শীনখিবা য়োৎকী নীংশিং মেলা (Iron Heritage Festival) দা শরুক য়ারুই। ইতিহাসকী পোৎ চৈ কয়া উৎপা কাসলগ্রোভ অমসুং কেথোলিক লাইনীংবীশিংনা লিংখৎপা (স্লোভেক প্রজাশিংগী তেংবাংগা লোয়ননা) ভিল্লা সেক্রেদ হার্ট হায়বা মফমদা লৈবা সেন্ট সিরিল একাদমী অমসুং বেসিলিকা (Basilica) চেপেল চঙলকই। কথোকপগী অঙকপা মশক অমনি। লম্বোইবী ঙাক্তনা শাগৎচবনি।

ঐহাক্লা থা ৬ মুক লৈগদৌরিবা দানবিলগী জগাসি ইম্ফালগী বাবুপাড়া মাল্লি। ভিক্টোরিয়ান য়ুমশাগী ষ্টাইলদা কার্দ বোর্দকী মথক্তা উপাক্লা কৃপশিনবা (য়োৎনচিংববুদি য়াওবা) পীক্তক তৌবা য়ুমশাশিংনা নুমিদাংৱাইরমগী কোয়থোকপদা ঐবু তরাম্না ওকপি। য়ুমথোঙ খুদিংদা কার অমা নত্তুগা অনি থম্মে। ৱারী শানবা য়াবা খোঙনা

চৎপা মী পঙউ-উদে। করিগুম্বা লৈরক্তা থেংনরবসু— "হাই" হায়না কৌনবদগী হেন্দে। য়ুমলোম্নরিবশিং ফাওবা কনা কনানো খঙদে। চাউখ্রবা হোটেলগী কা অমদা লৈবদৌনা তৌই। গীর্জাশিংগী অমসুং মীওই খরগী অবাংবা চেক্কী দলান কয়া লৈতববুদি নত্তে। মী খরা য়াম্না খোঙনা অমসুং বসনা চৎপসি নিয়ু য়োর্ককী সহর মনুংদতা থেংনৈ। অতৈ মফমশিংদদি কারদগী কুমথরকপা, কাখৎলগা চৎখিবা ঙাক্তনি। মেলাদা ময়াম থেংনবদুনা অমনি। মদুসু অয়াম্বনা কারদা লাকপা ঙাক্তনি। পীক্তক তৌবা কৈথেল অমসু লৈ।

য়াম্নমক ঈংব. শান্তি লৈবা মফমনি— দানবিল। মসিগী মরমদা ইবা নুপী অমনা হায়খি। চরাঙনবা জাগাদা নুংথিলগী মতমদা কোয়দৌমখৈ কোয়বীরুরো। অদুবু মফম অসিদা অমুক হঞ্জিনবীরকউ। শান্তি থেংনবীগনি। অচুম্বনি। মসিবু চপ চানা খঙবসি নিয়ু য়োর্কতগী, ৱাশিংটনদগী, ফিলাদেলফিয়াদগী হল্লকপদা খঙই। কারগী মখোল ফাওবা ইতা তাদে। খোংলবদি ড্রাইভর অদু শাউরবনি হায়না লৌই। কারগীবুদি অহীং নুংথিল নাইদনা চেল্লিবনি। মরক মবক্তা অনকপা পার্কতা মশা মশাগী চৌক্রি পুনরক্লগা ঈশৈ তাবা লাকনৈ। মীশীংদি চনি চহুমদগী হেন্দে। লৈকায় অমগুম্বা সহর মচানি।

পেনসিলভানিয়াদা অমেরিকা অমসুং মপানদগী চাউরাক্লা টুরিষ্ট কোটি ৫ মুক্লা (চহীদা) লাক্নুনা য়েংনরিবা কাঙলুপ অমদি অমিশ হায়রিবসিনি। জুলাইগী তাং ৩ দা লাঙ্কাষ্টর হায়বা মফমদুদা (কাউন্টি) ষ্টেটকী ওইবা ইতিহাসকী ম্যুজিয়ম অমা য়েংলুরবা তুংদা (মদুদসু অব্রাহম লিঙ্কননা মচীন মখূৎ লেঙদুনা গেটির্সকা এদ্রেশ তৌবগী মশক অমসুং অমিশ কাঙবুগী কৈ (বার্ন) পূল্লপ হৌদুনা শাবগী মওং উৎলি) অমিশ লমদমদা পুশিল্লি। ফীজেৎ লাকচেৎ ময়ামদগী তোঙানবা, শগোল গাড়ী তোংবা মরোলসু ইংরাজী ঙাঙদবা, পূম্নমক্তগী তোঙানবা মীশক খরা লম্বীদা থেংনৈ। মখোয়গী লমদসু কারনা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা য়ূমলৈ কৈরৈ অমসুং শাজৎ পূম্নমক কোয়চৎ চত্তুনা য়েংই। কারগা কারগা অসুক য়াম্না লাঙখ্রবা অমেরিকা অসিদা কাঙলুপ অসিনা চত্থরিবা শাজৎ অসিসু অঙকপনি। ময়ামদগী পূমতোং তোংঙাল্লি। মখোয় ময়ামসি স্কুলদা কাদে। লাইরিক ইতম তমদে। ভোট থাদদে। খাজনা পীদে। টেলিফোন থমদে। ইলেক্ট্রিক য়াম্নমক লীক্লা শীজিন্নে। কার তোংদে। শগোল নত্ত্রগা শগোল গাড়ী তোংই। পোৎ পুনবা ওইরগনা গধা শীজিন্নে। মখোয়গী মরমদা রিসার্চ তৌদুনা ইবা লাইরিক কয়া থোরক্লে।

অমেরিকানা অহোংবা পামই। মখোয়না পামদে। ষ্টোকতা, বোণ্ডদা পৈশা শাগত্তুনা, ইন্সুরেন্স য়াওদুনা ঈনাক হেন্না হেন্না খুনগৎপা অয়াম্বনা পামই। মখোয়না শুকপাম পামদে। নুপীগা নীপাগা অধিকার মান্নফম থোকই হায়বগী আন্দোলন চৎথে। মখোয়না মদুদা থাজদে। ফীজেৎ লাকচেৎ থায়নদগী শুকহোং হোংদে। য়ুম্বান কৈবান ১৭ শুবা শতাব্দীগী মওংদা অদুম কায়হন্দনা থমই। করি অমুক হায়গনি– নীপাগী ফূরিৎতা কুদাম পান্দে। নেকটাই বোটাই শীজিন্নদে। নুপীশিংসু তোপতোপ্পা ফীজেত্তা, ময়ূম পাল্লগনা অমুবা মচুদা পান্দ্রগনা অঙৌবা মচুদা শেত্তুনা লৈ। অদুদি নোকপদি হৈত্রবরা? মদুমক্তি নত্তে। মখোয়গী চূনবা থায়নগী মওংদা নোকই লাণ্ডই। মখোয়না পাল্লিবদি চপ চানা করিনো?

বাইবলনা হায়বদু চপ চানা ইনবা। ইমুং মনুংদা চপ চানা নুংশিনবা, মীপান তাংদবা, থবক কন্না শূবা, লৌউ-শিংউবা। স্বর্গগী লৈবাক হায়বদু মালেম অসিদা পুরকপা। খ্বাইদগী অকনবা সোসিয়েল সেক্যুরিতিদি– নুংশিবা। গীর্জা হায়বা নাইদে। ময়ূম ময়ূমদা ওই। চাউরাক্লা অমিশ লাখ অমগা মখায়গী শাগৈ ২২৫ মুক্লা অমেরিকাগী ষ্টেট ২২ দা অমসুং কানাডাগী ওন্টেরিও হায়বা মফমদা খুন্দাদুনা লৈ। লাঙ্কাষ্টার হায়বা মফমসিদনা খ্বাইদগী কূংনা তাদুনা লৈরি। বাইবলনা হায়– ময়ামদুদগী থোরক্লো অদুগা তোংঙান্না লৈরো। মসিমক্লি অমিশশিংনা রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী মায়কৈদা চপ চানা চৎলিবসি। ময়ামগা শন্নদবা হীরম পূন্নমক্তা। মখোয়গী ব্বারীদি করিনো?

খৃষ্টগী ১৬ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা কেথোলিক্কী মরক্তগী চোংথোক্তুনা অহোংবা পাম্বা কাণ্ডলুপ অমা অন-বেপটিষ্ট হায়না মিংথোন্দুনা মার্টিন লুথরগা শাগোন্নরকই। চহী নৌনা বেপটিজম পাম্বা কাণ্ডবুনি। মতম অদুগী লৌমীগী লান হায়না খঙনবা অদুদা অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মীওই লীশীং ৫০ মুক হাৎখি। মদুদগী মখোয় চপ চানা অহিংসা নীতি চৎখি। মসিনা মথংদা ওইরকই– মেনোনাইটস/মেনোসাইমন্সকী লমজীং মখাদা। ব্রদরলি য়ুনিয়ন হায়বনচিংবা মিংথোলসু লৌরকই। খ্বাইদগী তোখাইবদি পামলে। অসুন্না ওৎপী নৈবীবদগী লৈবা য়ারক্তদুনা নেদরলেণ্ড, জর্মনী, পোলেণ্ড, য়ুক্রাইন, রশিয়া অমসুং সুইজরলেণ্ডদগী মখোয় পূন্নমক্লা অব্বাং অমেরিকা তন্না লাকই। মখোয়সিবু মেনোনাইটস হায়না খঙনৈ।

মখোয় মশেলসু অমুক পঙকায়দা কায়নৈ। করিসু লৈতবা অমদগীসু চঙনদে। অদুবু বাইবলগী অর্থ তৌনবগী মতাং অমা লাক্লে। বাইবলনা হায়রি– কনাগুম্বা অমনা মীগা তিন্নবা য়াদ্রবা, য়ু তোয়না থক্লবা অদুগা মীঙোন্দগী মুন্দুনা চারবদি মহাক্লা চামিন্নগনু। মেনোনাইটশিংনা মসিবু চপ চানা তিন্নগনু হায়বা নত্তে। ব্বাখলদা হায়বা

বানি। মরমদি যিষু খৃষ্টসু ওক্তবীশিংগা পাপ চেনবশিংগা চামিন থকমিন্নখি। মখোয়গী মরক্তা লুচিংবা ওইনা তৌবা জেকোব অমেনন্ হায়বা অমনা কন্না য়েৎলি-- চপ চাবা অর্থদা লৌগদবনি। হায়রিবশিংদুগা শুকতিন তিন্নরোইদৌবনি। মহাক মহাক্কী কাগুবুগা লোয়ননা ময়ামদগী থোরক্লে।

হায়রিবা অমেনন্ হায়বা অসিদগী অমিশ হায়বা কাগুলুপ অসি থোকখি। ১৭২০ গী অদুবাইদা সুইজরলেণ্ড থাদোক্লুনা পেনসিলভানিয়াদা য়ৌরকখি হায়। মখোয়সিবু অরীবা অমিশ হায়না খঙনৈ। মখোয়দুনি লাঙ্কাষ্টরদা খুন্দাদুনা লৈরিবসি। অহানবদদি ৫০০ মুক্কা লাকই। ১৮০৭ কী অদুদদি চপ চানা মশীং য়াম্না খুন্দাররে। অমিশ হায়না খঙনরে।

হৌজিক ফাওবা মখোয় ময়ামদগী তোখাই তানা থায়নগী পুন্সী মরেন্দা চপ চানা হিংনবা হোৎনরি। থায়নগী কোল-লীক শূবা ফাওবা চৎনরি। ইন্টরনেটকী যুগসিদা ময়ূমদা টেলিফোন পুশিন্দে।

থোরকলিবা বাহংদি-- কয়া কুইনা অসুন্না তৌদুনা হিংবা ঙমগনি। পাউখুমগীদি ঙাইবা তাই। হংবদি হংলিবনি।

পেনসিলভানিয়া ষ্টেটকী খ্বাইদগী চাউবা সহরশিংদি অহুমনি-- ফিলাদেলফিয়া, পিটসবর্গ অমসুং হেরিসবর্গ। ফিলাদেলফিয়ানা হান্নগী অমেরিকাগী কোনুংনি। অমেরিকানা নীংতম্লবা মতুংদা বাশিংটনদা কোনুং হোংখিবনি। পিটসবর্গনা কল-কারখানা অমসুং লম্লোন ঈতিক্কী চাউরবা সেন্টরনি। হৌজিক ফাওবদা লম্বী-থোং অমসুং মৈঙানগী ফজবা লৈরি। হেরিসবর্গনা হৌজিক্কী কোনুংনি। অবাংবা দলান্নচিংবা কয়ানা লৈতেংই। অসি নত্তবা হস্থরপ উবা অতৈ সহর খরসু লৈরি। মপানগী টুরিষ্টশিংনা থায়নগী পুন্সীগী শক্তম অমবু য়েংনবা কোয়তান তান্নরিবনা মথক্তা তাকচপ্রবা লাঙ্কাষ্টর কাউন্টিগী অমিশশিংগী লৈফম অসিনি।

ডিসেম্বরগী তাং ৫ দা লমকোয়বা য়েংবগী অরোইবা খোঙচৎনি। দানবিলদগী কারনা পুং ৪.৩০ মুক থৌরগা য়ৌবা মফম-- নিয়ু জর্সি হায়বা ষ্টেটকী মনুং চনবা আটলান্টিক মহাসাগরগী মনাক্তা লৈবা আটলান্টিক সিটি হায়বদুদনি। লম্বীদা হন্দক্তি ফিলাদেলফিয়াদা চঙদুনা অমেরিকাগী নীংতম্বা লাউথোকখিবা (Declaration of Independence) অদুদা খীংখিবা চাউরবা শরীক অমা চেকশিন্না থম্বদু উরকই। টুরিষ্ট কয়াসু লাক্লমই। নীংতম্বগী মূর্তি ওইবনা পুম্নমক্কী থম্মোয় চিংশিল্লি। মনাক্তা জর্জ বাশিংটনগী অরেপ্পা ব্রোঞ্জগী মূর্তি অমসু লৈরমই।

মথংদা য়ৌরে সমুদ্র মপাল আটলান্টিক সিটিগী। জ্বার কাববুদি হান্নসু থেংনখ্রে। পোণ্ডিচেরীদা, বোম্বেগী, মাদ্রাজগী সমুদ্র মপানদা। কুমথবা য়ানবা শীল্লমই। বাংলবা দলান কয়াগী মমাঙদা কোয়চৎ চৎনবা খোঙলম্বীসু লৈরমই। অদুবু কার লীশীং কয়ানা অহীং নুংথিল নাইদনা চেনশিন্নরকইবদি কেশিনো শান্নবনি। জুৱারনি। অঙকপা মৈঙান্দা, দলান মথোল কয়াদা, চাউরবা কা কয়াদা মখল মখলগী মশান্না শান্নদুনা দোলার কোটি কয়া হুন্দোকনবনি। ফংনবনি। অসিনা মফম অসিবু কৌই অমেরিকাগী শান্নবুং (America's Playground), পৈশাগী মহাউনা অহীং নুংথিল পোখাহন্দবনি। থেংনরকই স্কাইস্ক্রেপর– হিলটন, ট্রম্পকী (বিলিয়নপতি দোনাল্ড ট্রম্পনি অমেরিকাগী) দলান অমসুং প্লাজা। দলান অহুমখক চঙশিন্দুনা য়েংলুই আইননা য়াদুনা শান্নরিবা জুৱারগী মখল কয়া। হায়নৈ- মসিদগী হেন্না চাউবা লাসবেগাস হায়বা মফম অমসু। ঐখোয় পূন্নমক পৈশা খরা কৎচরমই।

হন্দক্কী অমেরিকাগী খোঙচৎসি নিয়ু য়োর্ক চঙলকপদা তরান্না ওকপী– ষ্টেচ্যু ওব লিবর্টিনা। নুমিৎ অসিগী অরোইবা খোঙচৎসিদনা আটলান্টিক মহাসাগর অমসুং আটলান্টিক সিটিগী স্কাইস্ক্রেপরনা বিদায় তৌবীরকই। নীংতম্বনা হৌরগা নুংঙাইবনা লোইশিনবা।

ৱানা থোরকই। মরৈবাক্কীদমক সহীদ ওইখ্রবশিংদা শ্রধাঞ্জলি কৎচরি।

# ৪

# মণিপুরীশিংগী মরক্তা

মণিপুরী কনানো? হৌজিক্তি তশেংনমক নৈনফম থোক্লে। অমেরিকান কনানো হাযবসিগী নৈনবা হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দ্রি। অফ্রিকাদসু হৌজিব (মপূং ওইনা খা অফ্রিকাদা) হান্ননা খুন্দাদুনা শাসন পাযবম্বা ইউরোপিযানশিংনসু ঐখোযবুদি অফ্রিকান কৌরোইদ্রা হাযদুনা মরৈ যেৎপা হৌগৎলক্লে। মণিপুরদসু বিষ্ণুপ্রিযা মণিপুরী বাথোক্তগী ভারত পুম্বদা বিষ্ণুপ্রিযাশিংদি মণিপুরী নত্তে হাযবগী খোল্লাউ লৈরে। কেশ ফাওবা তৌদুনা ভারতকী সুপ্রীম কোর্ট যৌনবে। চহী কযাগী শাংলবা বাবী থৌদোক লৈনবে। বিষ্ণুপ্রিযাশিংনদি হাযবি-- বিষ্ণুপ্রিযা লোন (মণিপুরী লোনগা শাগে তিন্নদবা) লোনবা মণিপুরীনি ঐখোযদি। পাক হেক তাইশিন্নবা লুগদৌবি। মণিপুরদা লৈবম্বা বিষ্ণুপ্রিযাশিংদি মণিপুরী লোনদা মপা মপুশিংদগী ভাঙনবক্লবনিনা চারোন মৌরোন্নদুনা চপ চানা মণিপুরী ওইবে। তৌববুদি শলাই ৭ না পূনশিন্দুনা যানদুনা মৈতৈ কৌনখ্রবনি। মৈতৈ পামোন মৈতৈ পাঙন লৈরে। পূম্নমক অমতা ওইবে।

অমেরিকাদা চাউনা লৈরিবা স্পেনিস লোন লোনবা কাঙবুসি (Latinos) ইউরোপকী জাতি কযানা পূনশিংদুনা ওইরিবনি। জাতি অমতা নত্তে। অদুবু লোনদি চপ মান্ননা ভাঙই। অমেরিকান ইংলিশসু অদুওম্বনি। যিহুদীশিংসু (জিউ) পৃথিবীদা চাইনা লৈ। অমেরিকাদসু কোটি ৬ মুক লৈদুনা লপ্লোন ইতিক্তা চাউববা থৌদাং যাবি। অদুবু ইজরাইলদা লৈবদা নওনা মফম পূম্নমক্তা লৈরিবা যিহুদীশিংসি মশানা খনজৈ-- ঐখোযসু জিযুনি। মতেং পাংনৈ। ভারত্তা, বাংলাদেশতা, ম্যানমা(হান্নগী

ব্রহ্মদেশ) দা মণিপুরী লৈরি। হৌজিক্তি অৱাং অমেরিকাদসু (য়ুএস অমসুংকানাডা), জর্মনীদফাওবা মণিপুরীশিং লৈরে। লোননা লিচিং অমতা ওইদুনা হৌজিক্তি মণিপুরী কৌরে।

নুংঙাইরবা ৱাফম অমদি থোরকই। অমেরিকাদা পোকপা মণিপুরী মচাশিংসিনা মমারোল লোনদদুনা অমেরিকান ইংলিশনা মমারোন ওইখ্রবনি। মণিপুরীনি হায়গদ্রা? নত্তগা অমেরিকান ওইখ্রে হায়গদ্রা? মণিপুরী-অমেরিকান কৌগদ্রা?

জুলাইগী তাং ৪ দা পেনসিলভানিয়াগা থংনবা নিয়ুজর্সি ষ্টেটতা *নামা* (নোর্থ অমেরিকান মণিপুরী এসোসিয়েসন) গী ৮ শুবা চহীগী মীফম ফমই। ফিলাদেলফিয়া ফাওদোক্তুনা চৎলি। নৌনা লাকপগা ওইবগা লম্বীগী তৌরমলিবা মতৌদা পূমঙক ঙকই। অমেরিকাসিদি লম্বীগী লম্বী ঙাক্তনি। মতেক অমা পৈশা লৌবা লম্বীসু লৈরমই। চৎখিবগা চংঙকপগা কারগী কার ঙাক্তা। পুং ৪ মুক্কী কারগী খোঙচগু মরক্তা চাফম থকফম পোখাফম লৈ। উমং কয়া ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীদু ডিমাপুর লম্বীদা চৎপদৌনা ঙাইহাক্তা মপান থোকখিসি হায়দুনা খাম্বা য়াদে। বাথরুমদা চপচানা চঙবা নত্তনা। থেংনরবদি দণ্ডি তৌই হায়। মেপ ফাক্তোক্তুনা চঙফমগী মায়কৈ থিরবা ফাওবদা নিয়ুজর্সিদা রিতা জৱাহরলালগী ময়ূম থিবদা গাড়ীসি ফনা কুইনা লৈ লৈদুনা লৈ। কোম্থুংদদি থেংনরকই। লৈখিদ্রবা নুংশিখ্রবা মণিপুরগী কম্যুনিষ্ট নেতা ঐহাক্কী মরুপ থোকচোম বীরগী মচানুপীনি। খা ভারতকী মীশক অমদা য়ুম পান্দুনা (মবানিমক ইঞ্জিনিয়রনি-- রশিয়াদা থেংনরম্বা তাই) মচা পোক্তুনা লৈরে। নীপাদুসু য়াম্নমক চেকশিন্না শীনবা লাঙবা য়াওই। শাখ্রবা নুংশাদা পার্ক মচা অমগী মনাক্তা লৈবা কম্যুনিটি হোল অমদা চাক চানৈ। মিটিং তৌই। নীপাশিংনা নামা য়েকপা টি-শার্ট অমমম লীৎলি। ভাষণ পীনবদদি অমেরিকান ইংলিশতা তৌনৈ। ঐহাকমকসু মপান কয়া থোক্ত্রিবনিনা লৌশিনবদা ৱাবা য়াওই। লাইরিক হৈবা হায়বসি কনাবুনো? পেরিসতা রেষ্টোরাদা চাবদা খুদোনবী শীজিন্নদুনা পোৎ মশক তাকই। মরোল থোক্তে। খঙদে।

কানাডা অমসুং য়ুএসতা লৈবা মণিপুরীশিং পুনশিল্লগা শেম্বা নামানি। নোর্থ অমেরিকাদা লৈরিবা মণিপুরীশিংসি চাউরাক্না ১০০ মুক্তি শুরগদ্রা হায়নৈ। লোইনমকসু মেম্বর ওইদ্রি। জগোয়গী গুরু অমদি বার্ত্তন তৌরুবদা মমারোল কাউরক্লে হায়বকই। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংদি হৌজিক্তি য়াওদ্রে। চপ চাবা ইমুং ওইনা লৌরবদা ৪০ মুক্তি ওইবা য়াই। নামা ন্যুজ লেটর হায়দুনা চহীগী বুলেটিন ফোঙই। হৌখিবা মীফমনা নিয়ু য়োর্কতনি। সভাপতিদি জাপাননচিংবা য়ৌরুরবা প্রোফেসর এ সুরজলাল শর্ম্মানা (মণিপুরগী

বামোন লৈকায়দগীনি) ওইখি। হন্দক্লা জুপিটর য়াম্বেম (উরিপোক্তগী)নি। মেম্বরশিংদি থাপ্লবা কালিফোর্নিয়াদা লৈবা, ভর্জিনিয়া অমসুং কানাডাদা লৈবা য়াওরি। কারদা নুমিৎ নিনি চঙনা লাক্লবা য়াওরি। মমা লমদমবু কাউদনবা অমসুং অৱাবদা শরুক য়াননবা (নুংঙাইবদসু) লিংখৎপা জাতিগী ওইবা সংস্থাননি। কলাকার, এয়রলাইন্স, ইন্সুরেন্স, ডাক্তর, সাইন্টিষ্ট, হোটেলদা থবক তৌবা, সেক্যুরিটিদা লৈবা, ফিলমনচিংবদা থবায় লুপ্পা, ইঞ্জিনিযার অমসুং সমাজসেবী জাত-শুনা য়াওরে। হৌখিবা চহীদা মণিপুরদা চখরিবা হুমেন রাইটসপু শীংনবগী অকিবা মশক্কী মরমদা নৈনৈ। ভিদিও ফিলমনচিংবা উৎখি। হন্দক্লা চাউং'োকচনিংঙাই ওইরবা ৫ শুবা নেসনেল গেমস মণিপুরদা চখখিবগী ফজত্রবা মশক অমসুং লোক্তাক্কী ফিলম (অনিমক্কী দাইরেক্টর-য়াম্বেম লাবা) উৎপগা লোয়ননা তাঙনা ফংলবা সনামচা মাঙখিবগী মতেক অমগা (মতম অদুদা লাক্তুনা নমখিবনি) লোযননা উৎলি। হৌখিবা চহীগী নিয়ু য়োর্কর্কী উৎসবতা ঙা থোংবা, আলু কংমেৎ অমসুং শিংজু য়াওখি। থাবল চোংবনা লোইশিনখি। হন্দক্লা দিলীপনা ইবোনবগী মথেল ঙমই। ঙাগী মথেল (শাসু য়াওরম্বা য়াই— খঙদ্রে) যান্নমক হাউই।

ভাষণ শাংনা পীনদে। ইনফোর্মল ওইনা শীল্লি। ঐহাকপুদি ইকাইখুন্নরবা অতিথিগী হিসাবতা ওকপীবগুম্বা মওং অমসু তৌই। মণিপুরী জগোয়গী ৱাশিংটনদা লৈরিবা ওঝা— নবঘনবুসু (মহাক্কী লোযনবী কলাকার— খৃষ্টেল ষ্টিভেন্স) সন্মান তৌই। ভাষণদি ওঝা ওইরকপগী হৌনবা— মিনিট ৪০ মুক ঙাঙথোকখ্রে। মীওইবগী ওইরক্লিবা ফীবমদগী হৌরগা মণিপুবী জাতিদা চঙখ্রিবা— ভারত্তগী ঙাক্তসু নত্তনা, টিব্বত চীন অমসুং থাইলেণ্ড (টাইলেণ্ড) গী সংস্কৃতিগী মশকশিংদু চাউবাক্লা খঙহনখি। অসুন্নসু লোইশিনখি— ঐহাক্লা মণিপুবী কলচরবু থির-থিরা অসুম খঙদবসি হেনজিল্লক্রে। তশেংবমক অচুম্বনি। মথংগী চহীগীদি হান্নগী সভাপতিনা অদুম লৈরগা সেক্রেটরী জেনবলনা ১৯৮২ দা মণিপুব থাদোকখ্রবা ফিলম অমসুং মাস মিদিয়াদা ঙাওরিবা মহারাজ কুমারী বিনোদিনীগী মচায়াইমা— সোমীনি। নিয়ুয়োর্কতা লৈ।

অমেরিকাদা চৎনবী অমা লৈ। ময়াম তিন্নবদা নহাক করি থবক তৌরি হায়বসি হংনদে। মনুংদা খঙনবনা অমনি। থবক অমবু তৌরিমখৈদি লৈম্নে— উকিলদগী হৌবদুনা হোটেলদা কপ চাম্বা ফাওবদা। মহাত্মা গান্ধীগী উকিল অমগা শমককপা হাজাম অমগা চপ মান্নফম থোকই হায়বদু নীংশিংলকই। থবক ফংদ্রে হায়বদনি চোপ্পরিবা। অসিনা ঐহাকসু তিল্লরিবা ময়ামসি করি করি থবক তৌরিবগে হাযবদু হংনরুদ্রে। ঐহাকসু থবক তৌদ্রবনি। মনুংদবুদি খরা খরা খঙলকই। অদুবু মথক্তা পনখিদ্রিবা নামাগী মেম্বর খরগী মিং ফাওবদি পনবা য়াইনা। রাজেশ্বর লাইশ্রম

(ভর্জিনিয়া), রাজু শর্ম্মা (নিয়ু য়োর্ক), কে ধৃতকুমার সিংহ (নুপী-- সুশীলা, নিয়ু য়োর্ক), সত্যজিৎ সিংহ অশেম (বাংলাদেশ), ললিত পুখ্রম্বম (ককচিংদগী), এন চরৎচন্দ্র, অনুরূপ রাজকুমারী, খিলটন নোংমাইথেম (থাঙ-তাগী ওঝা, নিয়ু য়োর্ক), শোণী (লোইনবী-- কলাকার শান্তি, কানাডা), অনীল সিংহ (বাংলাদেশ-- নিয়ু য়োর্ক) অসিনচিংবা। চপ চানা য়াওদ্রিবা ডাক্তরনচিংবা খরসু মপান্দা লৈরি।

মীতিন অসিদা নীপাগীদি টি-শার্ট ওইখ্রে (ঐহাক্কীদি ফৈজোম-- অমুক্তনি ঐহাক্কা থা ৬ লৈবসিদা শেৎলিবা)। নুপীগীদি-- ইউরোপিয়ান, অমেরিকান, ইয়ান য়ান্নরবনিনা ফনেক্ত গী হৌরদুনা জীননচিংবা জাৎ শুরে। চাবদংদি মোরোক চাবদা মণিপুরী ওই ওইদে হায়বগী চাংয়েংনি। মৈতৈনি হায়দে। অমেরিকাদবু লৈরক্লবদি লমদমসিগী চৎনবী খরসু ময়াওরকই। নীপা অমদি (মমিংদি পঞ্জরবোই) মহাক্কী লোয়নবী (লুহোংঙদনা মতম খরা লৈমিন্নরিবী) অমগা চেজেৎ কোনশিন্নরকই-- মীয়াম মমাঙদা। অয়াম্বনা মায় লৈথোক্লে। চোপ্নদে। মণিপুরদা ওইরবদি।

খূদোলপোৎ ওইনা ঐঙোন্দা অমেরিকাগী অইবা ২০০ মুক্কী লাইরিক্কা কোন্ননা মশক তাকপা, চাউখ্রবা লাইরিক অমা (Masterpieces of American Literature) পীরকই। মদু ঐঙোন্দা তশেংনমক মীৎ পাঙথোহনবা ওইনা কান্নখি। নুংথিল পূং ৫ গী অদুরাইদদি দানবিলগীদমক যাত্রা তৌরকই। কাইনথংদা দিলীপকী ভিদিওদা য়েংবদা খঙজরকই-- রা শাংনা ঙাঙমনখ্রে।

আগস্টকী তাং ২৯ দা অমুক রাশিংটন লোমদা চৎলি। হন্দক্কীসিনা লম্বী অমনি। হেক কানথোকপদা রাশিংটন য়োরবা মেরীলেণ্ড হায়বা ষ্টেট অদুগী মেরীলেণ্ড য়ুনিভর্সিটিগী কোলেজ কেম্পসতা লৈবা গুরু নবঘন সিংহ (অমসুং লোয়নবী কলাকার-- খৃষ্টেল ষ্টিভেন্স- জর্মন নিঙোলনি) গী মণিপুরী জগোয়গী সংস্থান "নৃত্যরঙ্গম" না ঐহাকপু ওকপগী সভা অমগী বার্ত্তনৰ্নি। পূং ৪.৩০ গী খোঙচৎনি। মাঙজৌননা সংস্থান অসিগী চহীগী উৎসব অচৌবা অদুদা যাওরনবা বার্ত্তন তৌবীরকই। অরুম হৌরিঙৈদা চৎহৌদ্রে। হন্দক্তি থওইনা ঐহাক্কীদমক ওইনা ময়ূমদগী খজিক্তং চৎলগা লৈবা কম্যুনিটি হোল অমদা শীনবীখিবা সভানি। গুরু নবঘন কাছাড়দগীনি। গুরু বিপিণগা লোয়নদুনা সেবক ওইদুনা মণিপুরদা লৈরমই। লৈখিদ্রবা পূংগী ওঝা মৈতৈ তোম্বদগী পূং তমখি। দিল্লীদরা করিনো অমেরিকাদগী ভারতনাট্যম তমগে লাকপী খৃষ্টেল থেংনদুনা (হান্নগী নুপীগা কায়নরবগী তুংদা) অনিমক্লা মফমসিদা মণিপুরী জগোয়তগী ওইবা নৃত্যরঙ্গম লিংখত্তুনা আমেরিকাদা মণিপুরী জগোয়গী মৈরা মৃৎহন্দনা থল্লি। অনিমক পূন্না মণিপুরদসু থোরক্তুনা জগোয় উৎখি। হৌখিবা চহীদসু নোংমগী শোতগী

লাকপা মণিপুরগী জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী কলাকারশিংগী কাণ্ডবু (লমজীংলকপা— লোংজম জয়চন্দ্র, দাইরেক্টর) অদুবু চয়োলমুক লৈথহন্দুনা নিয়ু য়োর্ক অমসুং ৱাশিংটনদা শো অহুমলক উৎহনবদা নামাগা লোয়ননা নৃত্যরঙ্গমনা চাউরবা থৌদাং য়াখি। গুরু নবঘনদি জগোয় ঙাক্তনদি হিংবা ওইথোক্তবনিনা য়ুমকৈ শেম্বা শাবদসু য়ান্নমক হৈ-শিংই হায়। লৈরিবনা নুপী মপামদনি। মনেমবোক হিংলি।

নৃত্যরঙ্গমগী অঙাংশিংনা মথং মথং চালী, রাসকী জগোয়নচিংবা উৎলি। তম্বীবগী বেসিক ওইবা মওংদগী হৌবনি। অচৌবা অপীকপা অঙাং ফনবু য়ামই। বাঙ্গালীশিংসু ভাবোক মরক্তা উই। কলাকার গুরু খিলটন (রাশিয়া, ইংলণ্ডনচিংবদসু কয়া উৎখ্রবা) গী থাঙগী জগোয় নীংথিজে। ফুট ৬ মুক ৱাংবা সেবক অহল অমনসু চৈ পায়রগা তা খৌশাবগী মওং উৎলি। নহারোল খরসু থোরকই। রাসকী মতাংদদি মণিপুরী কলাকারশিংগী (হায়বদি ইম্ফালগী) ঈশৈগী টেপ রোকোর্দতগীনি। ফনা ফজবা পুং অমমুক্কী প্রোগ্রাম ওইখি। ওঝা নবঘনগী মচানুপীদুদি ফনদুম হৈরমলে-- মফম অতৈদসু জগোয় শাবা চৎকনি হায়।

ঐহাকপু শক তাক্লবা তুংদা ৱা খরদং ঙাঙহল্লি। ফনদুম লুনা ঙাঙথোকখ্রে। অয়াম্বনা খঙলমদবা য়াই। নোংপোক নোংচুপ কলচর অনিমক য়ান্নমক নকশিন্নরক্লে হায়বগী ৱাফমনি। কৃষ্ণ কদাইদা লৈবগে? মনুংদসু মপান্দসু থক্তসু খাদসু। পুংখায়মুক্তি শোয়দনা ওইগনি। দক্ষিণা তৌরকই— অমেরিকাগী চৎনবীনি। ঐঙোন্দা দোলর ১৫০, শ্রীমতীদা ৫০। ৱা ঙাঙবদা পৈশা ফংবসি আমেরিকাদা হন্দক্লসিনা অহানবনি অমসুং অরোইবনি। ফংলিবসি ঐখোয়গী পৈশাদদি লুপা লীশীং নিপাল মুক্কি। মণিপুরদদি সাহিত্য একাদেমীগী সেমিনারনচিংবদা চে পাবদদি লুপা ৫০০/- দগী হেন্দ্রি। থবকসু অদুনা হেন্না অৱাবনি। অমেরিকাদদি পৈশা য়াওদবা থবক অমতা লৈতে— গাডীসি য়াদ্রে অমুক্তং য়েংবীরমউ হায়বসু পৈশা, ঙাইহাক্তা কোয়থোকপীরক্তুনা অসিমতং য়েংবীরমউ হায়বসু পৈশা, কৈনোমতা তমজগে হায়বসু পৈশা। হিন্দুশিং ফাওবা লাইখুরুম্বগী যজ্ঞদা য়াওবিরুলাউ হায়বসু অকক্লবা পৈশা মশীং। পৈশাগী পৈশা ঙাক্তনি।

ওঝা নবঘনগী য়ুমদা অমুক্কসু হন্না ডান্স একদেমীগী নিয়ু য়োর্কগী প্রোগ্রামদু ভিদিও টেপ থাদোক্তুনা য়েংই। খৃষ্টেলগা য়েংমিন্নবনি। মতাং অসিদা কুইদ্রি হায়দুনা অমেরিকান টেলিভিজনদা গুরু সিংহজিৎ (দিল্লীগী) না লমজীংদুনা মণিপুরগী জগোয় থাঙ-তাগী মতেক অমসু উৎলকই। টিভিগী প্রোগ্রাম হায়বসিদি অচৌবা পব্লিসিটি অমনি— পৃথিবীগী মী কোটি কয়ানা য়েংলিবা। নুংঙাই। ডান্স একাদেমীগী জগোয়দা

য়াম্নমক তপ্পদা নত্তনা লাইহরাওবগী আইতেমদা মাইবী লাইতোংবা ফাওবা হাপচিল্লকই। ঐঙোন্দদি খরদং কা হেঞ্জিন্না উই-- উদনতসু লৈরবনা। কমদৌবগে হায়দুনা শ্রীমতি খৃষ্টেলদা হংই। ষ্টেজগী ওইববদি খবদং থুজিনবনা চুমলোইদ্রা? খুম্নকই-- দরকাব লৈতে। লৈবিবসি চপ চানা উৎকদবনি। অসিমসু হায়রকই-- জগোয় মরুপকী খৃৎশা ফাওবা হন্দক মবক্তি খরদং থুমন্না উবে। তপথগদবনি। মসিদা লৈরিবনি মণিপুবী জগোয়গী থৱায়। ইবানিগী পাউখুম অমসুং মীৎয়েংসি ওন্ন-তৈনরকপসিদা ফন্দুম নুংঙাই। তশেংবদি অমেবিকান অমা ওইনা, মৈতৈ জগোযগী কলাকার অমা ওইনা, মহাক্কী মত করিনো হংবনি। অরোইবদা হংই-- নহাক্কী বাফমসি লাইবিকনচিংবা ফোঙবদা হাপ্পা যাগদ্রা? য়াগনি। লৈখিদ্রবা পণ্ডিত সুবচান্দ শর্ম্মানা ইবা ইংবাজীদা ফোঙবা ভঙ্গী হায়বগী লাইবিক্তু মঙোন্দা খূদোল তৌরমই। য়াম্নমক বাখল লৈবী কলাকারনি-- খৃষ্টেল ষ্টিভেন্স। মপুরোইবা ওঝা নবঘনগা লোয়ননা নৃত্যরঙ্গমনা চুখৎখিবা মৈতৈ জগোয়গী মৈরীসি অসুম অসুম শন্দোবকপা ওইসনু।

সেপ্টেম্বরগী তাং ১২ দা শীনখিবা ঐহাকপু ওকপগী সভাদি খ্বাইদগী চাউবনি হায়বা তাই। নিয়ু যোর্ককী মানহটান লাম্ফোল্লগা এশিয়াদগী খুন্দাববশিংগী অথোইবা মফম-- কুইন্স হাযবা অদুদা লৈবা অণীল সিংহনা আইএমএ (ইন্টরনেসনেল মণিপুবী এশোসিয়েসন) গী মাযকৈদগী শীনবনি। শাংলবা ঈশিং মখাদা শাবা লিঙ্কন টনেল ফাওদোক্লগা নিয়ু য়োর্ক তারে। অদুদগী অমুক মিদ টাউন টনেল ফাওদোক্লগা কুইন্সতা থৌরকপনি। অঙকপা সহরনি নিয়ু য়োর্ক। অদুবু মসিমদি কোন্না পাউদমজরগে। পৃথিবীগী সিটি ফাওবা য়ৌনা কৌনরিবনি। দানবিলদগী পৃং ৪.৩০ মুক চঙবা খোঙচৎনি। শ্রীঅণীল, লোযনবী অমসুং মাবু তেংবাংলিবা মণিপুরী মচা অনিনা নীংথিজনা ওকপীরমই। পার্ক মচা অমদা নুংঙাইনা চান থক্লবা শীন্দুনা কৃপথনা বারী শানৈ-- বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরীগী ৱাফম অমসুং বাংলাদেশতা মণিপুরীশিংবু ট্রাইব (উপজাতি) নি লৌবগী বাফম। মত ফনা য়াম্না মান্নে। বাবী শানবা অসিদা য়াওবৈ-- কানাডা (মোন্ট্রিযল) দগী ব্রজকিশোব সিংহ অমসুং আইএমএগী এদভাইজর-- হিজম বোবো সিংহ (ভর্জিনিযাদগী) মহাক্কী লোয়নবীগা।

নুমিদাং পৃং ৭ কী অদুবাইদা এষ্টোরিযাদা লৈবা টেন্ট ওব বেঙ্গোল বেসটোরাদা ঐহাকপু ওকপগী সভা ফমই। মীদি য়ামদ্রবসু মচঙ ওইবা মীশক কযাদি যাওনবা শ্রীঅণীল সিংহনা কন্না হোৎনখ্রে। প্রধান অতিথিনা য়ুনাইটেদ নেসঙ্গকী কর্মচারী যুট এইচ রোবনি। ৎোপ তোপ্পা অতিথিশিংনা-- য়ুএনদা য়ুএস মিশনগী মেম্বর জসে পেরিয়া মনোজ, এসিয়ান-অমেরিকান এদভাইজরী কাউনসিলগী মেম্বরশিং-- এম এ

কাবম অমসুং এম এম শাহীন, বাংলাদেশতা চট্টোগ্রাম যুনিভর্সিটিগী প্রোফেসব ওইবিবা হৌজিক্লা ফেমিলি বেলফযবগী প্রোজেক্ট অমগী ফেদবল সবকাবগী কনসলটেন্ট, ডাক্তব আশবফ উদ্দিন। সভাপতিনা ব্রজকিশ্ববনা ওই। ঐহাক্কীসু ফোটো যাওনা বাইওদাতাগুম্বা অমদি যেঙ্খোক্লর্বনি। ব্না পঙশাং শাংনা ঙাঙনদে। খবা খবদি ঙাঙনৈ। ঐহাক্কীদি মিনিট ২০ মুক ওইবা তাই। ডাক্তব আশবফ উদ্দিননা মহাক্লা খঙজবা বাংলাদেশকী মণিপুবীশিংনা মখোযগী বাংলবা সংস্কৃতিনা বাংলাদেশতা কযা যাম্না দান তৌবিবা হাযবদুগী মতাংদা চে অমা পাথোকই। ঐহাকপুসু ইহান হাম্না ঙাঙবনিনা থাগৎপি।

ঐহাক্কী বাফমদি মপৃ ওইনা অনিখক্তনি। অমনা মণিপুবী জাতিগী লিবসা সংস্কৃতি অমসুং কমদৌ। খা নোংপোক এশিযাদা তোপ তোপ্লা সংস্কৃতিগী মশক অমা শাগৎলিবনো হাযবগী বাংমনি। অতোপ্লা অমনা— ঐহাক্লা অমেবিকাদা লাকপসি বাহং খবগা লোযননা লাকপনি। হৌজিক্তি খ্বাইদগী শক্তি লৈবা দেশ ওইনা অমেবিকাগী গণতন্ত্রগী চাংযেং অসি জাতি পূম্নমক্লা যেংলি। অসিগুম্বা চাংযেং অসিদা নীংতম্বা অমসুং প্রজাগী শাসন অনিসি নীংথিজনা চৎমিন্নবগুম্না উই। আইএমএগী মঙ অসিবুসু থাগৎলি। মপূং ওইবা বাফম অমনা প্রধান অতিথিগী ভাষণদা (মঙোন্দা হন্দক্লা ফোঙবা মণিপুবী দান্স হাযবা লাইবিক অমা খূদোল তৌবমই) ঐহাকপু থাগৎপীবগা লোযননা যুনাইটেদ নেসন্সকী মাযকৈদগীসু কবি মতেং পাংবা যাবগে হাযবদু যেংগে হাযবমই।

মসিমক্লি আইএমএগী সেক্রেটবী জেনবল অণীল সিংহনা তান্নবিবসি। কবিগুম্বা উপায অমা তৌদুনা যুনাইটেদ নেসন্সতা শক তাক্কে অসিগুম্বা, পীকচববসু মগুণ লৈবা জাতি মচা অমনি হাযবসি খঙহনগে। আইএমএগী হেদকার্টব নিযু যোর্কতনি। বাংলাদেশ অমসুং ইম্ফালদসু ব্রাঞ্চ লৈবে। পান্দমদি-- অবাং অমেবিকাদা লৈবিবা ভাবত অমসুং বাংলাদেশতগী লাক্লুনা লৈববিবা মীওই ১০০ মুকসিসু কন্না যাওহনগে। ঙম্লগনা জর্মনীদা লৈবিবা মণিপুবীশিংগীদমকসু শাখা অমা হাংদোক্কে। অণীল সিংহনা মণিপুবদসু শেসন অমুক্তংদি ফমনীংই। চপ চাবা ইন্টর্নেসনেলনি।

যাম্নমক ঙক্লিবদি থৌদোক অসি বাংলা লোন্দা ইবা চেফোঙ ৪ দা ফোটোগা কোন্ননা ফোঙহনবা ঙম্বা অসিনি। নিযু যোর্কতা ফোঙবা চযোলগী ওইবা চেফোঙ-- বাংলা পত্রিকা, সাপ্তাহিক ঠিকানা অমসুং বাংলা পত্রিকা অমসুং বাংলাদেশকী মমিং লৈববা চযোলগী চেফোং "বাঙালী" হাযবা অদুদসু যাওনা নীংথিজনা ফোঙহল্লকই ঐহাকপু কবি অমসুং দার্শনিক হাযনা চেফোঙশিংদা শক্তাকই।

মণিপুরগী রাফম অদু খবা পনবগা লোযননা অমেরিকাদা ঐহাক্না পীখিবা মত অদু চোফোঙ পূন্নমক্তা ময়েক লানা পল্লি। ভাঙবদসু খূবাক খুখি। য়াম্নমক মত চানরুবমাল্লে।

আইএমএগী মঙসি চাউরবা মশক্নি। অদুবু মঙবদি কায়দে হায়না নীংই। জগোয় ঈশৈদা খরদং খঙনবদা নত্তুনা মণিপুরীশিংবু য়ুনাইটেদ নেসন্সকুম্বদা শক তাকপা অবাযবা নত্তে। হোৎনবদি চুমই। ওইথোক্তবা হায়বদুদি অপঙবগী অভিধানদা য়াওবা রাহৈনি হায়না নেপোলিয়ননা হায়রম্বদু নীংশিংই।

অমেরিকা অসিমক্তদসু অমেরিকান ড্রিম হাযদুনা হৌজিকসু কন্না চথরি। কায়দে।

## ৫

# চাওখৎপগী য়ূম্ফম ঃ অমেরিকাগী লম্বী থোং

চহী ৪০ গী মমাঙদা ভারত সরকাবগী মন্ত্রী ওইনা প্রোফেসর হুমায়ুন কবীরনা মণিপুবদা লাকপদা হায়রমই। মীওইবগী চাওখৎপসি লম্বী থোং ফজনা শেম্বদা লৈবে। মহাকপুদি দার্শনিক, সাহিত্যগী মীশক অমসুং রাজনীতি তৌবা অমা ওইনা ময়াম্না ব্যবহার তৌনরিবনি। দর্শনগী নত্তুগা সাহিত্যগী ৱাফম পল্লক্কদ্রা হায়দুনা আশা তৌবমই। লম্বী থোংগী মরমদা ভাষণ পীরম্বদুদা নহা ওইনা ঙকখি। ভাবস্ কয়া তাখিদে। হৌজিক্তি মদু খঙলে।

নোংপোক নোংচূপ খেন্নরিবসি মরুওইনা খোঙজেল (speed) দনি। তপ্না চৎপা (নোংপোক্তা), য়াঙনা চেনবা (নোংচূপ্তা)। পৃথিবীদা কুনমাথোইশুবা শতাব্দী চঙলমদাই অসিদদি অঙকপা খোঙজেলগী মশক ওইরে। পাউ ফাওবগী বিপ্লব (Communication Revolution) হায়বদু চপ চানা ওইরে-- লৌউ-শিংউবগী বিপ্লব, খুৎ-শা হৈবগী বিপ্লবকী মতুংদা। হৌজিক গ্লোবেল ইকনোমি অমসুং কম্প্যুটরগী যুগনি। চুম্লগী স্পিদতবু হায়দ্রে-- হায়পব স্পীদ, সুপর ফাষ্ট হায়নরে। মসিদা তান্নবা ঙমদবা কাঙবুদি অতৈ উপায় লৈতে-- লৈহৌবা তাবা। হায়পরসোনিক জেট এবোপ্লেননা টোকিওদগী নিয়ু য়োর্ক তান্না লাকপদা পূং অনিমখায় মুক্তা চঙনবা হোৎনরে। পাউমক্তা পীনবদা খোঙমী পাউ, শগোল পাউ, পোষ্ট ওফিস, টেলিগ্রাম, ৱয়ারলেস মেসেজ-- হৌজিক্না মেছিনগী মতেংনা চিঠিদুমা অদুম ফোটোদৌনা পাহল্লুবা য়াবা, টেলিফোন অমসুং পার্সোনল কম্প্যুটরগী মতেংনা

য়ৌগদবা মফমদুদা টাইপ তৌদুনা পাহল্লুবা য়ারবা ই-মেল। অঙকপা খোঙজেলনি চেল্লিবসি।

চহী খরগী মমাঙদা জাপানদা পেসিফিক ইকোনোমিক কনফরেন্সনা জাতি ১৫ গী ওইনা "টি" অহুমদা কুপ্পা খন্নখি— টেলিকম্যুনিকেসন্স, ট্রান্সপোর্টেসন অমসুং টুরিজম। অহুমসি চাওখৎপগী ফুংগা নুংদূম অহুমনি।

লমহাঙ চীংশাংনা থল্লবা পাক চাউখ্রবা আমেরিকা হায়বসি অমতা ওইনা পূনশিন্নবা হোৎনরকপগী চাউরবা মশক অমদি লম্বী থোংনি। এরোপ্লেননা খরা অথেঙবদনি। মদু ফাওবদা লনাইগী ওইবা হেলিকোপ্টর, এরোপ্লেননচিংবা কয়াসু পাইনরে। ঙরাং নহালদসু হান্নগী প্রেসিদেন্ট জে এফ কেনেদীগী অমতা পোকচবা মচানীপাদু মশাগী এরোপ্লেন থৌজবদা কায়দুনা শিখি। পূন্নমক্লা নুংঙাইতনা শোন্নখি।

১৯ শুবা শতাব্দীদগী কন্না হৌবক্লুনা কুনশুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা ফাওবদা ইন্টর-কন্টিনেন্টল রেলরে, ইন্টর-কন্টিনেন্টল হায়রেজ হায়দুনা অমেবিকাগী মফম পূন্নমক শন্নহল্লি। দোলর বিলিয়ন কয়া হৈথদুনা শাগৎখ্রবনি— চীংনুং লৌবুক লমহাঙ ফাওদুনা। হৌজিক্লা বস, কার, ট্রককী লম্বী ওইনা মহাদেশ পূম্বসি শন্নদবা যাওদ্রে। ১৮৬৯ দদি ট্রেননা আমেরিকা পূম্বা শন্নখ্রবনি। শাংল শাংলবা অঙকপা থোং কয়া শারে। ক্যালিফোর্নিয়াদা শাবা থোং অমনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী শাংবা থোংনি। ঈশিং মখা, লম্বী মখাগী টনেল কয়া লৈরে। মমিং পল্লুবগী, মশীং থীরুবগী কান্নবা লৈত্রে। নিয়ু য়োর্ক কুম্বা জাগাদদি লৈনুংগী ওইবা (অন্দরগ্রাউণ্ড) ট্রেন ফাওবা চেল্লে (সব-রে নত্রগা মেট্রো)। অমেরিকাদদি মী অমগা কার অমগা। অনি অহুম থল্লবা য়াওনদুনা পানবদা মী অমদা কার অমমখায় থুংই হায়। টেলিফোন, রেদিও, টিভিগুম্না কারদি অমেরিকাদা অকে অমৌগী পোৎ নৎত্রে। চরা হেল্লবসু কারদি তোংবা তাবনি— মপান থোক্কে হায়রবদি। অশাংবা লম্বীগী মতাং মতাংদা লম্বী ময়াদা কার পরেং পরেং লেংদুনা থমই— য়াম্নমক হোঙনা য়োল্লিবনি। এজেন্টনা লৈশিলহৌরগা দোলর ৫০০ দগী হৌবা মমলদা য়োল্লি। অহনবা ফজবা কার পরেং পরেং থাবসু উই। মদুনা এজেন্টনা য়োল্লিবনি। গাড়ী শাফমদগী গাড়ী লৈনদে। য়াম্নমক নক্লবসু দোলব ৫০০ হাপ্পুনা এজেন্টতগী কার লৈবা তাই। কার শেম্বগী পৈশা চঙমন্দুনা অয়াম্বনা খরদং তোংনরগা য়োম্বোরুবসু য়াওই। ইফ ফনা অনৌবা ফেসনগী কার থোরকপদগী পামদুনা হুন্দোকপসু য়াওই। মেলা কয়াদা থায়নগী অরিবা উনদ্রবা কার ময়ামদু থেন্দুনা উৎলি। য়াম্নমক মশক ফজনা পুথোকই। ঐহাক অহুম মরিরক এনটিক কাবগী শো য়েংজরে। বসতি লম্বী লমশাঙদদি কয়াবু চেন্নদ্রে। ট্রেন ফাওবা মচা ওইনা পোৎচৈ

পুনবদা অয়াম্বা শীজিন্নরে। তত্তনা চেল্লিবা ট্রককী মশক্তি অকিবনি। ওম্থোকনা চাউনা শাংনা চেনবা মশক্কি। কার ময়ামগা ট্রককা চেনমিন্নবদি মী মচাগা হিংচাবগা চৎমিন্নবনি। য়েংবদা নুংঙাইত্রে। অদুবু চেনমিন্নদবদি য়াদে।

মণিপুরগী চীং তন্না লিংজেল মান্ননা চাওখৎমিন্নদ্রিবসি লম্বী থোংগী অৱাৎপসিননি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী কৃপাদগী ডিমাপুর লম্বী মওং খরা তাহৌবনি। জিরি লম্বী হৌজিক ফাওবা নাতে চাদ্রি। চীংগী কমলা চম্প্রা পুম পুমদুনা মাঙই। জীপ লম্বীদি লায়রদুনা খোঙ লম্বী ফাওবা নীংথিনা লৈতে। পিদব্রিয়ুডিনবুদি পৈশা ফনা য়াম্না থাদরিবনি অদু ঠিকাদার, ইঞ্জিনিয়ার, মন্ত্রীগনা পৈশা য়েন্নবদগী লম্বীদি কয়া নীংথি নুংঙাইনা শেম্বা উদে। ইশেম শেমদে হায়ববুদি নত্তে। ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙেদা এলাংবম লৈকাইগী নাকলগী লৈরক্তা চৎপদা নোংজুথাদা লৈখোম্না খৃকউ য়ৌবদা চৎপা নীংশিংই। মদুদগীবুদি ফনা য়াম্না ফরে। এয়রপোর্ট তাবা লম্বীকাদি ফনা মতৌ মান্না উরে। অদুবু অমেরিকাগী লম্বীগী মশক্কা থানরুরবদি মণিপুরগী লম্বীশিংদি লম্বী কৌবা য়াদে। হৱাগাড়ী লম্বী ফাওবা অপীকপা মওংদা হায়বদি য়াই। কারগী লম্বীদি ওইদে। য়েৎ ওয় থৈনবগী মওংসু লৈতবনা।

থা ৪/৫ কার তোংদুনা লম্বীদা পঙকোয়দা কোয়বসিদা অমেরিকাগী লম্বীবুদি কাউবা থৌশাদবা ঙমদ্রে। ঐহাক্কী পুম্সীদা কার ফনা কুইনা তোংজনবগী খুদোংচাবা ফংখি। থৌববুদি হৈহৌদে। অদুনা হন্দক্তা লম্বীগী চৎনরোল খরদং অমেরিকাদা উবসি অঙকপা ওইনা পাউ তমজরিবনি। খঙজরকপসু অহীং নুংথিল চুপ্পা গাড়ী তোংজরকপদগীনি।

ইম্ফাল সহরদা লম্বী অনি থোক্লা খায়দোকপগী মশক খরা উরে। অদুবু য়ামদে। অমেরিকাদদি লৈরক যূম্লক্তা ফাওবা যামদ্রবদা অনি থোক্লা খায়দোক্তবা য়াদে-- চৎখিবগী লাকপগী। ভারত্তা, ইংলণ্ডদা ওয়থংবা মায়কৈদা গাড়ী চৎনৈ। মীসু চৎনৈ। অমেরিকাদদি য়েৎলোমদা গাড়ী চৎনৈ। নেসনেল হায়ৱেদদি চাউরাক্লা কাখল (lane) মরি লৈনৈ। ৬ লৈনবসু য়াওই। ৮ ফাওবা য়ৌনৈ। তংখায় অমনা চৎখিবগী; তংখায় অমনা লাকপগী। নাপু মচুনা লৈই অমা নত্রগা লৈই শাংনা চিংদুনা খায়দোকই। করিগুম্বদা জেব্রা শাদুনা থৈদোক থৈজিনগী মওং শেমই। লৈইদা মতৎ মতৎ লৈবম্লবদি গাড়ীগী মনীংগী অঙাঙবা লাইটনা সাইন তৌদুনা কাখল অমদা হাইজিনবা য়াই। গাড়ী য়ারক্ত্রগা, নত্রগা ঙাইহাক্তং লেপ্পগী দরকার লাক্লবদি থৈদোকফম পী। মফম্না চাউরবদি চৎখিবা লাকপগী খায়দোকপসি লৌবুক লমহাঙ ফাওবনা খায়দোকই। কন্না পঙথৌ থৌবা য়াদে। মাইল ৭৫ (মপুংদা) দগীনা ৬৫, ৪৫, ২৫ নত্রগা ১৫

হায়দুনা মফম মফমদা থেৎতুনা থমই। অয়াম্বনা খ্বাইদগী য়াঙনা চেনবসি ৬৫ দগী হেন্দে। মপুং ওইবা মফমশিংদি য়ৌরক্কদৌরে মাইল অসুপ ৱাৎলি মায়কৈ অসোমদনি হায়বদু সাইন বোর্দতা থেৎলি। মতাং মতাং খুদিংগী সাইন বোর্দকী সাইন বোর্দ ঙাক্তনি— করিগুম্বদা অহীংগীদমক লাইটকা লোয়ননা। অঙাঙবা, অশংবা নাপুগী সাইনদি ঐখোয়গীগা অমহানি। অঙাঙবগী সাইনদা য়েৎলোমদা চৎপা য়াই। ষ্টোপ (stop) হায়না থারম্বসি লেপকদবা নত্তে— ঙাইহাক্তং গাড়ী লাকপরা যেংউ হাযবনি। চাউরবা ট্রকশিং অয়াম্বনা চিদাইদা চেল্লি।

লম্বী মাঙখ্রগা হংফম লৈতে। মেপ অমদি কোন্নদবা ইয়া য়াদে। নম্বব থাদুনা, অৱাং, নোংপোক, খা, নোংচুপ হায়দুনা অমগা অমগা পঙশমদা শন্নবনি। নেসনেল হায়ৱেজদগী খরদং শমজীন্নবা এক্সপ্রেসৱেজ হায়দুনা (টর্নপাইকসু কৌনৈ) ফজবা লম্বী লৈ। অয়াম্বদা টেক্স লৌই— চঙবদা নত্তগা থোকপদা। কুম্মৈগী বার্ত্তন ফাওবদা লম্বীগী মেপ য়াওনা তৌনবা কয়া থেংনৱে। মেপ ফাওবা ময়েক কয়া শেংদ্রবদি কারদু লৈ লৈদুনা লৈ। নোংমদি ৱাশিংটনগী খোঙচত্তা সহর ময়ায়দগী মেপ যাওনা থোরকফম খঙদদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন পূংখায়মুক লৈদুনা লৈখি। খ্বাইদগী শাথীবদি হংফম লৈতবসিনি। হংবসু চৎনদে। খঙবসু খঙনদে। ইশানা ইশাবু লমজীংজবা তাই। গাড়ী থৌবসু মতাং চাদনা লেপ্পা য়াদে। যান্নমক তপথনা চৎপসু য়াদে। মরমদি গাড়ী য়াদ্রগনা থৈদোকফম নাকলদা থম্লগা অনকপা মফম অমদগী পুলিসতা টেলিফোন তৌবা তাই (অমেবিকাদা পুলিসকী টেলিফোন— ৯১১)। অথেঙবদা গাডী ময়াদা ফমদুনা লৈরবদি কনাগুম্বনা নোংমৈ কাপশিল্লমদুনা শিবা য়াওখি। অদুক শাংখ্রবা লম্বীদা, চীংনুং মানুং ফাওরিবা লম্বীদা মপান থোকফম চপ চানা থল্লিবা টোইলেটকী মফম নত্তনা থোকপা যাদে। অমেরিকান ফিলমদা গাড়ী পঙথৌদা থৌনদুনা তান্নরিবদু পঙউৎ উৎপা হায়বদুনি— ওইথোক্তে। পুলিসনা তান্নদুনা ফাবগী মওংনা অমনি। তানবু তান্নরবদি নাম্থোকফম লৈতে। মমিং চৎলবা কলাকাব বিংক্রোশবীগী মচা নীপা অমা পুলিসনা কোয়তান তান্নবদগী কার অদু থেংগাযনদুনা শিখি। হাকমল্লি হায়দুনা পুলিসপু শাউনখি।

চেল্লিবা কারদু মখল কয়ানি। অমেরিকাগী ঙাক্তা নত্তে। জাপান, ইউরোপকী কার মখল শুবে। য়ুমদৌনা চৎপা য়াবা কার (মোবাইল হাউস), মেলাগীদমক শাবা পুল্লপ হাপচিক্লগা য়ুমদৌনা চৎপা ট্রক (মারুতি কার, ভানদি ইউবু উদে), য়ুম অমা পূমশা শারগা চিংদুনা পুবা ট্রক। অসিৱাইদগী কালিফোর্নিযা তান্না কারনা চৎলবদি নুমিৎ ৫ নিগী লম্বেলনি। লম্বী মতাইদা লৈ— পোখাশঙ, মোটোর কার থম্বা য়াবা মোটেল অমসুং শান্দোক্তুনা চেনবা— চয়োল অমদা অনি অহুমলক চেনবা বস লৈ

হায়। ঐহাক্তি অমুক্তা উরক্তে– কারগী কার ঙাক্তনি। লম্বী মাঙদুনা য়ৌদনিংঙাইদি লৈতে। অমগা অমগা লোইনা শন্নে। নোংমদি নম্বর শেরান্নখিবদগী থৌখিদুনা মাইল ৭০ মুক থৌবগী মতম মাঙখি। ফাওগৎ ফাওথ– নম্বরগী নম্বর ঙাক্তনি। মীৎ-না চোইবা য়াবা নত্তে। ড্রাইভরনা য়ু থক্লগা ঙাওবগী ৱাফমদি লৈতে। মীকা তক্লুরবা অমা প্রসিদেন্টকী মচাসু ওইসনু মতম খরদি জেলদা।

অসুক কুপ্পা শেন্নবনিনা এক্সিদেন্ট থোক্তবরা? য়াম্না থোকই। কারগা চাউরবা ট্রক্কা থেংগায়নবগী পাউ কথা তায়। অদুদগী অমুক চহী ৭০ লানশিল্লক্তুনা ৮০-৯০ যৌবনা কার থৌরংদি দশা তানীংঙাই লৈ। তাবসু তারি– মীৎ-না ফৎলক্তবা, তাবা ৱাৎলকপদগী। অদুবু থৌগনুদি য়াদে– অচৌবা সমস্যা অমনি। খরা তোয়না লাইসেন্স লৌবা চঙই। মচাশিংনা থৌবীবনু হায়দুনা কারগী শো লোৎশিন্নবনা কয়া অমনি। কাবনা চৈশূদৌনা পুন্সীগী লোযনবা ওইরক্লুবদি পাক হেক থাদোকপা ঙমদবনি। চহী ৭০ হেল্লবদি কার থৌবা যাদবা হায়দুনা আইন ফাওবা পাস তৌনবা খন্নরম্লবনি। অদুবু ঙমদে। মণিপুরদা টেক্সিনা অঙাংশিংগী স্কুল কাবদা খোম্বদৌনা পঙশাংদি শাংদনা চৎনীংবা জাগাদু চৎননবা পুথোক পুশিন তৌবগী মওং খরা চথনরকপসু উরে। মদুসু য়াম্নমক চৎনদ্রি। অমেবিকাদি নহাগী লৈবাক্লি।

অমেরিকাগী পুলিস কারদা অয়াম্বা লৈ। লম্বীদা মখোঙনা চত্তুনা লৈতে। লমশাঙ থৌবদদি অকক্লবা য়াঙবগী চাং (কারগী) হেক হেনবদা হেক্তা কদায়দগীনো চোংথোরকই। লোত্তুনা লৈবদৌনা তৌই। ফায়ার ব্রিগেদনচিংবগী কারদা ১ থক্তা অঙাঙবা নাপুগী লাইট কাপই। পুলিসকী কারদনা অশংবা মঙাল অমসু হাপচিল্লগা কাপই। ফারিবা ড্রাইভব অদু গাড়ীদগী মপাল থোকহন্দে। গাড়ীগী নম্বর, থৌরিবা অদুগী মবী মখোঙনচিংবা পূম্নমক মশাদা হংদনা মহাক্কী রেকোর্দ পূম্নমক খঙদোক্কনি। পৃংমুক্কী মতুংদা মঙোন্দা হংগনি। অয়াম্বা মতমদা দোলর ১০০ গুম্বদগী তাদনা ফাইন তৌই। করিগুম্বা ফাইন তৌরবদি মদু ইন্সুরেন্সকী লামাযদা হাপচিনগনি। নম্বব পীগনি। মথংগী চহীদগী ইন্সুরেন্সকী প্রেমিয়ম হেনগৎকনি মতম খবগীদমক। অসুম্না তৌবসিনা চহী অহুম্মুক্কী মনুংদা অকক্লবা নম্বর অদু কাখৎলবদি লাইসেন্স কক্কনি। অমসুং নৌনা টেক্স অমুক লৌবা তাই। পৈশা অদুনা কোর্টতা কাদুনা থীরুগনি। য়াম্নমক বেরা চেনবা নুংঙাইতবা থৌদৌনি। পুলিসনা ফাবসি স্পিদ হেনবগী নত্রগা তামনবগীসু নত্রগা নিয়ম কায়বদগীসু ওইবা য়াই। খবা ফবা পুলিসসু মরক মরক্তা ময়াওই। মখোয়দুনা কনবীবসু য়াওই।

নোংমা দিলীপনা দুকানদগী থোরকপদা মখোয়গী লৈই চিংলিবা লাইন অদু খরা কাম্থোক কানশিন তৌরুরে। পুলিস চঙলকই অদুগা হংলমই অঙাংশিংনে করিনে উবদা। নকোক খরা ঙাওরবরা হায়বদি নশা ঙমদবরা? অসুন্না কনবীরমই। অসিগুম্বা পুলিসকী চেৎনা শেন্নবা অসিমক্তনসু অমেরিকাগী হায়রেজ, সুপর হায়রেজ, এক্সপ্রেস রেজ অসিনচিংবা পূন্নমক শন্নহল্লিবা লম্বীগী মশীং থীঙমদ্রবা লাং অসিদা থৌরিবা গাড়ী লাখ কয়া অসি য়ারিবমখৈ এক্সিদেন্ট থোকহন্দনা থম্বা ঙমলিবনি। মণিপুরগী লম্বীদদি গাড়ী কমদৌনা থৌনবগে? পুলিসকী মথৌনা করিনো? সভ্যতা অমগী মশক খঙগে হায়রবদি অসিগুম্বা মচা মশূশিংসিদা কূপ্না য়েংশিনগদবনি। দুকান, পার্ক, মেলানচিংবদুদি কোন্না নৈনজরক্নে। মণিপুরদকা তৌরিবসিদি থোইনা পৈশা লৈতবগী ৱাফমদা নত্তে। ভাবসি ইতা তানদবনি। তাসু তাহন্দবনি। লম্বীগী নিয়ম অসি কয়ামুক চেকশিন্না ঙাক্লবগে হায়বসি অমসুং তাকপা তাবগে হায়বসি হন্দক্কী আমেরিকাগী খোঙচৎ অসিদা খঙলকই। পূং ২৪ থৌবা গাড়ী ঙাক্তনিনা থাউ হানফম পূন্নমক্তা অহীং নুংথিল নাইদনা মী শঙদুনা লৈ। পালি পুনবনি। মৈনা পূমঙান্দা ঙান্দুনা লৈ। অহীংদা থৌবগী অকিবা পোক্তে। হায়রিবসি চীংলোন কয়া ফাওদুনা চৎলিবনি। পাকখ্রবা লমহাঙ কয়া লাম্থোকলিবনি। পুলিসনা গাড়ী ফাদুনা থম্বসি ৪/৫ রক্তি ইমীৎনা উরক্নে। ঐহাকসু মাঙদা ফম্বদা পেটি লাক্তুবদি পুলিসনা ফাবা ঙম্বগী অধিকার লৈ। গাড়ী থৌবদা লম্বীদা খ্বাইদগী চেকশিন্না ব্যবহার তৌনা চৎপসি মশক উদবা লম্বীগী পুলিস অদুবুনি। ভারত্তা তৌবদৌনা পৈশা নুংশা পীজদুনা নাম্থোকপা ঙম্বগী মওংদা লৈতে। ফাবু ফাখ্রবদি অদুম ভগবানদা চঙজবা তারে।

ডিমাপুরগী বসতা ফনা তোয়না চৎলক্লবনিনা চীংনুং মানুং লৌবুক্কী ফজবদি ঐখোয়দা নৌনা থোক্তে। অদুবু তামখ্রবা চীংমায়দা য়ুম মচা কয়া লন্না লন্না শাদুনা লৈবদা ফজবা ফাওই। ফনা ৱাংবা চীংজাও লানবদা লম্বী ফমনখ্রদুনা অৱাবা ফাওদে। ডিমাপুর লম্বীগী স্লিপ তাবককা হায়বদু নোং চুরবসু থেংনদে। অদুবু চীংমায়দা লমহাঙদা পরেং শানা হৌরিবা উপালশিংনা মনা কেল্লমদাইদা ফজরকপা অসিমদি কাউবা ঙমদে। ওক্টোবর চঙলকপা হেমন্ত ঋতুগী মতমদনি। উ পাম্বীশিং খেন্নবনা মনা খরদি অঙাঙবা কাপ্লকই। খরা অমনা নাপুনা য়োমশিল্লকই। খরা অমনা অদুম ঈশং শংনা লৈ। খরনা মনা কেনখিদুনা মরুকোক্লকই। পূন্নমক অসিনা পুল্লগদি অঙাঙবা, হঙ্গামপান, অশংবা, ঙাঙলৈনবা মচু পুন্নমক্লা পূনশিনখিদুনা চীংমায় অমসুং লমহাঙশিংসি ওম্থোক্লা পুরুীং হূবা শকফম লৌরকই। মীৎফম হোংবা য়াদে— লৈ ময়াম্না মচু তরেৎতা শাত্তোরকপদৌনা। হায়রিবসি বসন্তগী মতমদা নত্তে। উনাশিংনা কেল্লমদাইদনি।

পেনসিলভানিয়াগী লম্বীদদি উন্না হৈথরক্কুনা লম্বী চৎপা য়াদবা কয়াসু থোকই হায়-- ডিসেম্বরগী মতমদা। য়াম্নমকসু শাবা (জুলাই থাদা নোংমা এয়র শো য়েংলুবা নুংথিল অমদি নোংমা নিনী লৈরগা কুরোল হুরকই), য়াম্নমকসু ঈংবা মফমনি।

অমেরিকাদা অরাৎপা কয়া থেংনরবসু লম্বী থোং অসিবুদি থাগত্তবা ঙমদে। পৃথিবীদা লাম্বা লৈতনা চাওখৎখ্রিবসিগী অচৌবা মরম অমদি-- লম্বী থোং ফবসিনি।

# ৬

# কৈথেল, শায়োকশঙ অমসুং শুরুং

কনানো মমিং চৎপা নীপা অমনা হায়খি-- অমেবিকাগী কারবারদি কারবারনি (The Business of America is business)। অমেবিকানশিংনা উরিবা অমসুং অমেরিকানশিংবু উরিবসি-- পৈশানি। খবরদা, বেডিওদা, টিভিদা, লম্বীদা এদভরতাইজগী এদভরটাইজ ঙাক্তনি। চপচাবা লল্লোনবগী দেশনি আর্মেবিকা। ঈনাকসু ওঙ্খোক্লা খুনখ্রবা। অমেরিকানশিংনা পামজবসু অচৌবনি-- অপীকপা কয়া হৈনদে। (ন্যুক্লিয়ার সাইন্টিষ্টশিং নত্তনা)। কারমক্তা ওইরবসু অচৌবা, লম্বী অচৌবা। অচৌবগী অচৌবা ঙাক্তা। মাইরেল মক্তদা মেলা অমদা উৎপদা পাউণ্ড ৫০০ মুক য়ৌগদবা মাইবেল মপূম উরকই। চাবা তারবদি শীংজংনা খায়বা তাই।

কারবার হায়বসি কৈথেলনি। লৈবা য়োনবনি। নুংতিগী ফোঙবা ৱালষ্ট্রিট জর্নলদা কারবারগী মপৃং ওইবা লামায় ৩০ মুক্কী মথক্তা মার্কেট অমসুং ফাইনান্সকী লামায় ৬০ দগী তাদবা সপ্লিমেন্ট অনি যাওই। নিয়ু য়োর্ক টাইমসদা মনি এণ্ড বিজিনেস অমসুং দাতা বেঙ্ক হায়দুনা লামায় ৪০ মুক্কী কৈথেলতগী ওইবা সপ্লিমেন্ট হাপই-- পাকখ্রবা চেনাশিংদুদা। ঐহাকপুদি পাবা হৈতে। অর্থনীতিগী জগত্তা গ্লোবেলাইজেসন অমসুং ইন্টরনেট লাক্লবনিনা কারবারবুদি হৌজিক্তি অঙকপা ওইরে। হৌজিক্কী জগত্তি তশেংবদি কারবারগী জগৎনি। পুন্সী অসিমকসু কারবার অমনি হায়বা অইবশিংসু লৈরি। অমেরিকান নুপী অমনা লাউখি-- ঐহাক কৈথেল কারি। অদুনা হিংলি। মণিপুরগী অইবা অরাম্বম সমরেন্দ্রসু ইখি দ্রামা অমা-- 'কারবার'।

পেনসিলভানিয়াদা লৈবা কৈথেল খরদি কামন্দুনা য়োনফম চীনফা পুশিল্লক্লে। মপূং ওইনা পুংখায় মুক কান্না চৎলগা লৈবা— বোষ্টোক মোল অমসুং মিনিট ২০ মুক্কী কলম্বিয়া মোলনি। অনকপদসু পোৎ চৈ মখলশুনা লৈবা দানবিলগী দুকান পরেং লৈরি— চান-থক্লবা গ্রোসরীগী দুকানদগী হৌরদুনা। মখোয়সি ফন মচাউই। ইম্ফালগী পাউনা বাজার, ইন্টর্নেসনেল মার্কেটকী দুকানগী খূৎচাউ অদু নত্তে। চাউরবা শাংলবা বিলদিং অমগী মনুংদা দুকানগী কমপ্লেক্স অমা ওইনা লৈবা দুকানগী মওং অমনি। মসিবু মোল (Mall) হায়না খঙনৈ। অমেরিকাগী তোপ তোপ্পনি। দুকান লৈবতনা চৎনদে। কার ৫০০ মুক্কী থাফম শেমদুনা লৈরি। থাফম লৈত্রবদি পোৎ লৈদনা হনখিবা তাবনি। নৌরিঙৈদা অহানবা মোল থেংনবদদি পূমঙক ঙকখ্রে। মনুংদা চঙখ্রগা পূং অনিমুক লেপ্তনা চৎপদা মতম খঙহৌদে। ফাগী তৌনৈ— মোলদা ৱাকিং চৎলুসি। চাফম থকফম পোত্থাফম উপাম্বী হৌহনবা, কাবদগী হৌবদুনা ইলেক্ট্রোনিক্সকী, মণি মুক্তাগী, জুয়েল্লরীগী, ফিবোল, নীপাগী, নুপীগী, পাখংগী, অঙাংগী (অঙকপা ফংবা শান্নপোৎ মখল মখলনি), লাইবিক্কী, পোৎ চৈ জাৎ শুনা মোলদা থমই। ফিরোল ফূরিৎ খোঙউপনচিংবা পূন্নমক থেন থেন্দুনা য়ান্দুনা থমই। পুল্লপ ওইনা মমল থাবা য়াওই— পরেং পরেংগী। অদুদগী চাদা ৫০, ৪০ অমসুং ২০ নচিংবা দিস্কাউন্ট হায়দুনা ফেসন হোংলকপগী মতুং ইন্না নত্তুগা লোইথোক্লবা মমল য়ান্নমক হন্থনা য়োম্থোকই। করিগুম্বদা চাদা মরিফুগী হিসাবতা ফাওবা তানা থাদোকই। মদুগীদুনি অয়াম্বনা ঙাইনরিবা। পোৎ চৈ মখল শুনা থম্লগা হোঙলবনি হায়দুনা দোলর অমমদা পীবা পোৎ চৈশিংগী দুকান লৈ। মখোয়দদি লূপা অমনি। ঐখোয়দদি লূপা ৪০ নি য়ামদ্রবদা। থেল্লিবা পোৎশিং অসিগী শাফমদি অমেরিকা ঙাক্তা নত্তে— চাইনা, জাপান, ইন্দোনেজিয়া, হৱাইন, মেক্সিকো, ফিলিপিন্স অসিনচিংবা মফম কয়াদা শারগা থারকপনি। মমলসু চপ মান্নদে। লাইরিক্কী দুকান মক্তদা ডোলর ২৫ পীরম্বা অদুনা ডোলব অমদা য়োম্থোরকপা কয়াসু য়াওই। অনকপা লাইব্রেরী অমদদি নোংমা থুমোক অচৌবা অমদা নহাক্লা হাপনিংবা লাইবিক মখৈ খল্লগা হাপ্লো অদুগা দোলব ১০ পীরমউ হায়দুনা লৌরকপা য়াওই। কান্নদ্রবরা হায়বদুসু মবক্তুদা মহাকবি দান্তেগী দিভাইন কমেদী, গ্রীসকী সোফোক্লিসকী দ্রামাশিং য়াওরমই। লাইরিক থম্ফম লৈরক্তদুনা তৌরম্বসু য়াই।

মোলগা হাইফেৎ নক্লবদা ভেল্যু সিটি (Value City) হায়বা দুকান জাৎ অমসু লৈরি। মমল হোঙনা থাগল্লি। চাদা অসুক অসুক হায়দুনা ফনা নীংথিজনা মমল তাহল্লি। কম্পানী কয়াদগী লাকপা পোৎশিংনি। ক্বালিটিগীদমক্তি খরা চেকশিন্না

য়েংবা তাই। খরা লাইরবা কাণ্ডবুগীদি চপ চাবা দুকাননি। খরদি পীক্তক তৌই। অদুবু কার ২০০/৩০০ গী থাফমদি লৈতবা য়াদে। অদুনদি মপান কাণ্ডজৈবুং অমগুম্বগী এরিয়াদি ওইদবা য়াদে। অদুদগী অমুক কম্পানী ইয়ান য়ান্নবা পোৎ চৈশিংসু মখল শুনা য়াওবা দুকান ময়াম্না পূনশিনবা ৱাল মার্ট (Wall Mart) হায়বা দুকান মখল অমগা লৈরি। খ্বাইরমবন্দ কৈথেল পূম্বসি অচৌবা দুকান অমগী মনুংদা লৈরে হায়না লৌরবদা দুকান মনুংদা নত্তুনা পোত্থাফম, চান-থক্লবা মফম লৈতে। মোলশিংদদি ময়ায়দা মচী মচীদা পোত্থাফম, হীপফম থমই। চৎপদা ৱারদুনা পোত্থানৈ। চাফমগীদি মচী মচীদা। মেরীলেণ্ডগী বালটিমোর সহরগী ইন্নর হার্বরগী চাউরবা দুকান অমদদি মনুংদা উপাম্বী ফজনা থাদুনা ঈশিং পেরে কাপ্তুনা পার্ক মান্না লৈরমই। মথোল ৪ গী দুকান্দু এক্সকেলেটরনা কাখৎ কুমথ তৌই। অহানবদদি ফনবু হৈনরুদ্রে। মতমগী মমলনি। অসি নত্তবা য়ুম শানবগী পোৎ চৈ মখল পূন্নমক শুনা য়াওবা দুকান লৈ। মদুদগী মচাক পূন্নমক হোম্বুরগা মিষ্ট্রি শাদুনা য়ুম অমা অদুম পানখৎপা য়ারে। ফক্লাং য়ূম্বী শুনা য়াওরে। লৈ পাম্বী, উ পাম্বী চার মখল মখল থেন্দুনা থম্বা চাউরবা দুকানসু লৈ। নিয়ু য়োর্ককী বফেলো হায়বা মফমগী দুকান অমদদি ঙা, শা, মনামশিংসি পৃথিবীগী মফম কয়াদগী য়ৌরকই— এশিয়াদগী, ইউরোপতগী, রেদ ইন্দিয়ানশিংগী, অষ্ট্রেলিয়াদগী অয়াম্বনা শেম শেমদুনা থমই। তাপ পায়খৎলগা শাহল্লগা চাবা য়াননবা।

ঐখোয়না খৌরাংলগা হোটেলদা চণ্ডদুনা ঈশিং থকনৈ। অমেরিকাদদি কোকা কোলা, পেপসি, কোলানচিংবা মখল কয়াগী টিন্দা হাপ্পা মহী লৈ। মদুবু কোক হায়না খঙনৈ। মসি পুদুনা চৎনৈ। কোকা কোলাদি ইন্টর্নেসনেলনি। অসুম্না মখোয়না য়াম্নমক পামজবা পিজা (Pizza), হোট-দোগ (Hot Dog - হুইশাদি নত্তে) চানৈ। মেকদোনেল্স (Mcdonall's) হায়বসিমা চানবগী ইন্টর্নেসনেল চেইননি। মফম মফমদা থেংনৈ। ফত্তবা চারুদুনা হকচাং নারবদি কেশ তৌদুনা দোলর কোটি অমমুক ক্ষেটিপূরন ফংবা য়াই। অদুনা য়াম্নমক চেকশিল্লি। অমেরিকাগী স্লোগানদি— পৈশা পায়য়ু, হাওনা চাও, নুংঙাইথোকউ অসিনি। অসিনা দুকানদসু, লম্বীদসু, মেলাদসু, পার্কতসু— চাফমগী চাফম ঙাক্তা। চৎনরিবসি ফাষ্ট ফুদ হায়বদুনি। তাপ পায়দুনা হকচনখ্রগা নুমিৎতুগী চাকলেন হায়বদু ওইবা য়ানবা। ঈরুজথোক্তুনা, চন্দোন চৱা য়াওনা খোংগ্রায় চন্দুনা চাক হুক্লবা মতম অমেরিকানশিংনা ফংদে। পার্টি তৌবনা অতোপ্পা অমনি। অদুবু মদুসু অয়াম্বনা কারবারগীনি। ঈনশাং নাপীদি অয়াম্বনা তাঙই। ফদিগোম মপুন অনি অহুমদা দোলর অমা পী। হায়বদি লূপা নিফু। তিল্লৌ মরু অচৌবা অমদসু দোলর অমা।

দুকান জাট অমগা লৈ– আউট লেট (outlet)। কম্পানী কয়াগী পোৎশিংদু থাদোক্লমদাইদা পৈরগা থমই। ময়াম্না তাম্নে। কম্পানী কয়াগী পূনফমনি।

ভারত্তা শায়োকশঙ হায়রগা ফন মতৌ মান্না উবসি কলিকাতাগী আলিপুর জূনি। কৈ, নোংশা, লাইরেন শারংদা ফাজিন্দুনা থমই। দিল্লীগী জূদদি কৈনচিংবা চীং মায়নচিংবদা থাদোক্তুনা থম্বা থেংনরকই। ফনবু ফজখি। অদুবু অমেরিকাদা লৈরিবা শায়োকশঙশিংগদি চাংদম্নরুবা য়াবা পোৎ নত্তে। ওক্টোবরগী তাং ১০ দা নিয়ু য়োর্কতা কোয়বদা মানহাটানদগী লানশিন্দুনা ব্রোঙ্ক (Bronx Zoo) শায়োকশঙ য়েংলকই। চপ চানা উমং, জঙ্গল, পাৎতা কোয়বনি। পূং ৩ মুক লেপ্তুনা চৎপদা লোইনা থুংবা ঙমদে। অমেরিকাগী খ্বাইদগী চাউবা সহরগী শায়োকশঙনি — ১৮৯৫ দা হাংদোকখিবা। টিকেট চাউনা দোলর ৮ মুক লৌবনি চঙবতগীদমক। অদুবু নুমিৎ অদুদি চাউরবা হিদাক্কী কম্পানী অমনা ১৫০ শুবা মপোক নুমিৎ পালন তৌরিবনি হায়দুনা ম্যুজিয়ম অমনিগসু লেম্না চঙহল্লি। নিয়ু য়োর্ক স্কুল ওব সাইন্স চঙবদা অঙাংশিংদা টি-শার্ট অমমম লেম্না পী। চহী অমদা মীশীং কোটি অনিমুক্কা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী শায়োকশঙ অসি য়েংবা লাকই। একর ২৬৫ গী এরিয়ানি। এশিয়াগী, অফ্রিকাগী, অমেরিকাগী জঙ্গল শেমদুনা, পাৎ শেমদুনা, শা, ঙা, উচেক, লিনচিংবা পূম্নমক মফম মফমদা থম্বীবনি। সেক্টর কয়ামুক খায়দোকই। কাখৎ কুমথ তৌদুনা জঙ্গলদা চঙবগা মান্নহল্লি। য়োং বেবুনগী রিজার্ভ, ঈগলগী মফম, হিমালয়গী চীংশাংদা লৈবশিংগী, উচেক মখল কয়াগী সমুদ্রগী, নোংশাগী পুখ্রী, লমগী উচেক মখল কয়াগী পোংাফম, ঈশিংদা তাবা উচেকশিংগী ময়ূম, শগোল, জিরাফকী লৈফম, জঙ্গলগী জগৎ, য়োংগী, লিন মখল কয়াগী, কোঙ্গোগী গোরিলা উমং, শামু, শামুগঙ্গাগী লৈফম (শামুগঙ্গা অশাবা চাউরবা অনিসু চঙফমদা থমই), বাইশনগী লৈফম, অঙাংশিংগী জু, উটতোংদুনা চৎপশিং, মনুংগী গাডীদা তোংদুনা কোয়চৎ চৎনবা, নোংপোক থংবদা ব্রোঙ্ক তুরেলগী মপান্দা চেনবা বেঙ্গল এক্সপ্রেস কৌবা মেনোরেইল, উমংগী অমম্বগী মশক, ওহ্লোক্কা চাউখ্রবা শায়োকশঙগী মশক্কি। মখোয়না হায়বদা– মচা পোকপা শাশিং, লিন, উচেক্কী মখল ৬০০ মুক্কী ওইবা শা মশীং ৬০০০ উৎলিবনি হায়। পাম্বীশিংনা মখল ১৫০০ গীনি। ১৯৯৮ দা শাযোকশঙ অসিদা শা ৩০০ মচা পোকই হায়না ইরি। ভারত্তা অসিগুম্বা শায়োকশঙ– অমখক্তং থম্বদি শতাব্দী কয়াগী ৱানি।

শায়োকশঙ লাক্লবদি ঙায়োকশঙসু চীখবা চুমদে। সেপ্তেম্বরগী তাং ২৫ দা মেরীলেণ্ড ষ্টেট (ৱাশিংটনগা থংনবা) কী খ্বাইদগী চাউবা সহর বালটিমোরদা চৎলি। মেরীলেণ্ডদা অমেরিকাগী ঈশিংগী ন্যেভল একাদেমী লৈ। ১৮৪৫ দা লিংখৎখি

— অন্নাপোলি হায়বা মফমদা। বালটিমোরদা পার্ক অচৌবা ২০, আর্ট ম্যুজিয়ম ৩, শায়োকশঙ, নেসনেল জাজ ইনষ্টিটুট এশু কলচরনচিংবা লৈ। অচৌবা সহর অমনি। মসিদা সমুদ্র মপান্দা লৈবা ইন্নর হার্বর হায়না খঙনবা জাগাদা লৈবা নেসনেল এক্কারিয়ম ইন বালটিমোর— জাতিগী থাক্তা লৈবা মমিং চৎলবা এক্কারিয়মনি। ৱাশিংটননচিংবা মফমদা লৈবা জাতিগী থাক্তা পুখৎপা এক্কারিয়মগা থাক অমদা লৈরি। পান্দমদি— ঙায়োকফম ওইবদা নত্তে। অকোয়বদা লৈরিবশিংবু মাঙহন্দনবা হোৎনবা অদুগা ইকোলোজিকেল বেলেন্স অমা থম্নবা লাক্লবা, অসুন্না হায়রি। ঙাদা নত্তে— উচেক ৱায়া সমুদ্রগী জীবশিং অমসুং উমং ৱামং ফাওবা শেমদুনা থমই। মনুং অদুদা ঈশিং চাইবীগী মশক অমসুং উচেক পাইবা ফাওবা উত্তুনা লৈরি। হায়রিবসি অহিংবা ঙাক্তনি। খাজিল্লিবা মথক্তুদা কমদৌনবু উচেক পাইহনবা!

মপূং ওইবা মেরিন ম্যামাল একসিবিসনগী মফমদি গ্রাউণ্ড ফ্লোরদনি। হেক চঙশিনবদা সমুদ্রগী সীলশিংদা চাক পীজবা উরকই। লৈরিবনা এক্কা দুকান অমসুং কাফেগী মথক্তা ঈশিংদা দোলফিন ঙানা চাদুনা লৈবা, তিমি (হ্বাল) ঙাগী চাউখ্রবা অশাবা মশক, অঙাংগী ওইবা মফম, লেবেল ৫ শুবা ফাওবদা— মেরীলেণ্ডগী চীংশাংনা সমুদ্রগা শন্নবা, ঈপাক্তা উচেক্কা পাইবা (মচু য়ামখ্রে অশংবা, নাপু, অঙাঙবা, য়ান্নবা), আটলান্টিক কোরেল রীদ খা-অমেরিকাগী নোংগা কোন্নবা উমং, লিন জাৎ জাৎ, অনৌবা ফজবা কয়া অমা। মথক্কী শরুক্তদি ঈশিং চোৎপা ফাওবা য়ৌনা থেংনৈ। এক্কারিয়ম অসিগী থবক্তি উৎপদা নত্তে— ফাওরবা অখঙ অহৈ কয়াগী লেকচর তৌফমনি। পৃথিবীগী মফম অতৈদা এক্সপিদিসনসু চৎলি।

য়ান্নমক নুংশিবদি থোং অমনা শমজিন্নবা ভাবোক ৪০০/৫০০ না য়েংবা য়ানবা শীনবা দোলফিন হায়বা ঙাদুগী জগোয়দুনি। ট্রেন তৌরবা দোলফিন ৫ গী মনুংদা নুমিৎ অসিদি অহুন্না, শেন্নবা মীওই অনিহুমগা লোয়ননা চোংবা ফনবা, বোল কাউবা অসিনচিংবগী কূম্মৈ উৎলি। মীদৌনা তৌই। ঈশিংদগী চোংখত্তুনা নত্তুগা মঙক থাংগত্তুনা অকোয়বশিংদা য়েংলিবশিংবু তরাম্না ওকই। অমগা অমগা চোংখৎ চোংখত্তুনা লৈদুনা শামিন্নবা জগোয়— তশেংবমক য়েংবদা নুংশি। মীগা চপচানা শন্নবা য়াবা ঙাগী জাৎসি দোলফিনদনি। আটলান্টিক মহাসাগরদগী ফারকপা ওইগনি।

ওহ্মোক্লা পৈশা চঙনা চহী কয়া শেমগৎলক্লিবা অসিগুম্বা ঙায়োকশঙ অমা মণিপুরগী ৱাদি থাপ্পা থন্নদুনা, ভারত্তা লৈরকপা য়াবগী মঙ মঙবা ওইথোক্তে। ঈশিংনবুদি নোংপোক, নোংচুপ, খা কোয়শিন্দুনা লৈরি। ঙাগী ঙা ঙাক্তনি। অমেরিকাগী মীওইশিংদি কয়াদা মরাইবক ফখ্রবা!

উমং ৱামংগী ৱাফম য়ৌরক্লবদি গুহা শুরুংশিংগী ৱাফমসু হৌদোকপদা মতীক চায়। পৃথিবীগী লৈমায়না মশক ওল্লকপদগী লৈনুংদা অহোবা লাকই। কাখন কয়া থোক্লা চৎলকই। মীওইবগা পোখাফম লোৎফম ওইরকই। অমম্বদসু চঙশিল্লকই। অঙানবদসু ফাওদোকই। অহোবশিং অদুদা ঈশিং চঙলক্লবদি হিনচিংবা তোংদুনা ফাওদোকপসু য়ারকই। মহৌশাগী খূৎশেমগা, মীগী খূৎশেমগা অনি পূল্লগা হৌজিক্কী মতমদা টুরিষ্টশিংনা কোয়তান তান্নবা কেভ (গুহা শুরুং) ওইরকই। অমেরিকাদা অসিগুম্বা কেভসি যান্নমক লৈ। পেনসিলভানিয়া ষ্টেট (ইবদদি কমনৱেলথ ওব পেনসিলভানিয়া অসুম্নকাসু ইনৈ) তদা অসিগুম্বা শেমগৎলবা কেভ ৮ লৈ।

আগষ্ট ১২ দা ষ্টেট অসিগী মযায় ওইরপ্পা লৈবা অপলাচিয়ান চীংশাং পরেং অমসুং ভেলীগী তাইনফম সেন্টর কাউন্টিদা লৈবা অফাওবা পেন্স কেভ (Penn's Cave) যেংবা চৎলি। চঙবদা মী অমদা দোলর ১০ লৌই।

ঈশিংনা থন্না লৈবা আমেরিকাগী অমতা ঙায়বা ঈশিংগী কেভনি হায়না খঙনৈ। নূং (শ্যান্দষ্টোন) ঙাৎ অমদগী ওল্লকপা, গাইদ অমগা য়াওনা হি তোংদুনা মাইল অমমুক কোয়বা য়াবা (হি অহুমখক লৈ— মোটোর বোটনি) কল্পনাগী মতেংনা অসুম অসুম অমম অঙান লৈনুং ফাওদুনা চৎপা য়াবা হিগী লম্বেল অসিবু মমিং থোল্লি মথং মথং ওইনা-- চঙফম, ষ্টেচু ওফ লিবর্টি (নিয়ু য়োর্ককী ফাওরবা ষ্টেচুনি), লাইশিংগী লৈকোল, নুংথিলগী কা, জীব্রালটার প্রনালী, মচু মচুগী মঙালশিং। মপাল থোরকপদা পাৎ মচা অমদা কোয়কই (লেক নিটানি কৌই)। অদুগা অমুক চঙশিল্লক্তুনা চংফম য়ৌরকপদা পূং অমদি শোয়দনা চঙই।

চহী কোটি কয়াগী মমাঙদগী ওইরক্লবা কেভকী মশক্লি। প্রকৃতিদি কদৌঙেদা মান্ননা শেমদে। লৈনুংগী ওইবা ঈশিংনা অসুম অসুম চাশিল্লক্তুনা ওইরকপা শুরুংগী মশক্লি। অদুনা শেম্লকই— চাউরবা কাজাউগী মশক, ঈবৈ কন্না চেনবা, অমম অঙানগী ফজখ্রবা মূর্ত্তি কয়ামুক। পূন্নমক শুনুগী নূংনা থোকহল্লকপা ঙাক্তনি। অদুনা কল্পনাগী মতেংনা মমিং থোল্লকই— চাইনিজ ড্রাগন, নায়েগ্রা ফোলস, চাউখ্রবা নোংশা অসিনচিংবা।

ঐহাক্লা মফমদুদা য়োনবা কার্দ লৈরকই অসুম্না মিংথোনবশিং— নায়েগ্রা ফোলস, চাইনিজ ড্রাগোন। হবাউরুই হায়রিবা পৃথিবীদা ফাওরবশিংসিগী মশক্তি অসি ওইরে। কাইনথংদা খঙলকই। কল্পনানা থোনজিনবা (মানবদি মানখ্রে) শুরুং অসিগী তোংঙান তোংঙানবা থাক্কী শকফম। লমজীংলিবা নীপা অদুসু ৱারী লীবা ওঝানি। ঙাঙবদা ওম্থোক্লা হৈখ্রে। ফাগীনা তৌরিবা, খঙবনা খঙলিবা। গাইদ পূন্নমক চপ মান্ননা হৈশিংদে। কাউঙমদবা গাইদ অমদি ভারতকী রাজস্থানদা (জয়পুরদা) থেংনখি—

জগোয়গী খোঙফম ফাওবা য়ৌনা উৎতুনা অয়েংববু নুংঙাইহনখি। ঈশৈ ফাওবা শকই। য়েংববু হৈরবদি, তাকপবু ফজরবদি কূম্মৈ ঙাক্তনি। ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি।

আর্কিওলোজিষ্টশিংনা ওষ্মোক্লা ৱানা পুথোকচবা মণিপুরগী কংখুই কেভনচিংবগী পাউ ফংলে। অসুক য়াম্না মওং তাবদি ওইরমদবা য়াই। অদুবু মদুবু য়েংবা চৎনবা টুরিজম দিপার্টমেন্টকী ষ্টেটগী থৌশিলদি মমি তমদ্রি। অমেরিকাদা ওইরম্লবদি চাবনে থকপনে তৌদুনা ফজরবা টুরিষ্ট সেন্টর খরা নহালনা ওইরম্লগদবনি। অসিনি লায়রবা লমগী দশা। ভাব তানদবগী অৱাবা।

মফমসিদা চুম্না কেভ অসিখক্তা থম্বগী ৱাফম নত্তে। এরোপ্লেন ফাওবা তোংহন্দুনা ৱাইল্ড লাইফ অমসুং নেচর টুর তৌননবা খুদোংচাবা শীল্লি। পাৎনে, লৌবুক লমহাঙ, চীংয়া তময়া থারগা একর লীশীং অমমুক্কী এরিয়ানি। পেনসিলভানিয়াগী কেভনি।

শুরুংদগী থোরকপদা মচী অমদা নোংশা অমোম অমা য়োক্তুনা শারংদা থম্লমই। মসিগী অর্থনা করিনো? চুম্নগী য়েংউ হায়রিবরা?

# ৭

# উমং, পার্ক অমসুং মেলা

ওক্টোবর ৩১ গী নিয়ু য়োর্ক টাইমসতা পাক্লবা লামায় অমা থনবা আপীল অমা থেংনৈ। অমেরিকাগী ওয়্হোক্লা ৱারবা মতমগী প্রসিদেন্ট এফ দি রুজভেল্ট (১৯৩০) গী অদুবাইদনি। মহাক্লা মঙ অমা মঙখি— পার্ক অমসুং অহাঙবা লম পূন্নমক অমেরিকাগী মীওই খুদিংনা য়ৌজবা য়াবা। লিংখৎখি— কমিটি ফোর দ লেণ্ড এণ্ড ৱাটর কনজার্ভেসন ফণ্ড। মদুগী মতেংনা মথং মথং অমেরিকা শীনবা থুংনা পার্ক ৩৮,০০০ লিংঙখৎখি। ১৯৮১ দগীদি ফণ্ড পীথরকপা লেপখ্রে। মপূং ওইনা ষ্টেটকী পার্ক শেমগৎচনবা পৈশা লৈত্রে। চহী অমদা দোলর কোটি ৯০০ খরচ তৌবা ফণ্ড অমতা কোংগ্রেসনা শেম্বীয়ু। আপীল অসি সংস্থান অসিদগীনি। ষ্টেট কয়াগী গভর্নর, মেয়ব অমসুং মীশক ১০০ মুক্লা সহি তৌদুনা মেম্বরনি হায়না খঙহল্লি। চপ চাবা মতমগী আপীলনি।

কৈথেল কাবা ঙাক্তনা পুল্পী ওইবা য়াদে। মপান্দা মহৌশা লাইরেম্বীগা খুৎশম্নন শান্নবা, কোয়থোকপা অমসুং মতম লেনবা চঙই। মদুগীদমক পার্ককী দরকাব ওই। অমেরিকাদা জাতিগী থাক্তা (নেসনেল) থম্বা পার্ক ৫০ মুক লৈ। চীংশাং, তুরেল, পাৎনা থনবা চাউখ্রবা অমেরিকা মহাদেশনি। চাউর চাউরবা তুরেল কয়ানা (মিশিশিপি অমসুং মুসুরীনচিংবা) আটলান্টিক অমসুং প্রশান্ত মহাসাগরদা চেম্থরি। খাইদগী চাউবা পৃথিবীদসু ইহান হানবা নেসনেল পার্কতি ৱাই মোং, মোন্টানা অমসুং আইদাহোগী মরক্তা লৈবা স্কোয়র মাইল ৩৪৭০ না কোনবা য়েলোষ্টোন নেসনেল পার্কনি। পোর্টো রিকো কমনরেলথতগী হেন্না চাউই। মথংদা লৈরি— চহী অমদা চাউরাক্লা

টুরিষ্ট লাখ ৮০ মুক্কা লাকই হায়না লৌনবা দি গ্রেট স্মোকি মাউন্টেনস হায়বা পার্কসু লৈরি। লম্বী ফজনা শেল্লগা চীংথক চীংখা কারনা কোয়বনি। মনুংদা চঙশিন্দুনা মফমদুগী মীওইশিংগা তিন্নরুবদি নত্তে। হান্নগী লৈজরম্বা শক্তমনচিংবা শা উচেক কয়া চহী ২০০ মুকসি কায়দনা থম্নবা হোৎনরি।

পার্ককী মশক খরা লৈ। খ্বাইদগী চাউবনা নেসনেল পার্ক হায়দুনা মথক্তা পঞ্জখ্রিবা অসিগুম্বনি। মথংদা লৈরি— ষ্টেট পার্ক। মসিমক্তদসু খরদি মেলানচিংবা চহী চুপ্পা তৌবা য়ানবগী মওংদা য়ুমকৈ শাগত্তুনা চাউনা থমই। মশীংদি য়ামদ্রে। অরোইবদা লম লমগী ওইবা পার্ক মচা কয়া অমা। দানবিলগী মনুংদা অসিগুম্বা পার্ক মচা খরা লৈ। ইনক নকপদা লৈরিবসিদফাওবা অব্রাহম লিঙ্কন অমসুং লান য়াওরুবা কয়াগী সিম্বোল ওইনা ব্রোঞ্জগী মূর্তি অনিহুম চাউরবা নুংপাক্তা শেমদুনা থমই। মরোলসু য়াম্না ই। মখোয় অসিগুম্ববুদি ষ্টেট পার্কতা শীংথানবা য়াবা নত্তে।

জুনগী তাং ৩০ দা চৎলুবা পেন হোম টাউন পার্কতি ফনা চাউনা লৈরম্লবসু নুংতিগী থা ৪/৫ গী মেলাগী মফম ওইরম্বনা মেলাগী মতাংদা নৈনজরগে। পার্কতা কোয়বদি নোংমগী খোঙচত্তা লোইশিনবা তাবনা পেনসিলভানিয়াগী মপান্দা য়েংজরুবদি ঙমখিদে। মসিদা ফাওবা ষ্টেট পার্ক ওইনা ১০০ মুক লৈরিবা অসিগী মনুংদা ৭/৮ দগী হেনবা ঙমখিদে। অনকপা অমনিদদি অনি অহুমলক চৎপা য়াওখি। ওফিসকী থবক তৌবা খূদিংমক্তা থাংজ অমসুং নোংমাইজিংদা ছুটি থারিবসি অসিগুম্বদা কোয়য়ু চৎলু হায়বনি। শম্না হায়রবদা নুংঙাইনা পোখাউ হায়বনি।

জুলাই ১৮ দা কারনা মিনিট ২০ মুক থৌরগা থেংনৈ— খূৎশেমগী পাৎ অমা। মমিংনা চিলিস ক্বাক (হান্নগী ইন্দিয়ানশিংগী মমিংনি)। অর্থনা লমগী কাংঙশিংগী ঈশৈ হায়বনি। ওম্থোক্কা ঈংনা চীক্কা লৈরমখ্রে। মোনটোর প্রিসার্ভগী মনুংদনি। পাৎ ওইবনিনা মশা মশানা পুজরকপা হি মচাদা কোয়জবা য়াই। খরদং অচীকপা জাগাদা খোই চোপ্পা য়াই। অসিদদি পাৎতা খোই চোপ্পগী পার্মিসন চঙই। ঙাগী সাইজ ফাওবা লেপই। কার থাফমদা শোইনাইরবশিংগী কার থাফম লৈ। পাৎ ময়াদা ফমদুনা নুমিৎ তারকপগী দৃশ্য উবদা শৈরেং অমদুম থোকই। ১৯৪৭ তা কটন কোলেজদা থেংনখিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ইংরাজী শৈরেং মতেক অমসু খঙহৌদনা লাকই। কমদৌনা চহী ৫০ গী মতুংদা লাক্লিবা! উমং, লমহাঙ থারগা পার্ককী এরিয়াবুদি একর ১৬৫ নি। দিলীপনা মচী অমদা খোই চোপই।

আগষ্ট ১৯ দা নিয়ু য়োর্ককী লম্বীদা (নেসনেল হায়রেজগী ৱানি) পুং ২-৩০ মুক থৌরগা লৈবা ৱাটকিন্স গ্লেন ষ্টেট পার্ক (Watkins Glen) কীদি মথেল অমনি।

বারুণী চীং কাবগুম্বনি। গ্লেন হায়বদি অপীকপা নাইতোম তাবা তম্পাক্কী শরুক হায়বনি। অশোনবা সেদিমেন্টরী রোক্সকী মরক্তা ঈশিংনা থেক্লা খোয়না ফাওদোকপগী লম্বী অদুগী লীখুন লীবনি (Gorge trail) । মসিগী শাংলবা ৱারী লৈ। ১৮৬১ দা পুথোকখিবনি। অসুম চঙশিনখিবদা (অকা অকুমদা) থেংনৈ— ঈশিং চাইবীগী মশক, টনেলগী মওং লৌবা লম্বীশিং, য়েৎ ওয়গী চীংপাকশিং ফাওবা থওইনা হক্কুনা শাবা মাল্লি। ৱারগা পোথাফম শেমই। মায়কৈ অনি অহুমদগী চঙলকপা য়াই। মখোয়না মিংথোল্লি— এনট্রেন্স টনেল, সন্ত্রী থোং, কেবর্ন কাস্কেট, সস্পেন্সন ব্রিজসু থেংনৈ। অপালাচিয়ান চীংশংনা কাখৎলকপদা অসিগুম্বা নুংপাক মপৈদা ভার্টিকেল ক্রেক্স থোকহন্দুনা ওইহল্লকপনি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা মত পী। অদুদগী য়ৌরকই— সেন্ট্রেল কাস্কেদ। ফুট ৬০ হেনবদগী ঈশিং চাইবী থোরকই। মসিদগী চেম্থরকপদুনা কোম কয়া শাদুনা চুমথাঙগী ঈশিং চাইবী (Rainbow falls) গী মশক লৌরকই। য়ৌরকই স্পাইরেল গোর্জ অমম্বা শুরুংদনি। য়ৌরকই— মাইল পোইন্ট ব্রিজ। মফমসিদগী লম্বী অনি ফাংলকই— ইন্দিয়ান ট্রেইল লোমদা চৎকেরা নৎত্রগা মাইল মখায় মুক চৎলগা জেকোবস লেদ্দার য়ৌরগা মথক্তা কাখৎকেরা। মতাং অসিৱাইদদি চৎপগী দম লোইরে। মযাম লেপ্নরে — অসিৱাইদা লোইশিল্লসি। ৱাটকিন্স গ্লেন হায়বসিদি মশা ফবা নহারোলশিংদনা মতোন য়ৌবা ঙমগনি। মতোন্দদি চান থরুবসু ফংই হায়। ঈশিং মরীশিংনা চেনথরকপনা সিনেকা পাৎতা তারি অমসুং অরোইবদা কানাডাগী ওন্টেরিও পাত্তা য়ৌখি। মদুদগী অমুক লোরেন্স তুরেলদা চেম্থখ্রগা আটলান্তিক মহাসাগরদা তাখি। য়াম্নমক ঙম্বা নুংগী থাক ৮০০ দগী হেন্না লৈবা ৱাটকিন্স গ্লেন ষ্টেট পার্কনি। হল্লকপদা হকচাংসি তোপ তাই। নুংদি য়াম্না নুংঙাইখি। বারুণী মহাদেবগী দর্শন ফংলগা কূল্লকপগুম্বনি।

সেপ্তেম্বরগী ১১ দা পুং ১ ৩০ গী কারগী লম্বীদা পোকদুও চীংশাংগী মনুংদা লৈবা হাইড্রো এলেক্ট্রিক দামগী মনীংদা লৈবা খুৎশেমগী ওইবা একর ৫০০০ না কোনবা ৱালেনপোপেক (Wallen Paupack) পার্কতা চৎলি। মসিনা মওং অমনি। পাৎকী মশক্তি অসুম চৎপদা উই। চঙফমদি ঈরৈ লৈতে। মচী মচীদা কোয়নবা হি পরেং পরেং লৈবা উই। লম্বী ময়ায়দা থুংফম ওইনা তৌবা য়ুম মচা মচাসু শাদুনা লৈবা থেংনৈ। মদুসু কমর্সিয়েল ওইবা প্রাইভেটকী ঙাক্তা ওইনা তৌই। পাৎয়াদা কোয়নবা চঙফম থিবদা অৱাবা হায়বদু ওই। উচিন নাচীন্না চঙফম অমদি থেংনরে। ফনবু ফজবা মফমনি। চীংশাং অনিগী নাপোমগী মরক্তা ঈশিং চেম্থরক্কুনা পাৎতা তারবদৌনা তৌই। চঙশিনবদা তোংদুনা পুংখায় অমা কোয়বদা দোলব ৭০ পীগদবা

হি পরেং অমা লৈরমই। পূংখায়মুক পাৎয়াদা কূমথদুনা চৎলগা য়ারনি হায়দুনা অদুম হল্লক্লে। পাৎ অসি ঐখোয়দদি মমিং চৎপনা হেল্লি। য়ৌশিনবা ৱাত্তুনা তৌরম্বসু য়াই।

ষ্টেট পার্ককী চপ চাবা মওং তাবা পার্কতি পূং ১.৩০ মুক থৌরগা লৈবা বল্ড ঈগল (Bald Eagle) পার্কসিনি। মিংথোনসিদি থায়নগীনি। মাইলবর্গ হায়বা মফমদুদা লৈবনি। এলোধানী মালঙ্কমি য়ৌরমদাইদনি। ১৭২০ দা ইরোকোই হায়বা জাতিনা জয় তৌখিবা লেনিন লেনাপে জাতিগী নিংথৌ বল্ড ঈগলনা খুন্দারমই (ইন্দিয়ানশিংনদি মহাকপু ৱাপেলানেৱেক কৌই) হায়বদগীনি। য়ুএস আর্মি কোরগী ইঞ্জিনিয়রশিংগা ষ্টেট অসিগী এনভাইরোনমেন্ট রিসোর্সিকী বিভাগকা খূৎশন্নরগা ১৯৬৯ দা দাম শাদুনা একর ৫৯০০ গী প্রোজেক্ট এরিয়াসিদা শাগত্তুনা ১৯৭১ দা প্রজাদা খূৎশিন্নখিবনি। পাৎ অসিমক্কী এরিয়াসু একর ১৭৩০ নি।

কয়াসু খূৎলোয়দ্রিবনিনা ঐখোয়সু অহানবা হেক থেংনবা জাগাদা কূমথদুনা পাৎ মপান্দা খোই চোপ্পা, লমহাঙদা নীপামচা নিশিকান্তগা ঐখোয়গা ফুটবোল কাওদুনা শান্নবা, কোক থকপনচিংবা কয়া পাঙথোকই। খোই চোপ্পদা ঙা মচা ৫ মুক ফারকই। ঐহাকসু ছাত্র ওইরিঙেদা ফুটবল শান্নরকই। হোকিসু। কপ ফংবনা টেবল টেনিসতা কোলেজদা। তাল্লক অদুদা মোটোর বোটতা পাৎয়াদা কূমথরগা খোই চোপ্পদা ফারকপা ঙা অহুম মরিগী (ফনবু চাউই) কম্পিটিসন তৌদুনা মনা ফংবা য়াওই। প্রাইজ ফংলবা তুংদা ঙাশিংদু অমুক পাত্তা থাদোকখি। থোরকপদদি ওষ্ঠোক্লা চাউরবা পাৎ ওইরম্লে। ওফিস নাইবা, ঈরোইফম, হি তোংদুনা কোয়ফম, কেম্পিং তৌফম, চীংদা করিদা হাইকিং তৌফম, এনভাইরোনমেন্ট এজুকেসন পীফম (নহারোলশিংগীনি), শা তানফম, পূন্নমক মফম চানা চানা শীন্দুনা লৈরমলে। কেম্পিং মক্তা মখল অনি থোক্লি-- নম্বো পোদুনা ডম্বুর খন্দুনা তৌবা কেম্পিং মওং (মসিবু প্রিমিটিভ টাইপ কৌই), গাড়ীদা তোংদুনা লৈফম চাফমনচিংবা পূংশু শুনা শীনবা হৌজিক কানগী কেম্পিং মওং অমা। হি তোংফম মক্তদা মফম তরেৎ লৈরমই। পার্ক হায়বসিদি আমেরিকাদদি রিক্রেসনগী মওং পূন্নমক শুনা পীনবা হোৎনবনি। চীংনুং মানুংদা খোঙনা কোয়দুনা নত্ত্রগা সাইকলদা নুমিৎ নিনী হুমনি কোয়নবগী খুদোংচাবা ফাওবা শীল্লি।

সেপ্টেম্বর ২৯ গী খোঙচৎ অসিদি অনকপদা তুরেলগী ময়াদনি। খোই চোপ্পা য়াই। ফনা পাকপা জাগানি-- সোকলামী ষ্টেট পার্কনি। ফনা ঈংই-- চীকই। লম ঙানুশিংনা তুরেন্দা তাবদগী পাইখত্তুনা লম্পাক অমদা পূল্লে। ঐখোয় ফুটবোল শান্নে। দুকান, ঈশিং চিংখৎফম, হিথাংফম লোইনা লৈ। তুরেল মপান্দা ফনা শাংনা তুমিন্না কোয়বা য়াই। কার ৭/৮ থাবা উই। ঐখোয়গুম্বনি। উখোঙদা ফমদুনা ধ্যান তৌবসু য়াগনি।

সেপ্টেম্বরগী তাং ২৬ তা চৎলুবা পুং অনি থৌরগা লৈবা রিকেটস গ্লেন ষ্টেট পার্কতি তশেংবমক অচৌবনি। সুলিভান অমসুং কলম্বিয়া কাউন্টিগী তাইনফমদা লৈবা, ব্লুমসবর্গ সহরদগী অরাং লোমদা মাইল ৩০ মুক চৎলগা লৈবা একর ১৩০৫০ গী এরিয়ানি। কর্নল রোবার্ট ব্রুস বিকেটস হায়বা য়ুএসকী আর্মিগী মীওইগী মচা মশূশিংদগী একর লীশীং তরা লৈরগা অতৈ খরসু লৈশিল্লগা হাপচিন্দুনা শেমগৎলকপা চাউরবা ষ্টেট পার্কনি। ঈশিং চাইবীনচিংবা লৈবা জাগা খরদি থিংজল্লমলে। অদুবু পাৎ অমগী ময়াদা ঈরোইফমগী জাগা অমদা (পাৎকী মমিং— লেকজিন) পুং অম'নি পোত্থারকই।

লৈরমলিবা খুদোংচাবশিংদি— ভারা পীরগা লৈবা য়াবা হৌজিক্কী য়ুমশাদা ১০ (কেবিনস), পিক্নিক চৎফম, ফুট ৬০০ কী এরিয়াদা ঈরোইফম, ক্রোসকন্ট্রি স্কিইংনচিংবা, উনদা চেনবনচিংবা তৌনবা নিংথমথাগী শান্নবগী মফম, অকোয়বগী মতাংদা লেকচর, কেম্প তৌদুনা শিক্ষা পীফম, জিন পাৎকী একর ২৪৫ গী এরিয়াদা পাবারুনা থৌদবা চুন্নগী হিদা তোংদুনা শান্নফম, প্ল ফানবা মফম, শা তানফম, চীংনুংদা খোঙনা কোয়নবা, ঈশিং চাইবী কয়াদা কোয়রুনবা। মসিদগী থোরক্লগা থেংনৈ অমম্বা উনুং রানুং ফাওরগা পৃথিবীগী অরোইবা পার্ক (world's end)।

অমেরিকাগী পার্ক হায়বসিদি চুন্নগী লৌবুক লমহাঙগী রাফম নত্তে। চীংনুং মানুং, তুরেল, পাৎ (মহৌশাগী, খুৎশেমগী) লোইনা কোন্নবা দিপার্টমেন্ট কয়ানা অহীং নুংথিল শেন্নদুনা লৈবা, রিক্রেসন মখল কয়াবু পাঙথোক্লবা হোৎনবা মগক্লি। পেনসিলভানিয়াগী ষ্টেট পার্ক ১০০ মুকসিবু শেন্নরিবা লোয়শঙসি য়েংবিয়ু ষ্টেট পার্ক, ষ্টেট ফোরেষ্ট, ফিস এণ্ড বোট কমিশন, গেম কমিসন, এলেধোনী নেসনেল ফোরেষ্ট, নেসনেল পার্ক সার্ভিস অমসুং য়ুএস আর্মি কোর ওব ইঞ্জিনিয়র্স। পুল্লপ অসিনা নিয়ম অকক্লবা শেমদুনা চলাইরিবনি। মতীক চানা এদভর্টাইজ তৌবদগী টুরিষ্ট লাখ কয়ানা কোয়বা লাক্লিবনি। পেনগী উদস (Pen's Woods) হায়না মমিং চৎলি।

ঐখোয়গী মণিপুরদদি মাঙশিল্লকইবা কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক লৈরি। মসিদসু কোয়ফমগী খুদোংচাবা ইফং ফংদ্রি। লৈববুদি লৈরি— কংলা পার্ক, ইন্দিরা গান্ধী পার্ক।

তিন্নফম নুংঙাইফমগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা মফমদি— অমেরিকাগী মফম পূন্নমক্তা অপীকপা, অচৌবা মেলাগী পরীং অমা চত্থরিবশিংনি। মেলাগী মেলা ঙাক্তনি। চহী অমদা অমুক্তং চয়োলমুক চত্থবা মমিং চৎলবা লম লমগী ওইবা মেলা লৈরি। লৌউ-

শীংউবগী, ইন্দষ্ট্রিগী, মেলা মখল মখল চাউনা অমসুং পীক্লা লম লমদা শীল্লি। য়াম্না লিরবা কার পুথোক্তুনা তান্নবগী মেলা লৈ। মাইরেল মখল মখল পুথোক্তুনা তান্নবগী মেলা লৈ। লৈজরিবা দানবিল সহর মচা অসিমক্কীসু পংচাউদি চাউদবা মেলা খরদি লৈ।

লাকপা নৌরিঙৈগী জুনগী তাং ৩০ দা অনকপদা লৈবা (গাড়ীনা পুংখায়মুক্কী লম্বেননি) পেন (Penn– পেনসিলভানিয়াবু অশম্বদা পেন কৌনৈ, লৈফমগীনা পিএ) হোম টাউন পার্ক হায়বদুদা নুংথিল পুং ৪ দা চৎলি (মফম অসিদদি নুংথিল পুং ৯ দা নুমিৎ তাই)। খুঙ্গংদগী লাক্তুনা ইম্ফাল য়ৌবদা পুমঙক ঙকই হায়বদু ওইখ্রে। সেক্সন কয়া মথং মথং থেংনৈ– পাইওনিয়র ট্রেন, বেলুন রেস, অচৌবা চাকাদা লৈবা, কেম্প গ্রাউণ্ড, ক্লব কার লমজেল, স্পীদ স্লাইদস, ঈশিংগী স্লাইদস (তোংনবমক্তদা মখল ৫০ শুই), অমনবা মৈখু কাবা ট্রেন, ঙা ফাফম, ম্যুজিয়ম, সুটিং গেলরী, পেরাছুট তাফম অসিনচিংবা। পোৎ চৈ লৈনবা, চান-থক্লবা মফমদি ওন্থোক্লা য়ামখ্রে, মচী মচীদা লৈ। মসিগা হাইফেৎ নকশিন্নবা অমদি– কলিকাতাগী সাইন্স সিটিগা থংনবা পার্ক অদুনি। অদুবু মসিনদি য়াম্না হেন্না চাউখ্রে।

অসিখক্তংদি পন্দবা ঙমদ্রে। অমনা– ওপন ওইবা ষ্টেজদা নুপী অমনা কোয়রাউ লাউদুনা লীলা অমা শান্নরমই। শূমাঙ লীলাগী মওংদা থায়নগী ফীজেত্তা লান শোক্লে। ভাবক মরক্তগীসু হান্না লৈরম্বা ফি শেৎচিল্লগা য়াওশিল্লি। লোইরগা ফি হোংদোক্লগা থোরকই। য়াম্নমক য়েংবা নুংঙাই। অনিশুবা অমনা ভূতকী য়ুমদা শুশিনবনি (Haunted House)। অমেরিকাগী মীশিংসি চাদা তংখায়দি ভূততা থাজে হায়নৈ। চঙশিন্দুনা মনুংদা গাড়ী মচা অমা তোংদুনা কোয়বদদি অশিবগী শকফম কয়া থেংনরকই। থোং গম লোনশিনবা, হাংদে। কপা, ময়া শীংজঙ হায়বদুগী মশক লৌই। নুংঙাই।

জুলাইগী ২১ দা লাইকোমিং হায়বা কাউন্টিদা চয়োলমুক চথবা (পুংখায় মুক্কী লম্বীনি) মেলা য়েংলুই। পেনসিলভানিয়াদা চহী খূদিংগী পাঙথোকপা মেলা ১১২ গী মনুংদা শীংথানবা য়াবা অমনি। ঈশৈগী কাঙবু, ভেরাইটি শোগী কাঙলূপ, লেকচর পীবনচিংবা য়াওই।

মেলাগী নুমিৎ খূদিংগী মমিং তোংঙান্না থোল্লি– কোকা কোলা দে, নহাগী নুমিৎ, স্কুল নুমিৎ, নহারোলগী কৈথেল, সিনিয়র সিটিজন্স দে (অমেরিকাদা চহী ৬৫ দগী হেল্লবশিংবু ব্যবহার তৌই) অসিনচিংবা। ঈশৈ মখল মখলগী তান্নফম লৈ। শগোলগী, ট্রককী, অরিবা কারগী মেলাসু য়াওই। পৈশা পীরগা হেলিকোপ্টরদা মিনিট ৫ মুক পাইনবগী মওং লৈ। নোক্লিংবসু য়াওই। অহানবা আইসক্রীম লৈবা

মীওই ১০০০ দা লেন্না টি-শার্ট য়েনথোকপসু য়াওই। চাফম থকফমগীদি মফমগী মফম ঙাক্তা।

কাউঙমদবা কূম্মৈ অমদি পাউদমজনীংই। অচৎপা য়ুমগী ট্রক অমদা মপোৎ মচৈ লোইনা হাপ্লগা শান্নরম্বা ওক ৪ গী লমজেন তান্নবগী (Swifty Swine Racing) কূম্মৈদুনি। মতৈ মনাওনা মাইককা টেপ রোকোর্দকগী মতেংগনা পূমলাঙ লাঙহন্দুনা গাড়ী মনুংদগী চেনথোকহল্লগা ফীরোল অঙাঙবনচিংবনা কূপশিন্দুনা ওক মরি লমজেল তান্নহনবদুনি। মফম চাউদে। লৈদুনা চেলহনবনি। লাউথোকই– পূংদা মাইল ১৫ গী চাংদ' চেনবনি। ওকপু ঈরোইহনবসু য়াওই। থানবা কাঙবুদা প্রাইজ পী। অহুল্লক তান্নে। য়াওরিবদি কলর টিভি, এয়রকন্দিসনিং অমসুং ষ্টেরিও। পার্টি অসি চহী অমদা থা ১১ দি অসুম তৌদুনা অমেরিকাগী মফম অয়াম্বদা চত্তুনা লৈ। কূম্মৈবুদি করিসু লৈতে। ভাবকপু লাউবনে খোংবনে নুংঙাইহনবসিনি। নুমিৎ অসিগী লোইশিনবদা দানবিলদা লৈবা থোং অমগী মথক্তা নুমিদাং পূং ১১ দা মিনিট ৩০ গী নুংঙাইরবা মৈকাপ্পীগী শো য়েংই। মসিগীসু লাক্করিবা কয়ানি।

জুলাইগী তাং ২৪ দা য়েংবা মেলাদি মফম অসিদনি। খোঙনা চৎলি। য়োৎ থোকফম ওইদুনা মতম অমদা দানবিল হায়রিবা জাগাসি মমিং চৎলমই। কল কারখানা, রেল লম্বী লৈরমই। মদুগী নীংশিংবা ওইনা মসিবু কৌই– য়োৎকী ওইবা মেলা (Iron Heritage Festival)। চাফম থকফম কয়া য়াওনা ফনবুদি শাংই। অদুবু অচৌবদি নত্তে। মফমসিগী ওইবা জাজগা ব্লুগা য়ানশিন্নবা নুংঙাইরবা বেগু মু জিক অমা ফনা কুইনা য়েংই। নুপী মচা অমনা ঈশৈদুগী তালদা নুংঙাইরদুনা চোংথোক্তুনা জগোয় শাই। কনানসু করিসু হায়দে। চা থক্তুনা ফমদুনা নুংঙাইনা য়েংই। দানবিলগী ইতিহাস উৎপা কাষ্টল গ্রোভ হায়বদুদা ম্যুজিয়মগী মশক লৌদুনা ফজনা উৎলি। দানবিলদগী ফাওখিবা লময়ানবা মীওই কয়াগী পরিচয় ফংই। অরিবা পোৎশকশিংসিদি থাদোকপা লৈখিদ্রে। মণিপুরদদি খোঙজোম লানগী ফাওবা খোমজিন্দুনা থম্নবা হোৎনদ্রি। মথংদা বেসিলিকা গীর্জাদা চত্তুনা য়েংলুই।

অমেরিকাগী মেলাশিংদা তোয়না শীজিন্নবা স্লোগান অমা লৈ– নীংশিংবনা পুম্নী চূপ্পা লৈনবা (Where memories last a life times)। য়াম্নমক ফজে। নীংসু নীংশিংগনি। সেপ্টেম্বর ২৮ দা ব্লুমসবর্গ হায়বা জাগাদা চয়োল অমমুক চহী খূদিংগী উৎপা চাউরবা মেলা অমদা চৎলুই। মসিবু ব্লুমসবর্গ মেলা (Bloomsburg Fair) কৌই। হন্দক্কীসিনা ১৪৫ রক শুবনি। হান্না পেভিলিয়ন কয়া শাদুনা থম্লবনি। হন্দক্কীসিদা লৌউ শিংউবগী অমসুং ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক জাৎ শুখ্রে। ফীশা লোনশা,

স্কুল কোলেজগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা শাজবা-লোনজবা, পরেং পরেং উৎলি। পেভিলিযন কয়াদা য়েনগী, থেবগী, শনগী, শাগোলনচিংবা কয়াগী কম্পিটিসন তৌই— জর্জশিংনা মকোক মথং লেপ্পুনা প্রাইজ পী। লৈ জাৎশুনা উৎপগী পেভিলিয়ন লৈ। য়োন্নবা কার মখল মখল উৎলি। হামেংনচিংবা কয়াবু নানবীনবা মফমসু খাকই। হেলিকোপ্টর পাইবা য়াওই। শগোল খ্বাইদগী চাউবা অমসুং খ্বাইদগী পীকপা (মণিপুরগী পোনিসু য়াওরবদি ফার্ষ্ট তাগনি) খল্লগা উৎলি। পৈশা পীরগা য়েংহল্লি। টিকেটকীদি করি হায়গনি, খরদং নুংঙাইগদৌবা জাগাদা টিকেট, গাড়ী থাফমগী টিকেট, মেলাদা চঙবগী টিকেট। লাইরবগী মফম লৈতে। লাক্লিবদি কারগা কারগা মীওই লীশীং লীশীংনি চয়োল অমা লেপ্পুনা লাক্কদৌরিবা।

মনা-মশীং, উহৈ-ৱাহৈ উৎপগী সেক্সনদা মাইরেল, পাউণ্ড ২৫০ দগী হৌরগা পাউণ্ড ৪৯০ য়ৌনা লূম্বা চাউখ্রবা মাইবেলশিং য়াওরকই। লৈদুনা শান্নবগী মওংদা পেটি ফারগা ফ্লিপ ইন আউৎ শো হায়দুনা পরেং ওইনা মকোক মমৈ খঙদনা লৈহনবদু (টিকেট লৌবগা) য়েংবদা কিবা পোকই। মেলাদা মেলা হায়বদুনি— অহল, নহা, অঙাং পূন্নমক্কী ওইবনি।

মফম অমদা চে অমা য়েল্লকই— খৃষ্টাইন কাঙলূপ অমদগীনি। চেদুদা ই— কমদৌনা ঈ তানরিবসি থিংগদগে? অঙাংনা অঙাং হাৎলিবা। য়ুএসতা হৌখিবা চহী ১০ অসিদা হাৎখ্রিবা মীশীংসি লাখ অনি শুরে। পাউখুম— স্কুলশিংদগী টেন কমান্দমেন্টস তম্বা লৌথোকখিবদগীনি। জাতি অমা ওইনা ঐখোয় পূন্নমক দায়ী লৌমিন্নবা তাবনি। য়াম্নমক তান চাবা ৱাফমনি। অদুবু কয়া য়াম্না ইনগনি?

ওক্টোবর তাং ১০ দা ইলিসবর্গতা লৈবা মিদ টাউনগী মেলা মফম অদুমক্তদা শম্লনা উৎপা য়ুমথক য়াওবা থোং অমসুং আর্টসকী ফেষ্টিভেল (Covered and Arts Feštival) হায়বা অদুদা অমুকসু চৎলি। বার্ত্তনদা লম্বীগী মেপ য়াওনা তৌরকই। নুমিৎ নীনীগী মেলানি। মরূওইনা ক্রাফ্ট্স্ ফেষ্টিভেলনি। শীল্লিবনা কলম্বিয়া অমসুং মোন্টোব টুরিষ্ট প্রোমোসন এজেন্সিনা শীনবনি। য়োৎকী, গ্লাসকী, জুয়েল্লরীগী, হোরায় খায়বগী, শুমজিৎ শাবগী, অসিনচিংবা ক্রাফ্ট্স্ মখল কয়াগী মী নত্তুগা কাঙলূপ ২২৫ না শরূক য়ারি। হন্দক্কীসিনা ১৮ রক শুবা ফেষ্টিভেলনি। মমিং লৌরিবা উপাক্লা মথক কূপ্লা থোং চত্তুনা য়েংলুই। মথক কূপ্তবা অতৈ থোং খরসু উরকই। য়াম্নমক মমিং চৎলিবনা ক্লাসিক অমসুং এন্টিক কার শো হায়দুনা পেনসিলভানিয়াদা অমুক্তদা মতৌবা শো অসিনি-- চহী চাদগী হেনবা মমাঙগী কার ফজনা থৌরগা উৎকদৌরিবনি। মেলা অসিদা

মাইল ৫ গী লমজেল তান্নবা য়াওই। বেণ্ড ম্যুজিক গ্রূপ অনি য়াওই। কার লীশীং তরামুক্কী থাফম শেমদুনা লৈ।

অমুক্কা ঙকইবনা ওক্টোবরদগী ডিসেম্বের ফাওবদা চত্থগদৌরিবা মেলা কয়াগী মশক তারিখ পুংফমগা কোন্ননা শীল্লিবা এজেন্সী অসিনা য়েম্থোকপা ঙমই। কয়াদা কনখ্রবা থবক ফগ্রবা সংস্থাননো?

মেলাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা অমসুং কাউঙমদবা অমদি— জুলাইগী তাং ৩১ দা স্কেনটন ইন্টর্নেসনেল এয়রপোর্টতা উৎখিবা অমেরিকাগী এয়রফোর্সকী শো (U.S Airforce Show) অদুনি। কূম্মৈ য়েংবা লাখকী মথক্তা কারনা লাক্লমগনি। চঙবগীদি মী অমদা দোলর ১০। এয়রফোর্সতদি হৌজিক ফাওবা অমেরিকাগী লাম্বা লৈতবনি। পাকিস্তাননা এফ-সিক্সটিনগী এরোপ্লেন লৈবদা ভারতকা অমেরিকাগা নুংঙাইনদ্রিবনি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউদা শীজিন্নখিবা হেলিকোপ্টরদগী হৌরগা চাউখ্রবা পোৎচৈ পুবা এরোপ্লেন ফাওবা য়াওনা য়ু এস আর্মিগী তেংবাংগা লোয়ননা অমেরিকাগী অৱাং থংবা শরুক্তা চহীদা অমুক্তং উৎপা তাঙলবা কূম্মৈনি। এরোপ্লেন মখল পূম্নমক শেন্নবা য়াওনা হাংদোক্তুনা থমই। চঙ চঙদুনা পায়দুনা য়েংবা য়াই। অনিশুবা লাঞ্জাওদা য়াম্নমক ফাওখ্রবা এরোপ্লেন মখল অনি (F-15 Eagle অমসুং F-51 Mustag) পাইদুনা উৎলি। হৌজিক্তি জেট য়াওরবা ঙাক্তনা পূংদা মাইল ৯৫০ য়ৌনা পাইবা ঙমলে। মখোয়দগী হেন্না য়াঙনা পাইরে। রাদারনা ফাবা ঙমদবা এরোপ্লেন ফাওবা অমেরিকানা শারে।

পাইদুনা উৎলিবা কয়া অসিদা জেট দোমোন্সত্রেসন, য়ুএস নেভি পেরাছুট টিম (ইম্ফালদা নেসনেল গেমসতা পেরাছুট তাবগী মতেক অমতং উৎখি), স্কাই টাইপর্স ইনফোর্মেসন, ষ্টারস এণ্ড ষ্ট্রিপস এক্রোবেটিক টিম, বর্ন ষ্টোর্মিং এক্ট, মীকি লাইকিদবা কোয়চৎ চৎপা (Dare-devil walking stunts), মসিদা নুপী অমনা পাইরিবা এরোপ্লেনগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈখিবা, এরোপ্লেনদুসু মথক মখা কায়রক ওনবা— অঙকপনি।

অঙকপা অমনা ট্রক অমদা জেট ইঞ্জিন অহুম হাপচিল্লগা পূংদা মাইল ৩৫০ গী স্পিদতা মখোলদগী য়াঙনা থৌবা অদুনি। নুংশিবা অমনা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওদা শাখিবা এরোপ্লেননা অনিরক পাইদুনা বোম থাদবগী মওং (পোকখাযহন্দুনা মৈখু কাদুনা) উৎখিবা অদুদা নুংশিরবা বেণ্ডগী মখোলদা পূম্নমক লেপখত্তুনা অহানবা লাঞ্জাওদা লৈখিদ্রবা লান্মীশিংদা সলামী কৎপা অদুনি। অসি নত্তনা ফোর্মেসন কয়া উত্তুনা জেটকী স্পিদতা এরোপ্লেন ৪/৫ না জগোয় শাবগী মশক ফনা কুইনা উৎলি।

এরোপ্লেনদা অসুক য়াম্না ফজনা গুক্কা উৎপা কূম্মে অমেরিকাদা নত্তনদি পৃথিবীগী মফম অতৈদা উবা ফংগনি থাজদে।

য়াম্নমক নুংশিবা ধর্ম্মগসু খরা মরী লৈনবা য়াউশঙগুম্বা কূম্মে অমনা অমেরিকাগী মফম কয়াদা পালন তৌরিবা হেলোরিন (Halloween) কূম্মে অসিনি। তাং ২৮ গী নুমিদাংদা দানবিলগী লম্বীদা মণিপুরগী রিপব্লিক দেগী পেরেদতগী হেন্না চাউবা পেরেদ অমা চৎলি। ঈশৈ, জগোয়, ফেন্সী ড্রেশ, মিঠাই লংবা, অমনবা কারগী পেরেদ, ফায়ার ব্রিগেদ। নুমিৎ অসিদা জর্জ অহুমগী সিট নত্তনা অতৈ সিট থাদে। মায়কৈ অসোমগী মকোকসু কার তোংদুনা চৎপা য়াওই। চহী লীশীং ৩ মুক্কী মমাঙগী গোলশিংগী নীংথম চঙলকপগা লোয়ননা ফত্ত হৌদী লাই কয়াসু মপা মপুশিংগা লোয়ননা ওক্টোবর ৩১ দা লাকই হায়দুনা মায়খুম কয়া উপ্তুনা চঙক্তনবা তৌবদু ৭০০ দা কেথোলিক চর্চনা লাইশিংগী নুমিদাংবাই (All Hallows' Eve) হায়দুনা ওহ্লোকপদু অমেরিকাদা অমুক ১৮৪০ গী অদুরাইদা চঙলকপনি। মাইবেন মপূমদা কোৎথোক্তুনা থাংমৈ থানবা উবদা মপা মমানা লমজীংদুনা অঙাংশিংনা মিঠাইগীদমক নাক থেংই। টিভিদসু খবরদসু নুমিৎ নিনি হুমনিদি হেলোরিনগী পাউ য়াম্না লাকই। য়াম্নমক নুংশিবা কূম্মেনি। চহী খুদিংগী নবেম্বরগী অবোইবা শগোলশেনদা থাগৎনবা নুমিৎ (Thanks givings day) পাঙথোকই। নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ ওক্টোবরগী তাং ১৭ তা পেনগী চিদাইদা লৈবা চাওখৎলবা সহর পিটসবর্গকী দলান, থোং অমসুং মৈগী কূম্মে য়েংবগা লোয়ননা ভগবান সত্যসাই বাবাগী মন্দিরদা খুরুম্বা চৎলি। শ্রীভেঙ্কটেশ্বর মন্দিরদি চীংথক্তা লৈবদু কোম্না থেংনৈ। বাবাগী লম্বী ময়াগী মন্দির থিবদা গাড়ীসি পূং অমমুক লৈদুনা লৈ— মেপ য়াওনা য়াওনা। শোয়রেদনা হায়বা কান্দা থেংনদুনা দর্শন ফংজরকই। নবুক কয়া শেংদ্রি লাক্লগে হায়রি মাল্লে।

৮

# অমেরিকাগী ম্যুজিয়মশিং

পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা অমসুং পূন্নমক্না য়েংগে তান্নরিবসি ফ্রান্সকী পেরিসতা লৈবা লুভর্অ (Louvie) ম্যুজিয়মনি। মতম কুইনা ইউরোপকী কলচবগী সেন্টবসি পেরিসনি। ঈশৈদা, জগোয়দা, লাইযেকপদা, থিয়েটরদা পৃথিবী শাৎনা ফাওরকপসি পেরিসতগী হৌবা তাই। ১৯৭০ দা ইউরোপকী খোঙচত্তা লুভর্অ ম্যুজিয়মদা নুমিৎ ৫/৬ নি চত্তুনা য়েংজরমই। লোইশিনবা ঙমখিদে। নেপোলিয়নগী মতমদগী হৌনা দলান মথং মথং শন্নরক্তুনা চাউখ্রবা মফম অসি ওইরকইবনি। লুভর্দা অমুক ময়াম্না ঙাওনরিবনা কা অমদা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা লিওনার্দো দা ভিনসিগী মোনালিসানি। চঙশিনখিবদা অ্যার্কোননচিংবা নাকোঙদা হাপচিন্দুনা তাহল্লি। ইউরোপতসু মশীং থীঙমদনা ম্যুজিয়ম কয়া লৈ-- অপীকপা অচৌবা। জর্মনীগী দ্রেশদেন ম্যুজিয়মদা লৈহৌবা সনা, মণিমুক্তাশিং কাউবা ঙমদে। হৌজিক্তি ইতিহাসকী ম্যুজিয়ম, বিজ্ঞানগী ম্যুজিয়ম, লানফমগী ম্যুজিযম, ইন্দষ্ট্রিগী ম্যুজিয়ম হায়না পীক্তক তৌবা কয়াসু মশীং থীঙমদনা মফম মফমদা থোবকলে। হৌজিক ইউরোপকা লাম্বা তৌনগনি হায়দুনা চোংথোরকইবসি আমেরিকানি। পেরিসকী লাম্বাসি নিয়ু য়োর্কনি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতমদদি আর্টকী কোনুংসি নিয়ু য়োর্কতা হোংলম্লবনি। হৌজিকসু পেবিসপু নিয়ু য়োর্কনা উশিত্তে। অদুবু লুভর্অগী খুভমদি কনানসু মুনবা ঙমলোই।

ষ্টেট ৫০ লৈবা অমেবিকানিনা য়ামদ্রবদা কুন কুনদং পাবদা চাউরাক্না অমেরিকাদা ম্যুজিয়ম ১০০০ দগীদি তাদনা লৈ হায়বা তাই। ২০/৩০ মুক্তি চপ চানা ফাওই।

মদুগী মনুংদা ৫/৬ তনি চপ চানা খরা কূপ্না ঐহাক্না য়েংজরকইবা। অদুবু অতৈগী পাউসু অদুম মতমজগে। হৌজিক্তি ম্যুজিয়ম হায়বসি চুন্নগী হৌখ্রবা কলচরগী পোৎ চৈ থমফমদা নত্তে। জাতিদুবু শক খঙজনবগী শিক্ষাগী অমসুং রিসার্চকী মফম ওইরে। ম্যুজিয়মদগী থাপ্ল থাপ্লবা মফম ফাওবা থওইনা কোয়নবগী খুদোংচাবা লৈরে। শায়োকশঙগী ওইবা অহিংবা শাশিং ফাওবা রিসার্চকী ওইনা ম্যুজিয়মদা পুশিন্নরে। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিনা পুরকপা খূৎলাই কয়াসু শীজিন্নরে। জাতি অদুগী তম্ফমশঙ ওইরে।

ঐহাক্না চত্তুনা কূপ্না য়েংজরুবসি ফিলাদেলফিয়া ম্যুজিয়ম ওফ আর্ট (জুলাইগী তাং ২৫ দা), ৱাশিংটনগী স্মিথসোনিয়ান ইনষ্টিট্যুটনা শীনবা ম্যুজিয়ম ১৫ গী মনুংদা মপূং ওইবা অনি-- ম্যুজিয়ম ওব নেচরল হিষ্ট্রি অমসুং ম্যুজিয়ম ওব এয়র এণ্ড স্পেস (অগষ্টকী তাং ২২), মেরিলেণ্ডগী খ্বাইদগী চাউবা সহর বালটিমোরদা লৈবা বালটিমোব ম্যুজিযম ওব আর্ট (সেপ্তেম্বর ২৫), নিয়ু য়োর্কতা লৈবা সাইন্স সিটি অমসুং অমেরিকান ম্যুজিয়ম ওব নেচরল হিষ্ট্রি (ওক্টোবর ১৬) অমসুং অরোইবদা ৱাশিংটনগী হীর্সহোর্ন ম্যুজিয়ম এণ্ড স্কল্পচর গার্দেন, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওব অফ্রিকান আর্ট, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওব অমেরিকান হিষ্ট্রি, নেসনেল গেলরী ওব আর্ট (নবেম্বর ২১ দা)।

ফনা নীংথিজনা চাউবা নিও ক্লাসিকেল আর্কিটেকচরদা শাবা ৱাশিংটনগী কোনুং কেপিটোলগী শকফম লৌনবা হোৎনবা মথোল অহুম ৱাংবা ফিলাদেলফিয়া ম্যুজিয়ম ওব আর্টনি। গ্রাউণ্ড ফ্লোরদা লৈরি-- ওফিস, সেমিনার কা, চানথরুবা রেষ্টোঁরা অমসুং কাফে, লেবোরেটরীনচিংবা। অহানবা ফ্লোরদা লৈ-- ইউরোপিযান আর্ট (১৮৫০-১৯০০) গেলরী ২০ মুক্তা, ২০ শুবা শতাব্দীগী আর্ট গেলবী ১৫ মুক্তা (মসিদা লোইনা শুবে-- পিকাশো, ব্রাস্কুসি, মেনে, সেজান, দুকাম্প, মাটিস, ভানগোকনচিংবা পূন্নমক), অসিগা লোয়ননা ফিলাদেলফিয়াগী আর্টস অমসুং ক্রাফ্‌ট্‌স্‌, গ্লাসকী, সিলভরগী, পোৎ চৈ কয়া। কূপথনা য়েংগে হায়রবদি নোংমগী থবক নত্তে। নুমিৎ ৪/৫ নি চঙগনি। মথোল অনিশুবা অহুমশুবদা লৈরি-- নোংপোক এশিয়াগী আর্ট-- টিব্বত, চাইনা, ভারত, পাকিস্তাননচিংবা লমদমগী। ভাবত্তগী নূংগী, পিথ্রাইগী নটরাজনচিংবগী অশাবা মূর্তি কয়া উৎলি। টিববতকী মন্দলনচিংবা মখল মখল, চীনগী শরুক্তি পাকচাউখ্রে। জাপানগীনা মতোন্দা পুখ্রীনচিংবা য়াওরদুনা উপাক্লা কূপ্লদুনা চপ চানা মান্নবা শাবা জাপানগী চা থকফম শঙ (Tea House), পাকখ্রবা কেনভাস অমদা ওইল পেন্টিংদা অমেরিকানা আফগানগী লান্দা য়াওরুবগী লাই অমগা উবকই। ফনা ফজনা চাউই।

পান্দমদি মীওইবগী সভ্যতাগী চহী লীশীং অনিমুক্কী মশক উৎনবা হোৎনবনি। আর্টকী কা (গেলরী) ৩০০ মুক্তি ওইগনি। থাগী বুলেটিন ফোঙই। লেকচর একসিবিসন

তোয়না তৌই। চাকথোংবগী ক্লাস ফাওবা লৌই। ঈশৈ জগোয়গী প্রোগ্রাম লৈ। ভারতনচিংবা লৈবাক কয়াগী জাতিগী নুমিৎ তাকুবা হোৎনৈ। পুং ৩ মুক্তি লেপ্তুনা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলকই।

থংননা তোপ্পা রোদ্যাঁ (Rodin) ম্যুজিয়ম লৈ। পৈশা পায়বা অমনা কৎথোকপদগী ১৯২৯ দা হাংদোকই। মসিদা অশাবা অয়েকপা দ্রোইং, চিঠিশিং অমসুং লাইরিকশিং লৈ। অশাবা ১২৪ নি। মমিং চৎপা মফমনি।

মমিং চৎপা তোপ তোপ্পা ম্যুজিয়ম অমনা য়ুনিভর্সিটি ওব পেনসিলভানিয়া ম্যুজিয়মনি (University of Pensylvania Museum)। ইজিপ্ট, মেসোপোটোমিয়া, মেসো অমেরিকা, এশিয়া অমসুং গ্রীক-রোমান ৱার্ল্ডদগী মচাকশিং খোমলুরগা ১৮৮৭ তা লিংখৎখিবনি। নীংশিংবা য়াই— ফিলাদেলফিয়াদি মতম অমদা অমেরিকাগী কোনুংনি। য়ুনিভর্সিটিগী ষ্টাফ অসি আর্কিওলোজিকেল অমসুং এন্থ্রোপোলোজিকেল রিসার্চতা মমিং চৎলি। জাপান, সুমেবিয়ান অমসুং অক্কাদিয়ানশিং, অরিবা থায়নগী কোনুংদা ইজিপ্টতফাওবা এক্সপিদিসন ৩৫০০ গী মথক্তা চৎলুরে। নোর্থ অমেরিকা, অফ্রিকা অমসুং ইন্দোনেজিয়া ফাওবদগী পুন্না পোৎ লাখ তরামুক খোমজিল্লগা গেলরী (কা) ৩০ মুক্তা থম্বনি। অমেরিকাদা যাম্নমক মমিং চৎপা য়ুনিভর্সিটিগী ম্যুজিয়মনি।

ৱাশিংটনগী মোলদা লৈবা (কেপিটোলগী মনাক্তা) স্মিথসোনিয়ান ইন্সটিট্যুসন (Smithsonian Institution) দি পৃথিবীদা মমিং চৎপনি। আর্ট, বিজ্ঞান, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী জগৎ অমনি। মসিগী মখাদা ম্যুজিয়ম অমসুং আর্ট গেলরী ১৬, রিসার্চ সেন্টর ৭, কোয়না চৎপা (পৃথিবীগী মফম কয়াদা) একসিবিসন, নেসনেল জু লৈরি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা ম্যুজিয়ম অমসুং রিসার্চকী কমপ্লেক্সনি। মসিবু অমেরিকাগী ক্লাসরুম (American Classroom) হায়না খঙনরি। চাং নাইনা লেপ্তুনা মতম নাইনা শীল্লি— কালেনগী ক্লাসরুম, ফোকলোর ফেষ্টিভেল, জাতি জাতিগী ওইবা উৎসব (মদুদা খা-এশিয়া, অফ্রিকা, খা-অমেরিকাদগী ঈশৈ জগোয়, থিয়েটরগী কলাকার কয়া পুল্লে), থ্রি-দি-ই-মেক্স থিয়েটর, মশীং নাইদবা একসিবিসন কয়া, নৈনবা কয়া। ম্যুজিয়মশিং অসি সরকার অমসুং পুকচেল চাউবা কয়াগী মতেংদগী মথং মথং হাপকৎলকপনি। লোইবা নাইদ্রি। হৌজিক্তি একর ৬ মুক্কী ওইবা স্কপচর গার্দেন অমসু নেসনেল গেলেরী ওব আর্টকা শমজিন্নরে।

পনবা য়াবা ম্যুজিয়ম খরদি— সেন্টর ফোর অফ্রিকান অমেরিকান হিষ্ট্রি এণ্ড কলচর। মসিদা অফ্রিকান অমেরিকানশিংগী (নেগ্রো হায়না মমাঙঙৈদা কৌনরম্বা)। সংস্কৃতিগী মশক কয়া— ধর্ম্ম, য়েকপা শাবা, ঈশৈ জগোয় কয়াগী ফেষ্টিভেল, রিসার্চকী

মওং কয়া লেপ্পুনা চৎথে। মথংদা হির্সহোর্ন ম্যুজিয়ম এণ্ড স্কল্পচর গার্দেন (Hirshhorn Museum and Sculpture Garden) নি। জোসেফ এইচ হির্সহোর্ন কৌবা লাটভিয়াদা পোকপা অমেরিকান অমনা কখোক্লুম্বদগী মহাক্কী মমিংদা থোনবনি। মোদর্ন অমসুং কনটেম্পররী আর্টকী মফমনি। মনুং মপানগী আর্টিষ্ট পুন্নমক য়াওরে। মমিং চৎলবা ম্যুজিয়মনি। ১৯৯৮ দা মীওই ৮৫০০০০ না য়েংবা লাকখিবগী রেকোর্দ লৈ।

মথংদা লৈরে— নেসনেল ম্যুজিয়ম ওব অমেরিকান আর্ট (National Museum of American Art)। মসিনা অমেরিকানশিং ঙাক্তগী ওইবা খোমজিনবা অয়েকপা, অশাবা, মনুং মপানদা উৎলিবা পূন্না মশীং ৩৮০০০ য়ৌরে। ১৮ শুবা শতাব্দীদগী হৌনা খোমজিল্লকপা অয়েকপা, অশাবা, ফোটোগ্রাফস, ফোক আর্ট পুন্নমক্কী অপূনবনি। মথংদা নেসনেল পোর্ট্রেট গেলরী (National Portrait Gallery)। মসি নোংচুপ লমদমগী অয়েকপা মূর্তি ঙাক্তা খোমজিনবা ম্যুজিয়ম অমনি। অমেরিকাদা ফাওখ্রিবশিং— রাজনীতি, সমাজ সেবক, অইবা, কলাকারশিং অমসুং মমিং চৎখ্রবা মীওই পুন্নমক হাপচিন্নবা হোৎনরে। মসিবু অমেরিকাগী ইতিহাস অমসুং কলচরদা শরূক য়াখিবশিংগী পুন্সীগী মশক্কী ম্যুজিয়মনি হায়না খঙনৈ। একসিবিসন কয়া উৎখ্রে। ইকুই কুইদনা ফাওরবা উপন্যাস ইবা হেমিংৱেগী মরমদা (Picturing Hemingway) অইবা, অফোঙবা, অয়েকপা পুন্নমক খোমজিন্দুনা উৎকদৌরি।

অনৌবা ৱাখল অমনা ম্যুজিয়মগী মনুংদা নেসনেল জুলোজিকেল পার্ক অমসু হাপচিল্লকপসিনি। মাঙশিল্লক্লবা অমেরিকাগী ইরোই (Bison) গী মতাংদগী ৱাখল অসি পোকখিবনি। ১৮৮৯ দা আইন অমা পাস তৌদুনা হৌখিবনি। সার্কস কাঙবু অমনা শামু অনি দান তৌরকই। ১৯৭২ দা চাইনানা চাউরবা পাণ্ডা অনি পীরকই। চুন্নগী শাশিং থম্বতা নত্তে। মাঙখিদনবা রিসার্চ প্রোগ্রাম কয়া পায়খৎলিবনি। ঈশিংগী কংফালগী শাশিং (পৃথিবী পূম্বদগী) য়োক্লগা নৈনগদৌরিবনি। চাউরবা লেবোরেটরীগী মশক লৌই। ম্যুজিয়ম ওব নেচরল হিষ্ট্রি অমসুং ম্যুজিয়ম ওব এয়ার এণ্ড স্পেসকী ৱাফমদি চত্তুনা য়েংজরুবনিনা তোপ্পা নৈনজরগে।

চাউখ্রবা সংস্থাননি পৃথিবীদা মমিং চৎলবা স্মিথসোনিয়ান ইন্সটিট্যুসন। স্মিথসোনিয়ান হায়বা থাগী চেফোঙ অমসু ফোঙই। অতৈ চেফোঙসু লৈ। চহী ১২৫ শুরে।

ম্যুজিয়ম ওব নেচরেল হিষ্ট্রি (Museum of Natural History) চাউখ্রবা মথোল কয়াগী দলানগী মনুংদনি। জুলোজি, বোটনি, জিওলোজি অমসুং এন্থ্রোপোলোজিগী ম্যুজিয়মনি। ইতিহাসকী মমাঙ্গী শাদগী হৌরে। ইভোল্যুসন (দার্বিন) গী পরীং অমসু উৎলি। মথংদা নুংগী, মণি মুক্তাগী, জুৱেলরীগী, গুহা মখল কয়াগী, জাতি মখল কয়াগী

অমেরিকান ইন্দিয়ান, অফ্রিকান, এশিয়ান, চাইনিজ, জাপানিজনচিংবগী পুন্সী মরেল অমসুং সংস্কৃতিগী মশক উৎলি। ভিদিও টেপ শীজিন্নে— স্ক্রিনিং কয়া তৌই। বিষয়শিং অসিগী চপ চাবা তম্ফমশঙ হায়বদু ওই। মখল মখলগী লাইটকী মতেং লৌই। থাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে হায়বদুনি। পূং অনিমুক থক খা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে।

মথঙদা চঙই— নুংশিৎ অমসুং মফমগী ম্যুজিয়মদা (Museum of Air and Space)। মসিমদি বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী খমথেংবা মশক্তি। পূমঙক ঙকখ্রে। ঐহাক্লা বিজ্ঞান থোইনা খঙজদবগা। ইংরাজী ৱাহৈদা ফন্টাষ্টিক হায়বদুনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪-১৮) দগী হৌরদুনা অনিশুবা লানঞ্জাও (১৯৪০-৪৫) অমসুং হৌজিক ফাওবদা শীজিন্নরিবা এরোপ্লেন মখল কয়াগী তোংঙান তোংঙানবা মশক, মপোৎ মচৈশিং, বোমগী মশক কয়া (রশিয়াগী এরোপ্লেন য়াওই) পুথোক্তুনা থম্লগা উৎপনি। ফিলম, ভিদিও কেসেট, টেপ ম্যুজিক অমসুং খোঞ্জেল কয়ানা তেংবাংই। জাপানদা থাধখিবা বোমগী মশক ফাওবা উৎলি। (মদুবু মখোয়গী লোনদাদা বেবী বোম কৌই)। তশেংবমক বিসার্চ তৌফমনি। স্পেসকী সেক্সনদা উৎলি— থাদা স্পুটনিক চৎলুবা, খোমজিল্লকপা পোৎ চৈশিং, মঙ্গল উপগ্রহদা কানবা হোৎনবা, য়োং যাওনা কাখিবা স্পুটনিক্কী মশক, অরোইবদা মপান নাইদ্রবা আকাশ। মথক্তা কাব্বা লুই আর্মষ্ট্রোংগী ফোটো অমসুং মহাক্কী খোঞ্জেল, অতৈ এষ্ট্রোনোটশিংগী যাওনা, কলিকাতাদা তোখাইনা অমখক্তং থমজবা বিবলা প্লানেটোবিযমগী মশক অ ্গুম্না (সৌব জগৎ তাক্লবা), মিশাইল (ব্রহ্মাস্ত্র) খূৎলাইগী মশক অমসুং কায়াৎশিং অমসুং জেট প্লেন কয়াগী ফোটো নত্তবা চপ চানা খিন্দুনা থম্বা। পৃথিবীগী মফম অতৈদা অসিগুম্বা ম্যুজিয়মগী মওং অসি পাঙথোকপা ঙমগনি থাজদে। অমেরিকাদনা ঙম্বনি। লেপ্তনা চত্তুনা পূং অনিমুক য়েংলকই। ইউ উবক্তে হাযবা যাই। নুমিৎ কয়ানি চঙনা কূপ্না য়েংগদবা মশকনি। কলিকাতাগী বিবলা প্লানেটোরিযম খক্তা যেংবদা পূং অমগী মতম লৌরিবনি।

ধন্যনি স্মিথসোনিযান ইনষ্টিট্যুসন। মসিবু শেন্নরিবা সরকাব অমসুং য়োকখৎলিবা পৃথিবীগী মীওই কোটি কয়াসু ধন্যনি।

বালটিমোব ম্যুজিযম ওব আর্ট (Baltimore Museum of Art) তি মথক্কী অসিগা পানরুববদি মচানি। অদুবু ফন্দি চাউনা ফজে। বালটিমোরগী ঙায়োকশঙ (Acquarium) দা মতম কুইনা চঙমনখিবদগী থেঙজিল্লকপদা চেন্দুনা অমুক্তং য়েংথোকপনি। চঙশিনবগী চাউববা লৈকোন হৈকোন্দা থেন্দুনা থমই মচী মচীদা।

অশাবা মূর্তি (স্কল্পচর) অমমমদা থমই— মোদর্ন অমসুং কন্টেম্পররীনি। মপূং ওইনা অমেরিকান আর্টিষ্টশিংগীনি। অশাবা মূর্তি মপান্দা খিন্দুনা থম্বসি অনৌবা ষ্টাইল অমনি। পাম্বীশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লদুনা ফন্দুম য়াম্না মওং তাই। ফনা কুইনা লেপ্তুনা য়েংবসু য়াই। আগ্রাগী তাজমহল মতোমতা য়েংবদৌনা। অদুবু মতমগী অশাবনিনা করি হায়রিবনো, করিনো হায়বদি পাক হেক লাকশিনবা ঙমদে। অমেরিকাগী লাই শাবা অনি অহুমগী হান্না খঙখ্রবা মমিং থেংনবগুম তৌই। ফনবু চাউবা মফমনি। মনুংদা চঙশিল্লগা গেলরীশিংদা থক-খা চেন্দুনা কোয়য়েং য়েংবদা থেংনৈ— অৱাং অমেরিকান ইন্দিয়ানশিংগী, ইজিপ্টতগী হৌরদুনা অফ্রিকানশিংগী অয়েকপা অমসুং অশাবা কয়া কয়া, মথংদা ইউরোপিয়ান অমসুং অমেরিকান পেন্টিংশিং অমসুং অশাবশিং। হেনরী মাটিস (Matisse) কীদি কা অমা থন্না লৈরম্বা থেংনৈ (মাটিসকী কলেক্সনদি মখোয়গীনা খ্বাইদগী য়ামই হায়দুনা চাউথোকচৈ)। অসিদা নত্তবা অমেরিকাদা অয়ুক নুংদাংদা প্রজাশিংনা শীজিন্নরিবা আর্টিকল কয়া অমা কা কাদা। ফনবুদি মথেল শুনা উই। ইম্প্রেসনিজমগী লাই খূৎয়েকসি অমেরিকাগী ম্যুজিয়ম কয়াদগী বার্ত্তন তৌদুনা খোমজিল্লগা একসিবিসন অমা উৎকর্নি হায়দুনা তৌহৌই।

নিয়ু য়োর্কতা সেন্ট্রেল পার্ককী নোংচুপ্তা লৈবা অমেরিকান ম্যুজিয়ম ওব নেচরল হিষ্ট্রি (American Museum of Natural History) হায়বদুদি তশেংনমক মমিং চৎপনি। চঙবদসু পৈশা ফনা য়াম্না চঙবনি। অদুবু নুমিৎ অসিমদি ফাইজর (Pfizer) হায়বা চাউরবা হীদাক্কী কম্পানী অমনা বিজ্ঞানগী সেন্টর ৬ খক্তা ময়ামগী লেন্না চঙবা বিজ্ঞান (Science Free for all) হায়দুনা মদুদা কার লীশীং কয়ানা হোৎচিন্নরকপদুদা ঐখোয়সু য়াওরুবনি (ওক্টোবর ১৬)। কম্পানী অসিগী চহী ১৫০ গী মপোক নুমিৎনি। ঐখোয়না চঙবা ঙমহৌই মফম অহুমদা— মফম অসিগা থারগা নিয়ু য়োর্ক হোল ওব সাইন্স অমসুং ব্রোঞ্জ জূ (মথক্তা তাকচখ্রে) দা। হেক থংনবা নিয়ু বোটনিকেল গার্দেনদি থাপ্লপ্পা সলাম তৌবদগী হেনবা ঙমখিদ্রে। মপূং ওইনা অঙাং শিংদা বিজ্ঞানগী মীৎয়েং (Scientific temper) অমা লৈহন্নবগী চাউরবা পান্দমনি।

নিয়ু য়োর্ককী ম্যুজিয়ম অসিগী সিম্বোলদি পৃথিবীগী খ্বাইদগী হানবা শা— দাইনোসোর (Dinosaur) নি হায়বা তাই। মহাক্কী শমজিন্নবা চাউরবা শরূ শরাং ঙাক্তা মফম মফমদা উই। প্রাইভেটকী ওইবা (সরকারনদি মতেং চাউনা পীবা) শিক্ষাগী মওং ওইবা সংস্থাননি। নিয়ু য়োর্ক সিটিনা মফম অমসুং বিলদিংগী মপুনি। মসিদা ম্যুজিয়মগী দুকান ৪, আইমাক্স থিয়েটর, চাফম থকফম, নুংতিগী প্রোগ্রাম, টুর কয়াগী মশক লৈ। মথোল মরিনি। অমেরিকাদা লৈরিবা জাতি মখল কয়াগী তোপ্পা

মথং মথং সংস্কৃতিগী থৌরম পাঙথোকলি। ফোসিল টাইমস কৌবা চেফোঙ অমসু লৈ। ২০০০ দদি রোজ সেন্টর (Rose Center) কৌবা ৱাশিংটনগী অদুগুম্বা পৃথিবী অমসুং স্পেস কৌবা থক খা ফাওবগী মশক তাকপা সেন্টর অমসু হাপচিল্লগনি। ম্যুজিয়ম অসিদা উৎলিবশিং অসি য়েংবীয়ু।

অহানবা ফ্লোরদা মণিগী হোল, খোংদা থোকপা কয়াগী, নুং মশক কয়াগী, মীওইবগী ইভোলুসনগী, অৱাং-নোংচুপ ইন্দিয়ানশিংগী সমুদ্রগী পুন্সী, নিয়ু য়োর্ক ষ্টেটকী অকোয়বশিং, বাইও দাইবর্সিটিগী, পৃথিবী গ্রহগী, অৱাং অমেরিকাগী উমং শিংগী, এস্কিমোশিংগী হোলশিং, আইমাক্স থিয়েটর, দুকান, শিক্ষা বিভাগ। অনিশুবা ফ্লোরদা দক্ষিণ অমেরিকা জাতিশিংগী, মেক্সিকো অমসুং সেন্ট্রেল অমেরিকাগী, এশিয়াগী জাতিশিংগী (বুদ্ধগী মূর্তি কয়া উরকই), অফ্রিকান জাতিশিংগী, পৃথিবীগী উচেকশিং, সমুদ্রগী উচেকশিংগী, অফ্রিকাগী শাশিংগী, দুকান, গেলরী, নেসনেল সাইন্স সেন্টরনচিং বগী হোলশিং।

অহুমশুবা মথোন্দা প্রশান্ত মহাসাগরগী মীওইশিংগী নোংপোক থংবা উমংশিংগী অমসুং প্লেন, ইন্দিয়ানশিংগী, অৱাং অমেরিকাগী উচেকশিং, নিয়ু য়োর্ক সিটিগী উচেকশিং, ষ্টেটকী ম্যামালশিং, লিনশিং, ঙাশিং অমসুং অফ্রিকাগী মখোম থকপা শাশিংগী কাশিং লৈরি। অরোইবা মরিশুবা ফ্লোরদা লৈরি— লাইব্রেরী সেলার, ওরিষ্টেসন সেন্টর, এদভান্স অমসুং প্রিমিটিভ ম্যামালশিংগী, সৌরিসিয়ান দাইনোসোরগী। ম্যুজিয়ম অসিগী এক্সপিদিসন টিমনা আর্জেন্টিনাদা চত্নুনা চহী কোটি .৮০ শুরবা ফোসিলগী মরূমশিং (Fossil Eggs) থেংনরুই।

নিয়ু য়োর্ক সহরগী কুইন্স (Queens) ঈথত্তা লৈবা নিয়ু য়োর্ক হোল ওব সাইন্সতি অঙাংশিংগীদমক্কি। বিজ্ঞানগী পূমশু শুবা ইলিমেন্টরী পারানি। অদুবু ভারতকী মেট্রিক পাস তৌরবা অঙাং কয়ানা উবা ফংদ্রিবা কয়াবুদি য়াওই। নুমিৎ অসিগীদমক্তি চঙলকপা অঙাং খূদিংমক্তা পঞ্জখ্রিবা হীদাক্কী কম্পানী অসিনা টি-শার্ট অমমম লেন্না য়েল্লি (ঐখোয়গীদি নিশিকান্ত, অমেন্দা অমসুং গীতাদা থুংই)। ঐঙোন্দদি ফন্দুম ঙকখ্রে। লাইটকী কূম্মৈ মখল মখলনি। চুমথাঙগী মচু খায়দোকপা পুনশিনবা য়াওই। মনুংদা চঙখ্রগা মপান্দগী য়েংবদা চাউনা উবসু য়াওই। মখোয়না মসিবু বিজ্ঞানগী লোনদাদা— হেন্দস ওন, হি-টেক ট্রিপ, হেংঅপ সাইদ দাউন (থ্রি-দি স্পাইদর ৱেভতা), ঈশিংবু তুং হন্না চেলহনবা, সৌর জগৎতগী নাম্বোকখিবা, এতোম অমসুং মাইক্রোবকী জগত্তা চঙশিনবা। এক্সপ্লোরেসন (Exploration) হায়বা চেফোঙ ফোঙই। তশেংবমক অঙাংশিং অমসুং তুংইনবা মপা মমাশিংগীদমক্কি।

বালিটিমোর কোয়রুবদা চঙলকপা ৱার্ল্ড ট্রেদ সেন্টর (World Trade Center) গী স্কাইস্ক্রেপর দলান অদুমতংদি পনবদা মতীক চায়। ম্যুজিয়মমক্তি নত্তে। অদুবু মতোন্দদি পেন্টিং কয়া, খূদোল পোৎকী মশক কয়া অমগী দুকানশিংদি লৈ। অখন্নবা নুমিত্তা জাজ ম্যুজিক প্রোগ্রাম, মফমদুগী আর্টিষ্টশিংগী ঈশৈ জগোয়নচিংবা শীল্লি। কোফি বার লৈ। ইন্নর হার্বর (সমুদ্রগী) গী মচীদা লৈবা মতোন্দগী সমুদ্রগী হিথাঙফমগী চাউরবা মশক্তা নত্তনা মায়কৈ মরিদা উবা য়াবা, পৃথিবীগী মতোল (Top of the World) নি হায়না চাউথোকচৈ। লৈমায়দগী ফুট ৪২৩ ৱাংবা ফ্লোর ২৭ কী মায়কৈ ৫ নাইবা স্কাইস্ক্রেপরদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী ৱাংবনি হায়জৈ। মতোন্দা গ্লাসনা পূমকোয় কোয়শিল্লি। টেলিস্কোপ খরসু য়েংনবা থমই। লেন্সদি চঙবা য়াদে। লিফ্‌ট্‌তা কাবনি। চঙফম অহুম লৈ। অহল অমদা দোলর ৩, অঙাংদনা দোলর অনি। অমেরিকানিদনা। চঙগদৌবা ময়ামসি ক্যুদা লেপনৈ।

নবেম্বরগী তাং ২১ দা অমুক ৱাশিংটনদা চৎপদা স্মিথসোনিয়ানগী মথক্তা পঞ্জখ্রবা ম্যুজিয়ম ৪ খক চপচানা য়েংজরকই— হির্সহোর্ন ম্যুজিয়ম এণ্ড স্কল্পচর গার্দেন, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওব অফ্রিকান আর্ট, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওব অমেরিকান হিষ্ট্রি, নেসনেল গেলরী ওব আর্ট।

মরি অসিগী মনুংদা অফ্রিকান আর্টকী ম্যুজিয়মদি খরা পীক্তক তৌনা উই। শেমজিল্লিবরা করিনো মথক্কী ফ্লোর অমদী কাহন্দ্রে। অফ্রিকান-অমেরিকানগী ৱাফম ঙাক্তা ওইনা উৎলি। ইতিহাসকী শরুক কন্দে। অমেরিকান হিষ্ট্রিগী ম্যুজিয়মদা উৎলিবসিনা চুন্নগী শাসন হোংলকপগী শা-লানগী ইতিহাস নত্তে। পাউগী জগত্তা, অমেরিকাগী অয়ুক নুমিদাংগী পুল্সীদা, বিজ্ঞানগী জগত্তা, ইলেক্ট্রিসিটি, লম্বী-থোং গাড়ীগী হোং লকপা মশক, থেংনখিবা মরূওইবা লানশিংগী মশক (খূদম ওইনা সিবিল ৱার, মেক্সিকান ৱার, অমেরিকান রিভোলুসন), ফোটো গেলরী, সেরামিক্স, ঈশৈগী যন্ত্রশিং গী ইতিহাস, লৌউ-শিংউবগী, প্রিনটিং, গ্রাফিক্স— পূন্নমক অসিগী অসুম অসুম হোং লকইবা ইতিহাসকী মশক্কি। পৈশা ফাওবা উৎলিবা মশক কয়ানি। য়াম্নমক নুংশিবা অমদি ইহান হানবা অমেরিকাগী ফীরাল (Star-Stengled Banner) অদু অমুক চপ চানা মচুগা কোন্ননা তাহন্নবা লংলাশিং শেৎ শেত্তুনা শাগৎহৌবদুনি। চহী ৩ চঙগদবা দোলর কোটি ২ মুক্কী প্রোজেক্টনি। ২০০২ দদি লোইরবা য়াই।

নেসনেল গেলরী ওব আর্টতি খ্বাইদগী চাউবনি। নোংচুপকী দলান, নোংপোক্কী দলান হায়না অনিথোক্লা খায়দোকই অমসুং শম্নহল্লি। লৈনুংগী ওইবা লম্বী (Concourse)

অমনা এস্কেলেটরগী মতেংনা। চাউরবা সহর অমগী মখাদনি। খৃষ্টগী ১৩ শুবা শতাব্দীদগী হৌরদুনা হৌজিকফাওবগী ইউরোপ অমসুং অমেরিকাগী অয়েকপা লাইশিং অমসুং অশাবা মূর্তিশিং উৎপনি। তোপ তোপ্পা একসিবিসন কয়াসু শীল্লমই— চাইনিজ আর্কিওলোজীগী অমসুং শালিজিয়া সিকন্দর কৌবী লাহোরদগী লাকপী অমেরিকান অমগী অয়েকপা লাইশিংগী একসিবিসন অমসু উৎলি। মোগল আর্টকী প্রভাবতগীনি।

অশুকপা অমদি ভারতকী ওইবা গেলরী অমতা উদে। চাইনা জাপানগীদি উই। ভারত্তদা নত্তনা মপান্দসু ফনা মমিং চৎলক্লবা হুসেইন, হেব্বারনচিংবগী লাই অমতা থেংনদে। কন্টেম্পররী পেইন্টিং অমসুং স্কল্পচরদা, আর্টকী ইতিহাসতা ভারতকী মফম লৈতবদৌনা তৌই। ফিলাদেলফিয়া ম্যুজিয়মনচিংবদা থেংনরিবসিসু ময়ায় ওইবা ফুগকী প্রত্তনি। ভারতকীসু আর্টকী চাউরবা ট্র্যাদিসন অমা লৈজরি হায়বসিবু অমেরিকানশিংনা খঙদ্রবরা? চুন্নগী বাহংতনি।

ম্যুজিয়ম য়েংবগী অরোইবা খোঙচত্তি ডিসেম্বরগী তাং ৫ দনি। নিয়ু য়োর্কতনি। য়েংবমকসু মথক্তা পনজখ্রবা মোমা (ম্যুজিয়ম ওব মোদর্ন আর্ট) অমসুং মেট্রোপোলিটান ম্যুজিয়ম ওব আর্টনি। ১৯২০ দা লিংখৎখিবা মোমাদি মোদর্ন আর্টকী মায়কৈদদি অমেরিকাগী লময়ানবনি। পৃথিবীগী অফাওবা লাইয়েকপা কয়ানা চঙজফম লৌখ্রবনি। খোমজিনবা মখল কয়াগী পোৎশক লাখমুক হেল্লে। হৌজিক্লা মোদর্ন আর্টপু শক্তাকপগী অহানবা তাঙ্কক (১৮৮০-১৯২০) পু মীওই (People), পোৎশক (Things) অমসুং মফম (Places) হায়দুনা অনৌবা মীৎয়েংদা একসিবিসন তৌরি। মীওইবগী চহী ৫০০০ মুক্কী সভ্যতাবু উৎনবা লাক্লরিবা নিয়ু য়োর্ককী মেট্রোপোলিটান ম্যুজিয়মনি। খৃ. ১৮৭০ দা লিংখৎপনি। পৃথিবীগী মনুংদা মগুণ লৈবা অমসুং চাউবদা শীংথানরিবা ম্যুজিয়মনি। খোমজিনবা পোৎশিং লাখ কুনগী মথক্তনি। তোংভান তোংভানবা দিপার্টমেন্ট ১৭ খায়দোক্লুনা ক্যুরেটর অমমমগা কোন্ননা এশিয়া, ইজিপ্ট, অফ্রিকা, অমেরিকা (খা অমসুং অবাং অনিমক্কী) লাইশিং উৎলি। ইজিপ্ট অমসুং চীনগী কলচর অমসুং সভ্যতাগী মশক পেন্না গেলরী কয়াদা উৎলি। পেরিসকী পৃথিবী ফাওরবা লুভর্ভ (Luvre) ম্যুজিয়ম নীংশিংহল্লি। ভারতকীনা অরিবা অমসুং ময়ায় যুগকী অশাবা মূর্তিশিং উৎলি। পুন্নমক অসিবু নৈনবদি মতাং অসিদদি ওইথোক্লে। মহাভারত ওনখ্রগনি।

# ৯

# নিয়ু য়োর্ক

অমেরিকা হায়দুনা হেক পনবদা খুদক্তা থোরক্কনি- নিয়ু য়োর্ক সিটি। ৱাশিংটননা অমেরিকাগী কোনুংনি— দিল্লীগুম ভারতকী। নিয়ু য়োর্কনা সংস্কৃতি অমসুং অর্থনীতিগী কোনুংনি। বোম্বেগুম— ভারতকী। কলিকাতা মানবা মফমবুদি য়াওই। কনাগুম্বনদি পৃথিবীগী কোনুংনি হায়বা ফাওবা য়াওই ( Undisputed economic and cultural capital of the world")। য়েৎনবা লৈতনা হায়বা ফাওবা হাপচিল্লি। চুমদবা নত্তে।

কবি এজরা পাউণ্ডনা মতম খরা লৈবগা হাযরম্মই-- পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজবা সহর। মার্ক ষ্টিবেন্স হায়বা মমিং চৎলবা অমেরিকাগী আর্কিটেক্টনা ইরমই-- মহাক্না উখিবা মৈগী কৃষ্মৈশিংগী মনুংদা নিয়ু য়োর্ক হায়বসি য়োৎচাবীনি-- অমুকসু চিংশিনবা অমুকসু থৈদোকহনবা। সহর অসিদা ইউরোপকী ওইবা য়াম্নমক ফজবা মশক অমসু য়াওবি-- মদু অমেরিকাগী কল্পনাদা কল্লবা শক্তি অমনা কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমদবা। ইউরোপতগী লাকপা লাইয়েকপা খর্বদি নিয়ুযোর্ক য়ৌবদা পূমঙাও ঙাওই— থাগৎপগী লোইবা নাইদে।

অমেরিকাগী মমিং চৎলবী লাইয়েকপী— জর্জিয়া ওকিফে (Geogia Okeefe) না ১৯১৭ কী অদুবাইদা নিয়ু য়োর্কতা লাক্লুনা লৈরবদা নিয়ু য়োর্ককী মশক তাকপা লাই পরীং অমা য়েকথরকই। ইহান হানবা লাইগী মমিং- থাগা কোন্নবা নিয়ু য়োর্ক। আর্কিটেকচরেল পিকচর ওব নিয়ু য়োর্ক (১৯২৫-২৯) হায়দুনা য়েকথোরকপা লাইশিংনি।

মঙালনা কুমথরকপা হায়বনচিংবা মিং থোন্দুনা মহৌশাগী লাইটকা খুৎশেমগী লাইটকা, মহৌশাগী ফজবগা খুৎশেম বিল্ডিংনচিংবা নোংদোন পক্লা ৱাংখ্রবা কয়াগা, থেংগায়নবগী মশক উত্তুনা ফোটোগ্রাফীগী শক্তিসু শীজিন্নদুনা য়েকপনি। রেডিএটর বিল্ডিং, শেলটন হোটেল হায়বনচিংবা মিংথোল্লি।

অদুবু লাইয়েকপা হায়বসিসু নুংগা শন্নবা মীৎয়েংদগীনি। অহানবদদি ফনা ঙক্লা য়েক্রমই। অসুম লৈশিল্লক্রগদি থম্মোয়গী অওনবা মশক্কা শন্নদুনা মহাক্কী অকোনবা ষ্ট্রিট, নিয়ু য়োর্ক শান হায়বনচিংবা লাইশিংদুনদি তাক্রকই— নুংঙাইবগী খমথেংবা, ফাজিন্দুনা থম্বগী অকিবা অমসুং শক্তিগী থেংগায়নবা মশক্কা কিহল্লকপা। অকিবগী চাউরবা মঙ ওইহল্লকই। ময়েং ময়েংদা লৈরে। লাইয়েকপা মীওই অমতগীসু। মীৎফমদি হোংলকপনিনা।

ঈশৈ তৌবা, সাহিত্যগী কাঙবুগীসু (মনুংদগী অমসুং মপানদগী) নিয়ু য়োর্কপু শক খঙবগী খোঙচৎ লোইবা নত্তে। মনুংগী জগৎ অসিদা অৱা অনা, কপ্ন-লাউনবা কয়া অমসু য়াওরিবনি। লৈফম ফংদদুনা লম্বী মচীদা অহীং লেকপা কাঙবুসু লৈরি। মণিপুরী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা উপন্যাস ইবা পাচা মীতৈনা "ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীবম" হায়বদুদা উৎলিবা অহীংগী ওইবা সহরগী অকিবা মশক উৎপগুম্বনি। মপানদদি খঙনরি— শ্রীগোবিন্দগী লৈবাক্নি। পৃথিবীগী স্বর্গনি।

সেপটেম্বব ১২ দা অনিশুবা ওইনা (অহানবদি থুংলবদা চঙলুরে) দানবিলদগী কারনা পুং ২ ৩০ থৌবগা শাংখ্রবা লিঙ্কন টনেল (Lincoln Tunal) ফাওদোকপ াগী অদুম ঙকপা হৌবে। মৈনা মনুংদা পুমঙাল ঙাল্লি। মনুংগী লেন (পরীং) অনিনি। পৈশাসু লৌহৌই। হৌবকপদা নিয়ু য়োর্ককী অহানবা দ্বীপ মানহটান হাযবদু য়ৌরক্রবনি। অদুদগী উবকই মথং মথং-- স্কাইস্ক্রেপর কযা। ৱাংখ্রবা যুনাইটেড নেসন্সকী বিল্ডিংগা কোন্নবা কমপ্লেক্স (যুনেস্কোগীনা পেবিসতা লৈ)। ফাওদোবকই এভেন্যু মথং মথং-- মমিং চৎলবা কূম্মৈ তৌফম— টাইমস স্কোযাব, ব্রোদৱেগী এরিয়া (মদুদা উবকই থিযেটব কযাগী মনুংদা— সেমুয়েল বেকেট থিযেটব, বোয়্যল থিয়েটর অসিনচিংবা মিংথোনবা)। কাবগী কার, খোঙনা চৎপা, সাইকল তোংবা, দুকানগী মথংদা দুকান-- দলান মথোল মথোল, মৈগী মৈ ঙাক্তা। বিস্না থৌবসু থেংনৈ।

পৃথিবীগী জাতি পূন্নমক্কী মীশীং খরা খবদি নিযু যোর্কতা লৈবে হাযবা তাই। ধর্ম্ম পূন্নমকসু শুবে। জিউইস কার্টর, চাইনা টাউন, বৌদ্ধ লম্বোইবশিং, ভারতবাসী, পাকিস্তানী, বাংলাদেশী (নিযু যোর্কতা বাংলাদেশী লাখ অমমমুক শুৱে হায— ভাবতবাসীদগী মশীং হেল্লে-- মদুদা মৈতৈশিংসু যাওবি), ফ্রেঞ্চ, জর্মন, ইউবোপকী, রশিয়ান-নচিংবা

অতে জাতিশিং অমসুং অফ্রিকান অমেরিকানশিং (হায়বদি নেগ্রোশিং)। অমেরিকাগী চপ চাবা মশক নিয়ু য়োর্কতা লৈরবনি। মীশীংদি ১৯৯০ গী সেন্সসতা লাখ ৭৩.২ নি। হৌজিক্তদি কোতি অমদগী য়াম্না হেনগ্রবনি। জাতি পূম্নমক্কী পূনশিনখিবা মফম (Melting pot) হায়না অমেরিকাবু খঙনবদুদা নিয়ু য়োর্কসু য়াওরবনি। কাঙলুপশিংসিগী চহীগী ওইবা কুম্মৈদং পাঙথোকপদা কয়াদা চাউখ্রবা মশক্নো।

অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও হৌরকপগী অদুবাইদগী পৃথিবীগী ফাওরবা লাই য়েকপা কয়ানা লাঙ্গেন্দুনা মফম অসিদা লৈদুনা য়েক্রেম্বদগী আর্টকী সেন্টরসি পেরিসতগী নিয়ু য়োর্কতা হোংলে হায়নখি। অদুদগীদি অচৌবা লাইয়েকপা, শাবগী ঈহৌ অমা হান্নগী অমেরিকান লাইয়েকপশিংগা লোয়ননা অদুম হৌরে। পিকাসোশুম্বা মীশকপুদি লৈত্রে। অদুবু পৃথিবীগী লাইয়েকপগী জগত্তদি অমেরিকাসু চাউরবা থৌদাং অমা লৌরে। য়ুম কৈ দলানগী ডিজাইনদদি লময়ানবা অমা ওইরিবনি। কারবারগী লমনিনা আর্টকী মার্কেটতসু নিয়ু য়োর্কনা হৌজিক্তি মাঙজিন থারে। থিয়েটর, ঈশৈ জগোয়দদি ব্রোদবে হায়রগা লোইরে। মশীং য়ামত্রবা থিয়েটরশিংদা নুংতিগী উৎলিবসি (মপানদগী লাকপসু কয়ানি) হোলিউদ ভাক্তদগী নত্তনা মপানগী অফাওবা ফিলম কয়া, ইউরোপিয়ান, অমেরিকান থিয়েটরগী বেলে, ওপেরা, জাজ, ম্যুজিকেল, কমেদি থিয়েটর অমসুং ম্যুজিক, অতৈ ঈশৈ, জগোয় অমসুং থিয়েটরগী মশক কয়ানি। থিয়েটর, জগোয়, ঈশৈ পূম্নমক হান্ননা ইউরোপকী পেরিসতা তৌরম্বশুম্না হৌজিক্তি নিয়ু য়োর্কতা হৌদোক্লগদা ফাওবা ঙমই। ব্রোদবেদবু নত্তে— খরদং থাপতোক্লগা ওফ-ব্রোদবে, ওফ-ওফ-ব্রোদবে হায়দুনা ফাওনরিবনি। সাহিত্যগী মায়কৈদসু হম্ববা নত্তে। চাউর চাউরবা নেসনেল ম্যুজিয়ম কয়া অমেরিকাদা লৈরিবশিংগী মনুংদা নিয়ু য়োর্ককী মরিদি মমিং চৎলি। হান্নদগী লৈরক্লবা মোদর্ন আর্ট (Moma), মেট্রোপোলিটান ম্যুজিয়ম, ব্রুক্লিন ম্যুজিয়ম, গুস্নেনহাইম ম্যুজিয়ম অমসুং হ্বাইটনি ম্যুজিয়ম। কারবারগী জগত্তদি বাল ষ্ট্রিটকী ষ্টোক মার্কেটনা জীলা কৌদুনা পৃথিবীগী কেন্দ্র ওইনা চখরিবনি। হৌনরিবনি মৃৎনরিবনি।

পূম্নমক অসিবু মশক তাক্লবা হোৎনরিবা মমিং চৎলবা নুংতিগী চেফোঙদি নিয়ু য়োর্ক টাইমস (New York Times) হায়বসিনি। লম্লোন ইতিকনা মপূং ওইবা বাল ষ্ট্রিট জর্নলবুদি লৈরি। অতৈদবুদি মমিং চৎপা ফিলাদেলফিয়া ইনকায়ার, বাশিংটন পোষ্টনচিংবা কয়া লৈরি। নিয়ু য়োর্ক টাইমসকী ওক্টোবর ১৭ কী নোংমাইহ্বিজিংগী চেফোঙগী মশক অমসুং চেনা মশীং য়েংবীয়ু। মেগাজিন (আর্ট পেপরদা) অমসুং বুক রিভিয়ুদনি খরদং চাউবা হম্ববা। সেক্সন ৯ থোকই। মথং মথং ওইনা মপূং ওইবা চেফোঙ

অমসুং নিয়ু য়োর্ক রিপোর্ট (লামায় ৪২), আর্টস এণ্ড লেজর (৪৮), মনি এণ্ড বিজিনেস (৩৪), বিক-ইন রিভিয়ু (১৮), ট্রেবেল (লমকোয়বা ৩০), দ নিয়ুয়োর্ক মেগাজিন (১৬০), বুক রিভিয়ু (৪০), স্পোর্টস সনদে (১৪) অমসুং সনদে ষ্টাইলস (১২)। পুন্না লামায় ৪০০। মমলনা দোলর ৩। হায়বদি য়ামদ্রবদা লূপা ১২০/-। অসিনি অমেরিকাগী চেফোঙগী কূম্মেসি। মণিপুরদদি কমদৌরি? অসিগুম্বা চেফোঙ কয়াসু নিয়ু য়োর্কতা লৈরি। খূদম অমতং পীবগী ৱাদনি।

হেনরী হদসন (Hanry Hudson) হায়বা হোলেণ্ড (দচ) গী লল্লোনবা অমগী হিনা ইহান গন্না ১৬০৯ দা মফম অসিদা য়ৌরকই। পৈশা তানবা পোৎ চৈ সনা-লূপা খোম্বা লাকপনি। মহাক্কী মমিংদগীনি নিয়ু য়োর্ক চঙলকপগী থোং অমসুং কেনেল (লিনঙ্কন টনেল) শারিবা তুরেলসি হদসন তুবেল হায়না খঙনরিবসি। লম অসি শেমগৎনবা করিসু তৌরমদে। অসুম্না চহী ১৭ মুক থোইদোক্লা চাওখত্তনা লৈখি। মথংদগীদি বৃটিশ অমসুং অতৈ জাতিশিংনা লল্লোন ইতিক্কী লাকপদগী চপ চানা খুন্দারক্তুনা হৌজিক্কী চাউরবা সহব অসি ওইরকলিবনি। সহব অসি মথক্তদা নত্তে— মনুংদসু সব-ৱে (ইউরোপতা অমসুং ভারত্তা— মেত্রো) হায়দুনা ট্রেন চেল্লিবনি। আটলান্টিক মহাসাগরগী মপান্দা দ্বীপ ৬ না পূনশিন্দুনা (থোংনা টনেলনা শম্নহল্লি) শেমগৎপনি নিয়ু য়োর্ক সহব। মমিংশিংদি— মানহাটন, ব্রুক্লিন, ক্যুইন্স, ব্রোংস, লোং আইলেণ্ড অমসুং ষ্টেটন আইলেণ্ড। ইহান হানবদা থোং অমসুং টনেল লাম্থোক্তুনা মানহটান য়ৌগনি। মসিদনি হাযনরিবা— ব্রোদৱে, য়ু এন বিল্ডিং, টাইমস স্কোয়ার, এভেন্যু ময়াম, কারবারগী চাউরবা সেন্টব কয়া লৈরিবসি। মিদ-টাউন টনেল লাম্থোক্লগা (হায়বদি নোংপোক্কী তুরেল লানথোক্লগা) চঙশিল্লকনি ব্রুক্লিন অমসুং ক্যুইন্সতা (মফমসিদা এশিয়াদগী লাকপা অয়াম্বগী লৈফম ওইরিবা— লায়রবা লমগী শরুক খরা য়াওবনা দুকান মচা মচা শাদুনা কলিকাতাগী দুকান পরীং মাল্লি)। মদুদগী অৱাং নোংপোক পাংনা হাইগত্তুনা থোং লাল্লগা থেংনগনি ব্রোংস (Bronx) লমদম ( মসিদনি মমিং চৎলবা শাযোকশঙ লৈরিবসি), মসিদগী হাইদোকখ্রগা লোং আইলেণ্ড; ৬ শুবা ইকোন কোনবা দ্বীপ মচানা ষ্টেটননি। নিয়ু য়োর্ক সিটি হায়রবদি মফম ৬ অসিনা কোনবা লম্বু খঙনগনি। মফম পূম্নমক অসিদা শন্দোক্তুনা সাইন্স সেন্টর কয়া, ম্যুজিয়ম, শায়োকশঙ, বোটনিকেল গার্দেন, পার্ক কয়া লৈরি।

নিয়ু য়োর্কতা স্কাইস্ক্রেপর কয়া হাইগৎনরক্তুনা আর্কিটেকচরগী অঙকপা শক্তম লৌরক্লিবসি খরদং খঙবদা নুংঙাইগনি। য়ূমশারোলগী মতাংদা কুনশুবা শতাব্দীদদি বিপ্লবকী মশক লৌরে। ষ্টিল, গ্লাস থোরকপনিনা থায়নগী চেক নুংগী যুগতগী ফনা

য়াম্না লানশিল্পক্কে। অসিগুম্বা য়ুমশাসিনা ক্লাসিকল যুগকীনি হায়দুনা লেম্না চাউথোকচরিবা পেরিস ফাওবা জয় তৌরে। খুদমদি ১৯৭৭ তা প্রসিদেন্ট পোম্পিদোগী মিংদা শঙ্গাখিবা পেরিসকী জর্জেস পোম্পিদৌ সেন্টর (যুগ অসিবু মশক তাকপনি হায়না চাউথোকচখি) ফ্রান্সকী আটিষ্টশিংনা য়াম্নমক য়েৎখি– হিংচাবা মাল্লি, রিফাইনরিনি হায়বনচিংবনা করেম্নদুনা। অদুবু ইন্টর্নেসনেল কম্পিটিসনদা মপানগী নহা ওইবিবা আর্কিটেক্ট অনিবু খনখি। মথংদনা লুভর্অ ম্যুজিয়ম মক্তদা চাইনিজ অমেরিকান আর্কিটেক্ট লিও মিং পৈ হায়বা অমগী গ্লাসকী পিরামিদ মানবা দিজাইন হাপচিনখি – ১৯৯৮ দা।

নিয়ু য়োর্ককী অৱাংবা দলানগী ৱাফম লাক্লবদি নিয়ু য়োর্ক হেক চঙশিনবদা পূম্নমকপু তরাম্না ওক্লিবা (থাপ্তক তৌনা) মানহটানদা লৈরিবা পৃথিবী ফাওরবা নীংতম্বগী মূর্তি (Statue of Liberty) অসিনা হৌবনা চুমই। ফ্রান্সকী লাই শাবা ফ্রেদরিক অগষ্টে বার্থোলদি হায়বা অমনা মরমদম অলসাসলরেন্সপু জর্মননা মায়থীবা পীদুনা লৌশিনবদা খাঙবা ঙমখিদে। মদুবু নীংশিংবা ওইনা লানগী খূদম ওইনা চাউরবা নূংজাও অমগী চীংমায়দা হকপা মূর্তি পুথোকখি। অমেরিকাদা কোয়রকপদা মপূক্লিংদা খনখি অমেরিকাগী নীংতম্বগী লানগী মূর্তি অমতংদি খিনগে। থোরকপদা জাতিগী থাক্তা পৈশা নি। মূর্তি অসিমতং অমেরিকাদা খূদোল তৌসি হায়দুনা। মমিং চৎলবা লাইয়েকপা দেলাক্রোইসকী নীংতম্বগী মূর্তিগী অয়েকপী নুপীদুনা মঙোন্দা ঈথিল পী। মখোঙনা অমেরিকানা পুথোকচগদবনি। ১৮৮৬ তা পুরক্তুনা নিয়ু য়োর্ক বন্দরদা নীংথিজনা ওক্লগা কখোকখি। মহাক্লা নুপীদুবু অমেরিকাগী সংবিধানগী পান্নবা ওইনা মৈরা চুখৎপগী মওংদা ওম্থোকখিবনি।

মানহাটনগী আর্কিটেক্টশিংনা মখোয়গী মঙগী চাউরবা দলান কয়াগী মশকপু লূহুপ ওইনা উপ্তুনা ১৯৩১ দা বেলে পুথোকখি। ফ্লোর ৮৬ শুবা ফুট ১২৫০ ৱাংবা এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং (Empire State Building) কৌবা অমা ১৯৩১ দা লোইশিনখি। পেরিসকী আইফেল টাৱারদগী হেন্না ৱাংবনি। হৌজিক্তি আইফেলসু অমুক্কা হেন্না ৱাংখৎখ্রে। হান্নসু ক্রাইসলার টৱার (Chrysler Tower) লৈরে। ১৯৩৯ দদি অনৌবা এলুমিনিয়ম অমসুং গ্লাসকী ওইবা য়াম্নমক ফজবা মথোন ৫২ গী ফজরবা ইন্টর্নেসনেল ষ্টাইলগী মশক অমদা স্কল্পচরগী লৈকোনগা কোন্ননা শেমদোকই। তশেংবদি থোইনা ৱাংনিংদুনা ৱাংবা নত্তে। মফম চল্লক্তবগীনি। মতাং অসিদা মমিং চৎলবা অমেরিকাগী আর্কিটেক্ট ফ্রাঙ্ক লোইদ রাইট (Frank Luoyd Wright) না দিজাইন তৌদুনা পুথোকপা লৈ লৈদুনা কাবা মানবা ফুট ৪০০০ না কোয়শিনবা মথোল ৬ কী বিলদিং– গুগেনহাইম ম্যুজিয়মগী মশকসু পলহৌবা য়াই। ময়ামদগী পূমতোপ তোপ্পনি। চহী ৯ চঙনা শাবা

মানহটানগী ময়ায় চবৃক্তা লৈবা রোকফেলার সেন্টর (Rockefeller Center) সু মমিং পনবা য়াই। ১৯৪০ দা শঙ্গাখি। মসিমক্না মানহাটনবু মশক অমা ওইহল্লে হায়নরিবনি। ১৯৫৮ দা নিয়ু য়োর্ককী পার্ক এভেন্যুগী মণিনি হায়নরিবা দি সিগ্রাম বিল্ডিং (The Seagram Building) সু চীখবা চুমদে। ১৯২০ গী অদুৱাইদা চৎনরম্বা অসুম অসুম মতোল তুমখৎপা অদুগী মহুত্তা হায়গ্লাস অমসুং ষ্টিলগী টাৱার অসি য়ূম্বী মখোঙশিংগী মথঙ্গা লম য়াম্না কোন্দনা খিল্লগা থম্বনি। জর্মন আর্কিটেক্টনি। ফুট ৫২০ ৱাংবা মথোল ৩৯ লাইবা ইস্পাতকী টাৱাবনি। ব্রোঞ্জ রীবশিংনা ফাবনি। মসিবু আর্কিটেকচরেল ফোরম হায়বা মেগাজিন্দুনা খ্যাইদগী কেথোকপা স্কাইস্ক্রেপবনি (The most luxurious skyscraper ever built) হায়দুনা শীংথাই।

অসি নত্তবা অতৈসু কয়া লৈরি। অমনিদং খূদম ওইনা চাউরাক্লা পনবনি। নুমিৎ অসিগী নুমিদাংদা টাইমস স্কোয়ারগী অদুৱাইদা শান্নরিবা মৈগী অঙকপা কূম্মৈ— অঙাঙবা, অশংবা, নাপুগী জগোয ময়াম অদুতং য়েংননবা মীওই লীশীংনা লাক্লরিবনি। কম্প্যুটরনা কন্ট্রোল তৌবনি।

অসুম্না য়ূম কৈ দলান্নচিংবা পঙশা শাজিন্নরক্তুনা পৈশা তাল্লগা লোইরে হায়দুনা চখবিবা নিয়ু য়োর্ক সিটিগী মওং অসিদি পূম্নমক্না য়ানরবরা? মদুসু নত্তে। ব্রুক্লিন হাযবিবা স্কোয়ার মাইল ৭২ গী বুরো অসি হান্নদি চাউরবা মনা মশীংগী লৌফম ওইবমদুনা ফার্ম ৪০০ মুক্না একব ১২,৩৫৯ দা থোরকপা পোৎথোক্না লমদম অসিবু নিংথৌগী কাউন্টি (King's County) হায়না খঙনরমই। ১৮২৫ দা ব্রইরি কেনেল লাকপা, ১৮৮৩ দা ব্রুক্লিন ব্রিজ লাকপদগী, অদুগী মথক্তা অমুক থবক খূৎশূমল হেঙ্গৎলকপা অমসুং রিফ্রিজেরেটরনচিংবা লৈনরকপদগী মপানদগী পুশিল্লকপগা লাম্বা তৌনবা ঙমদদুনা লৌফম কয়া মাঙশিল্লকই। হৌজিক্তি লৌউবা য়াবসি একর ৬৫০০ দা ঙাযরে। অববান সেন্টরশিংনা অসুম অসুম চাশিল্লক্তুনা লমদম অসি মাঙহনবনি।

বাফম অসি হন্দক্তা অমেরিকান প্রোফেসার অনিনা মখোয়গী লাইরিক "ওব কেবেজেস এণ্ড কিংস কাউন্টি" (Of Cabbages and Kings County) কৌবা লাইবিক্তা ময়েক লানা ফোঙদোকই। ব্রুক্লিন লমদমসি মাঙশিল্লকদৌরে কৈনো পাম্বৈ খবা পুথোক্লবদি। ১৯৭০ গী অদুৱাইদগীদি নিয়ু য়োর্ক ভাব তাবা হৌরক্লে। অদুনা ফার্মারগী কৈথেল, গ্রীন থম্বা কম্যুনিটিনচিংবা হৌদোক্তুনা কন্নবা লাক্লরক্লে। কমদৌনা কনগদগে হায়বগী উপায়শিং পণ্ডিত অনি অসিনা স্বীদেন অমসুং জর্মনীগী খূদম লৌদুনা ময়েক শেংনা পুথোক্লি। মসিমক্তদগীসু নিয়ু য়োর্ককী হান্নগী লৈরম্বা মশক খবদি কনবা ঙমহৌবসু য়াই।

মপুং ওইবা ৱাফমদি মীওইবগী অমসুং কাঙলুপকী ওইবা ভেল্যুশিংদগী কারবারনা হেন্না ৱাংহনবা য়াদে। য়াম্নমক চুমখ্রবনি খোঞ্জেল অসি।

খন্নরিবা পূন্নমক অসি লৈনা লৈনা নিয়ু য়োর্কতি হৌজিক্তি ওইরে— প্রোমোথিয়ান সিটি, মতম পুম্বদা উঙদুনা লৈরিবা শেমগৎপগী মাঙতাকহনবা (perpetually engaged in creative destruction)। পূন্নমক্কী অরোইবনি মতোলনি হিথাংফমগী, লল্লোন ইতিক্কী, লমতু শেমগৎলকপগী কারবারগী। পূন্নমক্কী অয়ৌবীনি (ultimate)। পূন্নমক্কী মথক্তা রাজনীতিগী, গণতন্ত্রগী, চাউখ্রবা চাংয়েংগী অমসুং কেপিটলিজমগী।

অমেরিকানা হৌজিক্তি পৃথিবীগী ভাগ্য বিধাতাগী মশক লৌরে। ঈশ্বরনা ঐহাকপু ঙাকপীগনি। মণিপুরগী কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রবু নীংশিংই— "থানিংবগী থাজবনি। ঐগী করি ইতিক লৈ"।

নবেম্বর ২৭ তদি ষ্টেচু ওব লিবর্টি অমসুং এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং য়েংলুরে। কারুরে। মদুসু কুম্মৈ অমনি। পুং ১১ গী অদুৱাইদগী য়েংখৎপনা অদুম অনিমক্তা কোয়বদা নুমিৎ তারে। কারগী পার্কিং মওং চাবা ফংদবদগী ড্রাইভর ওইরিবা ইচানীপাদি অনিমক য়েংবা ফংলক্তে— মসিমসু সহর অচৌবগী দশানি। নীংতম্বগী মূর্তি ফ্রান্সনা অমেরিকাদা খুদোল তৌরকপগী ৱারী মথক্তা পনজখ্রে। মানহটানগী বেটরি পার্কতগী ফেরীনা মিনিট ২০ মুক চৎলগা অখিনবা চাউরবা মূর্তি অসিগী মফম য়ৌই। লাম্থোকপদি কুইদে। য়াম্নমক কুইরিবদি ঙাইবসিনি। থৌরী তিংদুনা লেপ্তুনা পুংখায়মুক ঙাইরিঙেদা অমুবশিংনা শক্লককইবা ঈশৈ, মন তৌবা, জগোয় (পূন্নমক পৈশা নিবনি নুংঙাইহল্লগা) কাউবা ঙমদে। মী লীশীং কয়াগী মমাঙদনি। মথোল (Story) ২২ লৈবা ম্যুজিয়ম, দুকান্নচিংবা লৈবা মূর্তিনি। অমুক্কা ফজরিবনা ফেরীদা তোংলগা থোরকফমগী মায়ওনবদা নিয়ু য়োর্ককী চপচাবা মশক উবা ফংই। মনুং চঙশিনখ্রগদি উদে। ঐখোয়বু পুরিবা ফেরীদুনা অমুক ঐখোয়বু এলিস দ্বীপ (Ellis Island) হায়বা অমদা মিনিট ১৫ মুক থৌরগা পুবী। নিয়ু য়োর্কতা শাইদাংলবা পূন্নম্মক্কী পনফম, ফাজিনফম অমসুং চেক তৌফমনি। পৃথিবীগী মফম পূন্নমক্তগী মীওই কোটি ২২ মুক মফম অসিদা পনখি হায়বগী ৱারী লৈ। অৱাবগী নুংঙাইবগী ৱারীনি। হান্নবা একর ৩ মুক্তা শীজিন্নরম্বদুনা পাকথোক্লক্তুনা হৌজিক্তি বিল্ডিং ৩৫ মুক শাগৎলক্তুনা হোস্পিটাল, ট্রেনিং সেন্টরনচিংবা কয়া লৈরে। ফাদোপশঙনা ওফিস ওনথোরক্লে।

মথোন ৮৬ কী অমেরিকাগী খ্বাইদগী ৱাংবা স্কাইস্ক্রেপর— এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিংদি অতুম্বা মতোনগী শরূক ফুট ১২ ইঞ্চি ৬ কী (Zeppelin Mooring)

থারগদি পৃথিবীদা খ্বাইদগী ৱাংই হায়না লৈজরম্বনি। অদুবু আইফেল টাৱার (পেরিসকী) না হৌজিক্তি হেন্দোকখ্রে। মখাগী ফ্লোর অমনিদদি অচৌবা দুকাননি। এলিভেটরনা কাবনি। য়ৌরমদাইদসু লেপ্পি। মতোন য়ৌরগনা অকোয়বদা নুমিদাংদা নিয়ু য়োর্ককী মৈগী কূম্মে য়েংবনি। অহীংদা নিয়ু য়োর্ক সিটিগী মৈগী কূম্মেদি মপা লৈতে হায়নরিবনি। মদুতবু য়েংবনি মীওই লীশীং কয়ানা নুমিৎ খুদিংগী পৈশা তিংনা মতোন য়ৌনরিবসি। পৈশা পায়বগী কূম্মে অসিমসু লোইবা খম্বা নাইদে। ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা অমসুং অঙকপগী মীকূপ খরদুনি ময়াম্না ঙাওনদুনা তান্নরিবসি। চঙশিনবদা ফনা কুইনা টিকেটকীদমক ঙাইব' তাখি। কূমথরকপদা লম্বীদা হেক্তা হায়দুনা ঐখোয়বু মরক্তা পন্দনা থাদবীরকই।

কূম্মেগীবুদি লোইশিনদ্রি। দিলীপকা ঐখোয় নুংথিল পূং ৬ তা উনসি হায়নবনি। ঐখোয়না ঙাইহাক ঙাইরগা লাকমন্দ্রে হায়দুনা দুকান পরীংদা মৈঙান মবক্তা চত্তুনা লৈ। থেংনররোইদ্রা হায়দুনা পাখৎনরবা কান্দা মহাক্কী কারদু উই। মহাকসু অমুক চঙফম অদোমদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লেপ্তুনা পূং অমা গাড়ী থৌদুনা লৈরম্লে। মরমদি ঐখোয়না ঙাইরিবা মফমসি এম্পাযাব ষ্টেট বিল্ডিংগী মনীংথংবা শরূকনি। লাইগী নোংদমদগী উনবা ফংবনি। উনবদা করি হায়নবগে হায়বদুদি পন্দ্রবসু য়ারে।

মৈতৈ ৱাহৈদা লৱায়না ইম্ফাল কাবা হায়বদু চপ চানা থোকখ্রে। মরমদি মফম অসি নিয়ু য়োর্কনি।

## ১০

# ৱাশিংটন

নিয়ু য়োর্ককী মথংদা (নত্ত্রগা মমাঙদা) ৱাশিংটন। অমেরিকাগী কোনুংনি। নিয়ু য়োর্কনা লল্লোন ইতিককী অমসুং কলচরগী কোনুংনি। রোমানশিংনা শীজিন্নরম্বা মিংদা লৌরদুনা কোনুংবু দি কেপিটোল হায়না কৌই। রাজনীতিগী কোনুংনি। অদুবু মমাঙদা পঞ্জখ্রবা স্মিথসোনিয়ান ইনষ্টিট্যুসন্নচিংবা সংস্থানশিং লাকপদগী সংস্কৃতিবু মশক খঙনবা চাউখৎহনবগী থৌরাংদি লেপ্তুনা চখরি। কেপিটোলগী মগুণবুদি কনা অমতনা য়ৌবা ঙমলোই।

কেপিটোল (Capitol) দা লৈরিবসি নিংথৌ নত্তে। প্রজাগী, প্রজাগীদমক অমসুং প্রজানা তৌজবা শাসনগী (অব্রাহম লিঙ্কনগী লোন্দানি– "Government of the people, by the people and for the people")। অমর ওইরবা গণতন্ত্রগী অরোইবা ৱাহত্থোকনি। অমেরিকাগী প্রজাশিংদা ঙাক্তা খঙনবা নত্তে। পৃথিবীগী মীওই কোটি কয়াদসুনি। মসিদা অমেরিকাগী রাষ্ট্রপতিশিং বাশক লৌরিবনি, য়ু এসকী কোংগ্রেস হাউস ওব রেপ্রজেন্টেটিভস অমসুং সিনেট (রোমানশিংগী লোনদানি) না জাতি অসিবু শাসন তৌবগী খন্নফম নৈনফমনি। মদুদগী তারকপা পোলিসিনা অমেরিকাগী ভাগ্য লেপ্পদা নত্তনা জগৎকী ভাগ্য লেপ্পদা অচৌবা শক্তক য়ারিবনি। প্রসিদেন্টকী লৈফমনা হ্বাইট হাউসনি– অমেরিকাগী রাষ্ট্রপতি ভবননি। ভারততুনা রাষ্ট্রপতি ভবননা (শক্তিদি কয়া লৈত্রবসু) পার্লিয়ামেন্ট হাউসতগী য়াম্না হেন্না য়েংবদা মগুণ লৈ। অমেরিকাগী কেপিটোলদদি হ্বাইট হাউসনা চঙলুবা য়াবা নত্তে। য়াম্নমক কা হেন্না মগুণ লৈখ্রে।

অগষ্টকী তাং ২২ গী অয়ুক্তা পূং ৪ গী খোঙচত্তা মেরীলেণ্ড ফাওদুনা চৎলগা ৱাশিংটন য়ৌই। মপূং ওইবা পান্দমদি কেপিটোল য়েংবনি। মদুগা লোয়ননা হ্বাইট হাউস, ম্যুজিয়মশিং, ৱাশিংটন মেমোরিয়েল অমসুং লিঙ্কন মেমোরিয়েল য়েংবনি। পূন্নমক পাঙথোকপা ঙমখি। মেরীলেণ্ডনা ডি সি (District of Columbia) দান তৌবগা লোয়ননা ৱাশিংটন, ডি সি পীথোকপনি— কোংনুগীদমক। অহানবদদি অপীকপা সহর ওইরমই। ৱাশিংটন চঙশিল্লকপদা মতৌ অমা তৌরমই। লূবা নানবা হেল্লকই। দলান অচৌবা থেংনরকই। কেপিটোলগী মমাঙদা পাল্লবা লমহাঙ, লম্বী, পুখ্রী অমসুং লৈকোল থেংনবদগী দি উরকই— কেপিটোল। মসিতবু য়েংবা লাক্লিবসি মনুং মপানদগী মীওই কোটি কয়ানি। অয়েকপা অশাবশিং কয়া কয়ানি। প্রসিদেন্ট জেকসনগী ৱাশক লৌবদদি (১৮২৯) মনুংদা লৌবম্বদগী মপান্দা থোক্তুনা মীওই লীশীং কয়ানা য়েংখি।

ৱাশিংটনগী জেনকিন্স হীল (কেপিটোল হীল) হায়বা চীংদোং অমগী মথক্তা অমেরিকাগী অহানবা রাষ্ট্রপতি জর্জ ৱাশিংটননা ১৭৯৩ দা যাত্রা হুল্লমই। মথং মথং শাবা হৌগত্তুনা পাকথোরকই চাউথোরকই। মপূং ওইবা শরূক ৫ গী মনুংদা অৱাং থংবা শরূক অদু (কোংগ্রেস অমসুং সুপ্রীম কোর্টকীদমক ওইনা) শাবা লোইদুনা ১৮০০ দা ফিলাদেলফিয়াদগী লাক্তুনা কোনুং হোংজিল্লি। মসিগী শাংলবা ৱারী লৈ। ১৮১২ দা অমেরিকাগা বৃটিশকা তৌনবা লান্দা (ৱার ওব ইন্দিপেন্দেন্স) বৃটিশকী লান্মীনা মৈ থাদুনা শরূক খরা শোকহনখি। শেমগৎলগা মথং মথং সিনেট হাউসনচিংবগী শরূকশিং শাগৎলকই। নোংচুপ থংবা শরূককী কাখৎফম সিডি শেমগৎলকই। কুপ্পা খন্নৱবা তুংদা মতোনগী শরূক (Dome) হাপ্লকই। দোরিক কলম (Doric Column) ৪০ না ঙাকখৎলগা মতোনগী শরূক (Rotunda) অসি পুবিবনি। হৌজিক্তি ওষ্ঠোক্লা চাউখ্রবা পাকখ্রবা দলান (কোনুং) হায়বদু ওইরে। অহানবা ফ্লোরদা লৈবা হোল ওব কলমস (Hall of Columns) হায়বা অসিদা ষ্টেট কয়াদগী পুরকপা অথোইবা মীওইশিংগী মার্বল অমসুং ব্রোঞ্জগী মূর্তিশিং কাখল কাখলদা থেন্দুনা উৎলি। ফক্লাংগী শরূক পূন্নমক্তা মচু মচুগী লাই কয়া যেকই। সিনেট ৱিংদা য়েক্লিবা পাল্লবা কোবিদর পেইন্টিং পূন্নমক কোন্সটান্টি নো ব্রুমিদিগী ঙাক্তনি। অমেরিকাগী রাষ্ট্রপতি পূন্নমক্কী (হৌজিক ফাওবদা) মার্বল নত্রগা ব্রোঞ্জগী মূর্ত্তিশিং মফম মফমদা থেন্দুনা উৎলি। মমিং চৎলবা আর্কিটেক্ট কয়ানা, লাই শাবা য়েকপা কয়ানা, চহী কয়া চঙনা শাগৎলক্লবা কেপিটোলনি। অহানবা আর্কিটেক্টনা ডাক্তর থোরনটোননি।

ঐখোয নোংপোকলোমদগী চঙশিল্লি। ওফিসারশিংনা হকচাং চেক তৌই। পুশিল্লকপা বেগশিং মফম অমদা থমহল্লি। অদুদগী মথক মখা পঙচৎতা চৎপা

য়ারে। থক খাদগী লৈতেং ময়াম, অয়েকপা ময়াম, মূর্তিশিং মফম মফমদা ইকোয কোয়না লৈরম্বা উবদা পূমঙক ঙকই। সিনেটকী হাউস ওব রেপ্রজেনটেটিভকী মফমশিং উরকই। পোত্থাফম উরকই— মেম্বরশিংগী। য়েংবগী পেনবা লৈতে হায়বদুনি। ক্লাসিকল আর্কিটেকচরনি। প্রসিদেন্টগী কাগী মথক্কী সিলিংদা য়েকলিবা মচুগী লাইশিংদুদি ইটালীগী লাইয়েকপা মেদোনাসপু (Maddonnas) নীংশিংহল্লি। চাউর চাউরবা কেনভাসতা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াসু য়েক্কুনা থমই। হায়রিবশিংসি ফজ্লাংদা য়েকপা ঙাক্তনি। ফিগী কেনভাস নত্তে। কেপিটোলগী ৱাংখৎপা মতোলগী শরুক্তা ফ্রেস্কো ওইনা এপোথিওসিস ওব ৱাশিংটন (Apotheosis of Washington) হায়দুনা কল্পনাগী শক্তম্না ৱাশিংটন প্রসিদেন্টকী মতমগী ৱারী লী। তশেংবা ওপন কেপিটোলনি— পূম্নমক চঙদুনা য়েংবা য়াই।

কেপিটোলগা শন্নবা ওফিস বিল্ডিং খরা লৈ। অকোয়বদা বোটনিকল গার্দেন লৈ। নীংশিংনিংঙাই ওইবা উপাম্বী ৯৪ থারে। লৈ-শূ মচু মচুগী শাত্তুনা লৈতেংই। ঈফূৎ লৈ। বোটনিকল গার্দেনদা (United States Botanical Garden)। কেপিটোলগী অকোয়বা পাকখ্রবা লম্পাক্তা অমেরিকান ফেষ্টিভেল ওব কনসার্ট হায়না শীন্দুনা বসন্ত অমসুং কালেন থাদা তোয়না ফাওর ফাওরবা ঈশৈ জাৎ কয়াগী কাঙবুশিং কৌদুনা পাঙথোকই। মীওই লীশীং কয়ানা নুংঙাইনা তাদুনা য়েংই। ষ্টেট কয়াদগী কলাকারশিংনা লাক্কুনা নেসনেল সিম্ফোনী অমসুং আর্মিগী মার্চিং বেণ্ডনচিংবা উৎলি।

ঐখোয়না চঙলকপদি ময়ায়দা পূন্না লৈরিবা দোম য়াওবা কেপিটোলগী শরুক, হাউস অমসুং সিনেটকী শরুক অহুম অসিতনি। থংন থংননা লৈরি— রশেল সিনেট ওফিস, দার্কসন সিনেট ওফিস। পৃথিবীদা ফাওরিবা লাইব্রেরী ওব কোংগ্রেসকী বিল্ডিং অহুম, বোটনিকল গার্দেন অমসুং অতৈ বিল্ডিং অহুম অমগা— পূন্না কেপিটোলগী শরুক অসি ১৪ নি। নোংচুপতগী চঙশিনবদা পাৎয়াদা (অশেম্বা পাৎনি) ঙাক্কুনা লৈরি গ্রীসকী ইতিহাস লাইরেম্বী ক্লিও (Clio, the Muse of History) না থৌদোক পূম্নমক খোৎচিল্লদুনা। ফনা চাউবা ব্রোঞ্জগী অরেপ্পা মূর্তিনি।

শন্না হায়রবদা কেপিটোলনা অমেরিকান জাতিগী ইতিহাস, অনীংবা, অপাম্বা, আশা অমসুং মঙগী মশক তাকপা চাউরবা সিম্বোলগী মশক লৌরি।

পঙলাপ লাপ্তুনা প্রসিদেন্টকী লৈফম হ্বাইট হাউস য়েংবা চৎলি। লম্পাক অমসুং লৈকোন্নচিংবনা, পার্কনা কোয়শিন্দুনা শাবা ক্লাসিকল ওইনা শাবা চাউরবা বিল্ডিংনি। মসিদসু য়েংবা মীওই ফনা য়ান্না লাকই। মতম চাদদুনা চঙবদি চঙহন্দ্রে।

থোইদোক্লসু যেংফম ওইনা শীংথানদে। ভারতকী রাষ্ট্রপতি ভবননা য়াম্নমক হেন্না চীং-লেমই। ফজে। খেন্নরিবা অসি য়েংবীয়ু। ভারত্তনা বৃটিশতগী তমদুনা রাষ্ট্রপতি ভবনবুনা হেন্না ফজহল্লি। প্রজাগী শক্তিনা শাগৎলকপা অমেরিকাদনা কোংগ্রেসকী মফম কেপিটোলবুনা আ য়ৌনা থাংগৎলি। পৃথিবীদা অমেরিকাবু শক তাক্লি।

খরা চৎলগা য়েংই-- ৱাশিংটন মেমোরিয়েল। স্মিথসোনিয়ানগী দলানগী (Castle) নোংচুপ্তা মোলদা য়োমশিল্লদুনা (শমদোক্কদবগী) লৈবা ফুট ৫৫০ ৱাংবা (obelisk) পৃথিবীদা খ্বাইদগী ৱাংবা নুংগী মেমোরিয়েল লৈ। ১৮৮৪ দা লোইশিনখিবনি। ফগুগী মতুং ইন্না মথাঙ অনি থোক্লা শাখি। হৌজিক দোলর কোটি ৯ মখায় চঙনা শেমদোক্লবা লাক্লরি। ফাউন্দেসন অসি ফুট ৩৬ ইঞ্চী ১০ লুই। য়ুম্বীগী মূর্তিনি। মখোঙদা পাকপনা ফুট ৫৫ মুক্লি। মতোন্দনা ফুট ৩৪ মখায়নি। অহানবদদি গ্রীককী মন্দিরগী মওংদা খন্নরমই। মমৈথঙদগী য়ানখি-- রোমানশিংনা ইজিপ্তগী পুরকপা ওবেলিস্কগী মওংদা।

মোন্যুমেন্ট অসি নুংপাক ৩৬০০০ না শাগৎপনি। মাইল ৩৭ শাংবা এল্যুমিনিয়মগী শরদক্লা য়োমশিল্লি। মনুংদা ষ্টেট কয়ানা, সহরশিংনা অমসুং মীওইশিংনা দান তৌরকপা নীংশিং নুংপাক ৯৩ লৈ। মতোন্দা মীহুৎথোঙ ৮ পাল্লি। মদু ঙালহন্নবা লাইট থাল্লি। লৈতেংগী মশক ওইনা হৌজিক্তি অশংবা স্কনগী নেটনা য়োমশিন্দুনা থল্লি। ২০০০ দদি শেমজিনবা অসি লোইবা য়াই। পেরিসকী আইফেল টাৱারদগী হেন্না ৱাংলম্বনি। হৌজিক্তি মতোন্দা ফুট ৯৮৪ য়ৌখ্রে। অদুবু নুংগী মোন্যুমেন্টতদি মসিগী লাম্বা তৌবীনবা লৈত্রি। আর্কিটেক্ট মাইকেল গ্রেভসকী কল্পনাদগী থোকপনি। শেম্বা লোইদদুনা হৌজিক্তি ময়াম্না চঙদুনা য়েংবা য়াদ্রি।

অমেরিকানা হৌজিক তান্নরিবসি খ্বাইদগী হেনবনি-- খ্বাইদগী চাউবা, খ্বাইদগী ৱাংবা, খ্বাইদগী কনবা। মতম পুম্বদা ফার্ষ্ট-- নম্বর ১। অমেরিকাদা নম্বর টুগী মফম লৈতে। শান্নবদা, ঈশৈদা, নম্বর ৱানদা পুমঙাও ঙাওই। নম্বর টু লৈ হায়না লৌদে। ৱাশিংটন মোন্যুমেন্টকী পান্দমসু নম্বর ৱাননি।

স্মিথসোনিয়ান ইন্সটিট্যুসনগী ৱাফমদি হান্না নৈনজখ্রে। অরোইবদা চঙলকই লিঙ্কন মেমোরিয়েল (Lincoln Memorial) দা। ১৯০১ দা মেকমিলন কমিসননা রেষ্ট পোটোমেক পার্কতা মেমোরিয়েলগী মফম ওইনা খল্লি। হেনরী বেকন (Hennry Bacon) না আর্কিটেক্ট ওইদুনা ১৯১৪ দা শাবা হৌগৎলি। চঙশিনখিবদদি সিড়ি থাক থাক কাখৎলগা হেক চঙশিনবদা মীৎ চানৈ অব্রাহম লিঙ্কনগী মূর্তি (ফুট ১৯ x ফুট ১৮)। আর্কিটেক্ট-- চেষ্টব ফ্রেঞ্চ। অৱাং অমসুং খাগী ফক্লাংশিংদা জুলিস

থ্বেরিনগী ইতিহাসকী ওইনা য়েকপা লাইশিং (Murals) না লৈতেংই। মখাদা লৈরি হক্তুনা মপূম ওইনা— লিঙ্কনগী গোটিসবর্গ এদ্রেশ অমসুং অনিশুবা ইনোগুরল এদ্রেশ। পাবা য়াই। গ্রাউন্দ ফ্লোর অমসুং ফার্স্ট ফ্লোরদা অতৈসু য়েক্তুনা থমই। কীলাবদোদগী পুরকপা মার্ব্বল অমসুং ইন্দিয়ানাগী শুনুগী নুংনা শাগৎপা বিল্ডিংনি। মেমোরিয়েলগী অকোয়বদা কলম ১৬ না য়ুনিয়নগী ষ্টেট ৪৮ (১৯২২ দা লোইশিনবদা) মপান থংবা ৱালদা হন্দুনা মহুৎ শিন্দুনা তাক্লি। মতুংদা লাক্তুনা তিল্লবা এলাস্কা অমসুং হাৱাইন দ্বীপকী অনি হাপচিল্লকই। গ্রাউণ্ড ফ্লোরদসু লাইরিক মখন কয়াগী য়োনফম লৈ।

য়াম্নমক লায়রনা হৌরকপা উকিল ওইনা লাকপা অব্রাহম লিঙ্কননি। ১৮৬০ দা রিপব্লিকান পার্টিগী মীহুৎ ওইনা প্রসিদেন্ট খল্লি। অহানবদা খা থংবা শরদ্ধকী ওইনা ষ্টেট ৭ না শেম্বা কনফেদেরেট ষ্টেটস ওব অমেরিকানি— ১৮৬১ গী মার্চ থাদা। মতুং দা ষ্টেট ৪ য়াওশিল্লকই— ভর্জিনিয়া, আর্কানসাস, নোর্থ কেরোলিনা অমসুং টেনেসি। লেমহৌরিবা অমেরিকাগী ষ্টেট অতৈগা অমেরিকা মচেৎ অনি থোকপা থোক্তবগী মতাংদা সিভিল ৱার তৌনৈ। ষ্টেট কয়া মাঙ তাকহনখি। চহী ৪গী লানফমনি— মী ফন্না য়াম্না শিখিবা। ১৮৬৩ দা লাউথোকই— লান হৌরিবা ষ্টেটশিংগী মনুংদা লৈরিবা নেগ্রোশিংগী মুক্তি। মীনায় ওইদুনা থীনা ওৎ নৈবীদুনা খাঙলম্বনি। ১৮৬৫ দা মীনায়গী পথাপ অমেরিকাদা লৈত্রে হায়দুনা লাউথোকই। চহী অসিমক্কী এপ্রিলগী তাং ৪ দা বুথ হায়বা থিয়েটরগী মীশক অমনা লিঙ্কনবু কাপ্তুনা হাৎখি। অমেরিকাদি অপূনবগী মশক্তা কলহৌই।

মেমোরিয়েল অসিদা হক্তুনা য়েক্লিবা অরোইবা লানফম পেনসিলভানিয়াগী গেটিসবর্গতা পীখিবা লিঙ্কগী মমিং চৎলবা ভাষণগী মতেক অসি য়েংবীয়ু। ৱাফমদি— "জাতি অসি অনৌবা মুক্তিগী মপোক অমদা ঈশ্বরগী মখাদা পোক্লগনি। অদুগা প্রজাগী শাসন, প্রজানা তৌজবা শাসন অমসুং প্রজাগীদমক তৌবা শাসন অসি মালেমদগী মাঙলরোই।" হৌজিক ফাওবদা শোন্নদুনতা লৈরিবা গণতন্ত্রগী মূর্তি অমা তাকপা মতাংনি। ১৮৬৩ দা পীখিবনি।

মেমোরিয়েল অসি তম্না চঙশিল্লকপদা য়েৎ থংবা শরদ্ধা লানদা শিখিবা অমেরিকান সিফায়গী নীংশিং নুংপাকশিংগী শাংলবা পরেং থেংনৈ। ভিয়েটনামগী লান্দা শিখিবা সিফায়শিংগীনি। মমিং থাবা থাদবা য়াওই। লৈ নাচোম পরেং শানা থন্নে। ভিয়েটনামগী লান্দা অমেরিকান সিফায় লীশীং হুম্ফুমুক চঙখি। অয়াম্বনা হল্লকখিদে।

থোবকপদা মূর্তি খবগা থেংনৈ— সাউথ কোবিযাগী লান্দা শিখিবশিংগী সিম্বোলনি। লম্পাক্তা যুংবা ঙাক্তনি।

ফনা নুংঙাইনা ঙক্লা উবকপা ৱাশিংটনগী মশক্লি। অবোইবদদি নুংঙাইতনা ৱানা থোবকই। মবৈবাক্কীদমক সহীদ ওইখ্রবশিংদা শ্রধাঞ্জলি কৎচবি।

# ১১

# নায়েগ্রাগী খোঙচত্তা

অমেরিকাদা কোয়বা লাক্লবদি পৃথিবীদা ফাওরবা নায়েগ্রা ঈশিং চাইবী (Niagra Falls) য়েংদনা হনখ্রবদি শোয়দনা খোঙচৎ মপুং ফাদ্রে হায়গনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী অঙকপা খূদোলশিংগী মনুংদা পৃথিবীগী ওইনা অঙকপা অমনি। নোংজু নুংশা খায়দে। লাক্লিংবা মতমদা লাকপা য়াই। চহীদা পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তগী মীওই কোটি অমরোমদি অমেরিকাগী নায়েগ্রা য়েংবা লাকই। অমেরিকাদা মসিখক্তং য়েংলগা চৎচখিগে হায়বা লাকই। অদুবু য়ামদ্রবদা নুমিৎ নীনীগী ভিজাদি লৌগদবা হায়বনচিংবগী নিয়ম লৈ।

আগষ্টকী তাং ১৫ (ভারতকী নীংতম্বা নুমিৎ) দা ঐখোয় নায়েগ্রাগীদমক অয়ুক্তা যাত্রা তৌই। নিয়ু য়োর্ক ষ্টেটকী নোংচুপ থংবা চিদাইদা লৈবনা গাড়ীনা মফমদু য়ৌবদা পুং ৫ মুক চঙই। অসিনা য়েংগে হায়রবদি বফেলো সিটি (Buffalo City) দা অহীং অমদি লেকপা তাখি। তৌবগীদি নায়েগ্রা সিটিদা হেক্তা চৎলবসু থুংফম লৈগনি– হান্ননা রিসার্ভবেসন তৌরগা। অদুবু বফেলোগী আমহার্ষ্ট হায়বা মফমদা লৈবা বাংলাদেশতগী লাকপা শ্রী কে ধৃতকুমার সিংহগী ইমুংনা ঐখোয়বু তরাম্না অহীংদুমা লেকহল্লি। এয়রলাইন্সকী এজেন্সীগী থবক তৌবনি। নুপী (শ্রীমতী সুশীলা) অমসুং লাইরিক ফনা নীংথিজনা তম্লিবা মচা অনি (কোইরেংসনা অমসুং রত্না) লৈ। লম কয়া কোয়রবা ইমুংনি। কদৌঙৈ অসিদগী হোংগদগে হায়বসু খঙদবা। অসিনা য়ুম ভারাদা লৈ। নোর্থ অমেরিকাগী মণিপুরীশিংগী মীফমদসু হান্না উনখ্রে।

(থায়নগী চৎনরোল কায়দনা চৎনবা হোৎনবা, ইমুংদা ফাওবা মৈতৈরোল ঙাঙনদুনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক অমদি ঙাক্তুনা থম্লি)।

অদুবু তুংগী মীরোলদদি মৈতৈলোন শীজিন্নবগী আশা উদে। লোইননমক অমেরিকান ইংলিশতা ওনখ্রগনি। অমেরিকাগী মফম কয়াদা বাংলাদেশতগী মণিপুরীশিং লাক্তুনা থবক তৌরি। হিংনবা হোৎনরি। মণিপুরদগীদি ইয়াম য়ামদে। লাক্তবু লাক্লবদি থবক মচা অমা হেক্তা তৌদুনা ( পূংশীংদা চৎপনি— পূং অমা শূবদা দোলর অসুক হায়দুনা ককই। হৌজিক্তা পূং অমা থবক শূবদা য়ামদ্রবদা দোলর তরাদি ফংনৈ, অহেনবগীদি মশীং নাইদে।) হিংবা য়াই হায়বসিনি। হিংবসু হিংলি। লাইবক ফরগা ময়ূমদা পৈশা থাদোকপা ঙমই— অহল লমনশিংগীদমক। কুইনা লৈথরক্লবদি অহানবদা গ্রীন কার্দ তাল্লে। চহী ৫ হেনজিল্লক্রবদি খুদোংচাবা কয়া ফংনবা অমেরিকান সিটিজন ওইননবা হোৎনবা য়ারে উকিলগী মতেংনা। নুংথিলদা ধৃতকুমারনা ঐখোয়বু কোইপু পুবী— ষ্টেট য়ুনিভর্সিটি ওব নিয়ু য়োর্ককী কেম্পসতা। পৃথিবীগী ঙা, শা, মনামশীং শুনা ফংবা দুকান অমদা। কৃষ্মে ফিয়োং, ম্যুজিয়ম, পার্ক শুনা লৈবা চয়োলমুক লৈবদা মতম খঙহৌরোইদবা বফেলো সহরনি। শান্ন খোৎনবদসু অফাওবা জাগানি।

বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংনা হায়রি— য়ারিবমখৈ অমেরিকাদা লাকপীরো। ঐখোয় খরা পূল্লগা ঈতিক ঈগুণ অসি পৃথিবীদা শকতাক্লবা তৌরসি। মীশীংবুদি য়ামদে। পূন্নসু লৈমিন্নবা ওইথোক্তে। অদুবু লিংজেল মান্নবা, শকখঙনবা ফাওবদি য়াইনা। লুরিবদি— করম্না লাক্কনি? বাংলাদেশকীদি মণিপুরীশিংবু উপজাতি অমা ওইনা লৌবনা অমেরিকাদা চৎননবা রিজার্ভেসন কোটা লৈ। অদুনা থোরকপা ঙম্বনি। মণিপুরগী মণিপুরীশিংগীদি লৈতে। লাইরিক লাইশু তম্বদা উপায় অমা তৌদুনা থোরকপদগী হেন্না। ইউরোপতগীদি মীওই লীশীং লীশীং লাক্তুনা অবাবা কয়া খাঙদুনা থৌনা ফম্না হান্নগী লৈজরম্বা নেটিভ ইন্দিয়ানশিং ফাওবা ওম্থোকখিদুনা হৌজিক্কী অমেরিকা অসি শেমখ্রিবনি। মণিপুরীশিংসু মপানদা থোকপগী ৱাখল অসিমদি খনবা মতম ওইরে। খনববুদি হৌরক্লে।

তাং ১৬ কী অয়ুক্তা নায়েগ্রা সিটি তম্না খোঙশাল্লে। গাড়ীনা মিনিট খরদগী খোঙচৎনি। চঙশিনবদগী অদুম সাইন বোর্দনচিংবা কয়া থেংনদুনা য়েংনিংবগী লাংতক্লবা হৌরে। চঙশিল্লকই ফাওদুনা— দুকান পরীং, পার্ককী মশক, ওফিস মানবা কয়া। চাফম থকফম মরাং কায়। মথক্তা হায়জখ্রে— অমেরিকানশিংদি হাউনা চাদবা, মফম মফমদা চাদবা য়াদে। য়ূমদা খোংগ্রায় চন্দুনা চাবগী দরকার লৈতে। গেট হেক লানশিল্লকপদা দোলার মখায়নি। কোন্না হি তোংবগী দোলার ৮ মখায়গা পূন্না য়েংবদা

মী অমদা দোলর ৯ চঙই। মথংদা থেংনরে— খৌরাংনা মতম কুইনা ঙাইজরক্লবা নায়েগ্রা ফোলস। লাক্লিবা টুরিষ্টশিংদি ওঙ্খোক্লা য়াম্না মখল মখলগী ফীজোন্দা— নীপা, নুপী, পাখং, লৈশাবী, অঙাং মফম মফমদা চাইথোক্তুনা লৈরি। কদোম কদোমদা চৎনরিবনো খঙদে। পঙচত্তা মচৎনৈ। ঐখোয়সু মখোয়গী মরক্তা য়াওরে।

নায়েগ্রা ফোলস শরূক অনিনি— অমেরিকাগী অমা, কানাডাগী অমা, খাব্রাংননা লৈ। অমেরিকাগীনা খরা ৱাংই। কানাডাগীনা খরা পাকই। অনিসি ঐনা হেল্লি, ঐনা হেল্লি হায়দুনা তান্নৈ। মশকপুদি পাক্লবা ঈশিং ঈপাক্লা চীংয়াদা অরুবদা হাইথরকপনি। মশাং অদু শগোলগী লোঙখুম (Horse Shoe falls) হায়নৈ। অমেরিকান ফোলসনা ফুট ১৮০ (মিটব ৫৫) ৱাংই। পাকপনা ফু ১১০০ (মিটির ৩৩০) নি। কানাডাগী ফোলসনা ৱাংবা ফুট ১৪০ (মিটর ৫২) নি। পাকপনা ফুট ২৫০০ নি (মিটর ৭৫০)। অহানবদা ফ্রান্স অমসুং বৃটিশকী মখাদা লৈরমই। ১৭২৬ তা ইহান হান্না হাংদোকপনি। হৌজিক্লা অমেরিকা অমসুং কানাডা মশা মশাগী শরুক্তা যেংশিল্লে। ফোলসকী ৱাংমদা অদুম কানাডাগী ফুরা দলান লম্পাক লোইনা উবে। লাঙ্খোকপদি য়াদে ভিজা য়াওদনা।

পাৎ ৫ দগী ঈশিংসি চেষ্থরকই— য়াম্নমক পাক্লা অমসুং য়াম্নমক লুদনা। হাইথফম তম্না— ঈপাক অসিসু উবা ফংই। নায়েগ্রা ফোলসতগী নায়েগ্রা তুরেলদা তাখি। অদুদগী ওন্টেরিও পাৎতা, অদুদগী অমুক সেন্ট লোরেন্স তুরেলদা অমসুং ইরোই লোইবদা আটলান্টিক মহাসাগরদা। ফোলসকী মখাদা লুরিবসি ফুট ১৭০ মুক্কী চাংদনি। হাযড্রো ইলেক্ট্রিক পাৱার পীনবগী চাংদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা মফমনি। অমেরিকা অমসুং কানাডানা মসিগী তংখায় মুক্তা শীজিন্নরি। চহী চুপ্পা চেষ্থরিবা ঈশিং চাইবীনি। কালেন্থাদা চুমথাঙগী মশক লৌই। নিংথমথাদনা উন মপাক মপাক্লি। ঈশিংগী মচুদি শংই— শংবান্নবা নত্তে।

থংন থংননা ঈশিং ঈপাকনা হৈথরকপা উবদা অহানবদদি পুমঙাও ঙাওই। হায়ফম খঙদে। চাউখ্রবা নায়েগ্রা পার্ককী মফমনিনা মায়কৈ মায়কৈদা অকা অকুম তৌদুনা চখোক চৎশিন তৌবা য়াই। নোংপোক নোংচুপ খা ৱাংদগী য়েংবা য়াই। য়েংবগীসু পেনবা নাইদে। মৈতৈ কবি চাউবনা পুঙ্গীদা ইহান হানবা লোক্তাক উবদা শকখি-- "মৈতৈগী ঈপাকনি মাঙদা ঙাল্লিবা ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।" মশকপুদি মান্নবা নত্তে। থম্মোয়দা ফাওরকপা ইষ্টলদুদি অমতনি।

চুম্নগী মথক্তগী য়েংবনদি পেন্দে। কুমথদুনা ঈশিং মরক্তা অমুক্তং চঙশিনবা ঙম্নবদি— হায়বগুম্বা ৱাখল অমদি ফাওরকই। মসি খঙনা শীল্লিবা কাঙবুনা ওঙ্খোক্লা ফজনা কুমথনবা শীল্লি। হি তোংহল্লি। মিংথোল্লি হিদুবু— লৈচীন নোংফাইগী লোয়নবী

(Maid of the Mist)। মোটোর বোট ফনা অচৌবনি। মসিদনি টিকেটকী খরচ তৌবা তারিবসি। মসিদা পানীকোট অমসু শীজিন্নহল্লি। অহানবা মেইদ অসিদি টুরিষ্টশিংগীদমক ওইনা ১৮৪৬ তা হৌদোকপনি। অসিগুম্বা হি মরিমক-- ইস্পাতকী য়োৎ অমসুং দিজল থাউনা চলাইবা ঙাক্তনি। মশক পীকতক্লা ফজে। কানাডারোমগীসু অসুম্না লৈ।

টাৱার (মিংশেলগী) তান্না ঐখোয় চঙশিল্লে। ফনা ৱাংবা টাৱারনি ঈশিং মপান্দা কুমথখিগদবা। লিফটতা কাথোক কাশিন তৌবনি। ফনা শাংনা ক্যদা লৈ। পালি লাকপদা কুমথৈ। মখোয়না পীরকপা পানীকোট (হুডয়াওবা) অদু শেৎচিল্লগা মোটোর বোটতা কুমথৈ। চাইথরকপা ঈশিং তান্না থৌজিল্লি। ঈশিং মরীক মবীক মরক্তা চঙশিল্লকপনি। নুংশা থীরপ তৌই। অদুদগী কানাডাগী ফোলস ফাওজিন্দুনা থোরকই-- মিনিট ২০ মুক্কী খোঙচৎনি কাউঙমদবা। পুন্সীগী নুংঙাইবদু অসিৱাই মঙায়রেনা হাযনা ফাওরকই। হিদগী কাখৎলগা হান্না লাকপা টাৱারদা অমুক মথক্তা কাখৎলকই। হায়রিবসি মী চাম্ম-চনিগী থবক নত্তে। লীশীং কয়াগীনি। কাখৎলকপদা অমুক য়েংই নায়েগ্রাদা। অমুক্কসু য়েংই চঙবা ঙমদ্রবা কানাডাগী মায়কৈদা-- মখোয়গী নায়েগ্রাদা, দলানশিংদা অমসুং লম্মাঙশিঙদা।

খোঙচৎ অসিদা ময়াম্না নুংঙাইবিবসি চুম্নগী নাযেগ্রা ফোলস য়েংলগা লোইবা নত্তে। পার্ককী অকোয়বা মফম কয়াদা কাখৎ কুমথ তৌদুনা পুং অমনি কোয়দুনা লৈবা য়াই। পিক্নিক চৎপা য়াই। য়োল্লিবা মশক নাইবা অচাপোৎ কয়া লৈদুনা চাবা য়াই। ফনা শাংনা হায়কিং চৎপসু য়াই। ৱারগা পোখানবা মফম কয়াসু শীঙ্খুংনা থমলি। পুং ২/৩ দি জগৎকী অৱাবা, পুন্সীগী অৱাবা পুন্নমক কাউথোকপা য়াই। ঐঙোন্দা ফাওবা শৈরেংগী ময়েক খরদি থোবকই। ময়েক শেংফাত্তদুনা ইথোকপদা মতম খরা চঙখি।

নায়েগ্রা ফোলসকী সিটি অসিদা লৈরিবসি অসিদা নত্তে। ডাউন টাউন নায়েগ্রা ফোলস হাযদুনা মফমসিদা কোযনা লৈরি-- একোরিয়ম, প্লাজা, (মফমসিদা অহাঙবদা ঈশৈনচিংবা শীল্লি), ম্যুজিয়ম অসিনচিংবা। নবেম্বরদগী জনুৱারি ফাওবদি দিৱালীগী মশক লৌরদুনা মফম পুম্বা মৈনা পুমঙান ঙাল্লি।

সহবগী ৱাংমদা লৈরি-- ইতিহাসকী ম্যুজিয়ম, জিওলোজিকেল ম্যুজিয়ম কয়া লৈবা লোকপোর্ট, লোৱিসটন, য়ংস টাউন অসিনচিংবা মফমশিং। ওন্টেরিও পাৎকী ঙা ফানবা পাৎপানশিং, ষ্টেট পার্ক কয়া, গোট অমসুং লুনা ঈথৎ মচাশিং, নায়েগ্রাগী মমিং চৎলবা ৱাক্স। খোইরুগী ম্যুজিয়ম। পুন্নমক অসিনা নায়েগ্রা কাউন্টিবু পৃথিবীদা

মশক তাক্লি। মফম অসিদা পোথাদুনা চয়োল অমা লৈবদা মতম লেনখিবা খঙহৌবোই। তোপ তোপ্পা অমদি ফজনা ফোঙখ্রবা বুলেটিননচিংবদা চহী অমগী তৌগদবা প্রোগ্রাম পুন্থা মফম মফমগী ওইনা য়াৎথোক্তুনা থমই। অঙকপা থৌশিলনি। নুমিৎ খুদিংগী প্রোগ্রাম থমই হায়বা য়াই।

অহীং অদুমা বফেলোদা ধৃতকুমাব সিংহগীদা লেক্লগা নোঙাল্লগা দানবিল য়ৌরকই। ধৃতকুমারগী ইমুংদগী নুংশিনা বিদায় লৌরকই।

# ১২

## অমেরিকাগী শান্ন-খোৎনবা,

# ঈশৈ-জগোয় অমসুং থিয়েটর

কুনশুবা শতাব্দীগী ময়ায়ৱাইদগী হৌজিক ফাওবদা লেপ্তুনা চত্থরকইবা সংস্কৃতিগী ঈচেলসি-- অমতা ওইশিনবগী লম্বীদনি। খেন্নবা কয়া লৈরবসু। মায়কৈ অসিদা শতাব্দী অসিগী হৌরকপদগী হৌনা অমেরিকাগী চাউরবা দান লৈরি। অহানবদা ইউরোপতগী মপূং ওইবা প্রভাব লৈবমই-- ঈশৈদা, জগোয়দা, থিয়েটরদা, সাহিত্যদা, লাইয়েকপদা। পিকাসোগী লাই খূৎযেক, জেমসজোয়সগী "উলিসিস" (Ulysses) ঈশৈগী মায়কৈদা ষ্ট্রাভিন্সকি অমসুং সোহেনবর্গ, অসিনচিংবা ময়ামসিনা অমেরিকাবু শুস্নৎলমই। অদুবু কুইদে। অমেরিকাদা খুন্দাররিবা ইউরোপকী জাতি ময়ামগী, মশীং য়ামখ্রবা অফ্রিকান অমেরিকানশিং পূনশিন্নরকপা কলচরগী মশক্না অমুক পৃথিবীবু জয় তৌবা হৌরকই-- ১৯২০ গী অদুৱাইদগী। ফৃজিল্লকই শাফু কন্না মতমগী সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিনা পুন্নমকপু ঙাওহনবা মাস মিদিয়াদা-- মোসন পিকচরদা, টেলিভিজন অমসুং কম্প্যুটরদা। পৃথিবী পুন্নমক্না মসিবু য়াদবা ঙমদ্রে হৌজিক্তি।

চপ চাবা অমেরিকাগী দানদি করি করিনো? কনাগুম্বনা অসুম্না হায়নৈ-- জাজ অমসুং রোক (ঈশৈদা), এব্‌ষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজম (লাই য়েকপদা), নোংদোন পক্না ৱাংবা দলানশিং (স্কাইস্ক্রেপর-- আর্কিটেকচরদা)। সিনেমাদা হোলিউদকী সনাগী য়ুগ, ফরবসু ফত্রবসু টেলিভিজননা পাকথোকপা শন্দোরকপা অমসুং মীশিংসি পঙফাওদা ফাওহনবা। অকোনবগী অসিমদি য়াম্নমক নুংঙাইবনি-- চুম্নগী ষ্টারনা চৎনদ্রে। ওইগদবনি সুপরষ্টার। মতম পূম্বদা মকোক্তা ওইগে তান্নবা। পুন্নমক অসিগা লোয়নরকপা পুন্সী মশক

অসিনা জগৎপু জয় তৌনবা লাক্লরি। চুম্নগী নিয়ুক্ত্যর বোম লৈদুনা কিহনবা ঙাক নত্তে। কনানো অমনা হায়রি– হিমালয়গী মচী অমদা নহা অমনা মনঙ্গন্দা সিলভষ্টর ষ্টিলোন য়েকপা টি-শার্ট অমা লীৎলম্বা থেংনবদা অঙকপা ওইরোই। জাজ, রোক অমসুং চখরকপা ঈশৈ জগোয়দি পৃথিবীগী নহারোলগী খঙনরবা অমতা ঙাইবা মরোলনি (লিংগুবা ফ্রাঙ্কা)। য়াম্নমক চুমই।

অদুগা শান্ন-খোৎনবদি (স্পোর্টস)? মসিমসু মথক্কী অসিগা লম্বানি। প্রমাণদি পৃথিবীগী ওলিম্পিকতা অমেরিকানা ইতৎ তত্তনা মকোক ওইরি। অসিফাওবা হায়রি -- অমেরিকাগী কলচর অসিদি শান্ন-খোৎনবদা পূমঙাও ঙাওরবনি (Sports crazed culture)। অদুগা শান্ন-খোৎনববুনা খ্বাইদগী চাউবা ময়ামদা থাদোকখিবা (Export)। মসিমসু চুমদে করম্না হায়গনি। মাইকেল জোরদান (বাসকেট বোলদা) পৃথিবীদা মামুক ফাওবা লৈরম্লরোই হায়রি। য়াংকি পিঙ্গটাক্সনা কোরিয়াগী সিওলদগী অফ্রিকাগী সোরেটো ফাওবগী নহারোলগী নঙ্গলদা লৈরি।

করিগীনো অসুক কন্না শান্ন-খোৎনবদা ঙাওরিবসিদি? জাতি অমনা পৃথিবীদা মকোক থোংগে হায়রবদি হকচাং ফন্না থম্বা তাবনি। পুঙ্গীগী নুংঙাইবা হকচাং ফবদা লৈ। ম্যাটরিয়েলিষ্টিক কলচরদা চেৎনা থাজবা অমেরিকানা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী অকনবা লানফমসিদা স্পোর্টসপু পুখৎবা অঙকপা নত্তে। অমুকসু শান্ন-খোৎনববু চুম্নগী হকচাংগী ঙাক নত্তনা জাতিগী ওইবা মীৎয়েং অমদগীসু য়েংই। অসুন্না হায়রি – মচেৎ মচেৎ তানরক্লবা যুগ অসিদা তোংঙান তোংঙানবা কলচরশিংবু অমতা ওইনা পূনহল্লিবসি স্পোর্টসননি। স্পোর্টসকী প্রিজমদগী ঐখোয়না য়েংবা তাই– ঐখোয়গী খ্বাইদগী লুরবা সমস্যাদা– জাতিগী, নীপা নুপী খেন্নবগী, ড্রগ অমসুং এইদসকী।

ফজবগী মশক অমসুং পুক্নীংগী মশক ফাওবা শান্ন-খোৎনবদা হাপচিল্লকই। খ্বাইদগী শাথীরবা ফুটবোলগী মশান্ননা অকনবা অমসুং চীংলেম্বা অনিগী অপুনবা জগোয়গী মশক (Ballet) উৎলি। ফুটবোলনা পীরিবা অকনবা চৈনাদু শান্নরিবা অদুগী চরিত্র শেমগৎপদা কান্নে। দেবিদ মারানেস হায়বদুনা মহাক্কী শান্ন-খোৎনবগী পুঙ্গীগী মরমদা ইবা লাইরিক ("When Pride Still Mattered") অমদা ফুটবোলগী মতাংদা অসুন্না পল্লি– তিন্নবা য়াদ্রবা ফিদম অনি অমতা ওইনবা হোৎনবা অমসুং নীংতম্বা, ময়ামগা য়ানবা হোৎনবা অমসুং লান হৌবা-- অনি অসিনা অমেরিকাগী থম্মোয়গী কাচিন্দা চেল্লি; অদুগা অসিগুম্বা শম্নফম অসিগী মশক্তি ফুটবোলনা তাকই।

মীৎয়েং অসোমদগী অমেরিকানশিংনা শান্ন-খোৎনবদা ঙাওরিবনি। ঐহাক্তি শান্ন-খোৎনবগী মীওইদি নত্তে। তৌববুদি ফুটবোল, টেবল টেনিসনচিংবা খরবুদি

*শান্নরমই। অদুবু পুন্সীনা মায়কৈ অমরোমদা চৎখিবদগী শান্ন-খোৎনবদা পুক্নীং চঙবা* হায়বদুদি নত্তে। য়েংনিংবদি পোকই। টেলিভিজনদা এসিয়ান গেমসকী মশক উবদদি শুমহৎলি। অদুবু অমেবিকাগী কলচরগী মরমদা ইবদা শান্ন-খোৎনববু য়াওদ্রবদি মপূং ফাদবা ওইগনি। অদুনা লাইরিক্তগী, জর্নলশিংদগী লৌখত্তুনা খরবুদি পঞ্জগে।

অমেরিকাগী তোপ তোপ্পা মশান্নদি বেজবোল (Baseball), বাস্কেটবোল (Basket-ball) অমসুং ফুটবোল (Football) নি। বেজবল অমেরিকানশিংগী ক্রিকেটনি। উবদসু ফীজেৎ অমসুং ষ্টাইলদি খেন্নরবসু ক্রিকেট তৌনা তৌই। বাস্কেটবোলদি হৌজিক মফম পুন্নমক্তা উনরে। ফুটবোল হায়রিবসিনা ঐখোয়না খঙনরিবা শান্নরিবা ফুটবোল অসি নত্তে। মসিবুদি মখোয়না সোকর (Soccer) কৌই। মখোয়গী ফুটবোলদি নিয়ম পূমতোং তোঙানবা ঐখোয়না রগবি (Rugby) হায়না কৌবা (মণিপুরগী য়ুবী লাকপী শান্নবগী মওংনি) য়ান্নমক তোয়না শোক্ক খোৎনবা, নম্নবা মশান্না অমনি। অমেরিকাগী টেলিভিজনদা মশান্নশিং অসি তোয়না উৎলি। ফুটবোল অসিমক য়ুবী মাল্লি।

কমদৌনদি চৎথরকই? চহী ১০০ মুক্কী মমাঙদদি বেজবোলনা অথোইবা মশান্না ওইরমই। ফুটবোলনা কোলেজগী ছাত্রশিংগী ওইনা তৌরমই। বাস্কেটবোলসু হৌরকপগী মশক্কি। বোক্সিং ফাওবা চাউরাক্না অকনবা মশেন থিন্নবগী মওংতনি। হৌজিক্তি পৃথিবী পুম্বদা মশান্নশিং অসি পান্নরক্লে। মেজোর লীগকী বেজবোল মশান্নদা লাটিন শান্নরোইশিংনা ঙমখৎলক্লে। জাপান, সাউথ কোরিয়াগী শান্নরোইশিংসু কন্না বেজবোলদা চঙশিন্নরকলে। বাস্কেটবোলবুদি মফম খূদিংদা পান্নরে। ইউরোপসু মখোয়গী হান্নগী ফুটবোলবু শান্নবগী মথক্তা অমেরিকান ফুটবোলবুসু শান্নবা হৌরক্লে। হৌজিক্তি হোলিউদকী ফিলম ষ্টারশিংগা স্পোর্টসকী সুপর ষ্টারশিংগা লম্বা তৌনরে। সুপরবাউল (Superbowl) হায়বসি খ্বাইদগী চাউবা সেক্যুলর ওইবা অমেরিকান জাতিগী ছুটিগী নুমিৎনি। শান্নরোই দিমেগিয়ো হায়বদু শিবদা ফোঙদোক্লখ্রিবা অৱাবসি অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট অমনা শিবদা ফোঙদোক্লরিবা চাং অদুদগীবু হেনখি হায়রি।

অফাওবা শান্নরোই অমসুং গ্রুপশিংগী মমিং কূপথনা পল্লুবগী দরকার লৈতে। অদুবু পনবা য়াবা খরদি-- ১৯৮০ গী য়ু এসকী হোকি টিম, ১৯৯২ গী দ্রীম টিম, আটলান্টাগী মেগী জিমনাষ্টস, নুপীগী সোকর (১৯৯৯ তা ৱার্ল্ড কপ লৌখি), রাইদার কপ, স্কায়াদ বেজবোলদা মিলেরিক, ৱার্ল্ড সিরিজগীদি য়াঙ্কি (নিয়ু য়োর্ক) অমসুং দি ব্রেভর (আটলান্টাগী), বাস্কেটবোলদা বিলর্সেল (১৯৬০ গী মতমগী) চেম্বর্লেন (১৯৯০ গী), ট্রেক্ট এণ্ড ফিল্ডদা ৱিলিনা রুদোলফ (১৯৬০ ওলিম্পিকতা গোল্ড মেদল ৩ ফংখ্রবা), বোক্সিংদা জোলুই, রোকি মার্সিয়ানো (১৯৪৭-৫৬ ফাওবা

মনঙ্গল লৈপাক তাখিদ্রবা, ১৯৫১ দা গুরু জোল্লাইবু থিন্দৎখিবা), মোহমদ আলি অমসুং মার্ক টাইসন— পূন্নমক্না খঙনরবা ঙাক্তনি। আইস-হোকিদা টাবালিমস্কি (চহী ১৫ দা ১৯৮৮ গী ওলিম্পিকতা গোল্ড মেদল ফংখ্রবী)। অসি নত্তবা আইটেম অতৈদা ওলিম্পিক্তা অমসুং নেসনেল লিগতা ফাওখ্রবা (ফাওখ্রবী) কয়া অমসু লৈরি। মমিং অমনিদং পনবতনি। অমেরিকাগী লমজেলদা কার্ল লেবিস, মিটর ১০০ গী লমজেলদা সেঃ ১০.৪৯ দা ওলিম্পিক রোকোর্দ থুগায়খ্রবী ফ্লোরেন্স কাউদ্রি।

পূন্নমক অসিদা মিংচৎতা নত্তনা শিবা কিদনা থৌজিল্লিবা অমদি করিনো? পৈশানি। শান্ন-খোৎনবদা নেসনেল লেবেলদবু য়ৌখ্রবদি পৈশা য়াম্না ফংই। চুম্নগী লাখকী ব্রা ব্রত্তে— দোলর লাখ-লাখকী হিসাবনি। চপ চানা প্রোফেসনেল ওইবা ঙমখ্রবদি নেরুবদা কোটি কয়াগী মপু ওই। ফিরোলগী কম্পানী অমনা মখোয়গী ফিজেৎসি চহী অনি অহুমদি শেৎপীয়ু য়াবদা লাখ ৪০/৫০ পীথোকপদা হাপ্লেংদে। পৈশাদা ঙাওনবা অমেরিকানি। পৈশানসু পুক্নীবু শিবা কিদবগী মাযকৈদা পুশিল্লি। অমেরিকাগী নহারোল পূন্নমক্কী মঙ— শান্ন-খোৎনবদা সুপবষ্টার ওইবনি। হোলিউদকী সুপব ষ্টাবদি মীওই খবদগী ওইনা তৌখ্রে।

অমেবিকাগী ঈশৈ জগোয়সি হান্নসু খরা খরদি উখ্রে। তাখ্রে। য়াম্নমক খঙবদি নত্তে— দ্রামাদি খরদুম য়েংবা হৈরবসু ঈশৈদি থোইনা খঙদে। হন্দক্তা অমেরিকাদা লাকপসিদা খঙনবা খরদং হোৎনবনি। যাম্নমক খঙবদি পুক্নী চুপ্পগী সাধনা চঙই। তোয়না তাবিবা ভারতকী হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী মশকপু ঐখোয়না কয়া য়াম্না খঙবগে? হৌজিকপুদি ভিদিওগী মতেংনা পূন্নমক য়েংবা তাবা যাবে। ঐহাকসু উরে তাবে -- অমেবিকাগী ঈশৈ জগোয়দা নত্তনা, জাপানগী, ইউরোপকী, নেগ্রোশিংগী মনুংদা কেট্স্ (Cats), স্বান লেক, নটক্রেকার, ওলিভার, দি সাউণ্ড ওব ম্যুজিক, লা মিজরেবল, দি কিং এণ্ড আই মমিং পনবা য়াই। অসি নত্তবা টেলিভিজন সিরিজদা নিয়ু য়োর্কতা পাঙথোকখিবা যন্ত্র পায়বা নহারোল ৩০০ মুক্কী ক্লাসিকল ম্যুজিক কোনসর্ট অমসুং মদুদা ভাবোক্কী এপ্রেসিয়েসন কাউবা ঙমদে। ইমীৎমক্না উবা মশক্তি ফোক অমসুং য়ান্নবা ম্যুজিক খরগা অগষ্টকী তাং ৫ দা বিলিয়মস স্পোর্ট হায়বা মফমদুদা পাটবেনোতোরগী রোক 'ন রোল উরকই।

পূন্না য়েংবদা অমেরিকান ম্যুজিক্কী খোঙচৎসি ঘড়ীগী পেণ্ডলুমগুম্না হাইদুনা লৈ। অঙৈংবদগী অমুক অথুবদা, য়াম্না হেন্না থুবদা, অমুক অতপ্পগী মায়কৈদা, অমুক অথুবদা, অমুক থায়নগী ওইবা অঙৈংবা অতপ্পদা অসুম হায়না লৈদুনা লৈ। সংস্কৃতিগী য়াওনগা টেক্লোলোজিগী শক্তিগনা পুশিল্লকপনি। ইউরোপকী সিম্ফোনী ম্যুজিক অমেরিকাদা

ঙন্না য়ৌরকই। অমুক কাউনবগুম তৌখি— কাঙলূপ খরদা নত্তনা। অমুক নৌহৌননা হৌজিক হৌজিকমক পুথোক্লরক্লি। থোরক্লবসু থায়নগী মোসার্টকী, বিথোবেনগী মশক্তু নত্তে। পূমনৌ নৌবা মওং অমদা অমেরিকাগী ছাপা তৌদুনা থোরকই। নোংচুপকী সিম্ফোনী ম্যুজিকতগী লৌশিনবা য়াবা মখে লৌরুরগা চপ চানা অমেরিকান ওস্থোক্তুনা চহী ১০০ শুবগী মপোক কুমওন হন্দক্তা পাঙথোক্লবা কম্পোজর গুরু আরোন কোপলান্দ (Aaron Copland), মমিং চৎলবা শিষ্য লিওনার্দ বর্নষ্টাইন (Leonard Bernstein) কাউফম থোক্তে।

অমেরিকাগী মশাগী লম লমগী ঈশৈ (Country Music) হায়দুনা গিটার পায়দুনা শকচবা ঈশৈবুদি শীনথুংনা লৈরি। য়াম্নমক মপান্দা খঙনরক্লিবদি ব্লুজদগী (Blues) হৌরগা জাজ (Jazz) অমসুং অকোনবদা রোক (Rock) নি। অহুম অসিনি অমেরিকাগী তোপ তোপ্পা শৈশক্তি। ব্লুজ হায়বসিনা নোংচুপ অফ্রিকাদগী ফাদুনা মীনায়গী কারবারদা পুশিল্লকপা নেগ্রো লাখ কয়াগী থায়নগী অৱাবা ঈশৈ শৈশক্লি। য়াম্নমক অরিবনা— টেকসাস, অলবামা, ফ্লোরিদা অমসুং জর্জিয়া ষ্টেটশিংদা লৈ। মথংদা ৱাহৈনা মপুং ওইরকপা অফ্রিকান অমেরিকানশিংগী ৱারবা পুঙ্গীবু থম্মোই শোক্লা ফোঙদোকপা মশক লৌরকই। পুল্লপ যন্ত্রগা কোন্ননা শকমিন্নবা য়ারকই। হান্নগী বার ১২ দুনা অহুম থোক্লা খায়দোরকই— টোনিক, সব-দোমিনেন্ট অমসুং দোমিনেন্ট। নেগ্রো অদুনা কায়নখ্রবা মমা, মপা অমসুং চান্নবী নীংশিংলকই মতোমতা। খাঙঙমদ্রবা চৈনাখোল অদু ৱাহৈদা অমসুং খোম্থোক্তা ভাইওলিনগুম্বা যন্ত্র শমদা ফোঙদোরকই। জগোয শাবসু য়াওই। অসুম্বা থম্মোই শোকপা মপাউখোল অদুনা ঈশৈগী মশক লৌরকই— ব্লুজ। অঙৌবশিংনা ব্লুজ শক্লবসু নেগ্রোগী শৈশক য়ৌবা ঙমদে। নেগ্রোশিংগী চপ চাবা ফোক ম্যুজিকনি। কপ লাউবগী মশক লৌবা, অৱায় অখুম তৌবা অসিনা য়ুম্ফমনি। মৈতৈগী পেনা নীংশিংবা য়াই। খুল্লং ঈশৈবুসু।

অসিগুম্বা নোংচুপ অফ্রিকাগী ম্যুজিক অসিগা ইউরোপিযান ম্যুজিক্কা তিন্নরগা ওইরকই জাজ ম্যুজিক। ১৮৫০ গী অদুৱাইদা নিয়ু ওর্লিয়ন্স হায়বা মফমদুদগী পোক্লকই জাজ ম্যুজিক। ব্লুজগী শৈশকপশিংগী মনুংদা মখোলদা লাম্বা লৈতবী বেসি স্মিথ হৌজিক ফাওবা শোন্নরি। শতাব্দীগী ঙাম্লিচঙৈ মতমগীনি— রেকোর্দ ১৬০ মুক থনমই। মতাং অসিদা জাজগা হৌদোকমিন্নবা রেগটাইম (Ragtime) হায়বা ম্যুজিক্কী মওং অমসু থোরকই। মদুসু চপ চানা মওং তাদবদগী জাজদা পুনশিনখি। জাজ পুথোকপসি কিং ওলিবারগী ক্রেওল বেন্দ (Creole Band) দগী থোরকপনি হায়নৈ। মথংদা লুই আর্মষ্ট্রোং (১৯২৬) গী এসোলোনা অহৌবা অরুম্বা মশক্লা মশক

ফজহল্লকই। মথংদা লমলমগী মতুং ইন্না দিকসিলাণ্ড (Dixieland) হায়দুনা মওং অহুম থোকই। অসুম্না জাজগী ক্লাসিক ওইবা মতমসি ১৯২৯ গী অদুৱাইদা লোইশিনখি।

১৯৩০ গী অদুৱাইদগীদি অমুক দিউক বেলিংটননা কেরোল রাপসোদি হায়দুনা মহাক্কী ট্রমপেটকী অরূম্বা অমসুং খুৎখোংগী ষ্টাইলনা অমুক জাজবু অনৌবা মশক অমা পী। লাকই মথংদা হাই হুমদুনা খোংবা যুগ (Swing Era) ১৯৩৬ কী অদুৱাইদগী। বিলিংটনগী ব্রাশ প্লেয়িং অসিনা চপ চানা পুশিল্লকই জাজগী মশক—খোঞ্জেল থোকপা ঈশৈ। অরূম্বা ভাইব্রেটো, হান্নগী ব্লুজগী অহৌবা খোঞ্জেলগা নকশিন্নবা অদুগা মশক্তি হান্নদগী পুমহোং হোংলবা। মতাং অসিবু বিলিংটনগী ড্রিমী ইম্প্রেসনিজম হায়না খঙনৈ। অদুদগী থোরকই বেবোপ জাজ (Bebop Jazz) গী মশক— রিডমদা অৱাংবা থাক্কী মশক ওইবা। মসিনা ওইরকই শীংনবগী শক্তি ফোঙদোকপা (Music of Revolt)। অফাওবা মীশক অহুমদি— দিকসি, গিল্লেসপিস অমসুং লেষ্টর য়ং। ওইরকইবা মশকসি ব্লুজগী চাউরবা পরম্পরা, ইউরোপিয়ান ম্যুজিক্কী হারমোনি অমসুং অঙৌবা জাতিগী রোমান্টিসিজম— অহুম্না পুনবনি।

অসুম অসুম মশক হোংলক্লিবা জাজনি। ভাবোক্কী অপাম্বসু হোংলকই। হৌজিক হৌজিক ফাওরিবশিংগী মনুংদা মোরটন, বিলিংটন অমসুং জোন লিৱুইস মমিং পনবা য়াই। অমেরিকাগী ক্লাসিকল ম্যুজিকনি— ইউরোপকীদগী তোংঙানবা। শিবদি নাইদে। ১৯২০ গী অদুৱাইদগী চখরম্বা জাজগী যুগপুদি লোইরে। লমলমগী ওইবা সিম্ফোনি অমসুং ওপেরানচিংবা চপ চাবা ক্লাসিকল ম্যুজিক্কী মশকসু হিংগৎনরক্লে। মশা নীকপা, ওনবা, চোংবনচিংবা মতম অমগী নহারোলশিংনা পামজরম্বদু হৌজিক্তি তপথরক্তুনা চপ চাবা অচীকপা অরেম্বা ক্লাসিকলগী মশক লৌরক্লে।

রোক (Rock) হায়বসিনা চপ চানা নহারোলগী ঈশৈগী বিপ্লবনি। মসিমদি ফোক আর্টনি চপ চাবা। চপ চাবা নহারোলগী খোঞ্জেলনি। জাজনা ২০ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদগী হৌরকপনি। চখরকই মথং মথং— নিয়ু ওর্লিয়ন্স জাজ, ছিকাগো জাজ, স্বিং, বেবহোপ অমসুং মোদর্ন জাজ। রোকতনা ফোক ম্যুজিক, ব্লুজ, ক্লাসিকল ম্যুজিক, হান্নগী চৎনরবা ফোক ষ্টাইল অমসুং অতৈ ঈশৈ শৈশক কয়ানা পুনশিল্লগা ১৯৫৪ গী অদুৱাইদা মশক নাইনা থোরকপনি। থেঙনা লাকপনি। খুদক খুদক্তা পঙচোংদা চোংথোরকপা, ঈশৈগী শৈশক জাৎ অমনি। হেক্তা ডাইরেক্ট অচুম্বদু ওইরিবদু অসিনি হায়না তাকই। পার্টি কয়া চোংথোরকই— রাসকেল্‌স্‌, হার্মিটিস অমসুং দ দোবস অসিনচিংবা। মসিগী মমিং চৎপা কলাকারশিংদি— ফ্রাঙ্ক সিনাট্রা অমসুং এলবিস প্রীসলি (Elvis Presly) অসিনচিংবনি। শকপনে চোংবনে, মওংদি তাফাক্তনা চঙশিল্লকপা নহারোলগী ঈহৌনি। মসিবু রোকক্কী অহানবা তাঙ্কক (১৯৫৪-৫৬) কৌবা য়াই।

অনিশুবা তাঙ্কক্তা (১৯৫৭-৬৩) পাকথোক চাউথোরকই। ঈশৈ ময়েক ফজবা হেল্লক্নে। অর্থ চেনবা নীংতম খোঙচৎকী মশক লৌরে। ঐখোয়না তোয়না তানরবা নেগ্রোশিংগী নীংতম্বগী নুংশিরবা ঈশৈ— ঐখোয়না নোংমদি জয় তৌরনি (We shall overcome, some day) হায়বনচিংবদু মতম অসিদা থোকখি। কিংষ্টোন ট্রাইও হায়বনচিংবা থোরক্নে। ফোক ম্যুজিককী মশক মাঙশিল্লকপা হৌরে।

অহুমশুবা অমসুং হৌজিক ফাওবদা চত্থরিবা রোককী মশক্তি (১৯৬৪ –) মতম অসিরাইদা ইংলণ্ডগী বিটলস (Beatles) ঈশৈনা অমেরিকাদা লান্দারকপদগীনি। চাউখ্রবা কলচরগী মপূং ওইংগ আন্দোলননি। রিডম্স্ অমসুং ব্লুজনা নেগ্রো জাতিগী অমসুং বিটলসনা অঙৌবা জাতিগী ঈশৈ ওইরে। হৌদোকপদি সান ফ্রানসিস্কোদগীনি হায়না লৌনৈ। মদুদগী নিয়ু য়োর্ক, বোষ্টোন, লোস এঞ্জেলিস অমসুং অমেরিকাগী অতৈ সহরশিংদা শন্দোরকপনি। বোব দাইলান হায়বা অমনা হৌদোকপনি। হৌজিক্তি শৈশকশিং অসি অমগা অমগা তিন্নরক্লুনা রোক মখল কয়া থোরক্নে— জাজনা য়ুম্ফম ওইবা রোক (মোদর্ন জাজ কার্টেট), অমেরিকাদা বিটলস ম্যুজিক (১৯৬৪) হান্নগী মশক্তা নুংঙাইবা কয়া হাপচিন্দুনা (খরা লুমনা লৈরম্বা) অঈংবা, অতপ্পা ক্লাসিকল শৈশক্নি। শমশাং খাকপা বিটলসকী মনুংদা জর্জ হেরিসনদি সেতার ফাওবা খোংবা তন্নক্নে (রবী শঙ্করদগী)। যুগ পুবা বিটলসনি অমেরিকাবু জয় তৌখিবা। মসিসু রোককী শাগৈদি ওইরগা খরা ৱাং খৎপা মশক্নি। দাইলাননা পুশিল্লকইবা রোককী মশক্নি। মসিদা লাম্বা তৌরি— নেগ্রোশিংগী থম্মোইগী অচাকপা মশক উৎপা রিডমস অমসুং ব্লুজনা পুনশিনবা থৱায় (Soul) হায়বা শৈশক্লা। মথংদা চত্থরকই ঈশৈগা কোন্নবা নুংঙাইহ্নবা থিয়েটরগী মশক (ম্যুজিকল কমেদি)। মসিবু পোপ কলচরগী যুগ হায়না কৌবসু য়াই। হৌজিক্তি লৈরে— ওপেরা, ম্যুজিকল কমেদি অমসুং থিয়েটর ম্যুজিক।

অমেরিকাগী মফম অমদা মতম অমদা চাওখৎতবা লমগী অমসুং জাৎকী ঈশৈদগী হৌরকপনি হায়দুনা জাজ ঈশৈ তম্বীগে য়ারমদে। মতুংদা মমিং চৎলবা রশিয়াগী কম্পোজর ষ্ট্রাভিনসি অমসুং অতৈ ক্লাসিকল ম্যুজিক্কী কম্পোজরশিংদা জাজগী প্রভাব তাই হায়দুনা প্রমাণ তৌবা ঙম্বদগী তম্বীগে হায়বা য়াখি।

রোক অমসুং ম্যুজিকল কমেদিশিংদা ঈশৈ-জগোয় অদুম য়াওরবনি। চপ চাবা ক্লাসিকল কৌদবদি য়াই। অদুবু মতমনা পুশিল্লকপা অনৌবা মশক ঙাক্তনি। অনৌবা জগোয়গী কোরিওগ্রাফর কয়াবুদি থোরক্নি। হান্নগী ক্লাসিকল বেলেবু তম্বদি হন্থবা নত্তে। নিয়ু য়োর্কতা জর্জ বালানসিনগী জগোয়গী স্কুল লৈরি। অনৌবা খূৎশেম কয়া পুথোক্লবা হোৎনরি। ইকুই কুইদনা উখিবা শো অমদা মার্ছি কনিংহাম (Merce

Cunningham) গী ইলেক্ট্রোনিক ম্যুজিকক কোন্নবা মঙাল অমসুং অমম্বগী মূর্তি কয়াগা য়ানশিন্নবা অনৌবা কোরিওগ্রাফী উখি। অদুবু পোপকী কলচরদা ঙাওজবা লমনিনা অন্না প্লাভব কুম্বা কলাকারদি কয়া তাদবদৌনা তৌরি। মতম কুইনগী মমাঙদা মার্থা গ্রাহমবুদি অমেরিকাদা পোকখি।

কাউরোইদবা অমদি লাইয়েকপদা ইউরোপতা পেরিসনা ওইরম্বদৌনা ঈশৈ জগোয় অমসুং থিয়েটরদা পৃথিবীদা ফাওগে হায়রবদি পৃথিবীগী মফম পূন্নমক্তগী নিয়ু য়োর্ক কুম্বা মফমদা লাক্কুনা শক তাক্লবা তাই ইহান হান্না। অসিগুম্বা কলাগী জগত্তা নিয়ু য়োর্ককী আর্ট ক্রিটিক অমসুং ভাবোকতি খ্বাইদগী সোফিষ্টিকেটেদ ওই হায়না লৌনরি। নিয়ু য়োর্কনা য়ারবদি য়ারে।

১৯৯৪ দা অমেরিকাগী লোস এঞ্জিলিসতা ভারতকী মমিং চৎলবা জুবিন মেহতানা কন্দক্ট তৌবা থ্রি টেনরস (3 Tenors) হায়বা ঈশৈগী ভিদিও ফিলম অমা য়েংই। পূং অনি শান্নে। মীওই ২০০ দগী তাদনা যন্ত্রগী ওর্কেষ্ট্রা থমই। ইউরোপতা মমিং চৎলবা ফ্রেঞ্চ, ইটলিয়ান অমসুং স্পেনিস কলাকার অহুমনি। অঙকপা মখোলগা লোয়ননা হৈনা শকই। মদুদা তিনখিবা ভাবোক লীশীং কয়াগী মনুংদা অমেরিকাগী মতমদুগী প্রসিদেন্ট জর্জ বুশ অমসুং ফিলম ষ্টার ফ্রাঙ্ক সিনাট্রা য়াওবা উই। মদুদা কলাকারশিংবু খুবাক খুদুনা সম্মান তৌখিবা অমসুং কলাকারশিংগা (জুবিন মেহতা য়াওনা) ভাবোক্কা অৱায় অখুম তৌনবা কাউঙমদবা মশক্নি।

মদু উবদগী ঐহাক চপ চানা থাজখ্রে। অমেরিকাদা ইউরোপিয়ান ক্লাসিকল ম্যুজিক অমসুং অমেরিকাগী ব্লুজ, জাজ, রোক অমসুং পোপ খক মূৎলোই। প্রজাশিংনা অঙকপা ফংনা য়ারি। মণিপুরগী পেনা অমসুং মোইরাং পবর্বগী ভাবোক্তি কয়া য়াম্না লৈরিবগে? রোককী নহারোলবুদি লীশীংনি।

থিয়েটরগী জগত্তুদি হৌজিক ফাওবা ব্রোদৱে (Broadway) ফাওরিবনি। লৈবাক কয়াদগী অফাও অফাওবা থিয়েটরগী গ্রূপনা (মপূং ওইনা ইউরোপতগী) লাক্কুনা লীলা শান্নরবদা পৃথিবীদা লাম্বা লৈত্রবা অমেরিকানশিংগী থিয়েটরগী মঙ মঙফম ব্রোদৱেনি। শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা ফাওখিবা টেনেসী ৱিলিয়ম অমসুং ইউজেন ও নিলনচিংবা কয়াগী মমিং চৎলবা লীলা (পৃথিবী পূম্বদা খঙনরবা) কয়া ব্রোদৱেদা ইহান হান্না শান্নবদগী ফাওথ্রিবনি। মসিনা অমেরিকান থিয়েটরনি। জর্মনগী বার্টোল্ড ব্রেক্টকী লীলাশিংসু নিয়ু য়োর্কনচিংবা অমেরিকাগী মফমশিংদা শান্নখ্রে। শান্নফম থিয়েটর কয়ানা পূনশিনবা কুম্বী কালেন খায়দনা ঈশৈ জগোয় লীলা শান্নবা নিয়ু য়োর্ককী মানহাটনদা লৈবা ব্রোদৱেনি। মসিদা পূন্নমক্না লীলা পুথোকনীংই।

অদুবু লীলা হৈবা কনাগুম্বনা ব্রোদরেনা মাস কলচরগী মফম ওইরকপসিদা পেন্দদুনা ওফ ব্রোদরে হায়দুনা সিয়েটল রিপট্রি লুইমবিল, গুদমেন অমসুং ট্রিনিটি রিপট্রিনচিং বদা শান্নবসু য়াওই। হান্নগী ব্রোদরেগী মগুণদু মাঙখ্রে হায়দুনা।

তৌববুদি অমেরিকান থিয়েটর হায়দুনা জাজ অমসুং রোক তৌনা অমেরিকাদগী ওইজবা থিয়েটর লৈজবদি নত্ত্রি। ইউরোপিয়ান থিয়েটরনা অমেরিকাদা লাক্কুনা খুন্দারবতনি। ম্যুজিকল কমেদি হায়দুনা চখনরিবসিসু চপ চাবা অমেরিকা ঙাক্তগী ওইবা পোৎপুদি নত্তে। মশকপুদি খরদি শোয়দনা খেন্নগনি। অমেরিকাদা তিল্লরিবা ইউরোপিয়ান জাতিশিং নত্তবা জাপানিজ, চাইনিজ অমসুং অফ্রিকান অমেরিকান শিংগী অপূনবা মশক ওইবা — মলটি কলচরল অমসুং মলটিরেসিয়েল ওইবা থিয়েটরগী মশকপুদি থোরকপা নত্ত্রি। মসিমদি মতম চঙখিগনি। এসিয়াগী চাইনিজ, ইন্দিয়ান অমসুং জাপানিজ থিয়েটবনা ইউরোপতা চঙলক্লগা অমেরিকা য়ৌরকপনা ৱাফম অমনি। হৌজিকফাওবদি অমেরিকান থিয়েটর খরা শেমদোক্লবা ইউরোপিয়ান থিয়েটরগী মশক লৌরি। আভাঁগার্দগী কাঙলূপ খরবুদি লৈতবা নত্তে। মমিং চৎলবা থিয়েটরগী দাইরেক্টরশিং— রিচার্দ ফোর্মেন অমসুং রোবার্ট ৱিলসন লৈরি।

খ্বাইদগী লুবদি সরকার অমসুং প্রজাশিংনা শৌগৎপা ৱাৎপদগী অমেরিকান থিয়েটরদি তশেংবদি মশা নারে। লায়েংবগী দরকার লৈরে। ৱাফম অসি চেকশিন্না হন্দক্তা মাসাছুটিসকী প্রোভিন্স হায়বা অদুদা চঙ চঙ লাউরিবা অমেরিকাগী লীলা ইবা মীশক ৯ না নৈনখি। ব্রোদরে থাদোকপনা চুম্লব্রা হায়বনচিংবা ৱাফম খরদ মত খেন্নরবসু অমেরিকান থিয়েটরদি— থোইদোক্লসু সিরিয়স ওইবা লীলা ইদনা লৈবা ঙমদ্রবা মীওইশিংগী মফমদদি— নারে হায়বসিমদি য়ানখ্রে। অৱাবা ফোঙদোক্লুবদা রোকষ্টার অমনা খুম্লকপা— করিগী নহা অমনা লীলা ইবা ওইনিংলিবনো? (Why would a young person become a playwright?)— হায়দুনা ফাগি তৌরকপগী ৱাফম চেকশিন্না খন্নখ্রে। লীলা কন্না ইদ্রবসু য়াবা টিভিগী প্রোগ্রাম পৈশা থোকপা কয়া লৈরেনা হায়রকপা ৱানি।

অদুবু অমম্বগী মরক্তা চঙলগা মঙালগী মশক পুথোক্লবদি লৈবা ঙমদবা মীশক কয়াসু অমেরিকাদা লৈরি। মখোয়দি শোয়দনা লীলা ইগনি। অদুবু হংলিবা ৱাফমদি— কয়া কুইনা শিরুম নারুম তৌনা অমেরিকাগী থিয়েটর হিংবা ঙমগদগে? ব্রোদরেগী মপানদা লৈবা থিয়েটরগী দাইরেক্টর খরনবুদি খুমখি— হিংখিগনি। থিয়েটর হিংদবা য়াদে।

# ১৩

# অমেরিকাগী হোলিউদ

ফিলমগী জগত্তা হোলিউদ হায়রবদি লোইরে। পৃথিবীগী নহারোল পূন্নমক্কী (অহল্লোন অয়াম্বসু য়াওনা) মঙগী অরোইবা লমদমনি। অতৈদি মসিদগী খাইদোকখিবা ঙাক্তনি। অসুম্নবু হায়নৈ— কুনশুবা শতাব্দীগী খোঞ্জেল অসি হোলিউদতগী তাবা ফংই। যুগ যুগকী মতুং ইন্না লেপ্তনা চেম্থরকইবা ইউরোপকী অমসুং অমেরিকাগী ঈশৈগী মশক, থিয়েটরগী য়াওল, লাইয়েকপা শাবশিংগী খূদোল, সাহিত্যগী কাউঙমদ্রবা পোখোকশিং — পূন্নমক ফিলমদা লোইনা চঙখ্রে। ওল্লকইবা পৃথিবীগী মশক অসি সিনেমানা ফোঙদোক্লে লাক্লবনি। ফোঙবসু ফোঙদোক্লি। টোমাস এদিসননা ১৮৯০ গী অদুৱাইদগী ফোনোগ্রাফ পুথোকপদগী হৌরদুনা কুনশুবা শতাব্দীগী অথোইবা মাস মিদিয়াদি— সাউণ্ড রেকোর্দিং, মোসন পিকচর, রেডিও, টেলিভিজন অমসুং কম্প্যুটরনি। ১৯৫০ গী অদুৱাইদগী টেলিভিজন থোরকপদগী জগৎ অসি পূনশিল্লকপগা লোয়ননা অনৌবা মায়কৈ অমদা হোংলে হায়বা য়াই। হৌজিক হৌজিকনা ঐখোয় কম্প্যুটরগী বিপ্লব থেংনরি। তশেংবা রিভোল্যুসন অমনি— হিংসাগী নত্তবা। উবা ফংদবা লৈত্রে (নুংগী নত্তনা)। তাগে ঙমদবা লৈত্রে। পূন্নমক অসি ফিলমদা লোইনা পূনশিল্লে। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী অঙকপা দাননি।

টেক্নোলোজিগী শক্তি অসি চুন্নগী প্রভাব তাহনবদা নত্তে। পোৎকী মশক অসি পূমহোং হোংহনবা ঙমই। ওইরিবা মশক মিংশেলদা তাবদৌনা পুথোকপা নত্তে ফোটোগ্রাফীদৌনা। ১৯০০ দা এনরিকো কেরুসোনা চুন্নগী ওপেরাগী ঈশৈ শক্তুনা রেকোর্দতগী অফাওবা ঈশৈ শকপা অমা ওইখিবনি। ১৯৫৪ না এলভিস প্রীসলিনা

(Elvis Presly) না জগোয় শাদুনা পুথোরকপা ঈশৈগী (রোক) রেকোর্দতা চঙগ্রিবা টেক্নেলোজিগী অমসুং মাস মিদিয়া পব্লিসিটিগী মচাক ময়াম অসিদি চুম্নগী রেকোর্দতা তৌবা নত্তে। অনৌবা খুৎশেমনি। হৌজিক্তি ফিলম অমা লৌবদা প্রোসেস শোটতগী হৌরদুনা ডিজিটাইজ তৌবা, এনিমেসন, লাইভ অমসুং প্রি-রেকোর্দ তৌরবা মচাকশিং, ইলেক্ট্রোনিক ম্যুজিক, কম্প্যুটরগী মলটি মিদিয়া ময়াম— পূম্নমক লোইনা চঙখ্রে। পূমতোপ তোপ্লবা অশেংবা টেক্নোলোজিগী খুৎশেম (Pure artifects of technology) হায়বদু ওইরে।

কনানো অমনবু ইথি। কুনশুবা শতাব্দী অসি মখাগী কাউণ্ডমদ্রবা মীওইশিং অসিগী যুগ অমনি— অইর্ভিং বার্লিন, চার্লি চেপ্লিন, দ্যুক বেলিংটন, আর্নেষ্ট হেমিংবে, জর্জ গার্সবিন অমসুং গ্রেতা গার্বো, ফ্রাঙ্ক সিনাট্রা অমসুং মেরিলিন মোনরো, এলভিস প্রীসলি অমসুং টেনিসী বিলিয়মস, বোব দাইলান অমসুং ষ্টিবেন স্পেলবর্গ। চাউরাকপা মিং অম'নি পনবতনি কলাগী জগত্তা। মঙলৈবাক্কী মূর্তিশিংগী অথোইবা খরনি।

পৃথিবীগী কৈথেলদা হোলিউদকী ফিলমনা চৎলিবসি চাইনা অমসুং ভারত থাদনা শরুক ৪ থোকপগী অহুমনি হায়না হিসাব তৌরি। পৃথিবীগী লায়ররবা লমদম ফাওবা মঙ ফাওবদি মঙনিংই। অদুগা ইংরাজীলোন নত্তবা ফিলমশিংনা য়ুনাইটেদ ষ্টেটসতা লাকপদি চাদা অমা ফাওবা য়ৌদে।

ঐহাক ফিলমগী ক্রিটিক অমদি নত্তে। হোলিউদকী ফিলমশিং য়াম্নমক উদুনা খঙলে হায়বসু নত্তে। অদুবু হোলিউদকী মতাংদা ফোঙবা লাইরিকশিং অমসুং মেগাজিননচিংবা কয়াগী মতেংনা য়াম্নমক শম্না হোলিউদকী মশক তাক্লবা— মসিগী চহী ১০০ গী ইতহাসকী মওং অমা পুথোক্লবা হোৎনজগে; ফংজবা রেকোর্দ খরনা য়ুম্ফমনি।

হোলিউদকী ইতিহাস (অমেরিকাগী চহী ১০০ শুবগীসু ইতিহাস) অসি মতাং মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই— হোলিউদ পোকপা (১৯০০-১৯৩৮), সনাগী চহী (The Golden Age - ১৯৩৯-৬৩), সংস্কৃতিগী বিপ্লব (A Cultural Revolution - ১৯৬৪-৮০), হোলিউদনা মালেমদা শন্দোরকপা (Hollywood goes global - ১৯৮১-৯০)। মফমদি কদাইদনো? ঐখোয়না লাইরিক্তা থেংনৈ — ক্যালিফোর্নিয়া ষ্টেটকী লোস এঞ্জেলিস হায়বা মফমদুগী চীংমায় লমহাঙ অপাকপা অমদা ইংরাজীদা হৌলিউদ হায়না পাক্লা য়েক্নুনা থেৎপা।

খোঞ্জেলগা কোন্নবা অহানবা মোসন পিকচর— "দ জাজ সিংগর" হায়বসি পুথোরক্লিঙৈগী মমাঙদা জাজ অমসুং ক্লাসিক পোপুলর সোং পোকখ্রে। (কুনগী

মতমসিবু অয়াম্বনা জাজগী যুগ হায়না খঙনৈ)। অনি অসিনা য়ানশিন্নদুনা মোদর্ন ম্যুজিকল হান্নগী অয়াংবা ওপেরাগী মহুত্তা। যুগ অসিগী শীংথানরবা অইবশিং-- রোবার্ট ফ্রোষ্ট, হেমিংৱে, ফিটজরেল্ডনচিংবনা মখোয়গী মমিং চৎলবা লাইরিকশিং ফোঙবা হৌরক্লে। মখোল য়াওদবা ফিলমশিংনা তোপ তোপ্পা ষ্টাইলাইজদ তৌরবা, বেলেগী মশক লৌবা কমেদি অমসুং ট্রাজেদিগী মশক উৎপা হৌবক্লে। মথংদা থোরক্লে মখোল য়াওবা টোকি। হৌলিউদ ম্যুজিকল হায়দুনা চীং-লেম্নবা মখোলগী ফ্রেদ অষ্টেয়ারদগী হৌরদুনা অঙাং শার্লি টেম্পল (১৯৩৫ দা একাদমী এৱার্দ ফংখ্রবা) ফাওবা য়ৌনা ঈশৈ লীলাগী মীওইশিং থোরক্লে। মতম অসিৱাইদা উৎলকইবসি অকি অখংগী লীলা-- "ফ্রাঙ্কেষ্টাইন" অমসুং উমং-ৱামং জীবশিংগী লীলা-- "স্নোহ্বাইট" নচিংবা উত্তুনা মদুগী ফৎখিদ্রবী রাণীদুগী শাজত্তা কপ লাউনখিবা, মপান থোক্লখিবা -- অদুগুম্বা লীলাশিংনি। মমিং চৎলবা কমেদিযান চার্লি চেপ্লিন মতম অসিগীনি।

জাজ যুগকী খ্বাইদগী ফাওবা আর্মষ্ট্রোং মতম অসিগীনি-- ট্রম্পেট পাযবনি। মচা নীপা মমিং চৎলবা নেগ্রোগী ঈশৈ শকপা পোল রোবসননা ইরি-- আর্মষ্ট্রোংনা স্কৃন অমসুং ষ্টেজদা কুচু মুবশিংগী মশক অসি মীওইনা য়েকপা হৌখি। অমেরিকাগী ঈশৈ হাযদুনা টিনপানএলে, ব্রোদৱে অমসুং হোলিউদকীদমক ঈশৈ ১২০০ ইখি। স্কোট ফিটজরেল্ডনা (অফাওবা উপন্যাস ইবা) মহাক্কী গেটসবি ফিলম নমখি। নিয়ু য়োর্ক নেগ্রোশিংগী লৈফম হার্লেমদগী মমিং চৎলবী "ব্লুজ" ঈশৈ শকপী বিলি জগত্তা পুথোক্তুনা তাকখি।

অনিশুবা সনাগী যুগকী মতমসিদি ইতিহাসকী খ্বাইদগী শাথীবা মতমনি-- অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও, জিউশিংবু তুম্না মাঙহন্নবা হোৎনবা (হোলোকষ্ট), নিয়ুক্লিয়র খুৎলাই লমজেল। সংস্কৃতিগী মায়কৈদদি তূমিন্না লৈতে। থোরক্লে মতম অসিদা-- ঈশৈগী জগত্তা বেবোপ, ব্লু গ্রাস, রোক 'ন রোল, লাই য়েকপদা এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজম, টেলিভিজন অমসুং লোং প্লে রেকোর্দ, যাদুগী মশক লৌবা দিজনি (Disney land) অমসুং ট্রম্পেটকী নিংথৌ দ্যুক ৱেলিংটন, ফিলমগী লাইরেম্বী মেরিলিন মোনরোগী ফাওগৎলকপা অমসুং হাইথখিবা (১৯২৬-৬২), হাঙ্ক উলিয়মস অমসুং লাইয়েকপা জেকসন পোলোক। হেমিংৱে, ফোক্নারগী উপন্যাসশিং ফিলমদা পুথোক্লে। টেনিসি উলিয়মসকী গ্লাস মেনেজরি (Glass Managerie) অমসুং দেথ ওব এ সেলস মেননা অমেরিকান থিয়েটরবু মশক হোংহনখ্রে। অসুম্না অফাওবা অইবা কয়াগী ৱারীশিংসু ফিলমদা পুথোকলে।

ফাওরকই কলাকার কয়া-- জোনরেন, ভিবিয়ান লেহ অমসুং ওলিভিয়া দি হাবিলা লেগু। ওর্সন রেলসকী তোপ তোপ্পা ফিলম-- সিটিজন কানে (Citizen Kane - ১৯৪১) থোরকই। ফিলমগী জগত্তা মঙগী লাইরেম্বী এলিজাবেথ টেলর (Elizabeth Taylor) চহী ১২ দগী য়াওরকপদুনা নুংশিৎতগী হেন্না য়াঙনা চহী ২০ মুক্কী মতুংদদি ঙাম্থোরকই। মতম অসিদা থোরকপা রোক 'ন রোলগী সুপরষ্টার -- এলবিস প্রীসলি ঐখোয়না কাউবা চুমদে। ষ্টাইল অমসুং ঈংনা লেম্বদা মমিং চৎলবী মাই ফেয়ার লেডি ফিলমগী ওদ্রেহেপবর্ন (১৯৬১ দা একাদেমী এৱার্দ ফংখি) থোরকই। লাস এঞ্জেলিসকী মমা মপা লৈত্রবশিংগী য়োকফম শঙদগী ধূমকেতুনা পাইথোরকই-- মেরিলিন মোনরো।

অহুমশুবা তাঙ্ককতি কলচরল রিভোলুসননি। ইংলণ্ডদগী বিটলস (Beatles) মরিনা অমেরিকা য়ৌরকই। যুগ অসিদি হাৎন-শুনবগী, ভিয়েটনাম লানগী, অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট বিচার্দ নিক্সন তোকহনখিবা ৱাটরগেটকী ক্রাইসিসকী-- পূমলাঙ লাঙবা মতমনি। দ্রগকী লানসু য়ৌরক্লে। রোক 'ন রোলগী সুপরষ্টার-- বিটলস য়ৌরকপদগী নহারোলদি মফম মফমদা পূমঙাও ঙাওরে। কনানো অমনা পাউদমখি-- বিটলসকী অমেরিকাদা অহানবা প্রোগ্রাম-- দি এদ সুলিভান শো (The Ad Sulivan Show - ফ্রেঃ ৯, ১৯৬৪) দদি ময়াম্না লাউনবা নত্তুনা অতৈ তাদে। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী রোককী ষ্টারশিংনা পূনখিবা উদষ্টোক ফেষ্টিভেল হায়বদুগী দোক্যুমেন্টরী পুথোকই। আর্টনা পোপ ওল্লকলে হায়দুনা মমিং চৎলবা বোব দাইলানগী ইলেক্ট্রোনিক ম্যুজিক থোরকই। ১৯৭৭ তা মমিং চৎলবা ফিলমগী সিরিজ-- ষ্টার ৱার্স থোরকই। ১৯৮০ গী নবেম্বরদা জাপানিজ নিঙোন য়োকোবু নুংশিজখিবা বিটলসকী কাউঙমদ্রবা জোন লেনোন অঙাওবা ভক্ত অমনা নিয়ু য়োর্কতা কাপ্পুনা হাৎখি।

১৯৮১ দগী হৌজিক ফাওবদা চখরিবা অরোইবা তাঙ্কক অসিদদি ফিলম ষ্টার রোনাল্ড রিগান (Ronald Reagan) অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট ওইরে। অসিমঙাইরে চাওখৎপগী থাক্তি। আর্টকীদি ফনবু শাথীরবা মশক্নি। টেক্নোলোজিগী অয়ৌবী যুগনি। মাগী মমিংদি মেদোনা (Her name is Madonna) হায়দুনা সেক্সকী জগত্তা কাউঙমদ্রবী মেদোনা পুথোরক্লে। সাইন্সকী ফিলম -- টার্মিনেটর হায়বা অদুদা বোক্সওফিস মসল পুথোকপা আর্নোল্ড স্বেজানেগার ফাওরক্লে। পোপ জগৎকী নিংথৌ মাইকেল জেকসন (Michael Jackson) গী ১৯৮২ দা পুথোকপা থ্রিলর হায়বা অদুনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না চৎপা রেকোর্দ এলবম ওইরে। চহী ১০ মুক্তা শেৎ কায়না মালেমদা ফাওদোকপা মাইকেল জেকসন-- পোপ ম্যুজিক্কী সুপরষ্টারনি। হৌজিক

লাম্বা লৈত্রিবা। ডাইরেক্টরশিংসু চুন্নগী ঙাইহাক নুংঙাইমিন্নবা হায়বদুনা য়াদ্রে। সহরগী মনুংদা চেল্লিবা, হৌজিক্কী পুন্সীদা কন্না ফাওরক্লিবা, অমুবা অঙৌবা জাতি অনিগী মরক্তা লৈরিবা— হিংসা হায়বদু ময়েক লানা স্পাইক লীনা ফোংদোরক্লে। ১৯৯১ দা নির্বান হায়বা কাঙলুপতুগী ভিদিও— নেবর মাইন্দ (Never mind) হায়বা অদুনা জেকসনগী দেঞ্জর্স হায়বদুগা লাম্বা তৌনবদা হেন্দোকখ্রে। হায়রিবা এলবম অসি পৃথিবীদা কোটি ১ হেন্না চৎখি। হৌজিক্কী ফাওরবা সাইন্টিফিক ফিকসন জুবাসিক পার্ককী ডাইরেক্টর ষ্টিবেন স্পাইলবর্গসু ১৯৮২ দদি ই.টি. হায়বা অহানবা ফিলম পুথোক্লুনা মশামকসু য়াওনা নুপী শাদুনা ফিলম মথেল অমা পুথোকখি। ওস্কারগী এবার্দ কয়ানা লৈতেংখ্রবা টাইটানিক (Titanic) জেমস কেমেরোননা অঙকপা শক্তিগা লোয়ননা দোলর কোটি ২০ চঙনা নম্বা ফিলমনি। হৌজিক ফাওবদা বোক্স ওফিস দোলর কোটি চনি য়ৌগদৌরে হায়বগী রেকোর্দ লৈখ্রে। ফিলম অসিদা উৎপা ঙমলিবা টেক্নোলোজিগী থাক অসি অয়ৌবীনি। হৌজিক হৌজিকমক মমিং চৎলবা চৎলবী ফিলম ষ্টার কয়া ফাওগৎলক্লি। মমিং খরদি— বেক, জিমকেরী, সেবিওন গ্লোবর, লোরিন হীল, দেবিদ ফোষ্টর বালাস। খরদি শোয়দনা মেগাষ্টার ওইরকপগী আশা লৈরি।

মতাং অসিদা মণিপুরী ফিলমদি চঙলুবা য়াদ্রি— ফিলমগী মপুথোক অমসুং টেক্নোলোজিদা। অরিবম স্যাম শর্ম্মগী "ইমাগী নিংথেম" অমসুং "ইশানৌ" দি তান অমা চারম্বদগী ইন্টর্নেসনেল ফিলম ফেষ্টিভেলদা শক খঙখিবনি। রবীন্দ্রনাঠকী গীতাঞ্জলিনা খৌগংলবা ইউরোপতা (মতম অদুগী) অমৃতগী ঈংলবা লাইজ থীকলুবগুম্বনি। ভারতকীগা চাংদম্নবদি নাকল অমদা নুংঙাই। অমেরিকাগী পৈশা চঙনা নম্নবা অফাওবা দাইরেক্টরশিংগী ফিলম তোয়না ওস্কারনচিংবা ফংই। পৈশা হঞ্জিল্লি। ভারতকী স্বর্নকমল, বজত কমল এবার্দকী খন্নবদদি য়াম্না চৎপা ফিলমশিংদি খন্নবদবু য়াওদে। মীনা কয়া যেংবীদবা আর্ট ফিলম হায়দুনা খঙনবশিংনা মনা লৌই। ভাবোক্কী এপ্রেসিয়েসনগা ফিলমগী মগুণগা চুংশিন্নদে। অমেরিকাদদি মদু নত্তে। সত্যজিৎ রায়গী বাফমনা অমনি।

ভারতকী ওইরিবা ফীভম অসি খন্থবদা য়াম্নমক নুংঙাইগনি। অফবা ফিলম করিনো? ভাবোকনা য়াবরা নত্রগা ফিলম মশানা ফজবরা?

# ১৪

# লাই য়েকপা-শাবগী জগত্তা

আর্ট হায়রগা ঐখোয়না চাউরাক্লা খণ্ডনরিবদি— লাইয়েকপা (পেইন্টিং), লাইশাবা (স্কল্পচর) অমসুং য়ুমশা কৈশা (অর্কিটেকচর) নি। অহুম অসি অমনা অমবু হেল্লি হায়বা য়াদে। পৃথিবীগী চহী ৫০০০ মুকসিগী মনুংদা ঐখোয়না উরিবা আর্টকী মশকসি অহুমসিনি। হায়রিবসিসু পুক্লীংগী য়াওনগা লোয়নবনি— অসুম অসুম হোংলকপা মশানা তাবনি। কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপদগীদি বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিনা অঙকপা ফংনা চাওখৎলকপনা আর্টকী জগৎতা চপ চাবা রিভোলুসন হায়বদু লাক্লে— য়েক শদা, শাবদা অমসুং আর্কিটেকচরদা। পুন্নমকসি অমগা অমগা য়ান্নমক থুনা খণ্ডনরক্লে। ওনথাং ওনশিন তৌনরে।

খৃষ্টনা পোকদবা চাউরাক্লা চহী ৩০০০ মুক্কী মমাঙদগী হৌরকপা ইজিপ্ট, মেসোপোটামিয়া, ভারতকীনা ইন্দজ ভেলি সিবিলাইজেসনগী অদুৱাইদগী হৌরকপা আর্টকী মশকপু অরিবা (এনসিয়েন্ট) হায়না খণ্ডনরে। মসিদা গ্রীক, রোম, অজন্তাগী আর্ট ফাওবা চঙখ্রে। মথংদা খৃষ্টগী চহীচা ৭/৮ গী অদুৱাইদগী চংখরক্লে— ময়ায় য়ুগকী আর্ট (মেডিবেল আর্ট)। মসিদা য়াওরে ইউরোপকী গোথিক আর্ট, ভারত্তনা চোলাগী মতমগী নটরাজ শিবগী সেঙ্গেংগী মূর্তি, দক্ষিণ ভারতকী মন্দিরশিং— চিদম্বরম, মীনাক্ষী মন্দিরনচিংবা। অহুমশুবা তাঙ্ককতা ১৪ শুবা শতাব্দীগী অদুৱাইদদি ওইরক্লে — রেনাসাঁস য়ুগ। মাইকেল এঞ্জেলো, রাফেল, লিও নার্দো দা ভিনসি (অফাওবা লাই — মোনালিসা), জেকোপো টিন্টোরেটো ফাওবা। ১৬ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চনবদগী ১৭ শুবা ফাওবদা ওইরকই বেরোক (Baroque) আর্ট মথংদা নুংঙাইবা অমসু

লৈতেংদা ঙাওববা রোকোকো (Rococo) আর্ট। ১৯ শুবা শতাব্দীগী হৌরকপদগীদি মোদর্ন আর্ট হায়দুনা মতমগী কলাগী জগত্তা য়ৌরক্লে। থোরক্লে ফ্রান্সতা নিও-ক্লাসিসিজম (দেবিদ অমসুং হ্নপগ্রেস অমসুং এদৱার্দ মেনে), রিয়েলিজমগী খূৎয়েক য়ৌরে। মাইকেল এঞ্জেলোগী প্রভাবতগী অগ্যস্ট রোদ্যন (Rodin) না মহাক্কী ৱাখল তৌবা (Thinks) হায়বনচিংবা লাই খূৎশা পুথোরক্লে। হ্যুমনিজম য়ৌরক্লে ফোটোগ্রাফীগী প্রভাবতগী। ১৮৬০ গী অদুৱাইদা ফাওরক্লে— মোনেট, রেনোইর, দেগাস, কেমিল পিকাসো অমসুং পোল সেজান (Paul Cezane) নচিংবা। ১৮৬৪ গী একসিবিসন অমদা পেরিসতা ক্রিটিক অমনা হায়খি— ঐঙোন্দা ইম্প্রেস তৌরবনিনা মসিদা ইম্প্রেসন মখল অমদি লৈফম থোকই। মসিদগী ওইরকই ইম্প্রেসনিজম। মতুংদা লাকই পোস্ট ইম্প্রেসনিজম।

মোদর্ন আর্টকী চপ চাবা হৌফম হায়রবদি কুনশুবা শতাব্দীগী হৌরকপা পাবলো পিকাসোগী ১৯০৭ কী তোপ তোপ্পা লাই খূৎয়েক্তগী হৌই হায়বা তাই। মসিগী হেক মথক্তা ফোবিজম (Faubism) হায়দুনা মচুদা কোয়তান তান্নবকপা লাই খূৎয়েক অমনা হৌরে। পিকাসোনা হান্নগী উরম্বা মীৎয়েং থুগায়বে। পূন্নমক মচেৎ মচেৎ তাহল্লে, ৱাহং কয়া হংলে অমসুং কোয়থি থিবা হৌরক্লে। হান্নগী অঙৈংবা লাই খূৎয়েক্কী যুগ লোইখ্রে। পিকাসো ফাওবা লেঙদনা লৈতে। মথং মথং হোংলকই — অহৌবা, এনালাইটিক অমসুং সিন্থেটিক হায়দুনা কুনশুবা শতাব্দীগী লোইরমদাই ফাওবা। তান্নরিবসি অহানবদা ইউরোপপূম্বনি। সেন্টরনা পেরিসনি। মথংদা চঙলকই অমেরিকা নিয়ু য়োর্কনা সেন্টর ওইরগা। পেরিস— নিয়ু য়োর্ক লম্বানি। পৃথিবীগী লাইয়েকপা অশাবা পূন্নমক পেরিসতগী ফাওনবা তান্নে। নত্তগা নিয়ু য়োর্কতগী। থোরকপা ষ্টাইলগী মশক য়ামখ্রে। মশক নাইবা লাইগা, নাইদবা লাইগা অনি অসিগী হঙ্গৎ হন্দানি। অসিমনা মরোইরে হায়বা লৈতে। ঘড়ীগী পেন্দলুমগুম্বনি।

আধুনিক যুগকী লাই খূৎয়েক্কী, স্কল্পচর অমসুং আর্কিটেকচরগী ৱারী লীবা মতাং অসিদদি ওইথোক্তে। অসিমকপু চাউরাক্না লৌনরিবা খুটি য়ুংফম খরদি পনবদা মতীক চায়। হৌদোরকপগী মথং মথংনি। অসুন্না থম্বা য়াই— ফোবিজম (১৯০৫), ক্যুবিজম (১৯০৮), সুপরমেটিজম (১৯১৫), দাদাইজম (১৯১৬), নিও-প্লাষ্টিসিজম (১৯১৭), সুরিয়েলিজম (১৯২৪), কোব্রা (১৯৪৮), এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজম (১৯৫০), পোপ আর্ট (১৯৫৬), নিয়ু রিয়েলিজম (১৯৬০), নিয়ু ফিগরেসন (১৯৬৬), কনসেপচুয়েল আর্ট (১৯৬৭) অমসুং ট্রান্স আবাঁগার্দ (১৯৮০)। মপূং ওইবা মায়ওন তাকপদনি। স্কুল কয়া অমসু লৈরিবনি। ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী এরোপ্লেনদগী য়েংথরকপদা উবা

অব্বাংবা দলান খরা অসিনি হায়না তাকপদনি। তৌবগীদি অঙকপা মশক অমনি— তত্তুনা হোংলিবা, অতৎপা লৈতনা থেংগায়নরিবা, পল্লেপফম নাইদবা। নোক্নিংলবা মশক কয়াসু য়াওরি। লোইরমদাইদা কম্প্যুটর আর্টকী পূমহোং হোংহনবা মশক অমসু য়াওরিবনি। পূন্নমক অসিগী গুরুদি— পিকাসোনি। মথংদা লাকই— দালি।

কুনশুবা শতাব্দীগী আর্টিকী মশক অসিদা অমেরিকাগী দান করিনো? ইয়াওবুদি য়াওরিবনি। লাইয়েকপা কয়ানা ইউরোপতা চত্তুনা তম্লুরিবনি। য়েংলুরিবনি। অদুবু অমেরিকাগী ওইবা তোপ তোপ্পা স্কুল খরদি লৈ। খ্বাইদগী মপুং ওইবদি এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমনি। লোয়ননা মসিগী মায়োক্তা লাকপা হাইপর রিয়েলিজম (১৯৭০ গী অদুব্বাইদগী) অমসুং লেণ্ড আর্ট (Land Art) হায়বনচিংবা অমনিবুদি লৈরি। এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমদি অমেরিকাগী মোনোপোলিনি। অমেরিকাদগী শন্দোকখিবনি।

নিয়ু য়োর্ককী মেট্রোপোলিটান ম্যুজিয়ম ওব আর্ট হায়বসিদনা অমেরিকাগী পেইন্টিংশিং খ্বাইদগী য়াম্না লৈ। ১৯০৬ তা লন্নাই ওইনা হৌরকপনি। হৌজিক্কী অমেরিকাগী লাইশিং হায়দুনা ১৯৫০ দগী হৌরদুনা হৌজিক ফাওবদা একসিবিসন ১০ রক তৌরে। ১৯৪৯ দা খোমজিনবা অমেরিকাগী লাই মশীং ৬০০ য়ৌখ্রে। ম্যুজিয়ম অসিগী এসোসিয়েট দাইরেক্টর (হেনরী আল্লজানার) না ফোঙবা কুনশুবা শতাব্দীদা অমেরিকান পেইন্টিং (American Painting in the 20th Century) হায়বা লাইরিক অমদা পেইন্টিং অমসুং ড্রোবিংগা কোন্নবা মশীং ১৫০ না আর্টিষ্ট ১৫০ গী মশক তাক্লি। ইউরোপকী লাই খুৎয়েক্তগী হৌরকপদদি তম্বা ও্রবসু ১৯২০ গী মতুং অদুব্বাইদগীদি পূমনৌ নৌবা ফজরবা আর্টকী মশক অমা পৃথিবীদা পীবা ঙমলে হায়না ইরি। ময়ামসিগী গুরু রোবার্ট হেনরী অমসুং লোয়নবশিং থারগা ৮ দগী হৌরগা এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমদগী শমথরকপা এলবোর্স্ব কেলী, জেস্পার জোন্স ফাওবা য়ৌনা উৎলি।

ব্বারী কোইথনা লীরুবগী মতম লৈতে। চাউরাক্লা খায়দোক্লিবা অমেরিকান পেইন্টিং (২০ শুবা শতাব্দীগী) গী মতমসি মথং মথং হেনরীগা কোন্নবা ৮ অমসুং মখোয়গী লোয়নবশিং ২০ শুবা অমসুং ৩০ শুবা মতমগী ফিগরেটিভ পেইন্টর্স, মরমদমগী ওইবা অয়েকপশিং (দ রেজিওনেলিষ্টস), নিয়ু য়োর্ক সহর য়েকপা কাঙবুশিং (ফোরটিস্থ ষ্ট্রীট ঃ দ সিটি সীন), দ সোসিয়েল রিয়েলিষ্টস, থায়নদা অমুক য়েংশিনবা অমসুং অচম্বা খুৎয়েকশিং (প্রিমিটিভস এণ্ড নেবস), খুৎশাহৈবনা পুশিল্লকপা অকনবা মশক (দ হার্দ এদজ— ইন্দষ্ট্রিয়েল এণ্ড এবষ্ট্রেক্ট), মথংদা সুরিয়েলিজম অমসুং মেজিক রিয়েলিষ্টস, অব্বাং নোংচুপকী প্রশান্ত মহাসাগর লমদমগী অয়েকপশিং, ৪০ শুবা

অমসুং ৫০ শুবগী ফিগরেটিভ পেইন্টরশিং, দি নিয়ু এবষ্ট্রেকসন (মসিদনি জেকসন পুলোক, কুনিং, ক্লিম, জেস্পর জোন্স, গোর্কি অসিনচিংবা য়াওরিবা)। শন্না হায়রবদা ইউরোপকী লাইখুৎয়েকশিং অমেরিকাদা অদুম য়ৌরক্নে। তৌবদবু তোপ তোপ্পা অমেরিকান ষ্টাইল অমগী মওংদা পুথোকপনি। লাইয়েকপা খুদিংমক মাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমমম হাপ্তুনা অমেরিকান পেইন্টিংগী মশক তাক্লি। পূন্নমক অসিগী মনুংদা হৌজিক্কী মতমগী অমেরিকাদা ঙাক্তা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অতৈদা খঙনরবা অনি অহুমদি মতাং চানা নৈনজরক্নে।

মোদর্ন আর্টনা অমেরিকাদা য়াম্নমক শাফূ কন্না ফূজিল্লকপসি নিয়ু য়োর্কতা তৌখিবা ১৯১৩ গী আর্মোরী শো (Armory Show) হায়না খঙনবা অদুদগীনি। অমেরিকা ইউরোপকী অপূনবা একসিবিসননি। উৎখিবা লাই ১৬০০ কী মনুংদা ইউরোপকী শরাক্তি শরূক অহুম থোকপগী অমতনি। অদুবু য়েংবা লাকখিবা মীওই লাখ অমমুক অদুদি পূমঙক ঙকখি। পাখৎনখিবা য়াওই। মসিবু আর্টলনে হায়নবা য়াওই। য়েংবা লাকখিবা অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট থিওদোর রুজভেল্ট মশামকসু হায়খি — মসিদি আর্ট নত্তে (This is not art!)। অনৌবা পিকাসো, ভান গোক, গোগ্যানচিংবা লাইশিং অদু উবদা। আর্মোরী শো অসি নিয়ু য়োর্কতগী বোষ্টোন অমসুং ছিকাগো তন্না পাংখি। মোদর্ন হায়বদুদি অসি ওইরে হায়বসি অমেরিকাগী প্রজাশিংনা ইহান হান্না খঙখি।

অনিশুবা মতাংনা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা ১৯৪২ দা ইউরোপ থাদোক্তুনা (লৈবা ঙমদদুনা) ফাওরবা লাইয়েকপা কয়ানা নিয়ু য়োর্কতা চঙজফম নিরবসিনি। চহী ৫/৬ হেন্না য়েক্তুনা লৈবা কয়া য়াওখি। মমিং খরদি— মট্টা, জাদকিন, টোনগুই, আর্নিষ্ঠি, সেগাল, লেদজার, ব্রেটোন, মোন্দ্রিয়ান, মেসোন, লিপসিজ অসিনচিংবনি। মসিবু নিয়ু য়োর্কনা ইউরোপকী কোনুং ওইরে হায়না শীংথাখি। অমেরিকানশিং মখোয়বু তরাম্না ওকপগা লোয়ননা আর্ট গেলরীশিং শীজিন্নহনখি। খরনা আর্টকী ওঝা ওইবনচিংবা তৌদুনা মতম লেনখি। মখোয়দা অঙকপা উৎসাহ পীদুনা পূজা তৌনফমগী মশক ওইবা খরদুনা মখোয়গা তিন্নরবদদি অমেরিকাগী হান্না লৈরম্বা লাইয়েকপশিংদসু অকনবা থৌনা হাপখি। মসিদগীদি অদুম আর্টকী সেন্টরসি পেরিস অমসুং নিয়ু য়োর্কনা শিন্ন-শিন্ননা ওইবা হৌরক্নে। মতম অসিদা য়াওরক্লিবা কলাকারশিংগী সুরিয়েলিজমগী লাইশিংগী একসিবিসন্দা অমেরিকানশিংনা পূমঙক ঙক্লা য়েংনখি।

১৯৩০ গী অদুৱাইদা **দ গ্রেট দিপ্রেসন** হায়দুনা থবক তৌনিংঙাই লৈতবা চরা হেন্নরকপা মতম অমা থোকখি। ফীভম অদুদা আর্টিষ্ট খরনা অমেরিকাগী কেপিটেলিজমগী তমথীবা মওং অসিদা য়াম্নমক পেনখিদে। অদুদগী খরা লৈরগা পৃথিবীগী অনিশুবা

লাঙ্গাওগী কিরবা শকফম উরকই। অদুদগী মখোয়না লেপ্পখি— ভেল্যু পুন্নমক অসি অর্থ য়াওদ্রে থুগায়রসি। ঐখোয়গী একসিবিসনদা শীল্লিবা কাণ্ডবুনা উৎলিবা লাইশিং অসিসু অমেরিকাগী নত্তে। ইউরোপকীনি। ফজবগী আশা, অপেনবগী মঙ মঙলুবগী দরকার লৈত্রে। হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভমসি তাপ হেক্তা অউ অউবা মওংদা য়েক্লরসি। হান্নদগী চৎনরকইবা লাইয়েকপগী ইতিহাস, নিয়মশিং পূন্নমক ছন্দোকখ্রসি। মসিদগী থোরকই দাইরেক্ট পেইন্টিং। মসিবুনি হৌজিক ফাওবা পৃথিবীনা খঙনরিবা এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজম।

মমিং অসির্বুদি চমন্নবনি। মরমদি ময়ামগী অয়েকপা পূন্নমক এবষ্ট্রেক্ট ওইদে। ঙন্নমক এক্সপ্রেসনিজমগীসু নত্তে। মখল মথেলনি। মমিং চৎলবা ক্রিটিক হেরোল্ড রোজেনবর্গনা মসিবু মিংথোল্লি একসন পেইন্টিং। মসিমক্সু লোইনা কোনশিনবা ঙমদে। ধ্যানগী মশকসু য়াওই। লময়ানবা নহাদি জেকসন পোলোক (Jackson Pollock) নি। মহাক্কী ওঝা মমিং চৎলবা প্রোফেসর হান্স হোফমেনদগী হৌরগা মহাক্লা ছন্দোরকই— স্কেচ, ব্রশ, ড্রোয়িংনচিংবা পূন্নমক দরকার লৈতে। কেনভাসতা হেক্তা মচুদু কাপথোরকই। ১৯৪৭ তনি। মসিবু কাপথোকপা (Dripping) মওং কৌই। পেইন্টিং হায়বসি মপানগী মতৌ তমদুনা য়েক্কদবা নত্তে। মনুংগীনি। ইশাবু শকখঙজবনি। মপানগী দৃশ্য য়েক্কদবা নত্তে। মনুংগী মশক (Internal Land scape) উৎকদবনি। উৎলিবসু অশংবা নত্তে। ওইরিবা ফীভমগী অচাকপা, মৈশা, ভাব তানদবা অমসুং তিন্নবা য়াদবা কয়াবু উৎপনি। য়েকপসু কেনভাস পূম্বা থন্না য়েকই। মসিবু ওল ওবার টেকনিক হায়না খঙনৈ। অচৌবা শীংনবা অমনি।

মথক্কী অসিবুদি শেংনা হেরোল্ড রোজেনবর্গনা মিংথোনবা একসন পেইন্টিং হায়বদুদি শেংনা ওইরে। আর্টিষ্ট পূন্নমক চপ মান্ননা য়েকপবুদি নত্তে। ৱাখলদা মফোঙদোক্তা চাউরাক্লা মান্নবনি। আর্শিল গোর্কিগী লাইশিংদা সুরিয়েলিজমগী প্রভাব ময়েক শেংনা তাহৌ ফ্রোইদিয়ান অনকোনসসকী মফমসু থম্বগা লোয়ননা মহাক্কী লাইশিং য়েকই। মসিবু অমুক পোলোক ক্লীন (Kline) অমসুং দিকুনিং (Dekunning) না ময়েক শেংহনবনি। দিকুনিংগী লাইশিংদদি পিকাসোগী প্রভাব ময়েক শেংই। মশানা হায়জে— ঐদি এক্সপ্রেসনিষ্ট নত্তে। অদুবু শাগৈদি অমতনি। ক্লীনদি মচু অমুবা অমসুং অমুবগী মপাক মপাক পূন্না নৎত্রগা থংননা শীজিন্নৈ। মঙোন্দা সুরিয়েলিজমগী মমি তাদে। অসুম হায়না জেকসন পোলোকক নকশিন্নবা জেসচরেল পেইন্টর হায়না খঙনবা রোবার্ট মাদবৱেলনচিংবা খরসু লৈরি। এক্সপ্রেসনিজম হায়বদি শক্তি অদু মপান্দা ফূদোকপা হায়বনি।

অসিগুম্বা নিয়ু য়োর্ক স্কুল হায়না খঙনরবা অসিদা অতোপ্পা নাকল অমসু লৈরি। মখোয়বুনা কলর-ফিল্ড পেইন্টর্স হায়না খঙনৈ। মখোয়গীদমক্তি মচুগী মপাক্তনা থম্মোয়গী ইহুল খঙহল্লি। মমিং অসিমক আর্ট ক্রিতিক ক্লিমেন্ট গ্রীণবর্গ হায়বদুনা পীবনি। ইউরোপিয়ান ট্রাদিসনগী ভেল্যু পেইন্টিংগী মায়োক্তা লেপই। এবষ্ট্রেক্টনি। মচু মপাক মপাক অমসুং মথং-মথং লোন্নবদা অয়েংবনা চুপশিনবা ঙম্নবদি অর্থ থোরকই। শীংথানরবা আর্টিষ্টশিংগী মনুংদা লৈরি— মার্ক রোথকো (Mark Rothko), ষ্টিল (Still) অমসুং নিয়ুমেন (Newman)। লাইশিং অসি লিরিকেল ওই। ধ্যান তৌবা য়াবা মশক্নি। মচুসি থম্মোয়গী ঈহুলনা পীক থল্লি। একসন পেইন্টরদৌনা ভাইওলেন্স য়াওহন্দে। রোথকোদি মচুগী মতাংদদি মেটিসকী ভক্তনি। অদুবু অকনবা মচুনি। অমম্বগী শক্তম লৌই। পুন্সীগী ট্রাজাদি, নুংঙাইবা (Ecstasy) অমসুং নোংদম্বা উৎলি। হোমেজ টু মাটিস হায়বা ১৯০৪ গী লাই অমদা রোথকোনা (মশামক্তি রশিয়াদগী লাকপনি) অঙাঙবা মপাক অমগা অমুবা মপাক অমগা (স্কোয়র ঙাক্তনি) শমজিন্নহল্লি। এদ রেইনহার্টতি পুন্নমক্কী মায়োক্তনি— ইম্প্রেসনিজম, এক্সপ্রেসনিজম, রিয়েলিজম, সুরিয়েলিজম, ফোবিজম, কনষ্ট্রকটিভিজম। মপানগী পোৎশক্কা মরী লৈনবা শুকয়া য়াদে। মহাক্না হায়রি— খঙনবগী পাশ্বৈদি কাউবা তম্বনি। অমুবা নত্তুগা অঙাঙবা মপাক অমদা ধ্যান তৌবা তম্বনি। মদুদদা থোরক্কনি— অচুম্বা, স্বর হোন্দবা, মতমগী ৱাংমদা লৈবা, শিবা হিংবা নাইদবা। ফ্রাংজ ক্লিনসু কেনভাসতা থমই পরেং অমতদা— অমুবা, ৱাউথাংনবা, অঙৌবা। হান্না অদু যেক্কে হায়দুনা খনগনু। চপ চাবা এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমনি। রশিয়াগী কানদিনিসকি (Wassily Kandinisky - ১৯১০-২০) দগী শমথরকপা মশক্নি।

ময়াম অসিদগী খরদং তোপ তোপ্পা জেস্পর জোন্স (Jasper Johns) না ফীরাল, টার্গেটস, নম্বর, মেপনচিংবা শীজিন্নদুনা, মীনা উবা (Perception) মশক্কী নিয়ম শীজিন্নদুনা লাই কয়া য়েক্লকই। অমেরিকাগী জাতিগী ফীরালগী মচুদি অঙাঙবা, অঙৌবা, অতিয়া মচুনি। জোন্সনা পুথোরকই অমেরিকান ফ্লেগ— অশংবা, কমলা মচু অমসুং অমুবগী। মিনিট অমতং মদুদা য়েংবদা চপচাবা হান্নগী মচু থোরকই। মীয়ামগী অশাওবা নেমহল্লি। মহাক্না হায়— পোৎশক পুন্নমক চিংননিংঙাইনি। কেনভাস অদু ওবজেক্টনি। পেইন্টসু ওভজেক্টনি। ওবজেক্টসু ওবজেক্টনি। উরিবা ওবজেক্টকী ইলুসনদগী ওবজেক্টকী ইলুসননা থোইনা হেল্লি।

এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমগী মগুণ লৈরবা লাইয়েকপা অতৈসু লৈরি। চুন্নগী স্কুল অনিমক্কী মীহুৎ খরদং নৈনবতনি। মসিমদি অমেরিকাগী লেঙবা য়াৱরোইদৌবা

অতৈনসু তুং ইন্দ্রবা দান অমনি। অমতং পনবা য়াবদি নিয়ু য়োর্ক স্কুলদদি য়াওদবা, মশাগী মিংদা ম্যুজিয়ম অমা ফাওবা মশাগী লাই ঙাক্তা উত্তুনা থম্বা ঙন্নবা (The Georgia O' Keeffe Museun New Mexico) আর্টিষ্ট অসিনি। মঙোন্দা চঙখ্রিবা ভাবতি হদসন তুরেলগী ফজরবা লেন্দস্কেপতগী হৌরদুনা, এমর্সন অমসুং থোরোগী মঙালগী ওইবা জগৎকা শম্নবা (ট্রান্সেন্দেন্টেলিজম), ১৯ শুবা শতাব্দীগী থিওসোফিগী ৱাখলবুনি। অসিনা য়েক্লকই মথং মথং— লেন্দস্কেপশিং, আতরগুলাপকী লৈনাশিংবু ফজনা ফন্দোকহল্লগা উৎলকপা ফজবা কয়াগী মশক অমসুং নোংচুপকী আর্টকী অয়ৌবী মশকশিং। মঙোন্দা ফোটোগ্রাফীগী শক্তি লৈ অমসুং এশিয়াগী স্ক্রোল পেইন্টিংশিংগী প্রভাব লৈ। পূন্নমক অসিনা পূনশিল্লগা (নিয়ু য়োর্কতা আর্টিষ্টশিংবু লমজিংবা নীপা (Alfred Steglitz) গা ফনা কুইনা লৈরমই, ইউরোপ কোয়খি কলাবু থিবা) তুমিন লৈবনা থল্লবা ধ্যানগী মশক লৌবা লাই খুৎয়েক পুথোক্লমই। চপ চাবা অমেরিকান পেইন্টরনি।

লোইবা নাইদ্রবা খুৎয়েক্কী ঈহৌনি। ইউরোপকী মফম মফমদদসু নত্তনা অমেরিকাদসু চত্থরি। য়েংবদা মথোঙ চাদবা কয়াসু আর্টনি হায়দুনা পুথোরকই। মদুসু য়েংশিল্লুববদি ফজে। মথক্তা পঞ্জখ্রবা জেস্পর জোননা অমেরিকাগী ফীরালগা অতৈগা য়ানশিন্নদুনা পুথোরকপগী পান্দম অদুদগী চঙলক্লে— পোপ আর্ট (Pop Art)। ১৯৬৪ দা ভেনিসতা পাঙথোকখিবা ৩২ শুবা বিয়ানেলেদা অমেরিকাগী পোপ আর্টিষ্ট রোবার্ট বোলেনবর্গনা গ্রাণ্ড প্রাইজ ফংখ্রে। মহাক্কী খুৎয়েক্তদি লোইনমক হাপচিল্লে। হৌজিক্কী কঞ্জুমরিষ্ট সমাজ অসিদা শীজিন্নরিবা নিওন লাইটস, কোকা কোলা বোটল, ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম, ঈশিংদা তাউবা উ মকক, ছাতিন অসিনচিংবা। মসিবু মানা কৌই— পূনশিনবা আর্ট (Combine Art)। পূন্নমক অসি পুল্লপ্না তাশিল্লগা মচুগা লোয়ননা ফজহল্লি। ক্যুবিজম অমসুং দাদাদগী থোরকপনি অনৌবা মশক। মহাক্লা হায়রি— অচুম্বা হায়ববু ঐনা উৎলিবসিনি। পোপ আর্ট— অমেরিকানা চপ চানা হৌদোকপা নত্তবসু অমেরিকাদদি য়াম্না চৎখি।

ফাগী অমসু লৈরি। কৌই— থৌদোক (The Happening)। ১৯৬৬ তা নিয়ু য়োর্ককী এষ্টোরিয়া হোটেলগী মনাক্তা লৈবা ঈশিংদা ফি ফজনা শেৎপা মীওই ২০০ না ফি তাখত্তুনা কুমথরগা য়েংখি অতোঙ্বা অমদা। মফি শেত্তবী অমগী হকচাংগী মশকশিং। নুপীদুদি মশক য়াম্না থী। কলাকারনা অলান কেপরোনি। অহানবা হেপনিংনা ১৯৫২ দা ব্রেক মাউন্টেন কোলেজ (নোর্থ কেরোলিনা) হায়বদুদা জোন কেজ (John Cage) না পুথোকখি। অমনা কৈরাকতা কাদুনা ৱা ঙাঙই, অমনা

মফম অমদা শৈরেং থী। অতোপ্পা অমনা রেকোর্দ খোংই মতম অমতদা। চুম্নগী কেনভাসতা য়েকপনা পেল্লক্ত্রদুনা অহিংবা মী হাপচিন্দুনা য়েকপনি।

অতোপ্পা মঙাও অমনা কৃষ্টো (Christo) হায়বা অমনা কালিফোর্নিয়াদা তৌবনি — ১৯৭৬ তা। মহাক্কী লাইসি— মাইল ২৫ শাংবা, ফুট ২০ ৱাংবা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা লাইনি। মাইল ২৫ শাংবা নাইলোনগী রিবননা গ্রেট চাইনিজ ৱালগী ফীভমদা প্রশান্ত মহাসাগরগী সমুদ্র মপান্দা কোয়শিনবনি। মসি স্কল্পচরনি হায়রবসু য়াই। ষ্টিল পোলস অমসুং কেবলনা পুবনি। থা কয়াগী, মী চা কয়াগী খুৎশেমনি। মসিনা (Running Fence) প্রশান্ত মহাসাগরদা তারগদৌরিবনি। ফিশাং অসিনা হিগী পালগী ফিগী মওঙনি। খরা অমনা অমুক লেগু আর্ট হায়না কৌদুনা মরুভূমি ময়ায়দা তৌথোক্তুনা কোম শাদুনা লাই য়েকই। মঙাও থীনা ঙাওখ্রবা মতমগী লাইয়েকপশিংনি। অমেরিকাদনা অমুক ঙাওবা হেল্লি।

লাইয়েকপগা কোন্নবদি মূর্তি শাবনি, স্কল্পচরনি। পিকাসোনচিংবা অফাওবা লাইয়েকপশিং লাইসু য়েকই, মূর্তিসু শাই। অয়াম্বনা চৎমিন্নে। অদুবু লাই শাবা হায়দুনা তোপ তোপ্পা ফাওবা খরসু অমেরিকাদা লৈ। মসিমসু অমেরিকাগী এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমগী অতোপ্পা মশক অমনি। ধাতুনা জগোয় শাহনবনি। মসি তোপ তোপ্পা ডিজাইনদগী থোকপনি। মশামকপু লাইয়েকপনি হায়জবা দেবিদ স্মীথ (David Smith) না ১৯৫১ দা ধাতুনা (Metal) লৈ লৈদুনা অষ্ট্রেলিয়া কৌবা স্কল্পচর অমা পুথোকখি। স্মীথ অমেরিকাগী খ্বাইদগী মমিং চৎপা লাই শাবনি। এক্সন পেইন্টরশিংগী শক্তি শীজিন্নে। ফার্মশিং, মেছিনগী খুৎলাইশিংনা মঙোন্দা মূর্তি পুথোকহনবনি। ধাতুগী মতেক মতেক্লা মহাক্লা য়েকনিংবা লাই য়েকপা ঙমই। অদুগা স্কল্পচর ওইরকই। য়েংবদা পূল্লীং হূনবগী মশক অমা শেম্বা ঙমই। মমিং চৎলবা অমেরিকাগী লাই শাবা অমদি আলেকজেন্দর কালদর (Alexander Calder) নি। ১৯৩০ গী অদুবাইদগী হৌরকপা মাগী মেকানিকেল মোবাইলশিংনা অচৌবা মশক লৌরকলবদি নুংশিৎতা ফাওবা হাই হুমহল্লি। এল্যুমিনিয়ম অমসুং ইস্পাতকী মোবাইলশিংনি। ষ্টিলনা নম্না শীজিন্নরক্তুনা লেঙদবা মশক অমা লৌরকপদনা আর্টিষ্ট জাঁ আর্পনা মসিবু মিংথোল্লি— ষ্টেবাইল (Stabile)। কালদরদি হৌজিক্তি ফ্রান্সতা নম্না লৈখ্রে।

১৯৫০ গী লোইরমদাইদা লাই শাবদসু য়েকপদৌনা অঙাওবা নুংশিৎ য়ৌরকই। ফোর্ম, মাস নত্ত্রগা হান্নগী অমতা ওইবগী মশক পূন্নমক থাদোক্লগা পূময়ান য়ান্নবা (Mixed Media) মশক অমা পুথোরকই। খ্বাইদগী ফাওবা কলাকারদি জোসেফ কোর্নৱেল (Joseph Cornwell) নি। দুকাম্পগী "ৱেদিমেদ" পেইন্টিং, রোসেনবর্গকী

কোম্বাইন পেইন্টিংগা হৌদোকমিন্নরকপনি। অসিগুম্বা মশক অসিদা পোৎকী মচেৎ মচেৎশিং তিন্নবা য়াই য়াদে নাইদনা পুল্লপ হাপচিল্লি। অদুগা মশক অমা থোকহল্লি। পোৎশিং অসি অয়াম্বনা ইন্দষ্ট্রিগী ওইবা মেতেল সিলিন্দরগুম্বশিংনি। উগী মচেৎশিংসু শীজিন্নে। মসিবু পূময়ানগী আর্ট (Art of Assemblage) হায়না কৌবা য়াই। ক্যালিফোর্নিয়ানচিংবা মফমদা কাঙলূপ কয়া লৈরি। মতমগী আর্টনি।

থোরকই অমুক ১৯৬০ গী অদুব্রাইদা মিনিমেলিষ্ট স্কুল হায়দুনা। পূন্নমক লৌথোকখ্রবা খ্বাইদগী য়ামদবা আর্ট (Minimal Art) হায়বনি। চুন্নগী অয়েকপনা ইলুসন ওইবনা মখোয়াব্ পেলহনদে। জেওমিট্রিগী ওইবা ভোল্যুমদনা শাগৎপা চাউরবা অশাবশিংনি। মখোয়গীদি স্পেসতা ভ্যোলুম খরা লৈহনবদুনা লোইরে। মদুনা স্পেস অদু দাইনামিক ওইহল্লি। প্লাই-উদ, গেলবানাইজদ তৌরবা য়োৎ, এল্যুমিনিয়ম, প্লাষ্টিক অমসুং উ শীজিন্নে। উৎফম ফাওবা থওইনা অখন্নে। মমিং চৎপা কলাকারদি— রোবার্ট মোরিশ, দোনাল্ড জদো অমসুং লেব্রিটনি। লেব্রিটনা হায়— ভাবতনা আর্টকী মশক ওইগদবনি। মিনিমেল আর্টতি, পোপ আর্টকুম্না লাটিন লৈবাকশিংদা য়াম্না পাম্না লৌনরি।

অসুম অসুম লৌথোকখিবনা মমৈথংদদি ব্রাংখৎপা য়াওদ্রবা অফম্বা মপাক্লা অদুম ওইরবা মিনিমেল আর্টকী অয়৷বী পুথোরকই ১৯৭০ গী অদুব্রাইদা কার্ল আঁদ্রে (Carl Andre) না নিয়ু য়োর্কতা। মহাক্লা হৌদোকই স্কল্পচরগী ওন্ন তৈনবা অফম্বী লাই (Flat Sculpture)। মরাক ময়ুংদা মঙাইরবা, অব্রাংবা য়াওরক্ত্ববগী মশক্লি। গুগেনহাইম ম্যুজিয়ম (নিয়ু য়োর্ক) দা উৎপদা স্কোয়ারমেটল মথক্তা ভাবোক্লা ফমদুনা লৈবা য়াই। জেওমিট্রিগী মশক্তা উপাকশিংসু উৎপা য়াওই। ১৯৫৮ গী অদুব্রাইদগী হৌগৎলক্লবনি। লাইশাবা ব্রাংকুসিগী প্রভাবতগীনি। মূর্তিদি লায়রদুনা ফম্বাকনা হেন্না মরূওইনা লৌরক্লে। আঁদ্রেগী মত্তদি মশক, ষ্ট্রকচর, মফম চপমান্নে (Shape=Structure=Place)। অঙকপা ব্রাখলনি। মসিনদি ব্রাংকুসিগী ব্রাখনলোনগী অয়৷বী য়ৌদুনা মূর্তি হায়বসিবু মাঙহল্লকদৌরবরা?

পুন্নমক অসিগী মনুংদা য়ান্নমক ইউরোপ, অমেরিকা অমসুং জাপান য়ৌনা ফাওখিবা লাই শাবা অমদি ১৯০৪ দা ক্যালিফোর্নিয়াদা পোকখিবা জাপানীজ অমেরিকান ইশামু নোগুচি (Isamu Noguchi) নি। ১৯৩৫ গী অদুব্রাইদা মেক্সিকোদা মহাক্কী মুরেল রিলিফ (কলরদ সিমেন্টদা) অমনা শক তাকখি। এক্সপ্রেসনিষ্ট কলাকারনি। মহাক্কী কলাদি য়ুম অমসুং লৈকোনবু মগুণ লৈহ্নবতা নক্তনা য়ুমগী পোৎচৈশিং, মনুংগী লৈতেংনচিংবগী দিজাইন পূন্নমক শুই। লৈকোনগী স্কল্পচর কয়া কমিসন তৌদুনা

শেমহল্লি। মদুনা নিয়ু য়োর্কতা তৌখিবা পৃথিবীগী মেলা অমসুং য়ুনেস্কোগী লৈকোন ফজহনবা ফাওবা য়ৌই। জাপানিজ আর্ট অমসুং মমিং চৎলবী জগোয়গী লময়ানবী মারাথা গ্রাহমগা ফাওবা লোয়ননা মহাক্কী জগোয়না মঙোন্দা প্রভাব পী। মেটেল, উ অমসুং সেরামিক শীজিন্নৈ। নিয়ু য়োর্ককী লোং আইলেণ্ডদা লৈবা ইশামু নোগুচি গার্দেনগী ম্যুজিয়মদা মহাক্কী স্কল্পচবগী পোখোকশিং থমলি। পৃথিবীদা মমিং চৎলবা অমেরিকান স্কল্পচরনি।

অতৈ অফাওবা খরসু লৈরি। অদুবু লোইনমক নৈনবদি ওইথোক্তে। খ্বাইদগী মরূওইবা অমদি হৌজিকমক চঙলকলিবা কম্প্যুটর রিভোলুসন অসিনি। য়েকপা শাবদসু কম্প্যুটরগী মতেং লৌনরক্রে। চুন্নগী শাবদা টেক্নোলোজিগী মতেং লৌবদা নত্তে। ৱাখল খন্দুনা দিজাইন কযা পুথোকপদসু কম্প্যুটরগী যুগ হাযবদু হৌজিক্তি চপ চানা ওইবক্রে। মায়কৈ অশোমদসু চঙশিনবা অমেবিকাগী লাই যেকপশিং অমসুং লাই শাবশিং লৈবি।

আর্কিটেকচর (য়ূমশা-কৈশা) হায়বসিবুদি মণিপুবদা থোইনা খঙনদে। মবমদি হৌজিক্কী মতমদা ইউবোপ, অমেবিকাদা শীৎলিবা আর্কিটেকচবগী অনৌবা অকনবা নুংশিৎ মণিপুর যৌরক্ত্রি। ভারত্তা ফাওবা ইখঙ খঙনদ্রি। হান্নগীবুদি লাল কিলা, তাজমহল, দক্ষিণ ভারতকী চিদাম্বরমনচিংবা মন্দির কয়াবুদি লৈরে। ফিল্‌মদা, টেলিভিজনদা উদববুদি নত্তে। অদুবু থওইনা নৈনরুবা নত্ত্রগা খঙজিল্লুবগী দরকার লৈ হায়না লৌনদে। ১৫ শুবা শতাব্দীগী লমাংদোংগী বিষ্ণু মন্দিরগী মশক্লা ঐখোয়গীদি খ্বাইদগী লিজরবা আর্কিটেকচর হায়বদু ওইদুনা লৈবে। আর্টতা নাপল তৌজরিবা পৃথিবীদা ঐখোয়নি হায়না খনজরিবা ফরাসীশিং ফাওবা পেরিস কোনুংদা পোম্পিদৌ সেন্টর (মথক্তা পঞ্জখ্রে) অমসুং লুভর্অ ম্যুজিয়ম ফাওবদা পিরামিদকী ষ্ট্রকচর হাপচিনবা য়ারকপসিনা মতমগী আর্কিটেকচরনা পুন্নমকপু জয় তৌরে তাকপনি।

নোংদোন পক্লা ৱাংবা দলান অমসুং য়ুম্বী হৌদোকপা অমেরিকানি। লৈববুদি হান্না পেরিসকী আইফেল টাৱার লৈরে। অদুবু স্কাইস্ক্রেপরদি চপ চাবা অমেরিকাগী খূদোলনি। নিয়ু যোর্ককী ষ্টেট বিল্ডিংনচিংবা অৱাংবা মথোল মথোলগী দলান খরা মথক্তা পঞ্জখ্রে। ইস্পাত, গ্লাস অমসুং এল্যুমিনিয়মনা পুনশিল্লগা থোরকপা অঙকপা মশক অমনি। হৌজিক্তি অমেরিকা পুম্বা অৱাংবা দলানগী কম্পিটিসননি— নিয়ু য়োর্কতা, ছিকাগোদা, বালটিমোরদা, লোস এঞ্জেলিসতা. দেট্রোইটতা। থাউ, য়োৎ মরাং কায়না ফংবদগী ওম্ভোক্লা পৈশা পায়বা লমদম ওইরবা টেক্সাস ষ্টেট হৌষ্টন (Houston) দা শানরিবা অৱাংবা দলানগী কাম্পিটিসন অসিদি অঙকপনি। কোর্পোরেসন

খুদিংমক্তা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা স্কাইস্ক্রেপর শাননবা লাক্নে। লমদম অদুগী আর্কিটেক্টশিংদা নত্তুনা অমেরিকাগী অমসুং ইউরোপকী ফাওরবা আর্কিটেক্ট কয়াগী মতেংনা শাগৎনবনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা ফিলিপ জোনসন, আই এম পাই, স্কিদমোর অমসুং টাইগরমেন মমিং পনবা য়াই। য়াম্না শাজিনমনখ্রদুনা গাড়ী চেনবদা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নরে।

ৱাংবা ঙাক্তনসু চৎনদে। য়ুমশাদা অকোয়বদা লৈরিবা অদুগা চূশিন্ননবা হোৎনবনচিংবা খরসু চঙই। নিয়ু য়োর্ককী অর্কিটেক্ট কাঙবু অমনা হান্নগী লৈরম্বা মশক্তুদা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা, গ্লাস অমসুং ধাতুগী মতেংনা অনৌবা কয়াসু শাগত্তুনা য়াম্নমক ফজহন্নবা হোৎনবসু লেপত্রি। মখোয়গী স্লোগানবু– মীওইবগী মশক পানবা চঙদবা য়াদ্রবা (Functionalism with a human face) হায়না খঙনৈ। য়ুমগী মরূওইবা পান্দমদি লৈবদা নুংঙাইবগা কোন্ননা অরেম্বা, ফজবা অমসুং অঙৈংবা পীবনি। মসিগী মীৎয়েংসিদা থোরক্নে– য়ুম কয়া, কলচরল সেন্টর, মেদিকেল সেন্টর, থিয়েটর হোল কয়া অমেরিকাদা।

লৈবাক ময়ামগী আর্কিটেকচরগী তান্নফমদি ইন্টর্নেসনেল এক্সপোজিসন হায়দুনা পৃথিবীগী অচৌবা সহরশিংদা চৎনবী ওইনা পাঙথোক্নরিবসিনি। আর্টকী ওইবা, ইন্দষ্ট্রিগী ওইবা মখল মখলগী এক্সপো লৈরি। মসিদা মানা মানা ঙমজবা মওংদা ক্লাসিকল আর্টতগী হৌরদুনা হৌজিক্কী ওইরিবা আর্কিটেকচরগী মশক পূন্নমক উৎনৈ। ফজবা অনৌবা তান্নরিবনি। মসিদা ফাওরবা কলাকার কয়াগী খুৎশেমগী চাউরবা পরীক্ষানি। অমুক শীদোকখিগনি হায়বগী চিংনবা লৈনদে। লাম্বা তৌনবা অদুদা য়াওবা ঙম্বগী নুংঙাইবা অদুনি। হায়রিবা এক্সপোশিং অসিদদি লৈবাক লৈবাক্কী পেভিলিয়নদা অর্কিটেকচরগী অনৌবা মশক কয়া উবা ফংই।

আর্কিটেকচরগী জগত্তা কুনশুবা শতাব্দীদা য়াম্নমক খঙনখিবসি – ইউরোপতা লে-কোর্বোসিয়র (LeCorbusier) ফ্রান্সকী অমসুং ফ্রাঙ্ক লোয়দ রাইট (Frank Lloyd Wright) অমেরিকাগী। অনিমক্কী মীৎয়েংদি খেন্নৈ। ফ্রান্সনা মাবু থীনা তৌবীখিবা কোর্বোসিয়রনি। লাইসু য়েকই, শাসু শাই, অমসুং লোন্না কবিনি। মহাক্কী পান্দমনা মীওইবগী য়ুমসি লৈবা য়াবা খ্বাইদগী ফজবা শৈরেং ওন্থোকপনি (Beautiful inhabitable poem for modern man)। ভারত্তা চাণ্ডীগড় কোনুং অমসুং অহমেদাবাদ হাউস শারমই। খুৎশাদি য়ুম্বীশিংনা শৌগৎপা য়ুম মখাদা গাড়ী থৌজিনবদা অদুম হন্দোরক্তবা য়ারবা মওংনি। মথক্তা মায়কৈ মরি ইহাঙ হাঙহল্লি। গ্লাস শীজিন্নদুনা মঙাল মতীক চানা লাকহল্লি। ১৯৬৫ দা মহাক্না শিবদা ফ্রান্সনা ষ্টেট সন্মান পী; গ্রীস,

ভারতকী অৱাবা ফোঙদোকপা য়ৌরকই। আর্ট হিষ্টরিয়ন অমসুং মন্ত্রী আঁদ্রে মার্লোনা হায়খি— কোর্বোসিয়রদি আর্কিটেকচরগী লমদমদা বিপ্লব অমা পুশিল্লকলম্বনি।

অমেরিকাগী খ্বাইদগী মগুণ লৈবা আর্কিটেক্টনা লোয়দ রাইটনি। গুরুনা সুলিভান (Sullivan) নি। মহাক্কী মীৎযেংনা মহৌশাগা মীওইবগা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা শীনবনি। য়ুমগা প্রকৃতিগা শন্নহল্লি। ১৮৯৩ দা ছিকাগো ৱার্ল্ড ফেয়ারদা জাপানগী পেভিলিয়ন উরুবদগী মহাক্না ১৯০১ দা ইল্লিনোইসতা প্রেরীদা শাবা য়ুম (A house on the Prairie) অমা শাবদগী ফাওখি। মাগী মীৎয়েংদা আর্কিটেকচর হায়বসি চীংদা উ হৌবদৌনা অমগা অমগা শমজিন্নবনি। য়ুমগা অকোয়বগা অমতা ওইনা চৎমিন্নগদবনি। চীংথক্তা য়ুম থম্বা নত্তে। চীংগা য়ুমগা অমতা ওইনা লৈমিন্নগদবনি। মহৌশাবু নুংশিবা অমেরিকাগী দার্শনিক এমার্সন অমসুং থোরোনচিংবগী ৱাখলগী মমি তাই। ঐ ইশামক উপাম্বীশিংগা উচেকশিংগা অমতা ওই হাযনা লৌজে হাযনা মশামক্না হাযজে। মপানগা মনুংদা খেন্নবা থমলোইদবনি। ১৯৪৬ তা নিয়ু য়োর্কতা মমিং চৎলবা স্পাইবেল সেপ ওইবা গোগেনহাইম ম্যুজিয়ম শাবগী ৱাফম মথক্তা পঞ্জখ্রে।

অসুন্না যেকপা, শাবা অমসুং য়ুমশা কৈশাদা টেক্নোলোজিগা খূৎশন্ননা নত্তুগা লাম্বা তৌনদুনা অমেরিকানা অতৎপা লৈতনা চঙশিল্লি।

# ১৫

# সাহিত্যগী মায়কৈদা

অহানবদা গুরুদা চঙজবা তাই। ঐহাক্না মতমগী শৈরেংনি হায়দুনা খরদং খোৎচবা ঙম্লিবসিগী গুরুদি অমেরিকাগী কবি (পৃথিবীগীসু হায়বা য়ারে) টি এস এলিয়টনি (১৮৮৮-১৯৬৫)। হান্নবুদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদা চঙজরবনি। আই এ তন্নিঙৈগী অদুবাইদদি। গুরুবু লমজীং লমতাকপা এজরা পাউণ্ডসু অমেরিকাগী কবিনি। এলিয়টকী শৈরেং মচাশিং অমসুং বেষ্টলেণ্ড (Wasteland - ১৯২২) হন্না হন্না পাবদা মতা অমা ওইনা ঙাওখি। রবীন্দ্রনাথপু থাদোকপদি নত্তে। মণিপুরগী চাউবা কমলগী নুংশিৎসু ইশাদা চেল্লিবনি। পূম্নমক অসিনা পুনশিল্লগা ঐহাক্কী শৈরেং ইখিবা ওইরম্বা তাই। চপ চানা হায়বা ঙমদে। এলিয়টপু শকখঙলবরা হায়বদুদি নত্তে। কেনৈজগী ওঝা ওইরিঙৈদা মহাক্কী মরমদা ইবা কয়া পারে। অনিশুবা শৈরেংগী লাইরিক— ফোর কার্টেটস (Four Quartets - ১৯৪৩) অদুসু থেংনরে। চপ চানা খঙদে— ঐনা থিজরিবা অসিগা এলিয়টনা থিরিবা অসিগা খরা চানরুরবরা? তুংইনজবা হায়বদুনি।

অমেরিকাগী মণিপুরীশিংনা সহি তৌনরগা খূদোলপোৎ ওইনা পীবীরকপা লাইরিক (Masterpieces of American Literature) অদু ওষ্ঠোক্লা তান চানা ফংখ্রে। বারেং শৈরেং নৈনবগী শরদকসু য়াওবা অইবা ১৮০ গী লাইরিক ২০০ মুক নৈনবনি। অমেরিকাগী হৌজিক্কী ক্রিটিকশিংনা মমল লেপ্পা য়াওরবা রচনাশিংনি। থিওরীদা ঙাওনদুনা নৈনবা জাৎতু নত্তে। মসিদা নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা অইবা কয়া য়াওরে। পৃথিবী পুম্বনা খঙনরবা অইবা কয়াসুনি। লাইরিক খরবুদি হান্ননা পাজরবনি। অদুবু খোমজিল্লিবা অসিনদি লমজীং লমতাকপা হায়বদু ওইরে। অদুবু নোবেল

প্রাইজ ফাওজনসু চৎনদে অমেরিকাদা। দ গুদ আর্থ হায়দুনা চাইনাগী পুন্সী উৎপদা নোবেল এৱার্দ ফংখ্রবী পার্ল এস বক (পেনসিলভানিয়াদা লৈরমই) খনগৎপা অসিদা য়াওরমদে।

মথক্তা পনজখিবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবদি মখল ফনা য়ামখ্রে— শৈরেংগী লাইরিকশিং, উপন্যাস অমসুং ৱারী মচাশিং, ফজরবা ৱারেংগী খোমজিনবশিং (এমর্সন, জেফর্সন, থোরোনচিংবগী), পুন্সী ৱারী অমসুং আত্মা কথা, অমেরিকাবু মশক তাক্লবা হোৎনবা সোসিয়োলোজিগী লাইরিকশিং। পূন্নমক অইবা ফাওজনি। সাহিত্যগী পোথোকনি। তৌবদবু তোংঙান তোংঙানবা শরুক্তা লাইবিক লীশীং কয়াদগী অখণ্ড অহৈশিংনা খনগৎলিবনি। হৌজিক্তি সাহিত্যনা য়াম্না কোনশিনববু য়ারে-- অঙাংগী সাহিত্য, বিজ্ঞানগী সাহিত্য, কারবারগী সাহিত্য। চনববুদি পূন্নমক শৈরেং, ৱারেংদা চনবা য়াই। যুগকী হোংলকইবা অপাম্বগী মতুং ইন্না সাহিত্যগী মখায়দোক অসিসু হোংলকই।

অমেরিকাদা চহী অমদা লাইরিক কয়া ফোঙবগে? মসিগী রেকোর্দতি থেংনদ্রি। লৈরম্বসু য়াই। তৌবদবু মণিপুরী সাহিত্যদৌনা চাম্ম-চনিগী ৱাফমদি নত্ত্রে। সাহিত্য একাদেমীনা শক খঙলবা ভারতকী লোন ২২ গী পূনশিনবা সাহিত্যগী পোথোক্তগী অমেরিকাদা ফোঙলিবা অসিনা শরুক ফনা য়াম্না হেনগনি। লাইরিক য়োনবা দুকান অমখক্তংগী পাউ তমজগে। লামায় ২৪ গী ওইবা মখোয়গী থাগী ফোঙবা রিপোর্ট অমদা খায়দোক্লিবা মওং অসি য়েংবীয়ু। দুকানগী মমিং ৱালদেনবুকস— রোস্তোভ হায়বা মোল অদুগী মনুংদা লৈবনি। চঙখিবদা লাইব্রেরীদা চঙবদৌনা (উপু হাংদোক্তুনা থম্বদৌনা) তৌই। সেক্সনশিংদি— ফোঙবদা ঙায়রিবা (New in Print) পুন্সী ৱারী, তোয়না লাকপশিংবু ওকপা (Hailing Frequencies— মসিদা ষ্টারৱারনচিংবা য়াওরি), ফিকসন, কারবার (Business), ক্রাইম টাইমস, রোমান্স (মসিদা হৌজিক্কী, ইতিহাসকী, পেরানোর্মল, টাইম ট্রেবল, রোমান্স সিরিজ য়াওরি), মমল ফনা য়াম্না তাথরবা লাইরিকশিং (Bargain Books), পোষ্টর, কেলেণ্ডর ফাওবা য়াওরি। অঙাংগী সেক্সনদি মখল য়ামখ্রে। ফোঙলিবসি অয়াম্বনা মখুম অথাবা পানবা মচু কয়ানা লৈতেংবা ফাওজনি। অকক্লবা ডোলর মশীংগী চেকশিং, মদুনা ৱালদেনগী লাইরিক থম্বা দুকান অমদগী লৈরুবা য়াবা (Gift Certificate) লেপশিনবসু য়াই। অসিগী মথক্তা করম্বা লাইরিক্লা খ্বাইদগী চৎপনো তাক্লবা ১৫ শুবা ফাওবগী— ফিক্সনদা, নন ফিক্সনদা, বিজিনেসতা— থেন্দুনা থমই। মমিং চৎপা খবরশিংদা চয়োলগী ওইনা লৈরিবা লাইরিক মশীংগা কোন্ননা কাখৎকুমথ তৌহল্লি। য়াম্নমক অচৎপশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইরবা নিয়ু য়োর্ক টাইমসগী নোংমাইজিংগী বুক রিভিয়ুদা

য়ামদ্রবদা লাইরিক ৩০ মুক্তি রিভিয়ু তৌই। অমেরিকানা তান্নরিবসি নম্বর ৱাননি। বেষ্ট সেল্লার হায়বদু ওইনবা তান্নরিবনি। অঙকপা অমনা হিংলিবা রাজনীতি তৌবা মীওই কয়াগী, কলাকারশিংগীসু য়াওনা মশানা ইজবা অমসুং মাগী মরমদা ইবীরিবা লাইরিক ফনা য়াম্না য়াম্নসু চাউনা পুথোকপা ঙমই। তশেংনমক মতমগা লমজেল তান্নবনি। অমেরিকাদদা ওইথোকই।

মণিপুরদদি কমদৌরি? ফোঙবদি লায়রদুনা থম্বীনবা লাইরিক য়োনফম লৈতে। অইবশিংনা ওম্থোক্লা ৱানা কোপি লীশীং অমমম পুথোকই। কোয়চৎ চত্তুনা হাবা তাই। লাইরিক মশৰ্ক্বা ৱাদি হায়রুদুনা কান্নদে। লাইরবগী উৎসবনি। পল্লিসর লৈতবা লমসিদা কমদৌনা সাহিত্য চাওখৎকনি?

অমেরিকাগী সাহিত্যসি চহী ৪০০ দগী হেন্দ্রিবনি। নহা মচানি হায়বা তাই। ইউরোপকী, চাইনাগী, ভারতকী সাহিত্যদি য়ামদ্রবদা চহী ৩০০০ দি শুরবনি। অদুবু কুনশুবা শতাব্দী অসিদা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী পাম্বৈনা অমেরিকাদা ফোঙলকইবা অসিগা পৃথিবীগী লৈবাক অমতগা লাম্বা তৌবদি ওইথোক্তে। সাহিত্যদবু নত্তে। সিনেমাদা, রেদিওদা, টিভিদা, য়েকপদা, শাবদা, থিয়েটরদা, লমকোয়বদা, কারবারদা পূন্নমক্লা হৌদুনা চত্থরিবসিদি পৃথিবীগী মফম অতৈদা উবা ফংলোই। অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা অমেরিকাদা চঙজফম নিরবা ফাওরবা ইউরোপকী লাই য়েকপা অমনা লাউখি — অমেরিকাদদি লোইবা খম্বা নাইদে। নিয়ুক্লিয়র বোম শাবদা ফাওবা অমেরিকাগী লাম্বা লৈত্রিবসিনি।

অমেরিকাগী অখন্নবা শৈরেং খোমজিন্নবগী লাইরিক অমদা অমেরিকা পূম্বগী শৈরেংবু তাঙ্কক ৪ থোক্লা খায়দোকই। বৃটিশকী মখা পোল্লম্বনা অহানবা তাঙ্ককপু লোইলম শাসনগী মতম (Colonial Era - ১৭৭৫ ফাওবা), মথংদা নহা ওইরিবা অমেরিকাগী রোমান্টিক যুগ (১৮২৬-১৮৫৯), মথংদা সিভিলৱারগী যুগ (১৮৬০-১৮৯০), মতমগী সাহিত্যনা চঙবা হৌরকপা (১৯০১-১৯২২), অরোইবদা মোদর্ন পোয়ত্রী (হৌজিক ফাওবগী)। মসিদা অমেরিকান ইন্দিয়ানশিংগী শৈরেংশিংসু তোপ্না হাপই।

কবি পূন্নমক মমিং পল্লুবগী অমসুং নৈনবগী মফম লৈতে— ৫/৬ তং খনগৎপা নত্তনা। ইহান হানবী শীংথানরবী কবিদি অন্ন ব্রেদষ্ট্রীটনি (Ann Bradstreet - ১৬১২-১৬৭২)। নুংঙাইবদি চহী ৩০০ গী মতুংদা মহাক্কী মগুণ খঙনরকই। অসিৱাইদনি ইদুনা থনম্বগী কান্নরিবা (মমিং চৎলবা লাইরিক-- দায়রী ওফ অন্ন ফ্রাঙ্ককীসু অসিগুম্বনি। মথংদা রোমান্টিক যুগকী মতমদা এমর্সন (Ralph Waldo Emerson - ১৮০৩-১৮৮২) অমসুং হেনরী দেবিদ থোরো (Henry David

Thoreau - ১৮১৭-১৮৬২) মমিং পনবা য়ারে। মতম অসিগী এদগার এলান পোনা (Edgar Allan Poe - ১৮০৯-১৮৪৯) ইরমই— ঐখোয়না উবিবা অমসুং উখ্রবা পূম্নমক অসি মঙগী মনুংদা লৈবা মঙনি। পোগী ৱাক (Raven) হায়বা শৈরেং অমদা হংলুবা খুদিংদা ৱাক্কুনা হায়রকপা "অসিনা লোইরে" (Never more) হায়বদু কাউঙমদে।

হৌজিক ফাওবদা অমেরিকাগী খ্বাইদগী শীংথানবা কবি-মহাকবিদি ৱালট হ্যুটমেননি (Walt Whitman - ১৮১৯-১৮৯২)। ওঝা ওইরমই, পাউমী ওইরমই। চহী ১৩ দা স্কুল থাদোকখি। চহী ৩৬ শুবদগী চহী কয়া চঙনা ইখিবা নাপী মকাশিং (Leaves of Grass) শৈরেং ৩৯৮ না পূনশিনবা অমেরিকাগী ঈশৈ ঐ তারে হায়না শৈথাবা মহাকাব্যনি। এমর্সনগী ভক্ত ওইবনা মহাক্কী আত্মাগা মীওইবগী অত্মাগা অমতনি হায়নসু লাউরমই। অসিমসু ইরমই— নাপী মকা অমগা থৱানমিচাক্কা খেন্নবা লৈতে। অমেরিকাগী পূনশিনবা ষ্টেটশিংসি শৈরেং অমনি। ঐখোয় অয়াম্বনা অমেরিকাগী কবিশিং হেক হায়রকপদা লাকই— এজরা পাউণ্ড, এলিয়ট, রোবার্ট ফ্রোষ্ট। হ্যুটমেনবু কয়া খঙদে। য়াম্নমক বুদ্ধি লৈবী, শৈরেং মচা মচা ১০০০ দগী হেন্না ইদুনা থনম্বী অমেরিকাগী খ্বাইদগী অথোইবী নুপী কবিদি এমিলি দিকিন্সন (Emily Dickinson - ১৮৩০-১৮৮০) নি। মীমাঙদা থোক্কুনা ফাওখিবীদি নত্তে। মহাক্কী শৈরেংদি নুমিৎকী ফাদোরকপা মঙালসি সূর্যমণিদা ফাওহন্দুনা পীক্লা তাহনবনি। লাইবুসু থাদোক্তে।

মতমগী শৈরেংগী যুগ চঙবা হৌরকপগী কবিশিংগী মনুংদা মিংদং ওইনা পনবা য়াই— ষ্টিফেন ক্রেন (Stephen Crane - ১৮৭১-১৯০০), কার্ল সেন্দবর্গ (Carl Sandburg - ১৮৭৮-১৯৬৭) অমসুং কাহীল জীব্রান (Kahil Gibran - ১৮৮৩-১৯৩১)। অদুবু যুগ অসিদগী হৌরদুনা মতম কুইনা হ্যুটমেনগী মথংদা লৈরম্বা কবিদি রোবার্ট ফ্রোষ্টনি (Robert Frost - ১৮৭৪-১৯৬৩)। ৱাহৈ খরদনা ইচম চম্না ৱারী শাবদৌনা তৌবা শৈরেংশিংনি। লৈতেং পূম্বা লৌথোকখ্রবা। জৱাহবলাল নেহরুনা মহাক্কী টেবলদা ইদুনা থমই হায়বা শৈরেং ঐখোয় খঙনবে। অমেরিকাগী প্রসিদেন্ট কেনেদীনা ৱাশক লৌবদা মহাকপু কৌদুনা শৈরেং থীহল্লি। শৈরেংগী ঈহুলদি আইরনি— অর্থ তোংঙানহনবা। কাউফম থোক্কবা মতমসিগী কবি অমনা, পুঙ্গী অমসুং শৈবেংগী লৈনবা মরীদা য়াম্নমক ৱাখল তৌবা অমসুং ৱাহৈশিংবু য়াম্নমক চেকশিন্না শীজিন্নখিবা কবি ৱালাস ষ্টেবেন্সনি (Wallace Stevens - ১৮৭৯-১৯৫৫)।

শৈরেংগী জগত্তা চিংখায়নরিবসি শক্তি অনিনি। অমনা ইউরোপলোমগী বাখল

পরীং পুশিন্দুনা মীওইবগী সভ্যতাবু য়েংনবা হোৎনবা অমা। অতোপ্পা অমনা অমেরিকান ওইদুনা অমেরিকাগী আশা অমসুং থাজবা পূন্নমক ফোঙদোক্লবা হোৎনবা অমা। অকোনবগী ৱাখল পরীংদা, অমেরিকাগী ৱাহৈ খোষ্ণোক অমসুং হীরমশিংদা শৈরেং ইরকপা অমনা-- ৱিলিয়ম কার্লোস ৱিলিয়মনি (William Carlos William)। মহাক্কী খোল্লাউদি-- ভাব নত্তে, পোৎনি (No ideas but in things)। টি এস এলিয়ট অমসুং এজরা পাউণ্ড(Ezra Pound - ১৮৮৫-১৯৭২) পূন্নমক্না খঙনরবা কবিনি। মূর্তিবাদ (Imagism) হৌদোকপা ১৯০৮ দা ইউরোপতা চৎখ্রবা ইদাহো হায়বা মফমদা পোক-পা এজরা পাউণ্ডনি। মঙাওথীনা ঙাওখ্রবা, চাইনাদগী হৌরদুনা নোংপোক নোংচুপকী ৱাখল অমসুং মফোঙদোক পূন্নমক চঙখ্রবা, মতম খরা ফেসিজমবুসু থাগৎলম্বা, ঙাওদুনা জেলদসু থম্লুরবা জিনিয়স পাউণ্ডনি। মহাক্কী কান্টোজ (Cantos) শৈরেংশিং মহাকাব্যগী শক্তম লৌই। হৌজিক ফাওবা নৈনরি। অসুম্না হায়নৈ -- হ্যুটমেনগী **লিভস ওব গ্রাসনা** ১৯ শুবা শতাব্দীগী মহাকাব্য ওইরবদি পাউণ্ডগী কান্টোজনা ২০ শুবা শতাব্দীগী মহাকাব্য ওইফম থোকই। কুনশুবা শতাব্দীদা থেংগায়নরিবা থৌদোক অমসুং ৱাখল পূন্নমক্কী মমি মহাক্কী শৈরেং অসিদা তাই। থৌদোক, মীশক ফাওবা পনবদা হাল্লেংদে। পূন্নমক অসি লোইনা য়ানশিন্নবা ফিলমগী মশক লৌবা ইদোলোজিকেল মোন্টাজনি। মহাক্কী অরোইবা কান্টোদা মঙাল অমা ফাওবগুমসু তৌখি হায়জরমই-- ঐনা ইনীংনা ইজরিবা খরসিগীদমক লাইনসু ঐবু ঙাকপীসনু, ময়াম্নসু ঐবু ঙাকপীয়ুকো। কবি অতৈগী শৈরেংশিং নৈনবগী মতম লৈত্রে। মিং ওইনা অনিহুমদং পানবা তারবদি-- সিলভিয়া প্লেইথ (১৯৩২-৬৩), থিয়োদোর রোথকো (১৯০৮-৬৩), রিচার্দ বিলবর (১৯২১- ), ই ই কমিংস (E.E. Cummings - ১৮৯৪-১৯৬২)।

কবি মশীংগী হায়রুরবদি থাদুনা লোইবা খম্বা নত্তে। লাইরিক য়োনফম দুকানদা চহীগী ওইনা খঙ্গৎপা কবি কয়াগী খোমজিনবা শৈরেংশিংগী চাউর চাউরবা ভোল্যুম থেংনরকই। হায়রিবসি চহী অমমমগীনি। হৌজিক্কী লোইশিল্লকপা মতমগী।

অমেরিকাবু চপ চানা পৃথিবীদা শকতাক্লিবশিংদি-- উপন্যাস অমসুং ৱারী মচা ইবশিংসিনি। ভারতকী সাহিত্যদা নোবেল প্রাইজ ফংবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদনি। অমেরিকাদদি ফনা য়াম্না লৈরে। য়াম্নমক ময়াম্না তানরবনা-- হেমিংৱে, ফোকনার, ষ্টেইনবেক, ভলাদিমির নবোকোব অমসুং হেনরী জেমসনি। অমেরিকানশিংনা মখোয়গী অনীংবা অকিবা পূন্নমক ফোঙদোকই হায়দুনা য়াম্নমক পামজরিবনা-- নাটানিয়েল হোথোর্ন, মেলভিল অমসুং হেমিংৱেনি। ময়ামসিগী লময়ানবা অইবনা মার্ক ট্রেন (Mark

Twain - ১৮৩৫-১৯১০) নি। মহাক্কী কাউঙমদ্রবা চরিত্র অনি— টোম সোয়াব অমসুং হক্লিবেরী ফিন, বাংলাগী শরৎচন্দ্রগী শ্রীকান্ত উপন্যাসকী ইন্দ্রনাথ অমসুং শ্রীকান্তগা চাংদন্নবা য়াই। নহা অনিগী ঙাওবা খূৎঙাও অমসুং লমকোয়বদা। রোমান্টিক ওইবা উপন্যাসকারনি। শরৎচন্দ্রনবু মহাকপু তারমগদ্রা? হৌজিকফাওবদা বাংলাগী পণ্ডিত অমতনা ৱাফম অসি হৌদোক্লি। তারমদবসু য়াই।

আর্নেষ্ট হেমিংৱে (Earnest Hemingway - ১৮৯৯-১৯৬১) মণিপুরদসু তানরে। পানবতা নত্তনা অর্থ হন্দোকপসু য়াওরে। চহী ১০০ শুবগীনি হায়দুনা অমেরিকাদা হৌজিক মহাক্কী খোমজিনবা অমসুং মহাক্কী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া ফোঙনরক্লি। পৃথিবীগী অহানবা অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাওগী মরক্কী লম্মাঙনবগী যুগপু উৎনবা হোৎনবা হেমিংৱেনি। শিববু ঐখোযনা করম্না লাম্বা তৌগদগে? তৌগদবদি ইজ্জৎ ঙাক্লা, থৌনা ফনা, ষ্টাইল অমগা য়াওনা পুন্সীগা মায়োক্লবা। চপ চানা য়াম্নমক ভাব তানা কিদনা থেংনগদবনি। পুন্সীসি অমবোমদা ট্রাজিকনি। অমবোমদনা ফাগীনি। মহাক্কী অরোইবা উপন্যাসকী বিষযদি (The Old Man and the Sea ১৯৫২) মীওইবগী মায়থীবা পীবা ঙমদ্রবা পূকচেলনি। চপ চানা অমেবিকান ওইবদসু নত্তনা মতমসিমক্কী একজিষ্টেন্সিয়েল নাযকনি। অহলদু চপ চানা মাযপাকপসু নত্তে। ঙাদুনা মহাকপু য়াম্নমক চোকথহনবতনি। মেলভিলগী মোবিদিক হায়বা উপন্যাসতুগী শাগৈনি হাযনা অমেরিকান ক্রিটিকশিংনা হাযরি। ৱিলিয়ম ফোল্‌ক্লব (William Faulkner - ১৮৯৭-১৯৬২) না খা থংবা ইনাক খুল্লবা লৌয়াম চাবা অমেবিকানশিং মাঁঙথরকপা পুন্সী মশক উৎপনি। মতোমদা শোঞ্জবা, মায়কৈ কযাদগী চরিত্রবু মশক তাক্লবা হোৎনবা টেক্লিক শীজিন্নে। ষ্ট্রিম ওব কনসিয়সনেস টেক্লিকসু য়াওই। পুন্সীদি পৈশানি হায়বগী, খুদোংথীবা অমসুং ফীভমনা মীবু মী ওইহল্লক্তবগী মশক, মাগী উপন্যাসশিংদা উৎলি। নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা অইবনি। মহাক্কী মাষ্টরপিসতি— দি সাউন্দ এণ্ড ফ্যুরি (১৯৩৯) নি। নবেল প্রাইজ ফংখ্রবা জোন ষ্টাইনবেক (John Steinbeck - ১৯০২-১৯৬৮) না অমেরিকাগী কেপিটেলিষ্ট ইকনোমিনা পুশিল্লকপা ওৎপা নৈববু মীচমগী মীৎয়েংদগী অশাউবগা লোয়ননা পুথোক্তুনা উৎলি। শাবা লোইদ্রিবা মীওইশিংগী পুন্সী তাকই। অদুবু নুংদি নুংশিনগদবনি। মহাক্কী মমিং চৎপা লাইরিক্তি— গ্রাপ্স ওব রাথ (১৯৩৯) নি।

স্কোট ফিটজরেল্ড (F Scott Fitzgerald - ১৮৯৬-১৯৪০) বু অমেরিকানা কাউনদ্রি। মহাক্কী উপন্যাস অমদা অমেরিকান মঙ হায়না খঙনবা মীনা ওইগে হায়রবদি হোৎনবদা ঙমলোইদবা লৈতে হায়বদুগী অশোয়বা তাকপা চরিত্র (গেটসবী) অমা

পুথোক্লমই। জাজ যুগকী লময়ানবনি। পৈশা, ঈশৈ অমসুং ওইজ ওইথক্তা ঙাওরবা মীওইশিংগী মাঙথরকপদু নীংথিজনা মশক তাকই। ব্লাদিমির নবোকোভ (Vladimir Nobokov - ১৮৯৯-১৯৭৭) কী চরিত্র ললিতা (বৃন্দাবনগীদু নত্তে) চহী ১২ দা ঙায়রিবী অসিদা হমবার্ট হায়বা মপাগুম্বা অহল অমনা পুমঙাও ঙাওবা কাউঙমদবনি। ময়ায় ওইবা কাঙবুবু করেম্নবনি হায়নৈ। অসুম্না চরাঙনরবা থৌদোকসিদা করিগী শিরিবনো খঙহন্দবা, মীওইবগী পুন্সীবু চপ চানা খঙগে হোৎনবা ওইথোক্তবগী মশক মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উৎলি। অচুম্বা করিনো খঙবা ওইথোক্তে। য়াম্নমক কৃপখ্রবা মীৎয়েংনি।

অসিগুম্বা অমেরিকাগী পুন্সীবু তাক্লবা অমসুং মীওইবগী সভ্যতাশিংবু কৃপশিন্না য়েংনবা হোৎনরিবা কাঙলুপ অসিগী লময়ানবদি মার্ক ট্রেন অমসুং হেনরী জেমসনি। মার্ক ট্রেনগী ৱাফম পঞ্জখ্রে। হেনরী জেমস (Henry James - ১৮৪৩-১৯১৬) না মহাক্কী উপন্যাসশিংদা ইউরোপকা অমেরিকাগা অনিগী পুন্সীগী খেন্নবা উৎনবা লাক্লে। অমেরিকাগী প্রাক্টিকল, কমর্সিয়েল অমসুং অচেৎপা নীতিগী য়ুম্ফমগা ইউরোপকী মপূং ওইনা পেরিসকী আর্টতা ঙাওজবা, চমজবা মওংগা চাংদম্নরি। অমেরিকাগী নুপীশিংগী ফীভম তাকই। অমুক দেজী মিলার হায়বা চরিত্র অমনা অমেরিকাগী নুপীগী অচেৎপা অরুবা ইউরোপনা লান্না খঙবা মশকসু পুথোকই। আর্টতা ঙাওবনা চৎনরোই। পুন্সী হায়বা অসিমসু চপ চানা শকখঙগদবনি হায়বসু তাকই। ১৯ শুবা শতাব্দীগী হার্ম্যান মেলবিল (Herman Melville - ১৮১৯-১৮৯১) দি মীওইবগী পুন্সীগী অফ ফত্তগী লমদমদা কৃপনমক য়েংশিনবা অইবনি। মতম পুম্বদা অফবগী শক্তিগা ফত্তবগী শক্তিগা লান তৌনহল্লি। অফবগী মায়কৈনা অয়াম্বদা মায়থী। মহাক্কী মমিং চৎলবা উপন্যাস মোবি দিকতি (১৮৫১) হৌজিক্তা ফিলম ওইনা পুথোকতুনা করি হায়রিবনো হায়বদু কৃপ্না নৈনরি। অদুবু চহী ৫০ গী মতুংদা খঙনরকপনি। লাক্লবা ঙমদ্রবা ঙা ফাবা জহাজগী কেপ্টেন আহবপুসু হাৎখিবা সমুদ্রগী তিমি (Whale - মমিং মোবী দিক) অসিনা খঙনরিবসি করিনো? মীওইবগী লাইবকপুরা, ঈশ্বরবুরা, ফত্তবা হায়বা অদুগী মূর্তিরা? খঙবা ঙমলরোইদবা অমবুরা? চপ চানা খুম্বা ঙমনদ্রি। খরসু ঙনখৎনা লৈরি নাটানিয়েল হোথোর্ন (Nathaniel Hawthorne - ১৮০৪-১৮৬৪)। নুপী অইবীনি। অচুম্ববু ফজনা মশক খঙনবা হোৎনখি। কর্মনা বিধিবু ককপা ঙম্বা য়াই। মহাক্কী মমিং চৎলবা লাইরিক অঙাঙবা ময়েক (Scarlet Letter) হায়বা উপন্যাস অদুনা পাপ তৌবা হায়বসি থবকতুবু খঙনদে। পুক্নীংগী ফীভম অদুবুনি। হেক লাক্লে

হায়দ্রিমখৈ পুন্নমক্তগী তোংঙানহনবা মশক্তু পাপনি হায়বসি তাকই। পুন্সীগী অমম্বা শরূক্তা মতম পুম্বদা য়েংই। তুংদা ফাওরক্কদবা সিগমন্দ ফ্রোইদ (Sigmand Freud) পু নীংশিংহল্লি।

অসি নত্তবা অফাওবা খরসু লৈরি। মমিংতা ওইনা পনবা তারবদা য়িহুদী (জিয়ু) গী অকুপ্পা মীৎয়েংদগী পুন্সীবু উরকপা অইবা সোল বেলো (১৯১৫-), অফ্রিকান অমেরিকান অইবা রিচার্দ রাইট (মহাক্কী অফাওবা লাইরিক Native Son - ১৯৪০), রালফ এলিসন (মহাক্কী লাইরিক Invisible Man - ১৯৫৩), টোনি মোরিসন (Son of Solomon - ১৯৪৭) পুন্নমক মমিং চৎলবা ঙাক্তনি। খরগাসু পানবা য়ারি— টোমাস উলফ (১৯০০-৩৮), জোনউপদাইক (The Rabbit Series - ১৯৬০-৯০), জোন দোস পালোস (USA Trilogy - ১৯৩৭), হেনরী মিল্লার (১৮৯১-১৯৮০)।

হৌজিক হৌজিক য়ঙ য়ঙ লাউনা ফাওরিবা অমসুং পল্লরিবা মীশক অমনা ষ্টিফেন কিং (Stephen King) নি। অকি অখংগী শরূক য়ামনা য়াওবা সাইন্টিফিক ফিক্সনগী মওংসু মানবা অঙকপা কল্পনাগী শক্তি অমসুং ইবগী শক্তি অনিমক উত্তুনা চাউর চাউরবা উপন্যাস ৩০ য়ৌনা ইরক্লবা অইবনি। বেষ্ট সেল্লার লিষ্টতসু মহাক্কী হন্দক্তা ফোঙবা লাইরিক্লা কারি। ষ্টিফেন কিং লাইব্রেরী শেমগৎলো হায়বগী মওং ফাওবা চত্থরি। ভিয়েটনাম লান্নচিংবগী য়ুম্ফমদা ফাওবা কল্পনা শাগৎলি। ইতিহাসতা করম্বা থাক্তা লৈগদগে হায়বদুদি লেপ্পা মতম চাদ্রি।

অমেরিকাদা ড্রামা ইবা কয়ামুক লৈরি। থিয়েটরসু লেপ্তুনা চত্থরি। ব্রোদৱে, ওফ-ব্রোদৱে, ওফ-ওফ ব্রোদৱে হায়দুনা। হৌজিক হৌজিক্কী অইবশিংগী মগুণদি খঙবগী শক্তি লৈত্রে। অমেরিকাদা ঙাক্তা নত্তনা ইউরোপ, এসিয়া অমসুং পৃথিবীগী মফম অতৈদা শকখঙনরবা নোবেল প্রাইজ ফংবসু য়াওরবা ড্রামাটিষ্ট খরসু লৈরি। মখোয়দুদি— অর্থর মিলর, টেনেসী ৱিলিয়মস, ইউজেওনীল অমসুং এদবার্দ অলবীনি। অমেরিকাগী সমাজগী মশকপু কুপ্পা য়েংশিন্দুনা লীলা কয়াদা উৎলকইবা মিলরনি (Arthur Miller - ১৯১৮- )। মহাক্কী ১৯৪৯ দা ইখিবা ময়াম্না য়াম্না পাম্নখিবা লীলা (Death of a Salesman) দা ময়ায় ওইবা সমাজগী মীওই অমনা মঙখিবা মঙগী কায়রকপা মশক উৎলি। তিন্নবা হৈরগা, মীনা য়ারগা হেক্তা পুন্সী মহৈ য়ানগনি হায়না অমেরিকানশিংনা মঙনরিবা মঙ অদুগী অশোয়বা উৎপনি। মচানা আশা তৌরম্বদগী মথং মথং কায়থরক্লবদা মচানা মপাবু খঙখি— মহাকসি মশাবু মশক খঙজদে। ট্রাজাদিনি। অচম্বা মীওইগীবু ট্রাজাদি লৈবা য়াব্রা হায়বগী কন্না নৈনবসু অমেরিকাদা থোকখি। মিলরনা খুমখি— য়াই। মহাক হৌজিকসু হিংলি।

টেনেসী ৱিলিয়মস (Tennessee Williams - ১৯১১-১৯৮৩) গী লীলা খরদি নুংগী ওইবা তিন্নবা য়াদবগী লান উৎনবা হোৎনৈ। অমনিদি ফিলমসু লৌখ্রে। অয়াম্বনা খা অমেরিকাগী ময়ায় ওইবা সমাজগী মীওইশিংগী চরিত্রনি। মমা অমনা শোইনাইরবী মচানুপীগী নীপা থিনবা হোৎনবগী মঙ কয়াগী কায়থরকপা মশক (The Glass Managerie - ১৯৪৯), মাবু য়াদে খঙবদগী মশা মউ ফবা অমনা চঙজফম লৌরবী মাগী নুপীগী মনাউ নুপীবু লমন খুম্বগী মওংদা তমথীনা তৌবা অসিনচিংবা শকফম উৎলি। হৌখিবা অরানবা কয়ানা চরিত্রশিংবু কোয়তান তান্নহল্লি। পূম্নমক সিম্বোলিজম'গী মশক ওইনা পুথোকই।

১৯৩৬ তা নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা ইউজেন ও নেল (Eugene O' Neil - ১৮৮৮-১৯৫৩) গী লীলাশিংনা অমুক অতোপ্পা অমনি। মহাক্কী লীলা অমদা (Emperor Jones - ১৯২০) ঈনাকখুনবা নীপা অমনা ৱেষ্ট ইন্দিয়ান ঈথত্তা মেজিক তৌবা নিংথৌ শাশীন্নরুবদগী ফানরকপা অমসুং চেনবদা শিখিবদু সিম্বোলিজমদা উৎলি। তাক্লিবদি-- কনানসু হৌখ্রবদগী নাম্থোকপা ঙমদে। নুংগী শকফম মপানগী মায়খুমনা কুপশিন্দুনা থম্বা য়াদে। মপানগী খোঙচৎসিসু নুংগীনি। অতোপ্পা লীলা অমদনা অইবনা হংলি। পূম্নমক কায়থরক্লবা জগৎ অসিনা মায়াগী শকফমদনা অচুম্বা হায়বদু ওইরবরা? পূম্নমক অমম্বনা কুপশিল্লে। নুংঙাইথোক্লগা লোইরে খন্নরবা সমাজ অসিদা অশিবতনা নাম্থোকফম ওইরবরা? অতোপ্পা লীলা অমদনা তাক্লি-- মীওইববু ইনশিল্লিবসি নুংশিবা, অপাম্বা (কামগী) অমসুং মিহৌবনি। মসিতনা লোইরবোই হায়না মীওইবনা খল্লি। নাম্থোক্লবা পাম্বে লৈত্রবরা? য়াম্নমক নুং য়ৌনা উশিনবা ঙম্বা অমেরিকান দ্রামাটিষ্টনি।

খরা নহা ওইরিবা দ্রামটিষ্ট এদৱার্দ এলবী (Edward Albee - ১৯২৮) হায়বা অমনা অমুক নুংগী ওইবা মুক্লবা অমসুং ওইদবা, তৌশিন্নবা, শাজিন্নবা, ময়াম্না কুপশিনবা মশক অমা অকনবা কল্পনাগী শক্তিগা লোয়ননা পুথোরকই (Who's Afraid of Virginia Woolf)। মচা পোকচনীংবা পোক্তি পোক্তবা মতৈ মনাও অমনা কল্পনাগী মচা পুথোক্লগা হাৎনবা হোৎনৈ। মচা য়াম্না পোকপা পোকপদি পোক্লীংদবা মতৈ মনাও অমগা থেংগায়নরকপদা থোক্লকপা ট্রাজিদিনি। এক্সপ্রেসনিষ্টিক টেক্নিক শীজিন্নৈ। ইউরোপকী মফম কয়াদসু লীলা অসি শান্নখ্রে।

অমেরিকাগী পুলিজার প্রাইজ ফংদুনা য়াম্নমক থাগৎনখ্রবা আইরিশ অইবা অমনা নিয়ু য়োর্কতা লৈরগা ইরকপা মপুন্সীগী ৱারী এঞ্জেলাস এশেস (Angelas Ashes) হায়বা অমা হন্দক্তা পাই। অইবনা ফ্রাঙ্ক মেককোর্ট (Frank McCourt) নি।

আইরিস পুল্লীগী অঙাং ওইরিঙৈদা থাখিবা ময়ামদু থারী শাবগী লোন্দাদা ফাগী য়াওনা ফোঙদোকই। আইরিস থিট অমসুং ফাগী হায়নরিবনি। অরোইবা চেপ্টরদা অসিনি ('tis) হায়না থাহে অমখক্তং হায়বগা লোইশিল্লি। নিয়ু যোর্কতা থুংলবা ফাওবগীনি। মথংগী নিয়ু য়োর্ককী পবর্বসু ইট 'জ হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙবদা ননফিকসনদা খ্বাইদগী য়াম্না পানবদা মকোক চয়োল কয়া ওইদুনা লাক্লি। মনাও নীপা মালাচী মেক কোর্টকী লম্বোইবা অমনা ঈবোইবা (A Monk Swiming) হায়বদুদি নোকপদা পুক্লি তিংই। অকামপেৎ খবদি কোম্না শীজিন্নৈ। নোকপা হৈত্রগদি লাইরিক অসি তূকৎচগনি হায়না মখুমদা ক্রিটিক অমগী মত হাপই।

নৈনখ্রিবা অফাওবা কয়াগী ইবগী গুণদি যৌবা নত্তে। অদুবু লাইবিকসি পঙলৈদা লৈনৈ অমেরিকাদদি।

---

*চুমথোকচবা ঃ-* লামায ৮শুবগী অনিশুবা পেবাগ্রাফকী ৯শুবা পবেংদা McComi হাযনা ইবিবা থাহে অনিদুসু McCourt হাযনা পাবিযু। - *ম ক*

# ১৬

# অমেরিকাদা গণতন্ত্র

হৌজিক্তি যুগ অমা চঙলকলে। দিসিপ্লিন পূন্নমকসি অমগা অমগা লোইনা মরী লৈনবা (ইন্টরদিসিপ্লিনাবী)-- কনাগী অর্থনীতি, রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি, লোকনীতি — নীতি পূন্নমক অসি পুল্লপ পূন্না য়েংবা তারকপা। অদুতদা জাতি অদুবু, নীতি অদুমকপুসু চপ চানা খঙবদা তেংবাংই। অমেরিকাগী কলচর, ঈশৈ, জগোয়, থিয়েটর, ফাইন আর্ট, সাহিত্য চাউবাক্লা খবা নৈনখ্রে। মপূংবুদি ফাবা নত্তে। অদুবু অমেরিকাগী কলচরবু চপ চানা মশক খঙগে হায়ববদি য়ূম্ফম ওইরিবা রাজনীতিবু কূপ্না খঙদবা য়ারোই। অমুকসু রাজনীতিবু খঙগে হায়ববদি অর্থনীতিবুসু খঙবা তাই। মসিনা মার্ক্সকী চাউরবা রাফমনি। অদুবু মসিনসু লোইদ্রি-- ধর্ম্মনীতিবুসু খঙবা তাই। মসিনা ভারতকী সংস্কৃতিগী মীৎয়েংনি। রাজনীতিবু খঙবা হাযবদি অহানবদা অমেরিকাদা চৎলিবা গণতন্ত্রগী মশকসি কবম্বা মওংনো হাযবা খঙবগী মথৌ তাই।

১৮৩২ দা ফ্রান্সতগী পণ্ডিত অমা-- অলেক্সিস দি টোকেবিল (Alexis de Tocqueville) অমেরিকাদা য়ৌরকই। ফ্রান্সকী জেলগী রিফোর্মসগীদমক্তা অমেরিকাদা য়েংবা লাকপনি। থা ৯ লৈবম্লগা হনখি। তেল্লবা মতম অসিদা মানা য়েংবা য়াবা, পাবা য়াবা, উনবা যাবা মখৈ পাঙথোক্লগা মগুণ লৈরবা লাইরিক অমা ভোল্যুম অনি থোক্লা ফোঙলকই। মমিংনা— অমেরিকাদা দিমোক্রেসি (Democracy in America)। মপানদগী লাকপা অমনা অমেরিকাগী গণতন্ত্রগী মরমদা ইবদা অসিদগী হেন্না ফবা লাইরিক হৌজিক ফাওবা থোরক্ত্রি হায়দুনা নিয়ু য়োর্ক টাইমসনা থাগৎলি। মসিবু অমুক শমজীল্লগা ১৯৮৪ দা অমেরিকাগী ইতিহাস ইবা রিচার্দ দ হেফনার হায়বদুনা

শাংলবা ব্বাহৌদোক অমগা লোয়ননা ফোঙদোকই। তৌববুদি লাইরিক অসি মত খরদং খেন্ননা বৃটিশকী লোর্দ ব্রাইসনসু চহী ৫০ মুক্কী মতুংদা দ অমেরিকান কমনরেলথ হায়দুনা নৈনখ্রে মহাক্কী লাইরিক অসিদা।

ঐহাক্তি চপ চাবা পোলিটিকেল সাইন্সকী ছাত্রসু নত্তে। রাজনীতিবুদি পূমথা থাদোকপদি ঙমদে। অদুম মচেৎন্নৈ। অসিমকপু খরদং লুশিনবা মতাং লাক্লবদি পণ্ডিতশিংদা চঙজবা তাই। অদুম এক্সপার্টশিংনা মত খেন্নরক্লবদি নহাক্কী ব্বারেপ অদু রিজার্ভ তৌদুনা থমউ হায়না বাট্রান্দ রসেলনা পাউতাক পী। ঐহাক রিজার্ভ পুদি তৌজরোই। মসিনা খরা চুমগদমাক্লে হায়না খনজবা মায়কৈ অদোমদা চৎচগে। মতকীদি খেন্নদবা নত্তে।

ফরাসী পণ্ডিত অসিনা ইহান হান্না অমেরিকাদা থেংনবদা ঙকখিবসি করিনো? দিমোক্রেসিনি। পূন্নমক অসি ফীবম চপ মান্নবা (হায়বদি অঙম অথৌ, অচৌ অশাং খায়দনা) লৈরম্বা অসিনি। মী পূন্নমক চপ মান্নবা শেমই হায়বসি আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট জেফর্সনগী কাউঙমদ্রবা অমেরিকাগী সংবিধানগী ব্বাহৌদোকনি। মদু চুন্না ইবদা নত্তনা থবক ওইনা পাঙথোক্লম্বসিনি। মসিগা লোয়ননা প্রজানা খ্বাইদগী মকোক থোংনা লৈরম্বা (Absolute Sovereignty of the people) অসিমসুনি। পূন্নমক্কী মকোক্তা লৈরিবসি নিংথৌ নত্তে, অঙম অথৌ নত্তে, আর্মিগী জেনরল নত্তে। প্রজানি। অসিফাওবা মানা হায়রকই— জগৎকী মপু ওইনা লাইনা লৈরিবসি অমেরিকাদদি প্রজানা শিল্লে। ফরাসী বিপ্লবকী খোল্লাউগী অর্থ তাবতা নত্তনা চপ চানা খঙলবা টোকেবিলনি। ফ্রান্সতসু গণতন্ত্র লৈরিবনি। ইংলণ্ডদসু লৈ। অদুবু অমেরিকাদা ওইরম্লিবা ফীভম অসিনা মহাকপু পূমঙক ঙকহনখি। মসিবু কমদৌনা ওইরিবনো হায়বসিবু পুথোক্লবা হোৎনবনা মহাক্কী লাইরিক্কী ব্বাহৌদোকনি। অদুদগীদি ওম্থোক্লা ফজরবা ব্বাফম অমগা হায়রক্লে। ঐনা উখিবসি অমেরিকাদবু নত্তে। গণতন্ত্র মশামক্কী কায়াৎশিংগী অকনবা অশোনবা মশকশিং পূন্নমক ঐহাক্লা থিখিবনি। ঐখোয়না হায়নবা থবক্তা উৎপা গণতন্ত্র (দিমোক্রেসি ইন এক্সন) হায়রীদুনি মহাক্লা পুথোরক্লিবা।

পৃথিবীগী কবম্বা মফমদা চপ চাবা দিমোক্রেসি হায়বসি ইহান হান্না চৎপগে? য়াম্নমক মরূ ওইবা ব্বাহংনি। পণ্ডিতকী পাউখুম চঙই। কুনশুবা শতাব্দীগী খনগৎলবা পণ্ডিত ওইববা দার্শনিক এ এন হ্বাইটহেদ (A N Whitehead) না চপ চানা মত ফোঙদোকখি। ১৭ শুবা শতাব্দীদা জোন লোক (John Locke) না গণতন্ত্রগী মরূ হুল্লগা ১৮ শুবা শতাব্দীদা ফ্রান্সতা য়ৌরকপদা প্রজাগী খোল্লাউগা কোন্ননা মীওই খরতগী খুদোংচানবা শীনবদা মশক থীহল্লি। অমেরিকাদা য়ৌরকপদা অমেবিকান নেসন হায়বগী খোল্লাউদা মী খুদিংমক্কী মগুণ লৈ হাযবগী ভাবসি (unique value

of the individual) চপ চানা রাজনীতিদা মশক থোকহনবদি ১৮ শুবা শতাব্দীদা অমেরিকাদনি। মদু ইহান হান্না অমেরিকাগী সংবিধানদা হাপ্পনি। অমেরিকাদা হার্বার্দ য়ুনিভর্সিটিদা ওঝা ওইদুনা ফনা কুইনা লৈরম্বা বৃটিশ ফিলোসোফর হ্বাইট হেদনি।

ফরাসী পণ্ডিত অসিনা মীওইবগী সমাজগী য়াওন মশক খঙই। নিংথৌ পানবা, অঙম অথৌ হায়দুনা শক্তিসি প্রজাদা শিন্নদনা পায়শিন্দুনা মীওই খরনা লৈবাক কয়াদা চৎথরকপনি। প্রজাদসু খরা খরা শিন্নরকই। অদুবু পূমশিনদি শিন্নদে। ইতিহাসকী থিংঙমদ্রবা ঈচেলনিনা মমৈথংদা প্রজাদা লাকপনি। মসিনা ইউরোপকী ফ্রান্স অমসুং ইংলণ্ডগুম্বা মফমশিংদনি। মসিগী থাক থাক চঙশিল্লকপসি অমেরিকাদদি তৌখিদে। অদুনা আব্রাহম লিঙ্কননা গণতন্ত্রবু অর্থ হনবদা— প্রজাগী, প্রজাগীদমক, প্রজানা— হায়দুনা লাউখ্রিবদুনি। অদুবু মসিমকসু চপ চানা পাঙথোকপদি কাইনথংদনি। হৌগৎলকপগী মতম— অমেরিকাগী অহুমসুবা প্রসিদেন্ট টোমাস জেফর্সনগী মতমগী গণতন্ত্রদি প্রজাগী অমসুং প্রজাগীদমক হায়বদুদি য়ৌরে। প্রজানা হায়বা ৱাফমসিদি ১৮৩০ গী অদুৱাইদা প্রসিদেন্ট জেকসনগী মতমদনি হায়নরি। মহাক্কী ৱাশক লৌবদা কেপিটোল মনুংদা য়াদদুনা মপানদগী প্রজা লীশীং কয়ানা ফৃজিল্লক্কুনা (নুংঙাইবদগী) পোৎ-চৈ মিংশেল থুগায়খিবগী রেকোর্দ লৈরি। মতম অসিৱাইদগীদি প্রজানা চপ চানা শাসন তৌবা হায়বদু ওইরে। মতমসিগী রাজনীতিগী ৱাখললোনদি— মীচম প্রজাদা থাজবা, রাজনীতিগী মীৎয়েংদা পূন্নমক চপ মান্নে, অর্থনীতিগী খুদোংচাবসু মান্ননা ফংহনবা, শেনজাউ পায়বশিংবু হেঞ্জিন্দনবা হোৎনবগা লোয়ননা মোনোপোলি ?াদবা অসিনচিংবনি। মপূং ফারবা গণতন্ত্রগী মীৎয়েংনি।

মসিদি কমদৌনা ওইরকই? ফরাসী পণ্ডিত অসিনা খুমলি। গণতন্ত্রগী হৌফম ওইখ্রিবসি নিয়ু ইংলণ্ডদনি? এংলো-অমেরিকানশিংননি। মরমদম ইংলণ্ডগী লৈবাক ১৩ গা পূন্না নীংতম্বগী লানসু শোক্লখ্রিবনি। অমেরিকাদা লাকলিবশিং অসিবু চুম্নগী খুঙ্গংগী প্রজাশিং ঙাক্তা নত্তে। ধর্ম্মগী মরৈ তৌনবদগী য়ানরক্তদুনা মরৈবাক থাদোকপা থৌনা ফরবা লাইরিক লাইশু হৈবা ময়ায় ওইবা কাঙলূপকী মীওই লীশীং লীশীংনি। হান্ননা গণতন্ত্রগী মশক চপ চানা খঙলবনিনা হৌবদগী হৌনা মশানা পুশিল্লকপা তাবনি। অচাইবীদগী হৌবা দরকার লৈতে। অসিনা সহর মচা মচা, কাউন্টিনচিংবা শাগৎলকপদা চপ চাবা মী পূন্নমক চপ মান্নে হায়বগী য়ুম্ফমদা শাগৎলকই। মসিনি অমেরিকাগী তোপ তোপ্পা গণতন্ত্রগী হৌরকপা মশক। অসিগুম্বা রাজনীতিগী পথাপ অসিনা অমেরিকানশিংগী পুন্সী মহিংদা কলচরদা, সাহিত্যদা, চৎনরোলদা মমি অসুম অসুম তারকই। হৌরকপদি গণতন্ত্রগী য়ুম্ফমদগীনি।

গণতন্ত্র হায়বদি প্রজাগী শাসন হায়বনি। মসিসু অমুক মীশিং য়াম্বগী শাসন হায়বনি। দিমোক্রেসিগী শাসনদি মেজোরিটিগী শাসননি। অসুন্না প্রজানা য়াবা, মীয়ামনা য়াবা হায়দুনা অসুম অসুম ঈশিং ঈচাওগুম পাথরকপা অসিদা ইমান মান্নখৎলক্তুনা (চাবদসু, শেৎপদসু, শাজত্তসু অমসুং ৱাখলদসু) তোপ তোপ্পা হায়বা মীওই খুদিংদা মশাতগী ওইনা লৈজরিবা নীংতম্বা (Freedom) হায়বদুদি মাঙখিরোইদ্রা? অচৌবা ৱাহংনি ফরাসী পণ্ডিত অসিনা হংখ্রিবা। মান্নবগা নীংতম্বগা অমতা নত্তে। অনিমক গণতন্ত্রগী মনুংদনি। নীংতম্বা য়াওদনা গণতন্ত্র ওইদে। মান্নমনখিদুনা মীওইবগী নীংতম্বা মাঙখিবসু য়াই। প্রজাগী ঈহৌনি খোল্লাউনি হায়দুনা ৱাখল লৈবা কয়াগী, পুন্সীদা কৃপনা উশিনবা মীওই কয়াগী গুণ পূন্নমক অদু মীয়ামগী নোংলৈ নুংশিত্তা পাইথোকখ্রগদ্রা? দিমোক্রেসিগী থৱায়দি— য়ানদবা (Dissent) ফোঙদোকপনি। মী পূন্নমক ৱাখল মীৎয়েং চপ মান্নদে। খেন্নবা লৈ। খেন্নবা অসি লৈবদা নত্তনা লৈহন্নবা হোৎনবসু গনতন্ত্রগী চাউরবা থৌদাং অমনি। অতোপ্পা খোঞ্জেল অসিবু মুত্থৎখিবদা গণতন্ত্রগী মৈরী মুৎখ্রে। দিক্টেটরসিপকী শাসন চলাইবা হৌবে। ফেসিষ্ট রাজ্য ওইরে। অদুনা নীংতম্বা হায়বদুদি মতম পূন্নমক্তা ঙাক্তুনা থম্বা তাবনি। মসিবু অধিকার (রাইট) ওইনা ওহ্লোক্তুনা ময়াম অসি (পুন্সীগী, ঙাঙবগী, হিংবগী, ধর্ম্মগী অসিনচিংবা) অমেরিকাগী সংবিধানগী মনুংচন্না বিল ওফ রাইটস হাযদুনা লৈরি। মীওইবগী অধিকারশিংসি নীংতম্বগী মনুং চল্লি।

টোকেবিলনা হংখি-- অমেরিকাগী গণতন্ত্র অসিদা মান্নবা অমসুং নীংতম্বা অনি অসি কমদৌনা চৎমিন্নবিবগে? খুৎ শম্নরিবরা নত্তুগা অমনা ঙমলপ চৎলিব্রা? নত্তুগা মান্নবা অমতা ওইবা হায়বগী খোঙজং অসিদা নীংতম্বা অসি মাঙশিল্লকপা য়াবগী অকিবা লৈবরা? মসিনি মহাক্কী লাইরিক্কী মপুং ওইবা বাফমদি। অমেবিকাগী গণতন্ত্রবু পঙথাদা থাগৎতুনা মসিনা মহেল্লে মসি চৎলসি হায়দুনা ইবা নত্তে। অমেরিকাদা ফরে হায়দুনা ইংলগুগুম্বা লৈবাক অমদা পুশিনবসু হেক য়ারোই। লমদম খুদিংমক্কী গণতন্ত্রগী ঈচেল লৈজবি তোপ্পা। গণতন্ত্র অমসুং নীংতম্বা হায়বা অনি অসিদি পূন্নমক তেমথোকপনি। অকুৎ অতোঙ লৈহনদবনি। মসিনা হেনবা, মসিনা তাবা হায়বা বাফম লৈতে। পূন্নমক অধিকাব চপ মান্নে। লাইনা শেম্বদা পূন্নমক মান্নে। বাফম অসিনা কনশিল্লক্লবদি খেন্নবা খবদা কন্না থাজবিবা (মসিনা হেন্না অচুম্বা ওইরম্বসু য়াই) কাঙলূপশিং অদুগী নীংতম্ববু খোঙগাওনদুনা নীংতম্ববু কন্নবা হোৎনবিবা খোঙজংদা নীংতম্বা অদুমক মাঙহনখিবা য়াই। ৱাফম অসি মতম অসিদসু গণতন্ত্রদা হংবা য়াবা ৱাহংনি।

অসিনা অফাওবা লোনদা অমা টোকেবিলনা পুথোরকই-- মেজোরিটিগী ওৎনৈবা (Tyrany of the Majority)। যাম্নমক ফজবা ৱাহৈনি। মতমসিবুসু কাঙবু অমনা কৌনবি-- ময়ামগা অমতা ওইমিন্নবগী যুগ (Age of conformity)-- ৱাঙাঙদা, শাজৎতা, ৱাখলদা, পুন্সী মীৎয়েংদা। মসিমসু অফবা নত্তে-- নীংতম্বা মাঙখিবনি। টেলিভিজন, কম্প্যুটর থোরকপদগী হৌজিক্তি তশেংনা নুংশা থীরে। নীংতম্ববু মাঙথ্রবদি গণতন্ত্রসু মাঙখিগদৌরিবনি। ১৮৩০ গী অদুৱাইদা প্রসিদেন্ট জেকসনগী মতমগী খোল্লাউদি-- নীংতম্বা অমসুং অপুনবা, হৌজিক অমসুং মতমপুম্বগী (Liberty and Union Now and Forever) ৱাফম অসিবু লোর্দ ব্রাইসনা মহাক্কী লাইরিক্তা সমালোচনা তৌবদা-- টোকেবিলনা কিরম্বদু হৌজিক্তি মদুগী ওইথোকপা লৈত্রে হায়। ধর্ম্মগী, সমাজগী খেন্নবা কয়াসি ফজনা চৎমিন্নরে হায়দুনা চহী ৫০ গী মতুংদা ইবকই। অদুবু শমজিনবা লাইবিক অমা পুথোকলিবা ইতিহাস ইবা হেফন্নরনদি ফরাসী পণ্ডিতকী যাম্নমক কূপশিনবা মীৎয়েংনি হায়না থাগৎলি। হৌজিকমক মদুগী খূদম কয়া ঐখোয় থেংনরি। চেকশিন্দবা য়াদে।

ফরাসী পণ্ডিত অসিসু চুম্নগী নুংশা থীবা ফোঙদোকপদনি। আশা কায়বদি তৌখিদে। লাইফাওদৌনা চেকশিন্নবা হায়রম্বনি। অদুবু করিগুম্বা ফীভম অসিনা লুশিল্লক্লবা ফাওবদা কলাকার অমসুং সাহিত্যগী ৱাখল লৈবা কাঙবুশিংদা দায়ী অসি শিন্নরমই। নীংতম্বা প্রেসনসু ফীভম অসি কন্নবা হোৎনরকপা যাই। মীওইবগী মশাদা লৈজবা অফ ফত্তগী জ্ঞান অমসুং অরোইবা বুদ্ধিগী মশক (Wisdom) অদুনা থিংনবা হোৎনরকপসু য়াই। অদুবু পণ্ডিত অসিগী শেংলবা ৱাফমদি-- গণতন্ত্রগা নীংতম্বগা চৎমিন্নদবা য়াদে হায়বসিনি। পৃথিবীগী মাযকৈ কয়াদগী ফূজিল্লকইবা শক্তিশিংগা মায়োক্লরকপদা অমেরিকাসু লাইফাও অসিমদি চেকশিন্না কাউদবা যৈ।

১৮৩০ গী মতম অদুদগীদি হৌজিক্লা য়াম্না হোংলে। পণ্ডিত অসিনা চপ চানা উখিবা কয়া থোরক্লে। ১৮৬০ গী অদুদা মচেৎ তানরকপগী কল্লবা লানফম (অমেরিকান সিভিল ৱার) থোকখ্রে। লাইগী নোংদমদগী থোইদোক্লসু অব্রাহম লিঙ্কনগী লমজীং মখাদা য়ুনিয়ন অসিবুদি কলহৌরে। লমজীংবা মহাক্কী পুন্সীদি বলিদান তৌখ্রে। টোকেবিলনা অমেরিকাসি শাসনগী শক্তি চাইথোকমন্দুনা অকনবা শাসন লৈবা ঙমদ্রে হায়না উখিবদুসু মতম অদুদনি। হৌজিক্তি পৃথিবীগী লমজীংবা ওইনা সমস্যা কয়া মায়োক্লরিবনা কেন্দ্রীয় শাসন মতীক চানা কল্লে। এক্সিক্যুটিভ পাৱার (মপুং ওইনা প্রসিদেন্টকী) যাম্নমক কল্লে। মচেৎ মচেৎ তাখিগদ্রা হায়না পণ্ডিত অসিনা নুংশা

থীরম্বদুসু ইন্দষ্ট্রীগী চাউরবা রিভোলুসন থোরকপা, পাক্লা শন্দোরকপা ফেক্টরী সিষ্টেম. মহাদেশ পূম্বা ফাওনবা রেল লম্বী অমসুং কার, ট্রককী লম্বীশিং শেমলকপা, মাস কম্যুনিকেসন, চানবমক ফাওবা চপ মান্নহল্লকপা, শেৎনবা, লৈফম অমসুং ৱাখল ফাওবা অমতা ওইশিন্নবা হোৎনরকপা, ময়াম অসিনা অমেরিকাবু মচেৎ মচেৎ তাহনখিবগী মহুত্তা অপূনবা শক্তি অমা ওইনা জাতিগী ফীবাল মখাদা পুশিল্লক্লে। অদুগা নীংতম্বা ঙাক্লবগী আন্দোলনদি– অফ্রিকান অমেরিকানশিংগী অধিকারগী দাবীদগী হৌরদুনা হৌজিক্লা হেন্না কনশিন্না চখরে। আইনগী চপ চাবা নীংতম্বা লৈদুনা শক্তি লৈরবা রাষ্ট্রপতি ফাওবা আইনগী চৈরাক্তগী নাম্থোকপা ঙম্নদ্রে। কদোমদা শক্তি হেন্না মীয়ামগী স্বার্থগী মায়োক্তা শীজিন্নখিগদগে হায়বদু মীকূপ নাহুম শেন্নদুনা পোলিটিকেল পার্টিশিংনা, খবরগী মীওইশিংনা অমসুং মশীং থীঙমদ্রবা ভোলুন্টরি ওর্গেনাইজেসন কয়ানা য়েংশিন্দুনা লৈরি।

মী পুম্নমক চপ মান্নে হায়বা গণতন্ত্রগী ৱাখল অসিনা সমাজগী কায়াৎ খূদিংদা অমতা ওইনা পূনশিন্নবগী মশক অমসু পুরকই। অসিনা ধর্ম্ম পুম্নমক ব্যবহাব তৌনৈ। য়াওনীং য়াওনীংবা সমাজগী সংস্থানশিংদা য়াওবদা অপনবা পীদে। কা হেনবদি য়াদবা পল্লোন অমগী মনুংদা প্রজা পুম্নমক মানা মানা ঙাঙনীংবা, তৌনীংবা, চৈনীংবা, থাগৎনীংবা, তেংথানীংবা পুম্নমক নীংতম্না ফোঙদোক্লে। মকোক মথং, অঙম অথৌ, মীনায়-মপুগী ৱাফম লৈতে। লায়র ঈনাকখুনবা ফাওবা পৈশা নত্তুনা অধিকার অতৈদি চপ মান্নরে। খ্বাইদগী চাউবা শক্তি পায়রিবা রাষ্ট্রপতি ফাওবা মিষ্টর প্রসিদেন্ট হায়না খূৎশোক্লদুনা মিংগৌনবা য়ারে। মান্নবা সমাজ হায়বদু চপ চানা ওইরে। পৈশা অঙকপা ফংনা পায়বা মীওই, চাউখ্রবা ইন্টর্নেসনেল কোর্পোরেসনশিংবুদি লৈতবা নত্তে। কাববারগী অঙম্বা শক্তিসু শান্নবক্তবা নত্তে। অদুবু পুম্নমক লাইরিক লাইশু হৈনদুনা ভাব তানা হোৎনরিবনা পঙহেন হেঞ্জিনবদি য়ানদে। কারবারগী জগত্তা কেপিটেলিষ্ট সোসাইটিনিনা করপসন লৈতবদি যারোই। মদুসু মথক্কী থাক্তনি। সাধাবণ প্রজাশিংগী, থবক মচা তৌজবা কাঙবুশিংগী মরক্তদি ভারত (অমসুং মপূং ওইনা মণিপুরদা) তৌবগুম্না কেনসরদৌনা সমাজগী মশা পুম্নমক্তা শন্দোরকপদি নত্তে। হোৎপু হোৎনরবদি পুম্নমক ঈনাকখুনবা য়াই হায়বা মঙ অসিনসু জাতি অসিবু লমজীংলি। মসিগী অশোয়বসু লাইরিক ইবা কয়ানা পুথোক্তুনা ইরি। অদুবু মঙ মঙবদি তোক্তে। পৈশাদা থাজবা থমলি। অৱাবা কয়া থেংনরবসু পুঙ্গীদি চাওখত্তবা য়াদে হায়বসিনি পুম্নমক্লা তান্নরিবা।

প্রজাগী অপাম্বা হায়বসিগী ফোঙদোকফম অমদি ইলেক্সননি। মণিপুরদা চৎনবগুম্না পৈশা য়েন্নবগী মওং অদু নত্তে। পার্টি অনিমক্কী (রিপব্লিকান পার্টি অমসুং দেমোক্রেটিক পার্টি) কেন্দিদেট ওইনিংবশিংসি চহী ১ ৱাৎলিঙৈদগী হোৎনবা হৌরে। মানা মানা পাম্বা পোলিসি অদু কমিটি কয়া শেন্নদুনা ফোঙদোক্লবা হৌরে। ময়ায়গী অথোরিটি অমনা মা লেপহল্লু হায়বগী শক্তি লৈতে। প্রাইমারী হায়দুনা লম লমদগী ভোট মশীংনা থাগৎনরক্কদৌরিবনি। লম লমদা মানা হেক্লে মানা হেক্লে হায়বদু প্রেসতা ফোঙদোকই। হৌজিকফাওবদা চাদা ভোটরশিংনা অসুক য়ারি য়াদ্রে হায়বদুসু ফোঙদোকই। প্রসিদেন্টকী মীরেপ ওইনিংবশিংগী দি মশানা ইজবা, মহাক্কী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া ফোঙদোক্লে। অসিনা কেন্দিদেটশিংগী পুঙ্গীশিংবু চপ চানা প্রজাদা খঙহল্লি। কেম্পেইন ফাইনান্স হায়দুনা তেংবাং পীনরকপশিংগী শেনফম অদু দোলর কোটিগী হিসাবতা লাউথোক্লে। করিগুম্বদা ক্রক ক্রক তান্নবা কেন্দিদেট অনি পূন্না দিবেট তৌনবগী খুদোংচাবা শীল্লি। হায়রিবসি মীচঙ খোম্নরিবনি। য়াম্না ওপন ওই। অসিনা অরোইবদা রাষ্ট্রপতিগীদি কোন্নবা উপ-রাষ্ট্রপতিগা লোয়ননা মীশক অমখক্তং পার্টি অনি অসিনা থাগৎকদৌরিবনি। মসিদা সেন্ট্রেল কমিতিনা য়াবা য়াদবগী ৱাফম লৈতে। প্রজানা য়ারবদি লোইরে— অসিনি। ভারত্তা চৎনরিবা অসিদি মসিগী ওন্ন-তৈনবনি। খবরশিং অসিদসু অখণ্ড অহে কয়ানা চহী চুপ্পা চত্থনরিবা অসিগী নীতিগী ওইনা চেকশিন্না নৈনরিবনি। মসিনি গণতন্ত্রগী মশক। নাকল অনিমক্কী অকনবা দিবেটনি।

কারবারগী দেশনিনা মী পুন্নমক মান্নে হায়না লৌরবসু লায়রবা ঈনাকখুনবদি শোয়দনা খায়দবা য়াদে। পণ্ডিতশিংনসু য়ারে। চাওখৎলিবা শেঞ্জাও অসিগী চাদা হেনগৎলকপসিদি মীশিং চাদা কুন খক্তংগীনি। লেমহৌরিবা চাদা ৮০ অদুগীদি মাঙথরকইবনি। মসিমসু কেপিটেলিষ্ট সিষ্টেমনা, গ্লোবেল ইকনোমিনা পুশিল্লকপনি। চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নবা হায়বদুদি থোক্তে। মশীং য়ামদে হায়বদনি— চরা হেনবা মপূং ওইনা মাইনোরিটিশিংগী মনুংদদি— লৈরিবনি। ঈনাকখুনবশিংগীসু দাননচিংবা তৌদুনা, ফাউন্দেসন কয়া লিংখত্তুনা (ফোর্দ, রোকফেল্লর, কেনেদী ফাউন্দেসননচিংবা) প্রজাগী চাউরবা সেবাবুদি তৌদবা নত্তে। অসিনা অতৈ লমদা তৌবগুম্না কাঙবু অমনা লান হৌবনচিংবগী ফীভমদি থোকহনবা ঙমদে। অনিশুবা লাঞ্জাও লোইরকপগী অদুৱাইদা কম্যুনিষ্ট উবা পনবা য়াদে-- ফত্তবগী মূর্তিনি হায়দুনা তৌনরম্বা শাথীরবা মতম অমসু হৌখ্রে। অমেবিকাগী গণতন্ত্রদা য়ুনিয়ন মরা চেৎলবা মতমদা সরকারগী মায়োক্তা খূৎলায় য়াওবা লান হৌহনবদি ঙমখিদে। অদুবু মার্টিন লুথার কিং (জুনিয়র) গী লমজীং মখাদা নেগ্রোশিংগী অকনবা সত্যাগ্রহগী আন্দোলনদি চত্থখি। মায়সু পাকখি।

মসিমসু গণতন্ত্রগী পথাপ অসিগী মগুণনি। পোলিসিদা লান্দবসু নত্তে। ভিয়েটনাম লান্দা অমেরিকান সিফায় লীশীং ৬০ মুক শিখিবা অরানবা পোলিসিনি হায়না হৌজিক অমেরিকানশিং অয়াম্বনা য়াজরে। মসিগী মায়োক্তসু আন্দোলন কয়া চৎথখি। প্রজানা য়েংদুনা লৈথোকখিদে।

তশেংবদি চহী ২৫ সুকসিদি অমেরিকাগী পোলিটিক্সকী থাক হম্বুরক্লে হায়বসিদি অখণ্ড অহৈ অয়াম্বনা য়ানরবনি। কোংগ্রেসনা ওইরিবা অমসুং তৌরিবা ময়াম অসিদগী লেমজদবা অমদি অসুম অসুম ওইরক্লে। পার্টি পোলিটিক্সকী, ভোট খোম্বগী, মাইনোরিটিশিংবু ফারগদা লোইরে হায়বগী অথেনবা ৱাখলগী মশক অমদি শেংনা উৎনরক্লে হায়দুনা অমেরিকাগী প্রেসতা ইনরক্লি। মমিং চৎলবা রাজনীতিগী টিকা তৌবা জোর্জ এফ ৱিলগী মততা জাতিগী ওইনা চত্থবক্লিবা চোপনিংঙাই ওইবা মশক অমসুং মশা মশাবু ফাজিনবা ঙম্লক্তবগী মশক (Nation's increasing vulgarity and declining self-restraint) অসি কোংগ্রেসনা চপ চানা ফোঙদোকপনি। মসিমসু গণতন্ত্রগী ওল্লকইবা মশক অমনি।

হৌজিক্কী ওইরিবা অমেরিকাগী গণতন্ত্রগী মশক তশেংনমক মপুং ফারে হায়বদি য়াদে। ফীভম ফীভমগী অমসুং পৃথিবীদা শীৎলকইবা বাজনীতিগী নুংশিৎকী মখা পোল্লি। হৌজিকমক খ্বাইদগী শক্তি লৈরবা অমেবিকানা জাতি বিজাতিগী খৎনবা মরক অসিদা কবম্বা থৌদাং য়াগদগে? তাইশিন্ননবা হোৎনগদ্রা নত্ত্রগা থাপতোক্লা লৈগদ্রা (Isolationism) হায়বদু হৌজিক হৌজিকমক চত্থবিবা দিবেটনি। লাউনবগী ৱানি। পার্টি অনিমক্লা পৃথিবীগী শান্তি পুরকপদা শরদ্ধক্তি য়ানীংই। গণতন্ত্রগী চত্থরকপদা খক শোযরোই হায়নীংঙাই লৈতে। শোয়বসু শোয়বি। লান্দবসু নত্তে— লাল্লি। অদুবু অমুক প্রজাশিংনা ভাব তানবদা চুমথোরকই। অশোয়বদগী তমনীংঙাই ওইরি। মপুং ওইবা ৱাফমদি গণতন্ত্র অমসুং নীংতম্বা খুৎশম্ননা চৎহনবনি। মসিগীদমক ৱাখল লৈবা কয়ামুল্লা হিমায় চুম্নবা হোৎনরি।

১৭

# অমেরিকাগী পুন্সী মহিং

মীওইবগী পুন্সীদা চঙলিবা খ্বাইদগী থাদোক্নবা য়াদ্রবা পোৎশকশিংসি করিনো? পণ্ডিচেরী আশ্রমগী শ্রীমানা খুমলি— শিবা, চাবা অমসুং পৈশা। অহুমসিদা পুন্সীনা লৈ লৈদুনা লৈরিবনি। অমুক্তসু হায়রি— অহুমসি মতম পূন্নমক্কী ওইবা লেঙদ্রবা পোৎশক হায়বদুদি নত্তে। মরক্কী হায়বদুনি। চাবগা পৈশাগবুদি খঙলে— মাঙখিগদবনি। অদুবু শিবদি? ঐখোয় পূন্নমক্কা হায়নরি— শিবদা পুখিগদবা নত্তে। হায়বদি লেঙদ্রবনি থাদোকপা য়াদ্রবনি। মসিনি ধর্ম্ম পূন্নমক্কা লাউরিবা। অদুবু শ্রীমানদি হায়বি— অ শিবসু মায়া (Illusion) অমনি। জয় তৌবা য়াই। ৱাফম অসিমদি অসুম অঙকপা ওইনা লৈখ্রসনু। শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লৌবা নত্তনা উপায় লৈতে।

ঐনা খঙ্গরকই। অমেরিকাদা লৈদুনা ইচাগী য়ূমদগী কোয়চৎ চৎপা অসিদা লম্বীদা, সহর, হোটেল, মোটেল মখল কয়াদি উরে। মেলাদা করিদা চাবগী হুনবা নাইদবা মওং কয়াসু থেংনরে। অদুবু অচৌবা হোটেল অমদা অমুক্তংদি চঙদুনা নোং মতং ওইরবসু লৈজরবদিকো। কলিকাতা, দিল্লী, ইউরোপকী, শ্রীলঙ্কাগী অচৌবা হোটেলশিংদবুদি লৈরুরে। লাইনা তম মাল্লে। নবেম্বরগী তাং ১৩ দা য়ূমদগী পুং ২ গী কারগী খোঙচত্তা লাঙ্কেষ্টার কাউন্টি অদুদা হোটেল হার্সে (The Hotel Hersey) হায়বদুদা মহাক্কী মিটিং অমগী খোঙচত্তা ইচানীপানা থম্বীরে। অমেরিকাগী চাউখ্রবা হোটেলগী চেনদা পেনসিলভানিয়া ষ্টেটকীদমক ওইনা হোটেল অসিমতং খনগৎলি। চোক্রেটকী নিংথৌ হায়না কৌরবা মিলটন হার্সে হায়বদুনা শাগৎচরম্বা একর ৩০০ গী মনুংদা লৈবা চোক্রেট সহরগী শরূক অমনি। মথক্তা খরদি পনজখ্রবনি।

লৌমীদগী হৌরকপা ক্রোরপতি অমা ওইখিবা কখোকপদা পুন্সী কৎখিবা অমেবিকাগী মণ্ড হায়বদুগী শেংলবা মূর্তি অমনি। পৃথিবীদা শন্দোকলিবা চোক্রেট পূন্নমক মফম অসিগী ফেক্টরী অমসুং মসিগী চেইনদগীনি। হার্সে পার্ক হায়না অচৌবা পার্ক অমসু লৈ। মদুদসু থংনবা নুমিদাংদা কোয়রুবদা মৈগী অঙকপা কৃষ্মে খৃষ্টমাসকা মরী লৈননা— মৈ পরেংগী পরেং ঙাক্তা মচুগী লোইনাইদ্রবা মশক্তা বন্দ কোটিদগী হেনবগুম থান্দুনা শীল্লমই। হায়রিবসি পাকখ্রবা পার্ক অদুগী মফম মফমদুনি পূং অনিমুক লেপ্তনা কোয়বা য়াবা। স্বর্গ হায়বদুদি কারুদ্রিবনিনা করিনো খঙদে। মসিমদি তশেংবা মণ্ডগী লমদমনি।

হোটেল হাযরগা ঐখোয়না অচৌবা মথোল মথোলগী বিল্ডিংদবু উরি অয়াম্বদা। কোয়ফম শান্নফম কয়াসি হোটেলগী শরুক অমা ওইনা উদে। উনবগী মফমসু সহরদদি লৈতে। ইউরোপ কোয়রুরবা হারসেনা অহানবদা গ্রীস লৈবাক্কী হোটেল অমগী মওংদা শানবা হোৎনরম্বদগী ইউরোপকী মেদিটরিনিয়ান ষ্টাইলগী হোটেল অমা ইউরোপকী ১৯ শুবা শতাব্দীগী য়ুমশাগী মওংদা দোলব কোটি ২ না হৌগৎলম্বনি। চীংথক মচা অমদা লৈবনা হেক চঙশিল্লকপদা আতরগুলাপকী চাউরবা লৈকোল অমনা তরাম্না ওকই। অকোয়বদা লাপ্তনা বোটনিকেল গার্দেন থমই। অহল নহাগী গোলফ শান্নফম, খোঙনা ফনা শাংনা উমংদা কোয়ফম, ব্লাংল ব্লাংলবা অচৌবা উগী উমং লৈ। বিল্ডিংগা শম্ননা ঈরোইদুনা শান্নফম (Swimming Pool) অনি লৈ। হোটেল অসিদা নেষ্টরুম ২৪১ অমসুং সুট ২৩, মিটিং তৌনবা মফম ১২, চাফম ৩ খক— মথক্তা সার্কুলর দাইনিং রুম, ঈশিং পেরে অমগী অকোযবদা লৈবা ফাউন্টেন কাফে অমসুং ক্লব হাউস কাফে, বোল রুম, অব্লাংবদগী অকোয়বদা য়েংবা য়াবা কাষ্টিলিয়ান রুম লৈ। নোংমতং লৈবদা চাবা, থকপা, কোযবা, শান্নবা, অহল, নহা অমসুং অঙাং মখল মখল খৃদিংগী নুংঙাইফম পীবনি। ঈরুজফমদা ফাওবা তৈনবা চাইনবা থাউ, সাবন মখল মখল, ঈরুজরগা লীৎশিনবদা হকচাং পূন্নমক তৈথোকপা যাবা ফুবিৎ (ঐহাক্তি হৈনদদুনা লীৎলক্তে), টি ভি, টেলিফোন। হোটেলগী মফম পূন্নমক এযব কন্দিসননি। মমিং চৎলবা পৃথিবীগী লমকোযবা লোরেল হায়বা অমনা হায়রমই— ভাবতকী মহাবাজা অমগী কোনুংদগী মসিনা হেল্লে (A palace that outplaces the Maharaja of India)। অদুগা লৈবগী পৈশাদি? মদুগীদি করি হাযকনি-- অমেবিকানিদনা। ঐখোয়না লৈবিবা ফমুং ২ থাবগী কা অদুদা নোংমদা দোলব ১৪০, চাবগা থারগদি য়ামদ্রবদা দোবল ২০০। হাযবদি ভারতকী পৈশাদা লূপা ৮০০০/- দগী তাদে।

মথংগী নুমিৎকী নুংথিল পূং ২ গী অদুবাইদগী থোরকপদা অমুক চঙই-- মনাক্তা লৈবা হার্সেগী থিয়েটর হোল অমদা। মনুংদা ষ্টেদিয়মগী মশক্তি। ইকোয় কোয়না ভাবোক ৩০০০ মুক্কী ফমফম লৈগনি। ময়ায়দা উন মপাক্কী চাউরবা লম্পাক মচা অমা। তৌগদৌরিবা প্রোগ্রামদি পৃথিবী ফাওরিবা টিলিভিজনদা হৌজিক্কী অহল অঙাং কোটি কয়ানা নোংমদা পূং ২৪ গী শোদা পুথোকলিবা ফ্লোরিদাগী দিজনী লেগুদগীনি। মসিগী চহী ৭৫ শুবগী মতাংদা উৎলকপা উনথক্তা দিজনী (Disney on Ice) হায়বা ফেল্ড এন্টর্টেইন্মেন্ট হায়বদুনা পুথোকপা পূং অনিগী শোনি। অঙাং অহল পুন্না নুংঙাইমিন্নবা, নোকমিন্নবা, কপমিন্নবনি। ৱারী কয়া উৎপা উনগী জগোয় ঙাক্তনি। উনদা স্কেটিং তৌরগা শান্নরিবা মমিং লৈরবা কলাকার কয়াগী শোনি। টেলিভিজন্দা উৎলিবদুগা অমতনি। শা, উচেক, মী, হিংচাবা, হেলোয়, তীন, কাঙ পুন্নমক অঙকপা ফীজেত্তা থোরক্লুনা জগোয় শাবনি। অমেরিকা অমসুং ইউরোপকী মফম কয়াদা কোয়রুরবা কাঙবুনি। ৱারীদি অমনিদং খঙবগুম তৌই। অদুবু উৎলিবা পুন্নমক নোংপোক নোংচুপকী অঙাংগী ৱারী ঙাক্তনি হায়না খল্লুদে। পঙনুংদা নুংঙাই, নোংপোক নোংচুপকী ফীজেৎ, শাথেক ময়ামদু অঙকপগী মশক ওইনা মতীক চারবা লাইটকী শক্তিগা লোয়ননা লেপ্তুনা উৎলকপদুদা। মরক অসিদা লাউ লাউদনা পোৎ চৈ মখল কয়া য়োনবসিমা অঙকপনি। প্রোগ্রাম লোইবদা অঙাং মচা ময়াম থোরক্লুনা কলাকারশিংগা খুৎ শোক্লে হান্নগী ফিজেত্তা।

প্রোগ্রাম নোট ফাকতোক্লুবদা অসুন্না লৈরমলে। এক্ট অনিনি। অহানবা এক্টতা ওবার্চর মিক্কী লিদ্‌স্ দ বেগু, পিনোচিও (ফাওরবা ইটলীগী ৱারীনি), টোই ষ্টোরি, ব্যুটি এণ্ড দ বিষ্ট (ফাওরবা ফিলম অমসু লৈরে-- শক ফজবী অমগা শক লোৎপা নিংথৌ মচা অমগা নুংশিনরকপনি), ক্লাসিক প্রিন্সেস (তোংঙান তোংঙানবা লমগী ফিজেৎকী রাজকুমাবীশিংনি), মিক্কী মাউজ ক্লব অমসুং ইট ইজ এ স্মোল ৱার্ল্ড (নোংপোক নোংচুপগী ফীজেত্তা মৈগা লোয়ননা বেলে উৎপনি)। অনিশুবা এক্টতা গুদি এণ্ড দ কম্পানি (মসিদা আইস হোকী শান্নে-- ৱাবী অমগা লোয়ননা), অলাদিন (ভূত থোরক্লগা কিববা শকফমশিং চোংথোবকপা), এ বগ্‌স্ লাইফ (মাগী পুন্সী উৎপনি), লাইওন কিং (ফিলম ফাওবা লৈববা নোংশাগী ৱারীনি), অমসুং মেজিককী চহী ৭৫ শুবা দিজনী লেগুগী কূম্মৈদি তশেংবদি মেজিকনি। অঙাং অহল পুন্না য়েংবদা নুংঙাইমিন্নবা কূম্মৈদা হৌজিক ফাওবদা মসিদগী হেন্নবা থোবক্তি। মতুংদা থোরকপদি থোবকখিগনি-- অমেরিকাগুম্বা লমদমদা।

মথক্কী খরা অসিদগী ঐখোয়না খনবা য়াই— অমেরিকা হায়বসিদি পঙনুংদা নুংঙাইবা স্বর্গগী লৈবাকনিদনা। মদুমক্তি নত্তে। অৱা অনা, শিবা লৈবা মর্ত্তগী লমদমনি। মসিগী তোপ তোপ্পা পুন্সী মহিং নৈনবা দরকার ওই। থক-খা নাইদবা, অচৌ পিশক খায়দবা, শাগৈ জাৎ নাইদবা, জাতি বিজাতি লৈতবা মান্নবা হায়বা গণতন্ত্রগী মশক অসিনা (মসিদা মীওইবগী নীংতম্বগসু খুৎশম্নবা চৎমিন্ননবা হোৎনরিবা) অমেরিকান অমগী পুন্সীগী ৱাখল, চৎনরোল অমসুং ৱাঙাঙ শঙাঙদা পুশিল্লকলিবসি করম্বা মশক্নো? মপানগী মশকপুদি ঐখোয়না চাউরাক্লা উবে। মনুংগী মশক্লা করিনো? হায়বদি অঙাংগী পুন্সী কমদৌই? মমা, মপা, মচাগী লৈনরিবা মরীনা করিনো? অহল ওইরকপদা কমদৌনা য়েংশিনবী, শিরগা কদায়দা চৎলি অসিনচিংবা। মসিদসু অমুক রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজনীতি অমসুং ধর্ম্মনীতি লোইনা চঙখ্রে। মপানগী মীনা অমেরিকানশিংবু কমদৌনা উবগে? মপান্দা মশানা মশাবু কমদৌনা শক তাকপগে? অমেরিকান সমাজদা চপ চাবা নুপীগী মফম করিনো? অসিনচিংবা ৱাহং খরসি খুন্নবা হোৎনবা তাই।

অমেবিকাগী সমাজদা তত্তনা থেঙ্গায়নরিবসি কল্পবা শক্তি অনিনি। অমনা এমারসন, থোরোদগী হৌবদুনা লুশিল্লবা পুন্সীগী অমসুং ৱাংমগী শব্দক্তুগী ফিদম থিবা অমসুং কখোকপগী অচম্বা পুন্সী অমগী মঙলান শাগৎপা— মপূং ওইনা ধর্ম্মগী ঈচেলনি। অনিশুবা শক্তিনা য়াম্নমক প্রাকটিকেল ওইবা, কারবারগী চপ চাবা ৱাখল লৈবা, লৈচীন থক্তা য়েংখত্তদুনা পুন্সী অসিদা কুপ্পা য়েংশিল্লগা য়াবমখৈ থক্তুনা চাদুনা কোয়দুনা নুংঙাইরবা পুন্সী অমগী মঙ মতম পূম্বদা শাগৎপা। মতাং অসিদনা জোন দিউয়ী (John Dewey) নচিংবা প্রাগম্যাটিক দার্শনিকশিংনা য়ূম্ফম থোনবনি। অনিমক পূনশিল্লগদি অমেরিকাসি য়াম্নমক থায়নগী লীচিংদা থাজবা (Conservative) সমাজ অমনি। চবাঙনরবা ঙাইহাক্তা পোথাদবা লমদমসিদা ধর্ম্মগী লীচিং অমনসু চেৎনা পুল্লিবনি। য়ু থক্তুনা পূমঙাও ঙাওদুনা লৈবা জাত নত্তে। চাওখৎপদা মকোক থোংলিবা জাতিনি। হৌজিক্তি মীয়াম তিনফম, থিয়েটব অমসুং পার্কনচিংবা মফমদা য়ু থকপা কন্না থিংলে।

ইশামক্কীদি অমেরিকাগী য়ূমথোঙশিংদা চঙদুনা, পণ্ডিত কয়া মীওই কয়াগা উনদুনা ৱাবী শানবগী খঙজনবগী খুদোংচাবা ফংজবক্তে। মথক্তা পনজখ্রিবা ফরাসী পণ্ডিত টোকেবিলগীদি ফংখি। মহাক্কী লাইবিক্তা অমেবিকাগী দিমোক্রেসি অসিনা জাতিগী শাক্তং লীচত্তা, সাহিত্যদা, ধর্ম্মদা, ৱাখলদা কমদৌনা মমি তাবগে হায়বদু য়াম্নমক মযেক শেংনা উৎলি। মদুমক্তি হৌজিক ফাওবা চুমলি হায়না লাইরিক

অসিবু সম্পাদন তৌরিবা হেফনার মক্লা হায়। মসিমগা, খবরদা, জর্নলশিংদা নৈনরিবা কয়া অসিগা অমসুং মপূং ওইনা ইচা অমসুং ইমৌ অনিদা অমুকসু হংখোৎপা তৌজরগা, পুন্নমক্কী মথক্তা ঐহাক্না খবদং উজদুনা ভাবনা শাগৎচরিবা খরা অসিদা পুনশিল্লগা, অমেরিকানশিংগী পুন্সী মহীং অসি পুথোক্লবা লাক্লজবনি। শোয়দনমক মপূং ফাদবা ওইগনি। পূমলান লানবদি ওইদবসু য়াই। মত অমতং ফোঙদোকচবনি-- লুরবা হীরম অসিদা।

ফরাসী পণ্ডিত অসিনা ইরি-- ফজবগা চৎনবা য়াবগা অনিসিগী মনুংদা অমেরিকানশিংদি ব'ান্নবা চৎনবা য়াবদা থাজে। কান্নবদুনা ফজববু শেমগৎনবা হোৎনৈ। মসি নোংপোক লমদমগী মীৎযেংগা খৈন্নে। ইউরোপ ফাওবদা ফজববুনা হেন্না, গ্রীকশিংদগী হৌরদুনা-- পামজৈ। অমেরিকাগীদি ওইজবা, কান্নবনি। শিরগা কবি ওইগদগে হায়বদু অয়াম্বনা কূপ্না য়েংশিন্দে। অয়াম্বনা চৎলিবা খৃষ্টাইন ধৰ্ম্মনা (কেথোলিক অমসুং প্রোটেষ্টান্টশিং-- কাঙলূপ কয়া থোকপা) হায়রিবা খরদুদা অদুম থাজে। ভারত্তা তৌবগুন্না যোগীনচিংবা ওইনবা হোৎনদুনা ধ্যান তৌদুনা ধৰ্ম্মদা হাযরিবা অচুম্বদু মশাদা ফাওনবগী দরকাব লৈতে। মীওই খরা, কাঙলূপ খরা নত্তনা। ১৪ শুবা দালাই লামা (Dalai Lama) না মহাক্কী হন্দক্তা ফোঙবা ফনসু যাম্না পানবা লাইরিক্তা হায়বা-- হৌজিক্কী সমাজগী সমস্যাশিংদি নীতিগা মরী লৈনৈ। অব্রাবগী শরূক অয়াম্বা নুংগী ওইবা ইস্থলশিং থৌশানরক্তবদগী (neglect of inner dimension) থোকপনি হায়বদু পণ্ডিত অমনা নিয়ু য়োর্ক টাইমসতা বুক বিভিয়ু তৌবদা টিকা পী -- চুমদবদি নত্তে। অদুবু নুংদা ওন্দনা পান ওনবা ওইথোক্তে হায়বসিমদি পুন্নমক্কী ওইদবা য়াই। ভারত্তা ওইরবদি হায়গনি-- চঙশিল্লো নুংদা অসুম অসুম ধ্যান, যোগ তৌদুনা। অদুগা অমতা ওইবা মশক্তুদা তিনখ্রো। বৌদ্ধ ধৰ্ম্মনা হায়রিবসু ব্বারবা সংসাব অসি থাদোক্তুনা নির্বান খুবম ফংনবা হোৎনৌ হায়বনি। মসি অমেরিকানা পূমযা য়াবা নত্তে। ধৰ্ম্মনবুদি খরদি হায়রি। অদুবু হায়জবা হায়বদুনি। অমেরিকাগী গীর্জাশিংগী পুরোহিত, সমাজদা মখোয়গী ব্বাংলবা মফম লৈ। অদুবু লৈবাক শাসনদদি মব্বা লৌদে। অমেরিকাদি চপ চাবা সেক্যুলার ওইবা মহাদেশনি। ধৰ্ম্মনা লমজীংদে।

অঙাংশিংবু মপা মমানা চাউরক্ত্রিবা ফাওবা মপূং ফাবা মী ওইনবা অহীং নুংথিল হোৎনৈ। অঙাংগী চাউববা সাহিত্য লৈ। (মণিপুরদদি মঙ ফাওবা মঙদ্রি)। কমদৌনা অঙাংশিংনা বিজ্ঞানগী জগত্তা চঙশিনগদগে, নুংঙাইজবা নোকচবা ফং গদগে হায়বসিদা কৈথেলদা. মেলাদা, ঈশৈ জগোয়দা, টেলিভিজনগী পুং ২৪ গী

প্রোগ্রাম কয়াদা অতৎপা লৈতনা হোৎনৈ। অঙাংদি নীংথিজনা শেমই। ফূ-চৈবগী থবক থিংখ্রে। পঙতাক্তা তাক্নুা লাই শাবনা লৈখোমবু শানীংবা মওংদা শাফম থোকই হায়বগী থায়নগী চৎনরোলদু মতমগী মনোবিজ্ঞাননা ককখ্রে। কমদৌরগা অঙাংগী মশাদা কোন্নবিবা ফোঙদোক্ত্রিবা শক্তিশিংদু শাৎকায়হনগদগে হায়বসিনা হৌজিক্কী শিক্ষাগী পান্দমনি। অদুবু অমুক কোলেজনচিংবা য়ৌরকপদগীদি চপ চাবা নীপা নত্ত্রগা নুপী হায়বদু ওইরে। মমা মপানা হায়বা থোইনা লৌদ্রে। ব্যবহারবুদি কায়দে। অদুবু ঐসু মী অমনিনা হায়বগী ৱাখলদু চপ চানা ফোঙদোক্লে। হনুরবা ফাওবা শোল্লবা মমা মপানা হায়বা ইনবা হায়বদু অমেরিকাগী সমাজদগীদি মাঙখ্রে। ইপা ইমাসু ঐসু চপ মান্নরে হায়বগী ৱাফমনি। হেঞ্জিন্নবা য়াদ্রে। লুবু লুহোঙখ্রবদি মানা থোকপা অমা তৌদুনা তোংঙান্না পুন্সী লেনবা তাবনি। মমা মপাগী মফমদা তাংজবগী পুন্সী মরেল চৎনদে। মমা মপানসু তোপ্পা লৈখ্রবা মচা মশূশিংগা উনবা তারবা ফাওবদা মতম কক্লদুনা (টেলিফোনগুম্বদা) উনৈ। চয়োলদা অমুক্কা ওইনা মশূশিং পুদুনা কোয়বা চৎমিন্নবা য়াই। মদুমকসু পঙতোয় তোয়নদে।

মমা মপাশিংদুনা তোপ্পা লৈজবদা য়ান্নমক শোনজিল্লক্লবদি মচাশিংগী মনাক্তা পুশিন্দে– ঐখোয়গী লমদা চৎনবদৌনা। নর্সিং হোমনচিংবদা পৈশা তিংনা থমই। মসিমসু সরকারনা শিদ্রিফাওবগী য়েংশিনবগী মওং লৈ– তেঙবাংগা লোয়ননা। মশা মশাগীসু লৈজবা পূম্বা পুথোকপা তাই। শিনবা মতম লেনবা হায়বদুনি। নুংঙাইবদি নত্তে– মচা মশূশিংগী মশক তোয়না উবা ফংদবনা য়ান্নমক নাইতোম তারবা পুন্সীনি – হনুবসু, হনুবীসু। অহনবু ওইরক্লবদি উনবগী তানবগী শক্তি শোল্লকপনা কার থৌবা ফাওবদা থেঙ্গায়নদুনা তোয়না দশা তানৈ। ইউরোপতগী হৌদোরক্লিবা চৎনবী অমেরিকাদসু চপ চানা য়ৌরকপনা অহল ওইরবশিংবু, এসিয়াগী লমদমগী চৎনবীগা চাংদম্নবদা থৌশাদে হায়বা তাই। হকচাং ফরিমবখৈ, পৈশা তানবা ঙমলিবমখৈ নিং থৌনি। অহল ওইরবশিংদি ৱাইচিল্লি কদাইদনো থমজিনখ্রো হায়বগী মওংনি। মচাশিংনা মমা মপাবু লুনা তৌবগী চাংসি য়াম্না ৱাৎলি।

অদুমকপু হৌজিক্তি, পেনসন্নচিংবা ফজনা পীনবা হোৎনদুনা নর্সিং হোম ফাওবা ময়াম পুন্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা অদু ফংননবা কম্যুনিটি অমগী মওং তারক্লবা চাংয়েং কয়াসু চখবা হৌনরক্লে মচী মচীদা। মসিমদি মীৎয়েং পাকথোরকপনি। মিনুংশি খঙবা হেঙ্গৎপনি।

দিমোক্রেসিদা য়াওরিবা ইতোমতগী (individualism) হায়বা ময়ামদগী তোপ তোপই হায়বগী ভাবতু অমেরিকাগী মীওইশিংদা ফজনা লৈ। মদুমক্কা য়ান্নমক

মশা মশাগীতা খনবা ওইহল্লবরা হায়বদুদি নত্তে। ক্লব, সোসাইটি— ধর্ম্মগী, সোসিয়ল সার্বিসকী, সাহিত্যগী, রাজনীতিগী ব্রাখল্লোনগী— কাঙবু কাঙবু মশীং থীঙমদনা আমেরিকাদা লৈরি। অসিনা মীয়ামগা মশাগা নুংশিনবগী শক্তি হেঙ্গৎহল্লি। মীয়ামগী সেবাদা পূরুীং চঙহল্লি। কোটিপতি নচিংবা কয়ানা লেপ্পনা চাউর চাউরবা দান তৌই। ফাউন্দেসন, ট্রষ্টনচিংবা কয়া শেমগৎলি। ঈনাকখুনগ্রবা কাববারগী মপু অমনা শিরমদাইদা কোটি কয়া মহাক্কী ব্রার্করশিংদা য়েম্লোক্রম্বগী ব্রারী তাবা ফংই।

অমেরিকাদা নাবা য়াদে। নাবু নারবদি লন্নাইগী খরচ য়াম্নমক তৌবা তাই। অমেরিকাদা হোস্‌শিতাল কয়া লৈ। অদুবু ভারত্তা তৌবগুম্না হীদাক লেম্না ফংবদি লৈতে। সরকাবনা চহী ৬৫ শুবশিংদা অহল ওইরকপগী (সিনিয়র সিটিজন) খুদোং চাবা পীবদি লৈ। হীদাক্কী মমল য়ামই। অসিনা অঙাংগী অহলগী মেদিকেল ইন্সুরেন্স য়াওই। অমেরিকাদদি ইন্সুরেন্সকী ইন্সুরেন্স ঙাক্তনি। য়াওহৌরবদি কম্পানীনা খরচ পুথোকই— য়াম্নমক্তি কা হেন্দবদা। য়াওহৌদ্রবদি ডাক্তর অমা কৌবদা, খোঙ অমা তেক্লে হায়বগী হোস্পিটালদা চৎপদা য়াম্নমক খরচ তৌবা তাই। পৈশা য়াম্নসু ফংনৈ— য়াম্নসু চৎলি। ময়ায় ওইরপ্লা ঈনাকখুনবা কাঙবুগীদি তশেংনমক দশা তানিংঙাইনি। অসুম্নবু হায়নৈ— তলব চাবা কাঙবুগীদি শরূক অহুমগী মনুংদা অমদি ইন্সুরেন্স অমসুং অতৈ পৈশা ককপদা লৈহৌরে। উকিলগী দরকার য়াম্না লৈ। কেশ অমা ঙম্বদা উকিলগা তঙ্খায় য়েন্নবগী চৎনবী ফাওবা লৈ।

নুপীগী ফীভমদি কমদৌই? ইউরোপতা চৎনবদৌনা নুপীগা নীপাগা অধিকার চপ মান্নে, নীপানা তৌবদু নুপীসু তৌগদবনি হায়বদু অমেরিকাদা চৎনদে। থাক্তি হম্বুবা নত্তনা থবক য়েন্নবদৌনা নুপীনা য়ুমগী শরূক অয়াম্বা যেংশিল্লি। থবকপুদি মখোয়সু তৌদবা নত্তে। অদুবু য়ুমগী মবেম্মদি নুপীনি। লুহোঙনবসু য়াম্নমক ভাব তানরবা মতমদনি। অদুগী মথক্তা সমাজনা য়াদবা, শাগৈ চঙনদবা, জাত বিজাত নাইবা হায়বদুমা লৈত্রে। অতৈ সমাজদা তিন্নবা য়াদবা কাঙবু অনিগী মরক্তা নীপা নুপী নুংশিনরকপদা থোরক্লিবা কপ লাউনবা, মতোমতা শিজবনচিংবা তোয়না থোক্লিবদু অমেরিকাদদি লৈতে। নীপানা লমহেনবসু চৎনদে— হেন্দ হেঞ্জিল্লক্রবদি আইনগী চৈরাক ফংগনি। পুন্সী চুপ্লা কায়নবা য়াদবা হায়বা হিন্দুগী চৎনবীদুসু লৈতে। অদুবু কামদা ঙাওনখিদুনা তোয়না কায়নখিবগী মওংদুসু লৈতে। ইউরোপতনা খরা কোমই।

মথক্তা হায়জখ্রে— অমেরিকাগী সমাজ কঞ্জার্বেটিভ ওই। নুংশিনা চান্ননা হিংমিন্নবা হায়বসিনা পান্দম্নি। লুহোংববু মশা মশানা নুংঙাইনা পানমিন্নসি হায়বগী কন্ট্রেক্টনি। য়াম্নমক নুংঙাইরম্বা ইমুংনা য়ুমহোং তোয়বদগী নৎত্রগা মরম খরদগী

ভিক্ষা নিবগী থাক য়ৌরক্লবসু নুপীশিংদু নীপাশিং থাদোক্নে। ৱারবা য়ুম্বান অদদা থৌনা ফনা, খাঙবা কন্না, মখা ক্রক ক্রক চীক্তুনা নীপাগী মতেঙ পাংই। মসিমদি অমেরিকান নুপীশিংগী ফজবনি। নুপী মশা য়ানীংদনা ইজ্জৎ মাঙহনবা অমেরিকাদদি কনখ্রবা চৈরাক ফংই। নুপীবু অসুক য়াম্না ব্যবহাব তৌই— লৈশাবী অমনা অমেরিকা থুংনা কোয়বদা মঙোন্দা নুংশা থীবা খক পোকহন্দে। হৌজিকপুদি নুপীসু সিনেটব, গবর্নর ওইবনচিংবা কয়া য়াওরে। শাসনদা যাওদুনা সেক্রেটবী (ঐখোয় লমগীনা মন্ত্রী) ওইবনচিংবা য়াওরক্লে। অদুবু ফেমিনিষ্টকী আন্দোলনদা কন্না য়াওদুনা নুপাগা লাম্বা তৌনগনি হায়বসিদি নুপীশিংগী ৱাখলদা পোক্তে। শান্নখোৎনবদসু নুপীগী অঙকপা শক্তি ফোঙদোক্নরক্লে। হৌজিকমক পৃথিবী পুম্বগী ওইবা সোকর (ফুটবোল) দা অমেরিকাগী নুপীগী টিমনা চেম্পিয়ননি। অইবী, কবি, লাইয়েকপী, রাজনীতিগী নুপী কয়া থোরক্লে।

য়েংবদদি অমেরিকানশিংসি কষ্ঠা কল্লেমনবগা, তিন্নবদদি দ্রো দ্রো তৌই। ইংরাজশিংগুম্না রিজার্ভ ওইবা, শক খঙনদ্রিমখৈদি ট্রেনদা পুং ৫ ফমমিন্নরবসু বা ঙাঙনদবা হায়বনচিংবদু অমেরিকানশিংদা লৈতে। ঙাঙখ্রবদি লোইবা নাইদে। তারিবা অদুনা হেনমক্লে ওকলে হায়বগী ইঙ্গিৎ কয়া ঙাঙলিবা অদুনা খঙবা ঙমদে। মহাক্না ঙাঙবদু পুক্নীং চঙনা তারি হায়বগী ভাব অমা ঙাঙলিবা মশাদা ফাওই। খাঙবা ঙমদ্রদুনা মফম অমদা চেনখিবদা চেল্লবনি হায়বসি খঙদে। মরমদি থক-খা খায়দবনিনা পুন্নমক অসি ইমান মান্নরে তিন্নবা য়াই হায়বসিগী ভাবতা চৎখিবনি।

ঈনাকখুল্লে অচৌবা জাতি ওইরে হায়বগী ভাব অমদি অমেরিকানশিংদা পোক্তবা নত্তে। মরমদমদা মখোয় মশেল খৎন-লাউনবদি অদুম তাশিন্নে। পাউখুম পীনৈ। মপান্দা থোরক্লগা অমেরিকাবু থাগৎপদি হরাউনা তায়। অমেরিকাগী সমাজ অমসুং রাজনীতিবু সমালোচনা তৌরক্লবদি থীনা হায়বক্লবদি খাঙবা ঙমদে। য়াম্নমক পেন্দবা অশাউবা ফোঙদোকই। মশানা মরমদমদা পেঞ্জদবদি যাই। মপান্না মরমদমবু উশিৎ-থওইদ্রবদি তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদে।

ঐখোয়না বেদদগী হৌরদুনা পুয়া-পুরাণদা লাই-হিংচাবা খৎনবগী ৱারী তায়। মহাপণ্ডিত ওইরবা রাবণ ফাওবা রামায়ণদদি রামনা লাই ওইবগা মহাকপুনা অসুরনি, হিংচাবনি হায়না লৌই। অসুরবু হিংচাবা হায়না অর্থ হন্দোকপসি ৱাহৈগী মপুং ফাদবনি। মীওইবগী থম্মোয়দা তত্তনা দৈবী শক্তি অমসুং অসুর শক্তিগী অকনবা লান থেংনরি। অনিমক য়াওরি। দৈবী শক্তিনা কনখৎলবা মতমদা ব্রাহ্মণ অমসুং অসুর শক্তিনা হাইগৎলকপা মতমদা ক্ষেত্রীগী মশক লৌরি। শক্তি অমসুং পৈশা

পায়বদা খ্বাইদগী অথোইবা জাতি ওইরক্লবনিনা অমেরিকানশিংগী পুন্সীদসু অসুর শক্তি কন্না চঙলক্তবা নত্তে। মসিবু দৈবী শক্তিনা ঙাকথোকপা তাবনি। অমেরিকাসু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও লোইরকপগী অদুৱাইদদি দ্রগতা, নীপা-নুপীগা কামগী ময়াইদা অমসুং রোক 'ন রোলনচিংবা অঙাওবা ঈশৈ জগোয়দা পূমঙাও ঙাওরুরবনি — নহারোল পূন্নমক। মসিমসু হিংচাবগী শক্তিনা কনখৎলকপদগী থোকখিবনি। হৌজিকমকসু এইদস লায়নাগী চৈথেং নহারোলদা ফংলি।

পূন্নমক অসি অশৈবশিংনা, লীলা তৌবশিংনা অমসুং লাই য়েকপা শাবশিংনা মখোয়গী পোত্থোক কয়াদা তওনা ফোঙদোক্লি। পূন্নমক নুংঙাইবগী মশক নত্তে। নুংঙাইরবা পুন্সীগী মশক নত্তে। ওল্লকইবা সমাজগী নুংগী ঈচেলদা থেঙ্গায়নবগী মশক কয়া উৎলি। থাজরম্বা আশা কয়া থুগায়। মঙ কয়াবু কায়হল্লি। খাঙঙমদ্রবা পুন্সীগী চৈনাখোল ফোঙদোকই। চপ চাবা মীওইবগী পূকচেলগী ক্রাইসিস (Crisis of the Spirit) হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলকই। মসিমক্লসু সমাজ অসি হিংলি হায়বা তাক্লি। মশক তাক্লবা মমায় চুন্নবা হোৎনবনি। চপ মান্নবা মশকপুদি নত্তে। অফবা, ফত্তবা, আশা, নীংবা কায়বা, মীওইবগী মায়থীবা অমসুং থিংবা ঙমদ্রবা শক্তিবু অমেরিকাগী পুন্সীদা য়ূম্ফম ওইরগা ফোঙদোকপনি।

হৌজিক্তি অমুক অমেরিকান হায়রগা ইউরোপিয়ান অমেরিকান ঙাক্তবু খঙনবা য়াদ্রে— মপূং ওইবা মশক্তি ওইরবসু। জাতিগী ৱাখল পোক্লরক্লে। হান্নগী অঙৌবা জাতিগা অফ্রিকান-অমেরিকানশিংগা, মশীং য়ামখৎলক্লবা লাটিন অমেরিকানশিংগা অমতা ওইনা হিংমিন্নবগী সমস্যাসু থোরক্তবা নত্তে। এসিয়াগী জাতিশিংসু তিন্নবা অসিদা য়াওররি। অহানবদদি পূন্নমক অমতা ওইশিনবা (Melting pot theory) হায়রম্বদগী হৌজিক্তি শিংজুগী মশক (Salad Bowl) হায়দুনা জাতিশিংগী মশক্তি কায়হন্দনা পুনশিল্লগা, হাউরবা মথেল অমা ওইহনবগী ৱাখলনা মপূং ওইরক্লে। মীনায় পথাপ মূখৎখ্রবসু, অমতা ওইশিন্নবা হোৎনরবসু (সরকারনা, প্রজাশিংনা), হান্নগী অমেরিকানশিংগা অফ্রিকান-অমেরিকানশিংগা, পূক্নীংদা থম্মোয়দা অমতা ওইরে হায়বা য়াদ্রি। অসিগুম্বা এথনিক পোলিটিক্সনা অমেরিকাগী সমাজদা শীংনবা অমদি পীররি।

মমিং চৎলবা সোসিওলোজিষ্ট অলৱিন টোফলর্ (Alvin Toffler) না মহাক্কী লাইরিক অমদা (Power Shift - ১৯৯০) ইরি— ফরবসু ফত্রবসু হৌজিক্তি পৃথিবীগী মীওইশিংনা ইউরোপকী, মপূং ওইনা অমেরিকান পুন্সী মওং, মীৎয়েং, ফেসন, ৱাখল অমসুং থৌইনশিনশিংবু তান্নরক্লি। অমেরিকাগী পোপুলার কলচরগী অকনবা আপীল অসি হৌজিক্তি পৃথিবী পূম্বদা শন্দোকখ্রে।

## ১৮

# পন্থুংফম কদায়দনো ?

অমেরিকাবু ফনা ফজনা মশক খঙখ্রবা দার্শনিক প্রোফেসর এ এন হ্বাইট হেদনা হায়খিবা অমা লৈ-- অমেবিকাগী কলচবগী মচং ওইবা মশক্তি মাঙদা চঙশিনবা হায়বসিনি। ঐহাক হৌজিক্তি নুংঙাইবে. ঐখোয়সু নুংঙাইমিন্নরে: তুংগীদি তুংগী থোকপা-- হায়বা মীৎয়েং অসিনি। চহী ৪০০ মুক্তা ঙায়রিবা সভ্যতানিনা মখোয়দা তুংহন্না য়েংবা হায়বা, থায়নগী ফজবদু মাঙখিগদ্রা হায়বগী নুংশা থীবা পোক্তে। ইউরোপিয়ানশিংদা পোকপদৌনা। বেনার্সাঙ্গকী মতমদা মখোয় পূন্না তুংহন্না য়েংখি -- উবা ঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না হৌখ্রবদু পুশিল্লকবা লাক্লখি। অমেরিকাগীদি মসি লৈতে। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী অঙকপা শক্তিনা ফজখ্রবা মালেম অমা শেমগৎপগী মঙ মঙলি। নিয়ুক্লিযব শক্তিগী অকিবা মশক থেংনদবসু নত্তে। মসিমসু অমুক হাপচিনখিদুনা শক্তি অসিবু মখোয়গী মখাদা থম্বা ঙমগনি হায়বগী থাজবসু পোক্লি। অদুনা অমেরিকানশিংগীদি-- হৌজিক। মাঙদা চঙশিল্লু, মাঙদা চঙশিল্লু হায়বা মণিপুরগী আধুনিক ঈশৈদু নীংশিংলকই।

অদুবু অমুক হৌজিক হায়বা ঙাক্তনসু য়াদে। তুংদা করি ওইবক্কদগে হায়বা অসিমসু খন্দবা য়াদে। তুংগা শমজিন্নদ্রগদি হৌজিক্কী অর্থ লৈতে। অসিনা করম্বা তুংগী ফীভম অমদা হৌজিক্কা শমজিন্নবগা মঙলৈবাক অমা কমদৌনা শেমগদগে হায়বসিদি থাদোকপা য়াদ্রবা বাহংনি। থা ৪/৫ চুপ্পা অমেরিকাগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মশক অমগা অসুম শম্নবসিদা বাহং অসি ঐঙোন্দসু লাক্লি। ঐহাকসু নোংপোক্কী কলচরগী মশক খরসু ইশাদা যাওদুনা লাকপনা অনৌবা অমা ওইনা

থোক্তবসু নত্তে। উরিবা অঙকপা অরংবা ময়াম অসিনা ঐহাকপু নুংঙাইহনবদসু নত্তনা ঙাওহনবা অমা (মতম খরদংগী ওইরবসু) পোকহল্লি। হংদবসু ঙমদে-- লম্বী অসিনা করিদা তারগদৌরিবনো?

ঐহাক্না গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী দর্শনগী ছাত্র ওইরিঙেদা (১৯৪৮-৪৯) প্রোফেসর ভবানন্দ দত্ত হায়বদুনা নোংমা ক্লাসতা হায়খি। মহাক্তি অকনবা মার্ক্সিষ্টনি। মতম অদুদা ডাক্তর সর্বপল্লী রাধাকৃষ্ণননা য়ুনিভর্সিটিগী অহানবা কনভোকেসন এড্রেস পী। ওহোক্না ফজনা ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী মরমদা ঙাঙখি। ওঝা দত্তনা হায়খি-- ঐহাকসু মহাক্কী ভাষণ তাবদা নোংমা-নিনীদি ঙাওখিদুনা লম্বী মাঙবগুম তৌখি। মসিমকনি ঐঙোন্দা পোক্লিবা ৱাখলসি। চেৎনা কোনশিঞ্জরিবা ধর্ম্মগী লীচিং, অঙাংবা অতপ্পা পুন্সী, অরান খুবম ফংবগী লম্বীদা চঙশিল্লিবা খোঙথাং অসিদগী হেন্না অমেরিকাগী য়াঙলবা জেট, এরোপ্লেনগী শক্তিদা পুন্সীগা লাম্ছেংনরিবা অসিনা হেন্না অচুম্বা লম্বী ওইরবরা? কেপিটেলিজম-- কম্যুনিজমগী ৱাফম নত্তে। অঙাংবগা অয়াঙবগা অনিগী ৱাফমনি। পুন্সী অমসুং মসিগী ৱাংমগী ৱাফমনি।

সমাজদা মান্নবা হায়বসিগী লীচিংদা শাগৎলকপা অমেরিকাগী কলচরনিনা অয়াম্বনা তোয়না শোন্নবা অমেরিকাগী মঙ (American Dream) হায়বা অমা লৈরি। য়াম্নমক চেৎনা থাজনবনি। পুরাণগী ৱারীগুম্বনি। মসিগী হৌরকফমদি প্রজা পুন্নমক শূ-নোমদুনা চাওখৎমিন্নবা য়াই হায়বনি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী অদুবাইদগী মীওই খরনা ঙমজবা শক্তিনা সমাজগী লুচিংবা, পৈশা পায়বা ওইরকপা য়াই হায়না ওহোকখি। অদুদগী অমুক হেনজিল্লক্তুনা উপায় অমা তৌদুনা হোৎনরবদি মী খূদিংমক ঈনাকখুনবা ওইরকপা য়াই। মসিবু প্রোফেসর হ্বাইট হেদনা চোপথরকপা মশক (Vulgar myth) কৌই। মমিং চৎলবা উপন্যাস ইবা স্কোট ফিটজরেল্ডনা হায়খিবা লৈ-- অমেরিকাগী অকনবা অপাম্বদি কৈনো অমা শোয়দনা থোরক্কনি হায়বসিনি। অদুবু থোকপদি খক থোরক্তে। অমেরিকা থানি-- খক্তি থোরকপা লৈতবা। ৱাফম অসিমক মহাক্কী উপন্যাস অমদা (The Great Gatsby) গেটসবী হায়বা চরিত্র অসিনা অসিগুম্বা শেরান্নবা মঙদা তাউখিবদগী পুন্সী ফাওবা মাঙখিবগী শক্তম উৎলি। অসিগুম্বা মঙ অসিদা কা হেন্না চঙশিল্লোইদবনি। মঙগা তাইবংগগী খেন্নবা লৈরি।

অতোপ্পা অমনা বিধিনা তম্লম্লবা অমেরিকাগী থৌদাং (Manifest Destiny) হায়বা ৱাফম অমসু মতম খরগী মমাঙদদি য়াম্নমক চৎনরমই। অশেম্বা মপুনা মালেম অসিবু শেমদোক শাদোক্তুনা কন্না য়েংশিন্নবা থারকপনি। চাউখ্রবা আশানি। ঐহাক্না মুসূরীগী অমেরিকান সেমিনার য়াওবা মতমদুদা পণ্ডিত অমনা বিষয় অসিমক্তা ৱা

ঙাঙখি। মপুংদি লৈ হায়বসিনি। হৌজিক্তি পূন্নমক্না য়ানরে– অসিগুম্বা থৌশীল লৈফম থোক্তে। অতৈ লৈবাকশিংবু যেংশিনবা, লাকশিনবা নত্তে। পূন্নমক্কা নুংশিনা চান্ননা লৈমিন্নগদবনি। মদুদা অমেরিকাগী অঙম্বা শক্তি য়ান্নমক নোল্লুক্না শীজিন্নগদবনি। অসুন্না মতাং মতাংদা মঙলকপা মঙগীসু মতমগা চূনদবা কয়া লাকই।

অদুগা অসিগুম্বা চাওখৎপগী, শেৎপা চাবা নীংথুংবগী, পুক্নীদা য়ারিবমখৈ নুংঙাইথোকপগী মাঙদা চঙশিল্লিবা খোঙচৎ অসিদা থাজরিবা অমসুং শেন্নরিবা কাঙবুসু পঙনুংদা নুংঙাইবদি নত্তে। অকিবা নুংশা থীবা কয়া ফোঙদোক্লি। পার্টি পোলিটিক্সকী ঈবাংদা, শক্তি মুন্নবগী লডাইদা অমেবিকাগী বাজনীতিগী থাক অসি চহী ২০ মুক্কী অসিব্বাইদদি হুম্থরক্লে হায়বসি য়ানববনি। পোলিসীগী অশোয়বা মতাং কয়াদা (খূদম ভিয়েটনাম লান) জেল চঙনদুনা, শিনদুনা য়ানীংদবা উৎখিবসু কয়া অমনি। রাজনীতি তৌরিবা কাঙবু মক্না ফাওবদা চরিত্রগী ফজবা পান্নরকপা, হেন্না পূকচেল শেংনবা হোৎনরকপা অমসুং মীনুংশিগা কোন্নবা লৈঙাক্কী আপীল ফাওবা তৌনবক্লি। মীনুংশি চেনবা থায়নগী অচেৎপদা থাজবা (Compassionate Conservatism) হায়বা রাজনীতিগী স্লোগান লাউনরক্লি। প্রসিদেন্ট অমগী নুপী অঙাংদা চোপচবা শাজত্তা মহাকসি হৈনদবদা নত্তনা তূক্কচরে ফাওবা য়ৌনা খবরদা থৌনা ফনা ইনরকলি। অসিনদি শক্তি মুন্নরিবা মীওইশিংদা ফাওবা জাতিগী ওইবা অৱাৎপা অমদি ফোঙদোক্লি।

অমেরিকাগী রাজনীতিবু শেন্নবিবা মমিং চৎলবা অইবা রোবার্ট জে সেমুয়েলসন হায়বদুনা ইকুই কুইদনা লাউখি– ঐখোয়সি খিৎ আশা তৌমল্লে। সমাজগী সমস্যা পূন্নমক খন্নরগা হেক্তা তাইশিন্নগনি, থবক ফংদবা কোকখিগনি, লায়রবসু হেক্তা মাঙহনবা ঙমগনি, জাত-বিজাতকী ৱাফমসু, অর্থনীতিগী অমাঙ অতোংগী চক্রসু, অহল লমনগী মরাইবক থীরবশিংগীসু হেক্তা মাঙখিগনি হায়বা অসি চুন্নগী আশা তৌবতা নত্তনা অধিকার অমা ওইনা দাবী তৌবগী কা হেনবগী মশক ফাওবদা ঐখোয় চঙশিল্লে। মসিমদি খরা খঙ্থনসি হায়বনি।

অমুক হায়নরকলি– নোংমৈ পায়বা হিংসাগী হেঙ্গৎক্লিবা মশক। পৃথিবীদা খ্বাইদগী ঈনাক খুল্লবা লমদমসিদা নোংমৈগী হিংসা অসি খ্বাইদগী চাং হেল্লি। স্কুল কোলেজশিংদা চহী ১৫ গী অদুৱাইদগী নহাশিংনা নোংমৈ কাপ্পবদা শিনরিবসি– ১৯৯৭ তা চাদা ৮৬ তি অমেরিকাদা থোকখি। মতম অমদা অমেরিকাদা সমাজদগী নাম্থোক্তুনা চের্নখিবা হিপ্পি থোকখি। ৱিলিয়ম ফোক্নার, জোন ষ্টাইনবেকনচিংবা অইবা কয়ানা সমাজগী শিথরকপা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা মশক কয়াসু উপন্যাস কয়াদা ইদুনা ফোঙদোক্নবক্লি। মমিং চৎপা অইবা অয়াম্বনা সমাজগী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌরি।

ট্রোপিক ওব কেন্সর ইবা হেনরী মিল্লরনা ফাঁভম অসিবু কৌই-- এয়ব কন্দিসনগী মওলারুবা (Air Conditioned Nightmare)। খরনা মিংথোল্লি-- কেথোক মৌথোকপগী অরুম হৌবা (Luxary Fever)। অসিমসু হায়রি-- সরকারনা শোয়দনা ময়ামগী অফবা তৌরগনি হায়বসিদা চপ চানা থাজবসি চাদা ৪০ য়ৌদে। হায়রিবশিংসি য়াম্লমক চেকশিন্না তাফম থোকপা ৱাফম ঙাক্তনি।

অমেরিকাগী চঙশিল্লিবা চাওখৎপগী খোঙজংবু থওই উশিত্তনা হায়বা ঐহাক্কী শক্তিগী ৱাংমদনি। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙম্বা শক্তি অমত্তা হৌজিক লৈতে। সংসার থাদোক্লসি লম্বোইখ্রসি হায়বনা ৱাফম অমনি। মীওইবগী পুন্সীবু নুংঙাইনা থম্বা ঙমলিবা সভ্যতা অসিদবুদি ঐখোয ভক্তি কৎফম থোকই। স্বামী বিবেকানন্দ ফাওবা আমেরিকাদা চত্তুনা ব্রহ্মগী মশক তাক্লবদা ভারতকী লৈত-লায়রগী খল্লবদা মপি তাখি। থোবকই মদুদগী-- রামকৃষ্ণ মিশন পৃথিবী শীনবা থুংনা। সেবাদা কৎথোক্লবা সন্ন্যাসীশিং মুর্তিশিং। কমদৌনা লায়ববা কোকহন্দুনা অৱা অনা ময়াম অসিদগী কনগদগে হায়বসিনা মিশনগী লায়নীং ওইরি।

অমেরিকাগী সংস্কৃতিবু শক খঙনবগী খোঙচৎ অসিদা অমেরিকাগী প্রেসনা য়াম্লমক থাগৎনরল্লবা লাইবিক মচা অমা (The Pursuit of Loneliness - ১৯৭০) পাজে। য়াম্লমক অমেরিকাগী সমাজবু কুপ্না য়েংশিনবা পণ্ডিত ফিলিপ স্লেটার (Philip Slater) হায়বা অমনা ইবনি। অরি অনৌ কলচর অনিগী থেংগায়নরকপা মশক অসিদা অনৌবনা জয় তৌরবসু অমম্বগী লম্বীদা শেরান্ননা চঙশিল্লকপা অসিনি। পুন্নমক নুংঙাইমিন্নসি হায়বা মওদগী অমেরিকাগী সমাজ শেমখিবনি। অদুবু মসিদা য়াওবিবা মশা মশাগীতা খন্নবকপা, হেনবা তান্নবগী অমসুং পুন্নমক্কী মথক্তা টেক্নোলোজিগী মীনায় অসুম অসুম ওইশিল্লকপদগী তিন্নবা য়াদবগী সমস্যা মথং মথং থোরকপনি। মহাক্না লম্বী অনি তাক্লি-- অমনা সমাজগী সংস্থানশিংসি য়ারিবমখৈ ময়ামগী কান্নবগী মওংদা পুশিন্নবা হোৎনবা। খরা কুইনা চঙবা অনিশুবনা পবার অসি পুন্নমক্তা চাইথোক্লনা (দিসেন্ট্রেলাইজ তৌদুনা), হাযবদি বাজনীতিগী শক্তি অসি য়েন্নদুনা, পুন্নমক্না শরুক যামিন্নবা দিমোক্রেসি (Participatory Democracy) অমা ৱাববসু বানা ওইহন্নবা হোৎনবা। পূকচেলদি হোংবা তাবনি।

বাফম অসিমক্কি ভারতকী সমাজদসু মহাত্মা গান্ধীনা, লমজীংবা মীওই কয়ানা হৌদোকখিবা। ভারতকী লোনদাদা অহিংসা অমসুং সত্যগী লম্বীনি। আচার্য্য বিনোবাভাবেগী সর্বোদয (গান্ধীজীগী মওনি) আন্দোলনগী মরুসু অদুনি। লোকনায়ক জয়প্রকাশ নারায়ণ অমেরিকাদা লাইরিক তম্লুবদগী চপ চাবা মার্ক্সিষ্ট অমা ওইনা লাকপনি।

ভারতকী সমাজবাদী নেতানি। অদুবু পুন্সীবু চপ চানা মাযোক্নরবা তুংদা মার্ক্সিজম্না মীবু অফবা ওইহ্নবা (incentive to goodness) হায়বসি পীবা ঙমদে খঙলকপদগী গান্ধীজীগী ফিদমদা চঙজখি।

ডাক্তর রাম মনোহব লোহিয়াসু সমাজবাদী নেতা অমা ওইনা মার্ক্সিজমগী অর্থনীতিগী য়ুম্ফমদা গান্ধীজীগী প্রেম অমসুং অহিংসাগা তিন্নদুনা মপূং ফাবা মীশক অমগী পুন্সী অসুন্না য়েকখি— নমীৎ নামনা (সমাজগী ওৎ নৈবদা) ঙাংশং ঙাঙহল্লু, নমীৎ নামা অমদগী মিনুংশি (compassion) গী পি শিন্থহল্লু। লম্বীবুদি অনিমক্কী তোংঙান তোংঙানখি। অদুবু চঙশিল্লকইবা বাখল পবীংদি অমতনি। আচার্য্য বিনোবাভাবেগীনা য়ান্নমক থোৎপা— অচুম্বা, নুংশিবা অমসুং মীনুংশি (সত্য, প্রেম অমসুং করুণ) গী লম্বীদা চঙশিনখি।

পুন্সিবু মপূং ফানা নুংঙাইহনবা হায়বা অমেরিকাগী মীৎয়েং অসি ভাবতকী সংস্কৃতিদসু য়াওদবা নত্তে। ঈনাকখুন্নিংদবা অসুম লাযববনা পেন্থোক্লসি হায়বা ভারত নত্তে। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়দুনা পুন্সীদা তানফম থোকপা মবি পীরি। কামবু লংথোকপা, অর্থবু (হায়বদি পৈশাবু) মীবায়বা মওং নত্তে। মমিং চৎলবা কামশাস্ত্র ফাওবা লৈবি। অদুবু পূন্নমকসি ধর্ম্মগী লীচিং মখাদা থম্মু হাযবনি। মতীক চাউরবা নিংথৌরেল ফাওবা ধর্ম্মগী লীচিংদগী নাম্থোকপা য়াদে। অদুবু পন্থুংফমদি-- মোক্ষ (অরান খুবম ফংবা, অমৃতগী মশক ওনখিবা) নি। চেনশিল্লিবা তুবেলনা তারগদৌরিসি অরান খুবমগী সমুদ্রদনি।

মহার্ষি যাজ্ঞবল্কনা পুন্সী থাদোক্লমদাইদা মহাক্কী লৈবাক অমসুং লন্থুমগী তম্খায় অমা মৈত্রেয়ীদা লৌহৌরো হায়খি। হংখি মৈত্রেয়ীনা-- মসিনা অমৃতবু (শিদবা খুবম) ফংবা ঙমগদ্রা? খুন্নকই-- মদুদি ওইবোই। লোইশিনখি মৈত্রেয়ীনা— অদুবু ফংদ্রবদি অসিনা করি কান্নগদগে? মসিনি ভারতকী সংস্কৃতিগী য়ুম্ফমদি।

নুংঙাইবদি অমেরিকাদসু ৱাখল লৈবা কয়াগী পুন্সীদা ভাবতকী আত্মজ্ঞান লোমদা কন্না মায় ওনশিল্লকপা থেংনরে। ক্যালিফোর্নিযাদা পুন্সী লেনখিবা পূন্নমক্লা খঙনরবা অলদস হক্সলী অমসুং জেরাল্ড হার্দ (Gerald Heid) কী মমিং পনবা য়াই। সাধককী মূর্তি ঙাক্তনি। রামকৃষ্ণ মিশনগা শক খঙনখি। ভাবতকী উপনিষদ পাখি। নুংদবু ওন্দ্রবদি পানবু লাকশিনবা ওইথোক্তে হাযবসি মখোয়দা কন্না ফাওখি। মতম কয়াগী মাঙদা বেদান্তগা শন্নবা থিওসোফীগী আন্দোলন লৈখ্রে। হৌজিকমকসু ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা মীৎয়েংশিংগী মনুংদা নিয়ু এজ মুভমেন্ট শীংথাবা য়াই। অসিগী লমজীংদা লাইবিক কয়া ফোঙলকপা ইশামক্লা লাইবিক য়োনবা দুকানশিংদা থেংনরে।

দালাই লামাগী অনৌবা লাইরিক কয়ামুক পানবা লাইরিকশিংগী মনুং চল্লি। হৌদোকপবুদি ট্রানসেন্দেন্টেল মুভমেন্ট হাযদুনা পণ্ডিত এমর্সননা লমজীং পীখ্রবনি। মহাত্মা গান্ধীগী সত্যাগ্রহগী গুরু থোরো ফাওবা চমখ্রবা পুন্সীগী সাধনাদা চঙশিনখি। এমর্সনগী সেবক অমেবিকাগী মহাকবি ৱালট হ্যুটমেননা অমেরিকাবু শীংথাবদা পৃথিবী পূম্বা অমতা ওইনা, আত্মাগা পূন্নমক্কা অমতনি হায়বগী খোল্লাউ মহাক্কী মহাকাব্যদা (লিভস ওব গ্রাস) লাউখি।

মথক্কী ঈচেল অসিসু অমেরিকাদা লৈতবা নত্তে। অসুক নুংঙাইখ্রবা নীপা নুপীগী পুন্সীসিদা কৈনো অৱাৎপা অমা, অহাঙবা অমা, খাঙঙমদবা চৈনাগী মশক ওইনা ফাওই হায়বসিসু হায়নবকইবনি। ধর্ম্মদসু অয়াম্বনা চেৎনা থাজরি। লম্বী মাঙনবা, ভাব তানদবগী ৱাদনি। মপূং ওইবা ঈচেলবুদি– নুংঙাইথোকসি, পৈশা তানশিনসি, মীকোক থোংসি, অতৈনা অতৈগী থোকপা হায়না কন্না চেষ্টরিবনি। মথক্কী কাঙবু খরগী ঈচেল অসিবুনা শীংনবা ঈচেল (Counter tradition) হায়না কৌবসু য়াই। ঈচেল অনিমক হৌজিক অমেরিকাদা চেল্লিবনি। গঙ্গাগী পাক্লবা ঈচেলদসু নত্তে। যমুনাগী, সরস্বতীগী ঈচেলসু তিল্লরিবনি। অহুমসিনা পুল্লবতদা তীর্থগী মফম ওইগদৌরিবনি।

মথক্কী নৈনখ্রিবা খরসি অমেরিকাদা য়ুম্ফম ওইদুনা নৈনবগী ৱাতনি। মীওইবগী সভ্যতাসি হৌজিক্তি জড়বাদ (মেটবিয়েলিজম) কী লমদমদা ইউবোপ্পা হৌদোক্লম্বদগী অমেরিকাদনা অমুক মাকোক থোংনা থিংবা ঙমদনা চেনশিল্লকই। খজিক্তং 'হিমায চুন্নবা হোৎনরিবনা ধর্ম্মগী নৌনি। অমুক ধর্ম্মনা আত্মানা (স্পিরিট) য়ুম্ফম ওইরগা চেল্লকপা ঈচেলনা ভারত্তগীনি। নোংপোক্তগীনি। অনি অসিবু তিন্নবা ওইথোকপ্রা? জগৎপূম্বা ইমুং অমতনি হায়বগী ৱাফমদি য়ৌরক্লে। এমর্সন, হক্সলি, রোমান রোলাগুনচিংবা ৱাখল লৈবা কয়ানদি ওইথোকপা য়াই হাযরি। সম্রাজ্যবাদকী মীচঙদা লেপখিবা কিপ্লিং সাহেবনদি হায়খি– নোংপোক্লা নোংপোক, নোংচুপনা নোংচুপ, অনিসি তিন্নবা শুকয়া য়ারোই।

শ্রীঅরবিন্দনা খুমলি– শোয়দনা য়াগনি। তিনসু তিন্নগনি। মদুতদা পুন্সী মপূং ফাগনি। ময়ান্না জড়বাদনি হাযনা খণ্ডনরিবা নোংচুপকী মশক অসি তশেংবদি অধ্যাত্মবাদকী লমহেনবা মচানি। মপানা লুনা তৌবীখিদবদগী ঙাওখিবনি। হল্লকখিনি। থক-খা পূন্নমক অসি অমত্তনি। মসি বেদনা, উপনিষদনা শেংনা হায়বনি। অদুবু মালেমবু ব্যবহাব তৌগদবনি হায়বসি নোংপোক নোংচুপকী ধর্ম্মগী লিরবা মশক্তগী মাঙখ্রে। অরোনবা অমা ওইখ্রে। তশেংবদি অনিমক অচুম্বা অমগী মমায় অনিনি। মীওইবগী নাইতোম

তাহনবা পূরূীংগী মশক্লা খেন্ননা তোংঙান্না উহনখিবতনি। মাঙদা উরিবা লীলা পূন্নমক অচুম্বনি-- ওইদবা মায়া নত্তে। অরেপ্পা য়ূম্ফম লেঙদবা ঈংলবা ফম্বাক মথক্তা জগোয় শাবনি। মসিনি জগৎ হায়ববু। অনিমক শকখঙনদদুনা অমনা অমবু চৈনবনি। মশামক্কী লেঙদ্রগা মায়কৈ মরিদা লৈদুনা শাবা শিবগী তাণ্ডব জগোয়নি। শারিবসু মহাক্লি। শক্লিবা ঈশৈসু মহাক্লি। তারিবা ভাবোকসু মহাক্লি। অদুবু জগোয়দি শারি। ঈশৈ শক্লি।

অদুবু মসি চুম্নগী হাযবা, খঙবা ঙাক্তনা চৎনদে। ওইথোকই হায়দুনা পুন্সীদা তারুবা, জগৎপু হোংদোরুবা হোৎনগনি। শিবা নাইবা পুন্সীবু শিনাইদবা পুন্সী (দিব্যজীবন) ওহ্লোক্কদবনি। অসিনি শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী পুন্সীগী সাধনা। ঈশ্বরদা থাজদবা নোংচুপকী সংস্কৃতি পূন্নমক পুদুনা শ্রীঅরবিন্দনা ভারত্তা হল্লকই। চপ চাবা মেটরিয়েলিষ্ট ওইরমই। ফ্রান্স লমদমগী শ্রীমাসু (মশাদি পক্কা মেটরিয়েলিষ্ট) পুন্সীগী লম্বী থিবদা ভারতকী সংস্কৃতিগী মঙাল মশাদা ফাওরকই। পণ্ডিচেরী আশ্রমদা শ্রীঅরবিন্দ থেংনদুনা অনিমক খূৎশন্নদুনা অমগা অমগা হেন্নদনা শিব শক্তিগী মওংদা চত্থনখি। নোংচুপকী চাউরবা কলচর মশাদা চুরগা লাকপনি। অনিমক্কী পুন্সীদা তশেংবমক্তি নোংপোক-নোংচুপ তিন্নখিবনি। জগৎপুসু লংশেক্তবা (সন্ন্যাসীশিংগী মতৌগুম্না), জগৎকী ৱাংমগসু শমজিন্নহনবা অদুনা সাধক সৎ প্রেম (Sat Prem) না ভোল্যুম অহুমদা শ্রীমাগী জীবনী ইবদা মিংথোল্লি— দিব্য শক্তিগী মশক ওইবা জড়বাদ (Divine Materialism)।

নোংচুপতসু বৈজ্ঞানিক খরদি তুমিন্না লৈতে। হায় এনর্জি ফিজিক্সকী মমিং চৎলবা প্রোফেসর ফ্রিটজোব ক্যাপ্রা হায়বদুনা-- হৌজিক্তি কোপি কোটি অমা হেন্না চৎলবা মহাক্কী লাইরিক (The Tao of Physics · Fretjof Capra - ১৯৭৫) পুথোকখি। ক্বান্টম মেকানিক্স অমসুং আইনষ্টাইনগী থীওরি ওব রিলেটিভিটি অনিনা পুন্না পুনশিল্লকইবা জগৎকী মশক অসিনা নুং-পান অনিমক অমতনি অমগা অমগা মরী লৈনৈ, থাদোরুবা য়াদে হায়বগী শেংলবা মশক অমা পীরকই। হায়রিবসি মহাক্কী ৱাফম নত্তে। হাইসেনবর্গ, জ্যোফ্রিচিয়ুনচিংবা এটোমিক সাইন্টিষ্ট কয়াগী মতনি। আইনষ্টাইনগী থীওরিদসু পোৎ (Mass) কা শক্তি (Energy) গা মান্নৈ হায়না প্রমাণ তৌখ্রে। বিস্বব্রহ্মাণ্ড (Universe) অসি লোইনমক মরী লৈনৈ। বাফম অসি খৃষ্টগী মাঙ চহী ৫০০ গী মমাঙদা চিনগী তাউ, য়িন-য়াংনা (মৈতৈগী লাইরেন মথেক নীংশিংবা য়াই), উপনিষদকী ব্রহ্মনা, বুদ্ধগী ধর্ম্ম কয়াদা, জাপানগী জেন (Zen) দা, গ্রীসকী মিষ্টিকশিংনা হায়রম্বা অদুগা অমতনি হায়রি। হৌফম তিন্নদবনা পুন্না চৎমিন্নবদি নত্তে-- বিজ্ঞানগা ধর্ম্মগনি। পেরলল ওইনা চৎমিন্নবনি। পারবা লংলা

মচা অমতংনা খায়দোক্লি। ক্যাপ্রানা হায়জৈ— বোম্বেগী সমুদ্র খোঙবানদা য়েংথোকখিবদা মমীত্তা শিবগী তাণ্ডব জগোইগী মশক উখি। অরেপ্পগী য়ুম্ফমদগী লেপ্পা নাইদ্রবা জগৎ (Dynamic Universe) অমগী মশক খঙবনি। অসিমসু হায়রি— মীৎয়েং অসি হৌজিক্তি ফিজিক্সতগী লাম্থোকখিদুনা বাইওলোজি, সাইকোলোজি অমসুং এনবাইরনমেন্টল সাইন্সনচিংবদা অসুম অসুম শন্দোরক্লে। হিন্দুগী মীৎয়েংদা— শিবগী হকচাংদা নেত্তুনা কালীনা জগোয় শাবগী মশক্লি।

ইউরোপ পূম্বনা মহাক্না করি হায়রিবগে হায়বদু নাকোং থাংগত্তুনা তানখিবা আঁদ্রে মার্লো (Anc re Marlaux) না মতাং অমদা পনখি— হৌখিবা য়ুগশিংদা মতীক চানা মীওইবগী মশাদা হিংচাবগী শক্তিশিং থাজিল্লক্লে। মদুগীসু অকিবা ফংনা শান্নখ্রে। হৌজিক্তি লাইশিং খরা মীওইবগী হকচাংদা থাজিনবা মতম ওইরে। হিন্দুনা নীতিগী হকচাংগী কয়াৎ কয়াদা ব্রহ্মা, বিষ্ণুনচিংবা লাইশিং থাজিনবগী মওংনি। ধর্ম্মদা অমুক মায় ওনশিল্লসি হায়বনি।

পুন্নমক অসিদগী ঐখোয়না উরে— আশা লৈরি। পুন্সীবু মপূং ফানা নুংঙাইহনবগী মায়কৈদা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী শক্তিনা ভূতকী মশক ওইনা চেষ্টরিবা অমেরিকাগী সংস্কৃতিগী মশকসি ভূতপু ফজনা শেন্নবা ঙম্লবদি, হিমায় নীংথিজনা চুম্বগা লোয়ননা মীৎয়েংদা অহোংবা (নুংশিবা অমসুং অচুম্বগী) খরদং পুহল্লকপা ঙম্লবদি পূন্নমক্কী ফিদম্নফম ওইবা মপূংফাবা পুন্সীগী মশক পীবা ঙম্বা সভ্যতাগী মশক অমা পুরকপা ঙমগনি। ঈচেল হঙ্গৎনা হোনবগী দরকার লৈতে। হান্নগীদসু হঞ্জিনবা ওইথোক্তে। চেষ্টরকপা ঈচেলবু থিংবা ঙম্বা হৌনদে। অদুগা লম্বী অসি ওন্নরে হায়না হায়বা ঙম্বগী শক্তিসু লৈতে।

জাতি ময়াম পূনশিন্নরকপগী, ধর্ম্ম ময়াম তিন্ননা লৈমিন্নবগী, পুন্সী মীৎয়েং কয়া অমগা অমগা শকখঙনরকপগী, ঈনাকখুনবা লায়রবা তিন্নবা য়াহল্লকপগী, চাউরবা পরীক্ষা অমা হৌজিক্কী অমেরিকাদা মেলাগী মশক ওইনা চত্থরি। পুন্সী মেলানি। মায়কৈ অসোমদা পূন্নমক্না মীৎ কূপ্তুনা য়েংদুনা লৈরি। ভারতসু য়েংলি।

# মিকোন থাগোনবা

ঐহাক্না অমেরিকাবু শকখঙবা ঙম্লববা? ঙমদ্রি। নোংপোক্কগী ঐগী লৈজবা খরা পুরগা মীৎয়েং শাগৎচদুনা থা ৪/৫ সিগী মনুংদা উজবা, তাজবা, পাজবা, ৱারী শাজবা খরগী মতেংনা অমেরিকাগী মূর্তি অমতং ঙমজবা শক্তিনা শাগৎচবতনি। মশক্তি থীবা য়াওই। অদুবু ঐহাক্না শাগৎচরিবা অসিগীদি মশক্নি। অইবা, অয়েকপা, অশাবা, কলাকার অমসুং ৱাখল তৌবা কয়ানা মানা মানা ঙমজবা উজবা মওংদা শাগৎনরিবা মূর্তিশিংনি। ঐহাক্কীসু অমতং থেৎচিনজবতনি। অমেরিকাবু চপ চানা মশক খঙলে হায়জবগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে। অদুবু ইজরিবা খরসি লোইশিনজবগী মতাং য়ৌরে। বিদায়গী মতম লাক্লে। লাঙজরুবা থম্মোয়গী অমসুং ৱাখলগী মিকোন থাগোনবা মতম য়ৌরে।

গুরু টি এস এলিয়টনা মঙালবু থিবগী খোঙচত্তা নোংচুপ নোংপোক কোয়রুরগা মহাক্কী শৈরেং (ৱেষ্টলেণ্ড) লোইশিন্নি— ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ। চপ চাবা হিন্দু ধর্ম্মগী মরোইশিন্নি। ওষ্লোক্সু অর্থ লৈখ্রবা। মায়কৈ অসোমদদি গুরুগী তুংইন্দুনা হনজিনবগী মথৌ তাদ্রে।

আদি গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মহাক্কী পুন্সী লোইশিন্নমদাইদা অসুন্না শক্লমই— উরিবা পূন্নমক, ফংলিবা পূন্নমক, চাংদন্নিংঙাই লৈতে। পাকখ্রবা ঋষিগী মীৎয়েংনি।

মসিমক হায়জনবগী ঐহাক্কী শক্তি লৈতে। মসিদগী হম্বরপ তৌনা অসিমদি হায়জনিংই— অমেরিকা। মতম খরদং নতম্বাক্তা লৈজদুনা উজরিবা তাজরিবা খরসিনা ঐহাকপু ঙাওহন্দবা নত্তে। পূন্নমক অসি ফীগাও শানা পুজদুনা পুন্সীগী তীর্থ যাত্রাদা থাদোকফদ্রবা পোৎয়োম ওইনা পুজগনি। নহাকপু খক কাউজরোই। মতম পূম্বদা নঙোন্দা য়েংজগনি। বিদায়— অমেরিকা।

১৯৯৯ গী ডিসেম্বরগী তাং ১৫ দা ঐহাক অমসুং লোয়নবী নিয়ু য়োর্ককী জে এফ কেনেদী এয়রপোর্টতগী অমেরিকা থাদোক্কনি। থা ৮ দা ঙায়রিবী ইশুনুপী অঙাওবী গীতা লৈহৌরোকো।

*দানবিল*

*নবেম্বর ১৬, ১৯৯৯*

# Bibliography


1 **An American Moment** (Text) Bill Harris
New York 1990

2 **Lincoln :** Phillip B Kunhardt Jr
Phillip B Kunhardt III New York 1992

3 **The Capitol** (Ed ) Gerald R Gereau Washington 1981

4 **A Pocket History of United States**
Allan Nevius USA 1965

5 **The USA (A Chronicle in Pictures)**
Neil Newborn USA 1991

6 **Amish (The Gentle People)** James A Maiues USA 1985

7 **The Pennsylvania Dutch**
Frederic Klee 1966

8 **Danville (The Bicentinal Huston)** (Ed )
Robert Philip Bombon Danville 1983

9 **Democracy in America** Alexis De Trequeville (Alendved)
Richard Heffner 1984

10 **The US Overseas** (Ed ) Time Life Books

11 **The Dialogues of A N Whitehead**

12 **Power-Shift** Alvin Toffler

13 **Art of The Century** (Ed ) Jean Levis Ferrier
New York 1989

14 **Great Masterpieces of The World** Irene Korn
New York 1989

15 **American Painters (in the 20th Century)**
Henry Gold Zapler New York 1989

16 **The Georgia 'O' Keetfe Museum** (Ed ) Peter H Kissick
New York 1997

17 **The Horn of Rock** Carl Belz Oxford 1969

18 **The Art of Jazz** (Ed ) Martin T Williams New York 1960

19 **Masterpieces of American Literature** (Ed )
Martin T Williams New York 1960

20 **The Mind of the Cells** Sat Prem
Institute of Evolutionary Research New York 1992

21 **Issues of Newsweek Time, US News** (Weekly) **Smithsonian**
(Monthly) **New York Times, Wall-Street Journal** (Daily)



মচানীপা দিলীপকুমাব, মশুনূপী অমেন্দা, মশুনীপা নিশিকান্তগা লোযননা হোম টাউন পার্ক
পেনসিলভানিযা- জুন ৩০, ১৯৯৯।



মশুনূপী অমেন্দাগী মপোক নুমীৎ
দানবিল- জুলাই ৯, ১৯৯৯।



চোক্রেট ৱার্ল্ড ।



হ্বাইট হাউসকী মমাঙদা ।




ইন্টর্নেসনেল মণিপুরী এশোসিয়েসননা ওকপগী থৌরমদা
টেন্ট ওব বেঙ্গোল বেষ্টৌরা, এষ্টোবিয়া- সেপ্টেম্বর ১২, ১৯৯৯।



নায়েগ্রাগী খোঙচত্তা।



হোম টাউন পার্ক, পেনসিলভানিয়া জুন ৩০, ১৯৯৯।



য়ু.এস. এয়ারফোর্স সো, স্কেনটন ইন্টার্নেসনেল এয়রপোর্ট জুলাই ৩১, ১৯৯৯।



কেপিটোল, ৱাশিংটন
আগষ্ট ২২, ১৯৯৯।



**এলাংবম *নীলকান্ত সিংহ** (*১/১০/১৯২৭-১১/২/২০০০) কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। খৃ. ১৯৫৩ দগী ইম্ফালগী ডি.এম. কোলেজদা ফিলোসোফিগী ওঝা ওইনা হৌবক্লগা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমীগী অহানবা সেক্রেটবি (খৃ. ১৯৭২-১৮৭৮); মণিপুব সবকাবগী সোসিযেল বেলফিযব অমসুং আর্ট এন্ড কলচব বিভাগ অনী পুল্লিঙৈগী অহানবা ডিবেক্টব (খৃ. ১৯৮০-৮৬); লোয়ননা 'মণিপুব ফিলম ডিভলপমেন্ট কাউন্সিল' (কোন্না কোর্পোবেসন ওন্থোবকখিবা) গী অহানবা মেম্বব সেক্রেটবি (খৃ. ১৯৮০) নচিংবা থৌ পুবীবল্লগা খৃ. ১৯৮৫ দা সবকাবগী থবক্তগী পোখাখি। মতুংদা মণিপুব যুনিভর্সিটিগী কনসলটেন্ট (১৯৮৯), ভাবত সবকাবগী সেনিযব ফেলো (১৯৮৯), মণিপুব যুনিভর্সিটিদা ফিলোসোফি ডিপার্টমেন্টকী ফেকলটি মেম্বব (১৯৯৬-৯৭) ওইবীবম্মী। মহাক মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী জেনবল সেক্রেটবি (১৯৫৮, '৬৪, '৬৫, '৬৬, '৬৭, '৬৮) অদুগা প্রেসিডেন্ট ওইনা (১৯৯৩- '৯৫) থৌদাং যাবীবম্মী। দি কলচবল ফোবম, মণিপুব; নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, দি অতোম্বাপু বিছার্চ সেন্টব, শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়, শ্রীঅববিন্দ সোসাইটি, গীতা মণ্ডল, ইস্কোন, মুতুবা ম্যুজিয়ম, ইন্তাক, হিমালায়ান সেবা সঙ্ঘ, সর্বদয় মণ্ডল, দিভাইন লাইফ সোসাইটি, জে.এন.এম. ডান্স একাদমী নচিংবা কয়াগা নক্লা শম্নদুনা অচৌবা থৌদাং কযাসু যাবীবম্মী। ভাবতকী সাহিত্য একাদমী, ললিত কলা একাদমী, সঙ্গীত নাটক একাদমি, অহুমগী একসিক্যুটিভ কমিতিশিংদসু যাওবীদুনা শরুক যাবম্মী। খৃ. ১৯৭০ দা ভাবত সবকাবনা থাদুনা থা অনীবোম যুবোপকী লৈবাকশিংদা কোযবীকই। কবি অমা ওইনা মহাক্লা খৃ. ১৯৪৮ দা ইবকখিবা 'মণিপুর' কৌবা শৈবেংনা অহানবা মোদর্ন মণিপুবী পোযত্রিনি হাযনা শীংথানৈ। মাগী 'তীর্থ যাত্রা' *(শৈবেং ১৯৮৫)* দা ভাবতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড (খৃ. ১৯৮৭) পীদুনা ইকায খুম্নবীখি। অদুগা খৃ. ১৯৯৯ দনা ভাবত সবকাবনা 'পদ্মশ্রী' মিংথোল পীবিখি। মহাক্লা ইদুনা ফোঙজন্নবা লাইবিকশিংদি– 'অচাইবা লৈ' *(শৈবেং- ১৯৫৭)*, 'মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ' *(ছন্দ নৈনবা- ১৯৬৮)*, 'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী' *(শৈবেং- ১৯৭১)*, 'মতমগী ৱাখল' *(ৱাবেং- ১৯৭৩)*, 'তীর্থ যাত্রা' *(শৈবেং- ১৯৮৫)*, 'সংস্কৃতিগী শক্লোন' *(ৱাবেং- ১৯৯৮)*, **'Fragments of Manipuri Culture'** *(১৯৯৮)*, **'Aspects of Indian Culture'** *(১৯৯৭)*, **'Manipuri Dance'** *(১৯৯৭)*, **'Monograph on Bhadra'** অমসুং **'Monograph on Atombapu Sharma'** *(১৯৯৮)*, 'পূক্নিং লৈকোলগী অথূপ্পদা' *(শৈবেং- ২০০০, নোঙ্গাম্রবা মতুংদা ফোঙবনি)*, 'অমেরিকাগা উনবা' *(লমকোয়.ৱাবী-২০০১)*, মসিগী মথক্তা পুন্সিগী অবোয়বা তান্কক- অমেবিকাদা লৈবিঙৈ অমসুং থোবক্লবা মতুংদা শৈরেং খৱসু ইদুনা থম্নবীবম্মী।

---

**পোকপগী তাং অসি কোষ্ঠিদগী লৌজবনি।*